


অহানবা থৃংনম : ২০০২
অনীশুবা থৃংনম : ওক্তোবর, ২০০৭
কপি মশীং : ৭৫০

6 মংকম থোকপা হক পুন্না অইবগীনি।

থোংজবী : ভিচসা পাব্লিকেসন, ময়াং ইম্ফালগীদমক্তা
নোংমৈকাপম ওংবী ইন্দুবলা দৈবা
ময়াং ইম্ফাল বজার মনুংদা লেখানা থোংজবা।

মথুমগী নমুনা :
লাইব্রেরিগী থিংখোলসু ওইরিবা ৱারী মচাসি মাতাগী দাইরেক্তর শাকংথম বীরেম্রা
ম্রায়াআইজ তৌদুনা পুথোকখিবা ম্রেদুগী সিন থরা পুন্সিল্লগা শেম্বা

মমল ১৯০/ ( লাইব্রেরী এডিসন )

তাইপ্ সেত্তিং : অইবা মশা, ময়াং ইম্ফাল বজার মনুং
নম্কম : কে কে প্রিন্টরস, থৌদা ভাবোক লৈকাই, ইম্ফাল।
মথুম নম্কম : বি সি পি দবলিউ, লম্ফেল।

# অনীশুবা খুৎনমগী ইথিল

লাইরিকী মিংথোলসু ওইরিবা 'ঐথোয়সিবু কনানো?' হায়বা ৱারীমচাসি কথা পাব্লিকেসন, নিউ দিল্লিনা ইংলিসতা অদুগা 'কিয়ারবেল' হায়রিবা ৱারীমচাসিনা রিজনেল সাহিত্য একাদেমী, কোলকতানা লোল মঙা—বেঙ্গলি, অসামী, নেপালি, মিথিলি, উরিয়া অমদি মণিপুরীদা কোঙনবা ৱার্কশোপ তৌদুনা হন্দোকপগী থবক লোইখ্রে।

ঐথোয়সিবু কনানো? হায়রিবা ৱারী মচাসি ঠিয়েটর সংস্থান কয়ানা প্লে ওইনা শান্নবিখ্রে। নেসনেল স্কুল ওফ দ্রামা, নিউ দিল্লিনা পাঙথোকপা ঠিয়েটর মহাউৎসব, ২০০৬ তা খনগৎপিখিবদা নত্তনা ভারতকী অঙাঙ তোঙানবা মফম তরাগী মথক্তা শান্নখ্রে। ওল ইন্দিয়া রেদিও, ইম্ফালনসু শন্দোকখ্রে। এন ই দূরদর্সননসু শন্দোক্লবগী য়ানবা লৈখ্রে। হৌজিক হৌজিকসু সেলুলোইদ ফিল্ম ওইনা নম্নবা প্রোসেস তৌরি।

অদুগা অতোপ্পা ৱারী মচা 'ঈশ্বায়ফম' হায়বসিসু মণিপুরগী ঠিয়েটর কাঙলুপ কয়ানা প্লে ওইনা শানবিখ্রে। ওল ইন্দিয়া মলটিলিঙ্গুএল শোর্টপ্লে কম্পিটিসন, কত্তক অমদি ওল মণিপুর শোর্ট প্লে কম্পিতিসনদা বেস্ট প্লে ফংখি।

ঐগী পুন্সিদা খ্বাইদগী নুংঙাইখিবা মীকুপশিংগী মনুংদা থোইদোক হেন্দোকপা অমা হায়রগদি, প্লে ওইনা ইবসু নত্তবা, ঐগী ৱারী মচানা ইথা থাজদনা ঠিয়েটরগী স্তেজ মথক্তা মখায় পাল্লগা লেঙ ওত্তুনা চৎলকপদুনি।

মতম খরা লাইরিকসি ফংলুদ্রে। অদুবু লাইরিকসিবু নুংশিবিবা মরুপ মপাং, ঠিয়েটরগী মীওই অমদি ফিল্ম প্রদুসর খরনা হেক হেক হংবিরে অদুবু কোপীদি অমফাওবা লৈত্রে। অদুনা লাইরিকসিবু নুংশিবিবশিংগীদমক খঙদুনা অনীশুবা খুৎনমসি পুথোকচবনি।

তাং ২০/১০/২০০৭ অইবা

# অহানবা খূৎনমগী ৱাহৈ মতং

ঐগী লাইরিকসি হান্না, নহা ওইরিবা মরুপ মপাং খরদা পাহনবদদি মখোয়না অনৌবা ৱাহৈ-ৱাতাশিং অসিগীদমক্তা মওং কয়াদা পুক্লিং থৌগত্তুনা ঈ হাপ্পীরকই। অদুবু ইথকথোংবা ওঝা খরদা পাহনখিবদদি মসিগী রস চুপ্পগী ৱা অমত্তা হায়বিরক্তে। মদুগী মহুত্তা অহোইনদুম আর্থ খণ্ডদে, ৱাহৈ-ৱাতাশিংদুদুম লৌথোকখিনবা তাকপিরকই। ঐ, মদুমদি তৌজদ্রে। করিগীনো হায়ববু ঐগী লাইরিক অসি, হৌজিক মতমগী কোক খরা ৱাংখৎপা নহারোলশিংনা য়াম্না পাম্না পাক শন্না শীজিন্নরক্লিবা লোন্দা পুদাশি সাহিত্যাদা পুশিন্দুনা তৌবা চাংয়েং অমনি। অদুনা, ঐগী লাইরিকসি হৌজিক হৌজিক মীওই কয়াদা য়াম্না চগেংনবা মখল অমা ওইরবসু ঙসিদগী চহী দিকেদ খরগী তুংদদি মসিগী ফিদা শোয়দনা ফংলক্কনি হায়বগী থাজবা থম্মোয়দা থমজরগা লাইরিকসি পুথোকচবনি ।

মতম অমদা মণিপুরদা, ৱা ঙাঙ্বদা বেঙ্গলি ভাসা থেৎপা মীওইদু লাইরিক হৈবা মীনি, অদুগা ঙসিদগী মতম খরগী মমাঙদনা ইংলিস লেংগুএজ্ থেত্তুনা ঙাঙ্লবদি মপান থোকপা মীনি হায়না ময়াম্না লৌনরম্বগী চৎনবীদু হৌগ্রবগী তুংদা হৌজিক নৌনা চৎনখৎলক্লিবা চৎনবী অমনা ৱা ঙাঙ্বদা মতমসিগী পুম্নৌ নৌবা, অনৌবা লোন্দা পুদা অসি থেৎলগনা মতমগী ইরাং য়াম্না খঙবা অপ-টু-দেদকী মীওইনি হায়না লৌনবগী মথক্তা হায়রিবা লোন্দা অসিতনা মাগী থম্মোয়দা লৈরিবা ফোঙদোক্লিংবা ইহুল পুম্বদু লোইনা পেন্না ফোঙদোকপা/লৌশিনবা ঙম্বগুম্বগী চৎনবী অমা ইনখৎলক্লিবা নহারোলশিংসিগী ৱাখলদা লৈনবগুম্ তৌনরক্লে। হায়রিবা লোন্দা পুদা অসি চাউরাক্লা চহী ৩৫গী মথক লানখৎখ্রবা মীওইশিং অমদি মী কয়া তিন্নগন্দবা মীওইদদি তাবদা খরা মরিক মরাংবা অমা ওইনা থোক্লি । অয়াম্বনা তেলিফোনিক অমদি তেলিগ্রাফিক/তেক্নিকেল লেঙ্গুএজ ওইনা তৌবা লোনসিগী অশেংবা মহাওদু চুপকে হায়রবদি লাইরিক য়াম্না পাদুনা সবজেক্ট কয়াগী মরুওইবা তার্মিনোলোজি অমদি করেন্ট এফিয়ারস কয়া খঙদবদি য়াদে ।

অনৌবা লোন্দাশিদা লোইনা ইরবদি লোন্দাশিবু হৈনদবা/খঙদবা মীওই খরদদি লাইরিকসিগী মহাও চুপ্পা ঙম্নরোই খঞ্জদুনা অচম্বা ৱাহৈ-ৱাতাদা ওইনা ইবা ৱারীমচা খরসু অদুক য়াওহঞ্জরি ।

লাইরিকশিদা য়াওরিবা বারীমচা খরদি হায়না পোক্লফম পাউচেগী নোংমাইজিং নুমিৎকী সাহিত্যগী কলমদা ফোঙখ্রবনি। মদুদা ফোঙখিবা বাহে বাতাশিং অদুদগী লাইরিকসিদনা খরা মোহ্নোক্লে। অদুনা পাউচেদা হায়না পাবিব্রবশিংনা ঙাকপিগনি খল্লে।

লাইরিকশিগী মমিংসি ঐনা হান্না "ঈবায়ফম" হায়বা অরোইবগী বারীমচা অসিগী মমিংদা থোঙ্গরম্বনি অদুবু ওঝা আই. এস. থৌনা অমদি কবি জীতেন্দ্রা উচিবানা য়াম্না কন্না তাকপিরকপদগী হৌজিক পুথোকচরিবা মমিংসিদা ওইনা থোঙ্গরে।

লাইরিক অসি সাহিত্য নৈনরোই —প্রোফেসার নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ অমদি নহা ওইরিবা বারী মচা ঈবা সুধীর নাউরোইবম্না বনানগী প্রুফ পাবিবতা নত্তনা ময়াঙ চুমদবা য়াওবা অদুফাওবা নৈনদুনা অচুম্বা ময়াঙ ওইনবা শেমদোক শাদোকপিখিবা অদুগী দমক্তা ইচীনশিনা পনবদা থোক্তবমখে থাগৎচবতা নত্তনা তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

লাইরিকসি ইশানা ইশাগী কম্পুটরদা টাইপ্ সেত্তিং তৌরগা পদ্মা প্রিন্টরস, পাউনা বজারদা নম্বা হৌনবা হায়নখি। অদুবু নম্বা হৌসি হায়নবা নুমিত্তুদা ঐনা প্রেস্তা চৎলুবদা নম্বা লোইরে হায়দুনা অনম্বা লাইরিকশিং উৎপিরকখিবা পদ্মা প্রিন্টরসকী ইনাওচা অমদি ইরাবোতপু ইচিনসিনা কম্মাইনা ফোঙদোক্লুনা থাগৎকদগে হায়বা ঐ হায়ফম খঙদ্রে।

লাইবিকসি পাবা য়াবিরগদি খঙন-চানবশিংগী মাইক্রফোনশিংদা রিলে তৌবিখো অদুগা পাবা য়াদবশিংদুনা চিঠি ওইনা ইশাদা ইবিরক্লুনা পেন্না হূকামশিনবিবকউ। অদুগুম্বা খোম্থিদুসু হরাওনা লৌশিঙ্গনবা ঐগী থোঙ শেবাক ফাকচবি।

ময়াং ইম্ফাল,

তাং ৩০-৪-২০০২ অইবা

# য়াওফম

# ঐখোয়সিবু কনানো ?

লুংখোলাল, য়াচেংকী কাংথকসিদা য়াতারি । নাহেবগী খোঞ্জেলতনা ঈসে-শেগায়রবা খাংগোকশঙশে মরোল থোক্লা তেংথাবগুম তৌরি । শিসু শিদ্রি অদুবু হিংবদি হিংদ্রে । অশিবনা অহিংবশিংগীদমক্ কংখংলকপা শ্রদ্ধাঞ্জলিদু লৌনবা অহিংবশিংগী মখূৎ পাল্লমদ্রবা, মনা পাল্লমদ্রবা, মমীং তাঙলম্লবদা কনাদনো য়াকংকদৌরিবসিবো ? চহী হুম্ফু শুরবা লুংখোলালগী মমায়দা, মথবাক্তা, মনমগন্দা, মখোঙদা, মখুত্তা থৌওইনা য়েকপদৌনা ইশাং ইশাং শাংনা খামহত্তুনা ঈ অশিবা চঙলবা চৈরমশিংদুদা মাগী লোয়নবী নিংখোতিননা হীগা য়ৈবগী অশাবা ফীবৃন্দুনা অমুক-মুল নল্লকপদুদা খংলাউ-খংলাউ লাউরকই দির্ঘ ফূকপমখে । খকপা লৈতনা মথম্মোয়দগী থ্রী-থ্রী কামথোরক্লিবা অঙাঙবা ঈখেঙদুগী হৌরকফমদুদদি নিংখোতিননা য়ৈরিবা হীগাদুনা খক য়ৌশিল্লুবা ঙমদ্রি । খংথং থংপদি য়াদবনিনা তপ্লা-তপ্লা ঈ-গী তুরেলসিগী তোর্ব্বান্দা চঙশিন্‌খিদুনা লেপ্লুই । ঈগী ঈচেলশিগী ঙাওরবা ঈথক ইপোন্নকসিদা তাউথরক্লিবা কাওশিং ময়োম-ময়োমসিদা থাজখিদ্রবা ঈ মতূম, মী মকোক্, থম্মোয় মচেং লীশীং-লীশীং য়াওরক্খ্রবনি । হৌরকফম খঙলগসু ঈ-তিল্লুফমদুদি কনামত্তুনা খঙলুদ্রি, ঈচেল মশানসু খঙজদ্রি । তশেংনা হায়রবদা মসি মাবু য়োমদুনা পুরিবা তোর্ব্বান অনীসিগী খুবাম্লুংদা, খুবাম্লুংদা ... । দৃশ্যসিবু তবং-তরং উহন্নিংবা তোর্ব্বান অমদা লেপ্লিবা মহাসাধু অসিগী মমীং অসিদি উনা উনা লৌতাঙ তাঙলি, তানা-তানা লেপ্লঙ পঙলি । মাগী লয়েংবদসু ফররোইদবা লৱাই লেম্ফুন্দমক কোকয়েং য়েংশিন্দুনা, অমদি মসিতবু শেন্নদুনা মশাবু ফত্তবা নুংশিং নুংশাদগী ঙাকথোক্ল-বনি হায়দুনা য়ুংদুনা লৈপ্লে । মখোঙদা, মখূত্তা অমদি হকচাংগী অতে মফমদা তিনফা কাকফৈনা হনগায়দুনা ঈ চূপথোক্লিবা অদুদি থোইদোক্লা খল্লুদবগুম তৌই । খরা বেরা

কাবা মচাশিংনা অদু চাগে, অদু চিংগে, অদু পীয়ু হায়দুনা নিংঙাই তৌজবিবশিংদুদদি কাঙ হয়িং হাৎপগুম খুবাক্কী খুখা অমুক-মুক্তা, পুমযোৎ-পুময়োত্তা লোইশিন্নবা গুপ্তীবনচিংবা লাখ-লাখতি ইমুংসিদা মপৈ-মপৈ পৈশিন্দুনা থম্মী। অদুগা অমবোমদা, নীংখায়হন্নিংহল্লবা অশোমগী তোর্ক্কানসিদি মনাক্তা লেপ্পিবা চি থুংবা অঙাংশিনা নোংম-নোংমগী স্তব হৈজিল্লক্তুনা হেন্না- হেন্না চেৎশিনখিবদা নত্তনা অসুম-অসুমসু পাকথোকহল্লক্নি সোমদগী তৌথোক তৌথোক্লগা ...।

" ঐখোযগী লৈতবা অশেঙবদু খুকমদুনা হাযজবদবু লাযথুং থুংদৌবা মখোঙদুনা ইবাইবকশিদবু ইবায় লাযনা হেক্তা কাওশিল্লকপা ঙম্মী হাযমী। অদুদা অমনা, অচুম্বা ঐখোয়বু অবানবা তাহনবিখিবা মতমদুদা প্রভু যিশু মাসু কৈদৌদনা লৈহৌবগে হায়বা ? যাউ মচা কোন্দুনা নীঙাযদনা অদুম লৈথোকখ্রববা হাযবা ? হৌজিক্তি, ইশা কঞ্জনবগীদমক্তা ঐখোয়না খুকমদুনা নীংগদবসি যাঙ্গুন শিফাইশিংসি নমদুনা ওইবক্কদৌবে ।ইশানা য়াদ্রগসু দিল্লিগী চন্দানশিংদুনা নমপোই পোইবিববা! য়েনশিংদুদবা ফাখিবদো, ঙানুশিংদুদি ?"

নিংখোতিননা ঈগী ঈচেলদুদা ঈচেল মচা অমমুক ফাৎথবকই " কদাইদগীনোদা। লুতবনবু থেংনবা সনা লুপা খাক্লম্মী হাযব্রা ? মচা পোক্লগা ইমুং মনুংগী শেল থুম খবদি শাফবগনি খঞ্জবা, কার্গিলগী লানফমদা সহিদ ওইখ্রবা ইচানুপাদুনা য়োকচবম্বা, গর্ভপতি ওক্তুসু, লোইনা পুসু পুবোইদবদা বাইফলদুনা মবাইবক্তুদা থাবগা, মফৈ নাম্ম ফক্তোক্লগা পুম্রে। মানা ফ্রঙ-ফ্রঙ চোংদুনা লানদী লানঙমদা লৈবদু ঐগী মীৎসিদগী কবি থোবক্লমগনি, মায' ববা খঙবিবববা ?

লুংখোলালনা নাহেখোল্লক্তগী নোংশাগুম্না ইচঙ থৌনা শ্বব মতৎ মতৎননা " নঙগী পিদো মোলচামগী লৈমার্যাসদা তাবমদদুনা কাশামবগী লৈমায়দা তাবম্বা থোক্লবা, দির্ল্লিনা মদু সনা অহীংবা মহী চেম্বববকপনি হাযনা অবৈবা পাত্রা পুখোক্তুনা যানবল্লোইদর্গী মবম লৈবমগদ্রা ? লৈবাকসিদা পিগী ঈতাফমগী মখাপোন্না পুন্সিগী মমলসু লেপ্পম্লে।"

নিংখোতিননা ফোঞ্জিল্লকই " ঐগী পিগী মমলদি লাযবদনা ঈগী মমলফাওবা লেপ্পা ঙমদ্রবা লৈবাকসিগী লৈমায়সিদা ইখোঙসে কুইনা নেত্তুনা লৈগদবগী মহুৎ থংখোলালহোযদৌনা ঐখোযসু ম্যানমাববোমদা হোংর্লসিদনা ? হান্না বাউন্দবি পিল্লব নম্বব ৬৬ য়ুংলম্বদুগী মনাক্তা লৈবিবা মমিংদনা ইন্দিয়া অদুগা অশেংবা দখলনা ম্যানমাবনা তৌবিবা থেলদুদা যুম শাবসু যানি। থেলদো যাম্না মফম চায। অদুম্না তৌববদি ঐখোয়গী হান্নগী লৌফমদুসু ঐখোযনা অদুম উজবা য়াবনি। ম্যানমাব আর্মিনা ঐখোয়দগী চহী খুদিংগী ফৌ চেঙ হেক- হেক মুলহৌববদো, খবদি শাফবগনিদনা মখোয়গী নাগবিক অমা ওইববদি মবমদি মখোয়না পাল্লিবসে লম অমদি পোখোক্নি।"

লুংখোলালনা য়াম্না ৱানা মমাযদু খজিক্তং লৈথোবক্লগা " লৈবাক অনীগী বাউন্দবীদুদা কমদৌনা ? মদো, নকোক যাওদবগী প্রস্তাবনি খঙলববা ? অমনা অমুক খপচিল্লক, মশা ঙাকথোকচবগী মিংদা অমনা অমুক খপ্তোবক। অনীমক্কী টবগেট ওইবসি সীনিনে ? নচীন্দুদা মথৌ তৌহনগনু, নকোক্তুসু মথৌ খবা পীবদি চুম্মী।"

নিংখোতিননা হৌগৎলগা চাকথোংফমদা লৈবিবা চফ্ অচৌবদুদগী অশাবা ঈশিং

খরা লীক্লি অচৌবা অমদা হৈক্ক্রগা ফি অমনা য়োমশিল্লে। অদুগা লুংখোলালগী মখোঙদুদা ওমশিনবিরে। অদগা তপ্পা হায়রকই " পিল্লর নম্বর ৬৬ তু ম্যানমার আর্মিনা ফৃক্তোক্তুনা মাঙহনখিবা অসুক কুইরবা ফাওবদা ইন্দিয়াগী করম্বা জীব জনতুনা আপত্তি তৌরকপ্রবগে? পুম্নমকসি মফমসিদা য়েংশিনবা লাকখিবা ইন্দিয়া গোভর্মেন্টগী মরী লৈনবা ওফিসিএল কয়া, আর্মি ওফিসার কয়াদা নত্তনা পাউচে কয়াগী পাউমী কয়া কয়া লাক্লুনা ঐখোয়দগী ব্রাহং লীশীং-লীশীংগী পাউখুম লাখ-লাখ পুথ্রবনি । মতমদুদা মখোয়দুনা ঐখোয়দা ওন্সিল্লগা নুংনাংবদমক ফোঙদোক্লম্মা নংত্রা ? অসুক কুইবা মতমসিদা করি এক্সন লৌখৎলকপগী করি পাউ তাপ্লে ? হৌজিকসু অসুক ফজত্রবা তম্পাক মচাসে ম্যানমার আর্মিনা অমুক খোপচিল্লগা তুইবোং তুরেলগী থোংসিগী মনাক্তা নৌনা যুংনবা তৌররেদনা! ঐনা হায়জবা মফমদুদা লৈরবদি মখোয়গী নাগরিক ওইরবনিনা ম্যানমার আর্মিশিংনা ঙাইহাক লৈতনা ওৎ- নৈরিবশিংশিদগীদি শাফরগনিদনা ?"

য়াম্না ব্রানা লুংখোলালনা হংজিল্লকই " মদুবু হেক্তা য়াব্রা হায়মী ? নঙ ইন্দিয়ান নত্রো ?"

মথম্মোয়দা ঈ থোক্লবীদুনা কৈ অমোমগুম্না মহূ কাল্লকই " ঐখোয়বু ইন্দিয়ান ওইরিবরো হৌজিকপো ? করিগুম্বা ওইরম্বা থোক্লবদি মীরম লাম্মীশিংশিনা হাইজিন্নিংবা মতমদা হাইজিল্লক্লগা চেঙফৃদগী অরৈবা চেঙ কোৎলরিবা, ওক্কোন য়েনগোন্দগী য়েন- ঙানু, ওক কযা মখোয়না চানবা নম্ফৃ দা হেক হেক লৌররিবা, য়াদ্রগনা তীলাইখোম্বী তাবগুম হেক হেক তাবিরম্বদা ঙসিফাওবদা দিল্লিনা ঐখোয়গীদমক্তা কবি তৌবিরকপ্রবগে ? ঐখোয়সু নুংগুম্না খাঙবা য়াবমখৈদি খাঙলেদনা ! হৌজিক্তি নুংদুসু মচেৎ মচেৎ কায়শিক্লবনিনা হৌরকক্লিবা অঙাংশিংশিগী মথ্বায়গীদমক ঐনা হৌদোক্লিবা ব্রাফমসি তঙায় ফরক্রবা খল্লি।"

লুংখোলাল, ওন্সিল্লম্বা মমায়দু তপ্পা লৈথোকপ্রগা য়াম্না নানা অয়ৌবীদা নাহেৎবগী মখোল অমা তারকই। অদুগা লৈয়েং ফাইনা অশাওবগী খোঞ্জেলদা " লাইওইপ্রবা নচাদুনা চুরচান্দপুরদা হোংলসি হায়দুনা কয়ারক হায়জখিবা মতমদুদদি নঙনা করিগী য়াখিদে ? ওৎনিংবা মখৈ ওৎলসু, তলদৌনা পাক্লবা নেৎলসু ঐদি ইন্দিয়ান্নি। মফমসিদা পোকপনি, মফমসিদা চাউবনি, মফমসিদা শিগনি ।"

লুংখোলালগী ব্রাফমদু নিংখোতিননা য়ানিংদবা উৎলদুনা " ঙসি ফাওদি ইন্দিয়াগী লম ওইরিবা খুলসে নোংমদি ম্যানমারগী শোয়দনমক্কী ওইখিগদবা মরৈরে। হোরেল হয়েং খঙদ্রবা নুমিত্তুদং খঙদবগী ব্রানি। কবো ভেলি ইন্দিয়াদগী কবম্না চৎখি ? ৱাউন্দরি পিল্লর ৬৬ করম্ন া পাইখি হায়বা নঙ লোইনা খঙলবা নত্রা ? অদুনা মফমসিসু নোংমদি ম্যানমারদা তিনখিরোই হায়বগী অরেপ্পা লৈরিবরো হৌজিকপো ? ঐখোয়গী যুমগী অব্রাংথংবসিদা লৈরম্বা, কবো ভেলিদা হোংপ্রবা নঙগী নচীন-ননাও ময়ামদুদি ঐখোয়না খাঙলিবা চৈনাসে খাঙদেদনা ? মখোয়সু মতম অমদদি ইন্দিয়ান ওইরম্বা ঙাক্তনি । অদুনা, ঐনা হায়জরিবসিদা য়াবিরগদি, নচীন-ননাওশিংদুসু উননিংবা মতমদা হেক্তা উনবা, লৌ শূমিন্নবা য়াররনি । ঐখোয়গী লৌফমদুসু কনানসু অয়েৎপা পীদনা ঈংনা তপ্পা উজবা য়াররনি ।"

অয়োঁবীদা মথবাক্তু খেরগা " লৌদু নচাশিং থাদুনা উহল্লুদনা । কনানা উগনু হায় ?"

মথন্তা শোঞ্জবগুম্না " করি কান্ননি ? ম্যানমার লাল্মীনা ইনমদা থারকপা চৈদু খাঙলগা অদুক ব্রানা হেক হেক উরগা য়েবা লোইরগা যুমদা পুরক্লমদাইদা মখোয়না হেক হেক মুলহোরিবদুদি ? নোংমৈ মনীংনসু শুগাইবিরকপা ! অদুদগী নচাশিংশিনা উসি য়ারক্লিবসি চহী অহুম শুরদ্রো ?"

য়াম্না তখনা খৌগংলবা মচীন্দুনা করিনো খরদা ওইরবসু চাগে হায়দুনা তৌরক্লিবা ইঙ্গিত্তু খঙলদুনা নিংখোতিন হৌগংলকই । চাকথোংফম্লোমদা চঙলকই । মমাঙদা পৈশিন্দুনা লৈরিবা কায় তোয়রবা কোল্লীকশিংদুদগী ঈপাক পাকশিল্লবা তেঙ্গি অমুবা মচা অমা লৌথোক্লগা মখুৎ অনী চঙদুনা চুমথোকই । অচৌবা উগী পাত্রদুদগী ঈশিং খরা কল্লগা চাক্লিবা অঙাঙবা মৈতাল মথক্তুদা থাংগৎলি । মথক্তগী লামদুনা ময়োম মচা অমা লৌথোক্লগা মদুদগী করিনো খরা তেঙ্গিদুদা হাপচিল্লি । চা মনানি । হৌগৎলগা চিনি থি । কাং কোক্ । ঙরাং লান্দারক্লম্বা ম্যানমার লাল্মীশিংদুনা লোইনা কোৎখিরম্লে । ঙরাং ওমখিবা পান্দুম অনীদু নীংশিংলক্তুনা থি । মদুসু লৈরমদ্রে । উরূ-উরূ লৈদুনা য়েংবদা ওক্নোন মনাক্তা লৈরিবা লুখাক কোমদুদা থাঙনা কুপয়ান য়াল্লগা ফত্ত হৌদি মরক্তুদা তারিবদু উবাক্লা খারিবা ফক্লাংগী অহোবদুদগী উই । ছুটি থোরকপদা মচানুপাদুনা য়োকখৎচরম্বা ওক্তুনা মরৈ তিংথোক্তুনা মকোন মনুংদুদা শিদুনা লৈরি । মকোক্তগী ঈরম অমা শাংনা চেম্থরক্লিবদু ইকং কংশিন্না উরে । খুদুংগী মফে নামদি মখোঙ মরূদু য়ৌনা ফক্তুনা কোখোকখিবগী ঈহাঙ হাঙলি । মদুদা হয়ীং খোংয়ানবীশিংনা পুংমু মুনা য়োল্লি । মদুদগী মীৎয়েংদু খরা শেপ্তোরকপদা উরি শৈতানশিংনা মীৎয়েং চঙলল্লবা য়েনগোল, ঙানু মকোল। মদুদা কুইনা মীৎফমদু থম্লিংদ্রদুনা লৈথোরকপদা তুবোনবীদু ময়াদগী লেংলকপনা মনীংথোঙদা ফাওদোকহল্লগা চৈখোক্তুনা লৈমায়দা যুংদুনা ঙাম-ঙাম্না ফৌবিবদু । মখোয়না তৌরিবা থবকশিংদুদা খোংদুনা অপনবা পীরুবগীনি । নিংখোতিন মমিত্তু উইশিন্দুনা খাঙই । উপাই লৈখিদবনি । পুম্নমকসে ঙরাং য়াঙ্গুন আর্মিনা মহৌশাগুম তম্বীরম্বা খোয়থুম্নরবা খুদোলনি ।

ব্রা অমতা ঙাঙদনা ইমুংদগী থোরকই নিংখোতিন । ঙরাং ম্যানমার আর্মি লাক্লে তাবদা ময়ুম মকৈ থাদোক্লরগা চেন্নখিবা মচা মমৌ অমদি মশূশিং লাকপা উব্রা হায়দুনা তাম্না শন্দোকম্রিবা চীংচেপ্তুদা শাংনা য়েংই । চীংমায়দা হৌরিবা উপাল মচাশিং, অদুগা মদুগী ব্রাংমদা অব্রাংবদগী চেম্থরক্লিবা ঈশিং চাইবীদু নত্তনা মমিত্তা জীব অমতা উদে । ঙাইহাক য়েংলল্লগা, করি খল্লক্লবনো খঙদে, ঙরাং অহীং নোং ফুদিং ফুনা চুখিবগী লৈখোম মরক্তুদা খুজিন্না শীক্ল-শীক্লগা ঙাম-ঙাম্নবা চীংগী লৈমায়দুদা জংমিলেনহোয়গী ময়ুম্লোমদা চৎখি । চেঙ হৎবনি । লৈরমদ্রগনা পাল্লা, হারা, মাইরেনলা অফংবা অমা পুরুদৌরিবনি।

অদুবু জংমিলেনগী যুমদুদদি তুমীংফাওবা পাইরমদ্রে । শূমাঙ মচীদুদা লেপ্তুনা ঙাইহাক খঞ্জানরবা তুংদা ইকাই ইকি পুম্বা হুন্দোক্লগা মথংগী য়ুমদু তম্না চৎলি । মদুসু জংমিলেনগী যুমগুম্নম্লে । যুম্লোন অমা লাল্লগা অমুক চৎলি । নাবিবী দিমখোহলগী মনাক্তা অহল ওইরবী মমাদু ফমদুনা সেবা তৌরম্লি । নিপা অমতা উদে । ম্যানমার আর্মিনা

ফারগা মখোয়গী ময়ূমদু শীদোকহল্লগা মদুদা কূপ্পল্বা তিল্দু আর্মিশিংদুগী ম্যানমার সাইদতা লৈবা কেল্পদুদা ফূ-ফূদুনা হোলহনল্লি হায়না দিমখোহলগী মমানা তল্মী । নিংখোতিননা হন্না য়েংখৎলুবদা মথক্তু পূমহাঙ হাঙলল্লে । হান্না মশা কয়া নুংঙাইতদুনা লৈরিঙৈদুদা ঙরাং অহীংগী নোংদুনা য়ূমথক য়াওদবগী খুদোংচাবা লৌদুনা চোৎখিবদগী দিমখোহলগী মশাশি ঙসি অসি য়ৌখিবনি । নিংখোতিননসু ময়ূমদা লৈহৌরিবা, ম্যানমার আর্মিনা তমথিনা ওৎপি নৈবিরম্বদগী কাংথক্তা ওলহৌরিবা লুংখোলালগী ব্রারীদু লীদুনা তাহল্লি । মপুরোইবদুনা চানীং-থক্লিংদুনা হায়রকপদা করিমত্তা লৈরমদবদগী হংবা লাকপনি হায়না তল্লবদা নাদুনা লৈরিবী দিমখোহলনা মাগীনি হায়দুনা মমানা ফূৎলিবা মাইরেনদু মমাদা কন্না হায়দুনা বা উতোংগী কাংগলদুদা অচনবমখৈ হাপ্পগা পীরক্লে ।

নিংখোতিন, ফনেক মথক্তা শেৎলিবা খ্বাঙচেত্তু অমুক হন্না কন্না শেৎচিল্লগা নংহৌররোই মতাগুম খোঙথাং লাওনা কান্দুনা চীংলৈবাক্কী লৈখোম মরক্তুদা হোবে-হোবে হূই খোঙচত্তা ময়ূম পাংলক্লি । ইমুং য়ৌশিনফাৎত্রিঙৈদগী হৌনা মথক্তা, চানবা পুরক্লে, চানবা তৌসি হায়দুনা পুল্লাঙ লাঙজে অবা-অনা পূমকাউ কাউনা । লুংখোলালগী কাংথক্তুগী নাকন্দা মখোঙ য়াম্বুদুনা ফল্লগা অফূৎপা মাইরেনগী মহীদুনা হান্না থক্লগা মশংদুনা কোন্না চানবা হায়জে । পাউখুম অমত্তা পীরক্তে লুংখোলাল । নিংখোতিন, করিনো মথক্তা পেদ্রো পেদ্রো ঙাঙবা তোক্তে । থোইদোক্লা মরোল থোক্লা ঙাঙবদি নত্তে । পূম্নমক্তু লুংখোলালদি অমত্তা তাদবগুমই । করিনো তূম্মন্নসু তূম্মল্লিদা হায়দুনা মশা নোম্দুনা হৌদোকই । তাদে । মখূৎনা পায়রিবা মাইরেন অফূৎপগী কাংগলদু নাকন্দা ঙাদুনা থল্লগা মখূৎ অনী চঙদুনা নোল্লগা হৌদোকই । মশাদু ফদ্রাক-ফদ্রাক তারে । ওঃ!, লুংখোলালগী মশাদা মথ্বায় য়াওরমদ্রে ।

নিংখোতিন উপাই লৈতনা তেংথাদুনা কপচৈ মপুরোইবদুগী মথক্তা ননশিল্লগা, কোন্দুনা, মাদুনা, য়ৈদুনা, ইন্দুনা ... ।

মপান্দগী মীনিল অমা হাইরপ তাবগুম তৌই । অদুবু মদুগী ব্রাখল থোইনা তৌরুদনা অদুম পেন্না কপ্পি । ঙাইহাক কপ্পবা তুংদা, তুং ওন্দুনা য়েংথোরকপদা ইমুংগী লময়ায়দুদা শিফাই খরা মাগী মতৌদু য়েংদুনা লেপ্পল্লি । মদুদা কদোমদগী হৌরকপা অখাক অরাওনো খঙহৌদে, খঙহৌদনা নিংখোতিনগী মচীন্দগী থোরকই “লাউ, হৌজিকসু ফূরুলাউ । ঐখোয়সে নখোয়গী ফূফমনি । নখোয়না ফূননবা পোক্লকবনি । মহাকসিসু শিখিবা য়ারোই। নখোয়গী ফূফম লৈরোই । অদুনা মাবুসু হিংগৎহন্‌গদবনি, নখোয়গী নখূৎ, নখোঙ অমদি নোংমৈগী মনীংশিংদু পেন্নবগীদমক্তা । চহী হুম্ফু শুরবা মানা শিবনি হায়দুনা অদুম শিল্পগদি নখোয় কনাদা ফূহৌগনি ? ”

মমাঙ ইথং থংনা লেপ্পিবা শিফাই মকোক্তুনা, মকোক্তগী তুবীদু লৌথোক্লগা অব্রাবদুদা শরূক য়াশিল্লগা ব্যবহারদা হায়রক্‌ই “ইমা, ঐখোয় ইন্দিয়ান আর্মিনি ।”

“ হাঃ! ইন্দিয়ান আর্মি ! ” হায়না অফিং-অফাইদা খংলাউ লাউরগা হরাওনা অরোইবীদা চোংখৎলি নিংখোতিন । চেল্লিল্লক্তুনা মমাঙ ইথং থংনা লেপ্পিবা শিফাইদুদা কোল্লগা কপনোক্তা চেনচূপ চূপ্পি ফংঙমদনা ফংবদুদা । অদুদগীদি মদু থাদোক্লল্লগা

খূয়ারোমদা লৈরিবা ত্রঙ্কদু ফাঙ্কৎলগা মদুদা য়াওরম্বা ফি ময়ামদু অমম্মত্তা ওইনা চিংথোক চিংথোক্তুনা হন্দোরকই । হন্দোরকপদা ঈকু কূশিল্লবা ফিশিংদুনা লময়ায়দু পূমচায় চাইরে । চাউরাং লাংবা ফি অমা মখূৎনা পায়রকপদুদগীদি মাগী থবক্তু লেপ্লগা মপাল্লোমদা চেপ্তোকখ্রে ।

ফৈরিবা পোলাংথোক্তু লামদুনা লৌথরগা, মতোন্দুদা মানা পুথোরকপা চাউরাং লাংবা ফিদু পুক্লিল্লগা য়ুংখৎলকই । ওহোঃ! মানা পুথোরকখিবা ফিদু ইন্দিয়ান নেসনেল ফ্লেগনি ।

ফীরান্দু মখূৎ অনী চঙদুনা নুংশিত্তা ফর ফর হাইরগা অরোইবীদা ঙমজবী থাদুনা কপ্লাওদা মায়কৈ শীন থুংনা ওন-ওন্দুনা লাউরকই " মোলচাম খুলসিগী মীওই খূদিংমক মফমসিদা খূদক্তা লোইনা লেঙশিনবিরক্লো । লাপ্লেন্নখিবশিংসু লোইনা লালহন্নরক্লো । ঐখোয়বু ঙাকপী শেনবিনবা ইন্দিয়ান আর্মি য়ৌরক্লে । ইন্দিয়ান আর্মি । নখোয় নখোয়গী অরৈবশিং পুনরক্তুনা খূদোল তম্নরো ... । ঐখোয় হিংলনিয়ে । মীওই খূদিংমক খূত্তা খূৎলাই অমমম্ লোয়নরক্কদবনি আর্মিগী বেরেকশিং শাননবা । .... লোইনা থোক্লরক্লো ..... মীকোক অমত্তা তেকপা য়াদে । "

মপান্দা লৈরিবা আর্মি ময়ামদু ফীরান্দুদা ওক্লিল্লগা সলামি পীনৈ ।

কদোমদগীনো খঙহৌদে, মূকথ্রুবী পাইবগুম পাইশিন্নরকই নুপা নুপী ময়াম মখূত্তা থাঙ, য়োৎপাক, লৈবাক হোন্নবা পোলাং, সম-নচিংবা পাত্র কয়াগা লোয়নরদুনা । অরাকপশিংদুগী মবক্তগী খরনা আর্মিগী মমাঙদা চঙলক্তুনা মখোয়না পুরকপা য়েরুম, য়েন, ঙানু, ওক, থবী, মাইবেল, চেঙ, মনা-মশীংদু কৎলবি । কৎলবা পোৎশিংদুতনা শূমাং ময়ায়দু চীংদূম মচা অমগুমখ্রে । ঙাইহাক্কী মনুংদা লুংখোলালগী ইংখোলসি মীনা চীক্লা চায়না ঙমদবমখৈ পৈররে । মখোয় মশেল অমগা অমগা ওক্লিন্নদুনা নুংঙাইবা ফোঙদোক্লে, মখূৎ শোক্লরি, মবোল মরৈ খঙদবা ঈশৈ কয়াসু ঙংনরি । নহা খবদি হরাওমনস্ত্রদুনা মথক্তা উপহন- লোংহন তৌদুনা মন ওন্দুনা শানবসু য়াওরক্লে ।

মখূত্তা খূৎলায় পায়বা শাফবা নহা খরা চঙশিল্লক্লগা শিফায মকোক্তুদা "মফম কদাইদনো কেম্প শাদৌরিববো ? ঐখোয় শেম্বা হৌরুরগে" হায়দুনা তকশিল্লকই । শিফাইশিংদু ঈঙক ঙকই । লোন ফাওনদে । লেঙসু লেঙনখিদ্রে ।

তাঙ্গাদুদা, খুনগী চিফ ঙমথং হাওকিপ্পা মীরক খায়দুনা চঙলক্লগা নিংখোতিনদা "ইবেম্মা, ঙরাং য়াঙ্গুন আর্মিনা তমথীনা ওৎপী নৈবিরম্লে হায়বা লুংখোলালদি উদেনা । ঐসু মখোয়না ফাদুনা পুরগা সহি পংলৌদা লৌরগা হৌজিক্তা মখোয়গী কেম্পদগী থাদোরকপনি । য়ূম য়ৌরুদ্রি । ইবেম্মগী ফীরান উরগা ময়েক শেংফাত্তনা তাবা ঝাহৈশিংদদুগী হরাওমনস্ত্রদুনা মফমসি য়ৌনবা হেক্তা চেল্লক্লবনি । ম্যানমার লাম্মীশিংনা মখোয়গী ময়েক্লা নমথা থাহনবা 'গোর্ভনমেন্ট প্রাইমারি স্কুল, মোলচাম' হায়না থাবা সাইন বোর্দতো নহাশিংনা 'ঐখোয়বু ঙাকপিনবা ইন্দিয়ান আর্মি লাক্লবনিনা' হায়দুনা চিংথরগা শেগায়হৌরে । ঐসু থাল্লমদ্রবনি । লুংখোলালগী পাউদুনা চেনমিন্নরকপা নুপামচা অমনা তম্লদগী খঙবনি । আ, অদো, লুংখোলালবু . . . ? "

মরৈ লেঙখিদ্রে নিংখোতিন । তবা তবারম্বা মায়থোঙদু পোমথানরগা ঙাঙশিল্লকই ।

য়াংগ্রবা মমায়দু লূমথরক্কুনা মশাগী খোঙবীদা নিশান তৌদুনা লৈপ্রে । খোঙবী মমাঙগী লৈমায়গী শরুক থরদুদি অসুম অসুম পাক্লা চোংথোরক্লি মথক্তগী তত্তনা তারকপা মহী অমগী দ্রোপ মচাশিংদুতনা ।

মাগী ব্রাহংগী পাউখুম নাপনা ফংদ্রবসু মমিংনা উরিবা দৃশ্যদুদগী পাউখুম ফংলমাল্লে ঙমথং, ব্রা অমত্তা ঙাঙদনা ইমুংলোমদা চঙখি । ইকান কান্নদনা ইমুংলোমদগী লুংখোলালবু তেংথাদুনা হৌনা কপ্পগী খোঞ্জেল অমা মীয়ামদুনা তারকই । ময়ামদু চেক মোক লাউনদে । মোলচাম খুনবু ঙাকপী শেনবিনবা শিফাই লাকপগী হরাও মথোয় কানরম্বশিংদু শ্বাই মাঙখিবগুম তৌপ্রে । চহীনা ননশিল্লক্রবা ঙমথংনা লুংখোলালবু থরেক-থরেক্লনা পোদুনা পুথোরক্লগা মীয়ামদা উংলৈ । মকোক্তা য়েংলকপা ফিদু মখূৎ নাম্মনা লাল্লগা অপীকপা শূমাঙদুগী ময়ায়দুদা তিংথোক্লগা থাই অদুগা মথ্বায় য়াওদ্রবা লুংখোলালবু তপ্না থল্লগা হীপহল্লি । লেপ্লম্বা অমনা চঙশিল্লক্লগা ফি অমনা অমুক কৃপশিল্লে ।

ফি কৃপশিন্দ্রিঙৈদা উহৌবা মুশুক-মুশুক মুনা থাল্লিবশিংদু উরগা, লুচিংলক্লিবা শিফাই মকোক্তুনা হংলকখিবা ব্রাহংগী পাউখুমদা ঙমথংনা, করম্না য়াঙ্গুন আর্মিশিংনা মহৌশাগুম নীঙায়দা লান্দারক্লম্বা, মখোয়না চাননবা চেঙ, ইন্সাং ইমুং-ইমুংদা চঙলগা লোইনা পুখিবা, ওক, য়েন, ঙানুশিংদু নোংমৈ চীন্দোন্দা মপুশিংদুদা ফাহল্লগা মখোয়গী কেম্প ফাওবা ফূ-ফূদুনা অমুকসু থিলহনবা অদুগা মদুবু থোং থাকহনবা । মদুবু মখোয়না শানৈ য়ুনৈদুনা চাশিন থকচিল্লগা অমুক ওক্সিল্লগা নিশা শানদুনা হেক হেক ফূবী চৈবিরগা থাদোরকপা হায়বদু মরীক চুম্না পাউদম্মী । অদুদসু নত্তনা য়ূল্লক্তা হৌবা ফজবা উজাউ কয়া মখোয়গী কেম্প শানবা নমদুনা যালহনবদা তুবক্তুনা য়ুম কয়া নম্বেক্তুনা থুদেকহনবা, লৈনরিবা য়ুমগী তিন ফক্তোকহল্লগা থিলহনবা, মদুদা য়াদ্রগনা ফূবা নৈবা, কাপথোকপা । অদুবু ঙমথংনা, নৌজরিবী নুপী কয়ানা ফংলিবা ম্যানমার আর্মিশিংগী অত্যাচারশিংদুবুদি মচীন্না ফোঙদোক্তনা মায়থোঙনা মমিংনা ইঙ্গিৎ অমতং পীরগা তোকথোকখ্রে । অদুম্না চম্থরকপা ব্রারী শীংবুনশিংদুগী শরুক অমা ওইনা ঙরাংসু চহী ৬০ শুরবা লুংখোলালবু উ-ব্রা হোলহনবদা অহলনিনা মপাঙ্গল শোঞ্জিল্লক্তুনা মঙম ইশান শান্দবদুদা মরৈ তৌই হায়দুনা অসুক তমথিনা ওংপী নৈবিরম্বদগী ঙসিগী দ্রামাগুম্নবা থৌদোকসি উরিবসিনি হায়দুনা মরীক চুম্না পাউদম্মী । মদুগা ঈরোয়ননা মানা মখা তাথরকই মদুদি হৌজিক্তি মফমদুদা ইন্দিয়ান আর্মি লাক্লবনিনা খুঞ্জাশিংনা মনীং তম্না শূজ নোমজবগী মহে মশানা ফংজরগনি, কনানসু মুন্দুনা লৌথিবা ঙম্নরোই । নীংতম্বা ইন্দিয়াগী নাগরিক অমনা ফংফম থোকপা হকতু ফংলগনি হায়না ফোঙদোবকপদা ময়ামদুনা "ভীক্তোরি তু ইন্দিয়া ", "ভারত মতাকী জয়" হায়দুনা হৌনা হৌনা লাউনরকই ।

মপূক্লিং নৌথোক্লবা শিফাই মকোক্তুনা মখূৎ ওয়গী খূবীগা খূদোম্বীদুগনা মমীত্তগী মপী তৈথোকই । অদুগা মতুংদা লৈরিবা শিফাই অমা ইঙ্গিৎ তৌদুনা কৌশিল্লি । শিফাই মচাদুনা মাগী মনমগন্দা পোরিবা নমখাউদু লৌথরগা মদুদগী চিঠি খাউ অনী লৌথোরকই । অদুগা ব্যবহারদা শিফাই মকোক্তুদা লানশিল্লকই । শিফাই মকোক্তুনা ব্রাউথাংনবা চিঠি খাউদু পায়রগা, মদু মাগী মচানুপা অতোনবা, কার্গিলগী লানফমদা লৈখিদ্রবা শহিদতুদা

ইন্দিয়া গভর্মেন্টনা থৌনা ফবগী স্পেসিএল এৱার্দ পীনবগী হুকুমচেনি। অদুগা অতোপ্পা অমদুনা মচানুপাদুগী পেন্সনগা লোয়নবা মরী লৈনবশিংগী ফংফম থোকপা শেনফমশিংগী চেক্লি হায়না শক্তাক্লগা নিংথোতিনদা লানশিল্লকই। অদুগা তিল্লিবা মীয়ামদুগী পাউখুমদি পীরমদনা লুংখোলালগী অশীবা মশাদুদা ইকাই খুম্নবগী সলামি অরোইবা ওইনা পীরম্লগা মমায় লৈরগা চংশ্রে মরী মরী।

খঙহৌদে কদোমদগী থোরকপা অমুবা থানো! থাদুগী থাবলদুনা তিলম্বা ময়ামদুগী মায়থোঙশিংদু লোইনা কাথেকহনশ্রে। ঙসাই পায়নরকখিবা মশা-মশাগী খুৎলায়শিংদু মখুৎশিংদুদগী পোশ্রোপ পোশ্রোপ তানখিবদু কনামত্তনা অশীংবা পীনখিশ্রে। খুজু খুনগংনখিশ্রে। মমিংশিংদুদগী তারকপা মহীনা থরুম্মনা ঙাঙলবা মখজাইশিংদুদা মরী মরী চেম্মরকলদুসু খুৎ অমত্তনা তৈথোক্লদে। শাংলম্বা মীৎয়েংশিংনা তেনশিল্লক্নুনা মশা মশাগী থম্মোয়শিংদা হুক্লিন্নরকই। চেক মোক লাউনদে। নাপশিংদুনা তাবা ঙম্লিবা হায়ববু ময়ামদুনা ফুনগংনরগা হোনঙমদনা হোল্লিবা অচৌবা খ্বরশিং অদুতা মঙায়রে।

অচীকপদু থুগাইরগা ঙসাই পীরম্বা চিঠিশিংদু নিংথোতিম্না ঙমথংদা লাল্লিন্নদুনা " তাদা, ইন্দিয়াতবু লাইনিং ওইশ্রবা অশেংবা ইন্দিয়ান মাগী কোফিন মনুংদা, ইন্দিয়াগীদমক শহীদ ওইশ্রবা মচানুপানা তানজরম্বা শেনফমশিংগী চেকসি হাপ্লগা, দিল্লিগী ইন্দিয়া ওইশ্রবা লৈমায়সিদা মাগী মথৌ মঙম পাঙথোকপিশ্রো। হুকুমচেদু লৈমায়দা তাদুনসু মাঙহল্লিংদে। নৎত্রগদি, শেনফমসি ফংশ্রে তাবদা ম্যানমারগী আর্মিশিংনা অমুক ওৎলরনি। কৈদৌনি, মদুদগী হেনবা ইপুরোইবা চংশ্রে। মদুবু ঙাকপী শেনবিগদবা কনা লৈহৌরি মোলচামসিগী লৈমায়সিদা ? "

ঙমথংনা থেমজিল্লদুনা " ইবেম্মা, ঙাইখো। হাখিনু। ঐখোয় মতম খরদংদি অৱাবা খাঙমিন্নদুনা খঙ্ঘমিন্নখিসি।"

নিংথোতিননা পেন্না কপথোরক্লগা "ঐখোয়বু ঈনখৎলক্লিবা নহাশিংসিগী করিমত্তা খল্লরোইসি হায়রিবরো ? খাঙবা য়াবমখৈ খাঙলক্লে, ঙাইবা য়াবমখৈসু ঙাইরক্লে। সিদগী হেন্না করি অমুক খঙ্দুনা কৈদৌঙে ফাওবা ঙাইখিসিগে ঐখোয়বো ? খঙবিগদবশিংনা খঙবিদ্রবদা অমুক ঙাইরুবগী করি অর্থবু লৈরকখিনি ? তাদা, ঐখোয়সিবু কনানো ? নত্তে, ঐখোয়সিবু কনানো হায়বা ? "

তাং ৩/৩/২০০১

# ... ৱায়েল্লোয় ?

পুর্ণিমাগী থাজনা, গুঙ্গাননা তঙৌরবী প্রকৃতি শুজিল্লক্লবী চনুরাগী লাইবক্তা গুাম্বোইরিবী বিন্দিগুম, অতিয়াগী ঈয়ায় তম্না মখুত্তা নৌরেল পায়দুনা হোন্দোরক্লি থৱাম্নিচাকশিংগী থরো-থরিকথা মরক্তা খায়-খায়দুনা নীঙায়বা লৈতনা ! শক্তি পায়বা মতমসিংগী অঙম্বা কনানা যৌজিল্লুবসু গুমদে, খান্নুবসু গুমদে। ওইবতাই মপু মাগী ওরদর !

গুমখৈগী মরমদা উংখৎনরিবা খুল অনীগী মরক্তা নীঙায়দনা য়াতারিবা পাক্-চাউরবা শানবৃংসিগী মচী অমদা, খুল অনীদুবু মহূৎ শিনবা ক্লব অনীগী মচীন তোঙবা যৌপুবশিং লৈপুং ফম্বগী এসেমব্লি গুাইহাক ওইরে হৌখিবা। মচীনবু তোঙলবা, ওইথোকপা য়াবা-য়াদবা খিদনা মীনা থাজহন্নবা হেক্তা গুাঙববু হৈরবদি চঙলকপমখে দেলীগেৎ ওইননবগী মিনিমম্ কালিফিকেসননি। দেলীগেৎ ফীসু লৌদে, টিকেটসু লৌদে। মদুগী মহুৎ মখোয়গী সভাসিমক্তা, মশা-মশাগী ক্লবশিংদুদগী, প্রজাগীদমক খল্লগা পাস তৌজবা সিত্তিং এলাউএল, তি: এ:, ডি: এ:, এল: এ: দি: এফ: তি মাউন্ট এভরেস্তগী খক নেমদমাল্লে। লাল্লবরা ? অদুগা অমনা, মচীনবু তোঙল্লবা, মনীংথোঙদগী হাল্লকপা মুক্কী কলমদুগী মচীন থৈবা হৈতবগা লোয়ননা চীনগা খৃংকা মান্নরবা মেম্বরশিংদি ভাবোক্কী অধিকারদগী হেন্না অতে খুদোংচাবা খক লৈতবগুম তৌই।

মংলগা লাকপা থোইবদি তিজোই মথকসি মাগী লোথকমনি তাক্লনবরা করিনো লোথক্লে। হান্না সেদুল তৌজম্ববসু, সেমিনার পেপরদি পাগত্রা নৎত্রগা পরোইত্রা হায়বদু হৌজিক ফাওবগীদি স্পিকরগী রুলিং লৈত্রি। মাঙদা থল্লিবা ৱাফমদি থাঙ শৎনরিবা খুল অনীদু পূম্না য়ানবা অমা পুরক্তুনা চান্ন-চিন্ননা অমুক লৈমিন্নদুনা মহৌশাগী তং-তাবা মহীংদুদা হিংগায়মিন্নবনি।

কারম ফাগ্রি, এসেমব্লি হৌবা য়াগ্রি হায়বসি স্পিকরগী রুলিংনি। মতাংসিদা ভাবোক ফানবা পি: আর: চলাইরুবসু য়াবা নত্তে। অদুদি কমদৌবা তারি ?

হাইফেৎ মকোকশিং চুংশিন্নরবা ভুংদা, মানা-মানা হকথেঙনখিবা, খঙজরুবা থৌদোক-ৱাথোকশিংগী ৱারী তকথনরক্কদৌরি। খঙবীরেদনা ! অয়াবা ঙাক্তেনি।

জেরো আৱারসিদা, মপান লমদা মতম কুইনা লাইরিক তমদুনা লৈরুরবা সনাথোইনা সাইন্স ফীল্ডন অমগী অঙক-অঙকপা ৱারী কয়াগী ন্যূজ্ রিল কাপথেকপ্রে। নাপগী মাইক্রফোনশিংদু মরেক মহাও কামনগ্রদুনা ভাবোকশিংদু মখনাউদা কাঙ পাইশিল্লকপফাও খঙনদবমথৈ ময়া কাখত্তুনা ৱারী মারিনরি, নাপ লৈহাও চেলহন্নরি। চরা অমদা চেঙ কে:জি: অমমম্ লৌখৎপা তোপ্পদি লৌবুক্তা লৌ শঙম অমগী লৌরী লৌথিন তকখায়রুরগা কারকপনিনা ৱারী তানা-তানা মনিঙ মমাঙ চিংদুনা অমুক্-মুকসু য়ুহার হারি। মদুগী ইপিসেন্টরদি নখাঙদগী ইঞ্চি অমগা মখায়মুক নোংচুপ্লোমদা চৎলগা ওইবা য়াই।

চাউতোন্না, ঙরাং শহরদা মাগী মমিৎ অমসুং মথম্মোয় পেলহল্লকপা ফিল্ম অমগী ৱারী চাকথোরকই। মথংদা অমুবনা ষণ শঙ্গোম শুমদুনা শেঙ্গাও চোম্ববগী, ভৌনোইনা কোবী থাবগী এনুএল ইন্‌কম্ ...। লোইবা নাইদে মখল মথেলগী ৱারী।

মথংদা, মীরৈবাক্তা লাইরিক তম্বনি হায়দুনা চৎপ্রগা নম্বর ফোরদা য়াওং ইল্লুরগা হল্লকখিবা, হৌজিক্তা গঞ্জানা নোংখাঙনরবা য়াইমা, ৱা-লান অমতা ঙাঙদনা ঙসাইমথৈ ৱারী রেকোর্দিংতমক তৌশিন্দুনা খিল্লম্বদুদা, মাগী পাল্লি ওইনা নান্দানবা ৱারী অমা মখুম হাংদোরক্লবা সভাগী মেম্বরশিংদুনা গৃ-গৃ তকশিন্দুনা ৱেলদা কোয়শিল্লকই। অদুবু বিরোধিগী প্রস্তাবতু য়াইমগী নাপদুনদি বোয়কোট তৌরি।

ময়ারক্রুবদুদদি "...অদুদি ঐনা ৱারী মারিরিঙৈদা কনামত্তনা কেসন আৱারগী খুদোংচাবা লৌশিনবিরক্কনু। নত্রগদি ঐসে মীফৃথীবা হায়বদু তাদৌরিবা" হায়রগা ৱারী মখুম হাংদোরক্লবা শেম-শগাইরক্‌ই।

মদুদা য়াইমগী মিহুন খঙবা ভৌনোইনা "নঙগী জাৎ-জাৎকী বিলাতি ৱারীদুদি তৌরক্কনুহে। সভাগী মেম্নর কায়নবা য়াওরক্কনি" হায়দুনা ৱামাঙ য়াম্ছোকই।

মমায় তাখৎলগা শুক্তোক্তুনা ভৌনোইদা ওল্লিন্দুনা য়ুশিল্লকই য়াইমনা "লীফাও লীগ্রিঙৈদা নঙনা হান্না ফৈজিল্লক্লবরা ? ফরে। ৱারীসে ঐগী ইহুৎ নঙনা ওইনা অদুম কখায়হৌরো" হায়রগা শচ্ খংৱাং ৱাংখৎলকই।

ময়ামদুনা "শাউখিনু, শাউখিনু" হায়দুনা স্টার্ট মুখৎনৈ।

ফী-ফী কামই য়াইমা শাউমনখিবনা। ঙাইহাক উন-ৱাইমুক চীক্লুরবৈ তুংসিদা "ফরে, ময়াম্মা য়াদ্রবনিনা ঐ ৱারী হৌননবা কাউন্-দাউন্ হৌজরগে" হায়রগা মখুৎ ওইদুনা মনাতোম্দু পায়রগা স্বর পুংফম য়েংই।

" ঐনা সহরদা লৈদুনা লাইরিক তম্লিঙৈদা নোংমা লাইব্রেরিদা ফমদুনা অকনবা অনী শেখনবগী লাইরিক অমা পাখি। অইবদুদি নীংশিংবা ঙমদ্রে। মদুদি মোইরাংগী গোল্ড মেডালিষ্ট -খম্বগা রামায়ণগী চেম্পিয়ন-ভীমগা য়ূ. এন. ও. গী ওলেম্পিক্কী

শান্নবুংদা, সিঙ্গল-সিঙ্গলদা ফুটবল মেটস অমা শেখননবা সিঙ্কী ব্রেক-সুইট্ অমমম্ শেংলগা এবেনা ময়ায়দা তোন্ত তৌননবা চঙশিন্নবক্কে । ... ”

সনাথোইনা মখোযদৌ গ্রিক-গ্রিক শাউগংপমখৈ ঝাবীগী মবক থংলগা ঝার্নিং ওইনা বেল খীংজিল্লকই “তুমিন লৈয়ুহে ! নাতে চাদবা । ঝাবী লীয়ু হায় হায়দুনবু, তবানিথোইশুবা সেঞ্চুরিদা মোইবাংদা লৈবন্দ্রা খন্দ্রগা, খৃ: পোক্রিতে আ: মমাঙদা অমেবিকাদা থোকখিবা অশেংবনিসু খঙদবা, ঝাবীনিসু খঙদবা মহাভাবতকী ভীমগা কদাই-কদাইদগীবু কোংশিন্নব্বগা শমজিন্নবকইনো ! ওইবসু য়াববোইদৌবদুদা ঝাবীনি হায়দুনবু ...! ”

সনাথোইগী ক্রিতিক্ক লোইফাংত্রিতেদা, যাইমনা ফুক হৌগংলগা, মখুত্তুনা সনাথোইদা মীসাইলদৌনা মমায় ওন্সিল্লগা “ ঐনা নঙোন্দা, নঙবু ঐগী ঝাবীসিগী ক্রিতিক ওইবিয়ু, বিভিউ তৌবিয়ু হাযনা অশিল তৌখিববা হায়বা ? ”

“ ইবুঙো খোইহী, চাকথেকপা ! নঙনা হাযদ্রবসু নাতে চাদ্রবদো ।”

“ সংসাবসিদা লৈবিতেসিবু লোইনা নাতে চাববা হায়বা ? তানিংদ্রগা হৌগংলগা কোক্ চংখিবা য়াদ্রা ? নঙবু চংখিবা য়াদে হাযদুনা কনানা নথক্তা সেক্সসন থমজিনপ্রবগে হাযবা ? তানিঙবা ময়ামসে অদুম তাজনি । নঙগী ঝাবীদা ঐনা ফৈজিল্লগা য়েংখিব্রা ?”

“ হাই কোক বেবা ! ঐগীদুদি সাইল ফীক্সন্নিনে সাইল্ ফীক্সন !”

“ ওঃ! ঐগীসু ঝাবী ফীক্সয়ে ঝাবী ফীক্সন ” হায়বগা মখুংও-মশাও জগোইদুম শাগংলকই ।

“ ইবুংঙো তুম্বা বেবা, মথা খবাব্, ঝাবা ফীক্সন হায়ববু লৈব্রনে ?”

যাইমদু সনাতোম্বদা মুন্না যেংলগা মঙক্ক ঙানু বিলাতিগুম নোঙ্গগা লেন্নবগুম্না কেঙশিল্লকই “ লৈদুনবু ঐনা লীবিসিনি ।”

খোন ঝাউখংনবকপদগী অনীদু পীশিন্নবক্কবদি ঈ খুদেং-লাই খুদেং তানবকপা তাবে খন্দুনা চহী খবা ঈনখংপ্রবা অচৌনা অনীমক শন্তাইদুনা সান্ধি তৌববদা য়াইমনা মাগী ওস্কাব এবার্দ, নোভেল প্রাইজ কয়ামকম ফংলকপসু য়াবিবা ঝাবীদু মখা চাকথবকই ঃ

“ .. ফুটবলদু মখোয়নীমক্তা খবা ওইওইনগদৌববনিনা মদু নত্তবা অতোপ্পা অমদা গোল্ড মেদল লৌখাযনবসি হাযনা ভোইজ্ ভোত্তা পাস্ তৌবে । অদুবু খম্বনা মৈতে মূক্ক া, ভীম্মা গদা তৌসি হায়দুনা অনীদু নাকল অমমম্দা লৈনখিদুনা লাইন্ ওফ কন্ট্রোলগী লৈই অমা মখোয়নিগী মবক্তা লৈবক্কুনা বাই তাবা ঙম্মদ্রে । কনাগুম্বা থার্দ পার্সন অমনা মোদবেটব ওইগে হায়ববসু মখোয়নিগী মকোক্কুদা চঙহন্নদে । লোটবি তৌসি হায়ববসু মণিপুবদদি মণিপুব সবকাবনা খিংপ্রবনিনা অনীদু ফাইনেল দির্সিজন লৌবা ঙম্মদ্রে ।”

অচৌনা ইহা হাদনা “ ইনাউ যাইমগী ভীমসিবু, মণিপুব সবকাবসু পনগুম তৌই । কবন্বা মখলগী ভীমদানোনে ?”

তোম্বনা কবিমত্তা লুনা খন্থকবা তৌদনা অচৌদা ওন্সিন্দুনা হায়বকই “ তাচৌ তুমিন লৈবোবা ! ঝাবী তোকপ্রনি । তাচৌবু মোইবাংথেম ভীমদুফাও খঙদ্রববা ?”

অনীদুগী মতৌদুদা য়াইমনা ফম্লপ য়েংলগা শাউরংননা " ঐগী ব্বারীসিগী কেসন এন্দ্ অলর শেল্লগা নোট ফোঙগদৌরিব্রা নবাম্নিবো ? "

মতাং-মতাংগী মিহুন মুন্না খঙবা তোম্বনা " য়াইমা, শাউরনু । ব্বারী নুংঙাইহল্লু। ময়াম ব্বা অমত্তা ঙাঙলনু " হায়দুনা হীপ জারিশল্লকই ।

য়াইমনা মাগী অশাওবদ্ মশাগী খুবামুংদা থমজিঞ্জবগা ব্বারী মখা তাথরকই " মখোয়নি চয়েংনরিঙেদা নুমিৎ তাশিল্লকপনা হানগদৌরে। শান্নবোইদৌ লৈরদি টিকেৎ হনবিরো হায়না ভাবকশিংদুনা হুইশেল খোংজিন্দুনা লাউশিন্নরক্লবদা মখোয়নি তাই-কুন্দোয়া কেরেটলা মশান্না অমদা হেক্তা শেগায়নরসি হায়না য়ানরদুনা জজ্ ওইহন্নবা ওফিসিএল অমা থাদুনা চিনাদগী ব্রুসলিদু খৃদক্তা কৌহল্লুরে । ব্রুল্লিসু এরোপ্লেন্দা চৎলবদি থেঙন্ননি হায়দুনা চিনাগী ইন্টর কন্টিনেন্টেল বেলেষ্টিক মিসাইলদুদা ভোংলগা খৃদক্তা অমেরিকা য়ৌরক্লে । "

চাউতোন্না ব্বাহং চফ্ অমা মাঙদা থাংজিল্লকই " ব্রুসলিদি দায়-শ্রদাইনে ? "

য়াইমনা মচীনবান্দু য়াথক য়াখাগী মরক্তা ওৎ থাজিল্লগা " চাউতোন, ব্বাবী লীরিবসি নঙলা ঐরা ? লৈশিল্লক্লনুকো । ফরক তানরোইসি নয়া য়ামাঙদো খৃৎশেমগীনা শিন্নিংদ্রবদি " হায়দুনা গ্যার শিনগৎলকই ।

" ব্বাবীনি হায়দুনবু কাঙলম চাদবা ঙাক্তা লীশিল্লগা, নাকোংসিদা এস্ত্রি তৌ হায়বা য়াদেনে । "

"ঐদি, খঙদে হায়জবদা, নখোয়না লীদবা য়াদে হায়দুনা নমদুনা লীহনবা নক্রো ? লীবু ঐনা লীনিঙদুনা লীব্রা ? হৌজিক্তি লীবা হৌকরবনিনা ময়াম্না তাবিদবসু য়াবোই " হায়রগা লেম্নবগী মতাগুম্ মশা য়াওনা মশোং ফল্লগা মঙক্তু চাউনোম নোম্মী ।

খোয়থুম্নরবা ব্বারী, থাউ তৈববা শক, চগেঙনবা ব্বাঙাঙ ... ময়ামদু থাজদনা অসুম-অসুম হেজিল্লক্লবদুদা, ঙাইহাক চোম্বরবদি মশামক নোং য়ুদবা সরকারগী য়ুমজাওদুদা হব্বাই অপুম্বা চারুনবগী অপাইবা দশাদু খৃদক্তা লাকপা য়াই খঞ্জরক্লুনা হৌগৎলগা, "গঞ্জা কক্লুম কক্ , খৈনি নোইগুম নোইরগা খাগী থোঙদা হাপ্লবদি নুংগী ফুরি ফগদৌবা মীতাসিসু স্বাইদা ইনক্ নক্লা লৈরম্বোইরে " হায়রগা, হাইবপ তীঙলী য়াঙলীবল্লগা থুনা খোংদোই হনগ্রে সনাতোম্বদু ।

পুম্নক্তু উরুরগা চায়নরকপা তাবে খন্দুনা অমুবনা ঈতপ তপ্না কিতক্তা হংগৎচরকই " তয়াইমা, হয়েং শঙ্গোম চরা অমা ইখোংনা থোংনা থিঞ্জরক্লে । মিহুন ব্বাংখৎনরক্লুনা ঈ চোংনদৌ শরুক তয়াইমগী ব্বারীদু মতাং স্বাইদা ইন্টরভেল থাদোকপিরো হায়ববু ...?"

" নঙসু অমুক য়াওশিল্লক্লব্রা ? কিন্না চুবাদা মচি ফেঙবসে নোয়োন্দা ঈচাউ থোকপনি । স্বাইদদি এম্বুলেন্স ফংদবনিনা যমনিংথৌগী পার্লিয়ামেন্টদা স্নিপর ওইনা ট্রান্সফর বিথ পোস্তগী ওরদর পায়বা তাবা ! তুমিন্না ফল্লগা নংগী তাফম থোকপা অদুম মতাও " হায়রগা মাগী ব্বারীদু অমুক মখা চাকথরকই, " ... অদুদগীদি, মোইরাং খম্বগী য়াউন্দ কিক্তা বামায়ণগী ভীমদু উংজা পুরগা শল্লগা তাই । জজ্ ওইরিবা ব্রুসলিনা ব্বান, টু, থ্রি ... হায়না

নীপানফাওবা কাউন্টিং তৌরকপদা, ভীমদু হৌগৎলগা ফাউন্দা, খন্নগী মনাতোন্দা বক-বক পীশিল্লক্লবদা খন্নদু মনাতোন্দগী অঙাঙবা মশী ৱা । অদুদগীদি ঈ কারবা খন্ননা মোইরাংশা ঈ-মেল থাদুনা হেক্তা কৌই । ভীমসু ৱাণা প্রতাপকী শগোল চেতক্ক ফেন্নতা পাউ থাদুনা খুদক্তা কৌখি । তাঙ্গাদুদা মখোয়নিগী অশাওবদু ভারতকী সুপ্রিম কোর্টনা স্টে তৌশিনখ্রে হায়বগী মেসেজ্ হেক্তা য়ৌরকই । অদুবু মদুনা ফত্রা হায়ববু অতিয়া পক্লা বাংনা মৈরীদু চাক্খৎনরক্লুনা মমীৎ মরীদু হেলোজেন বম্ব পাম্বা গাড়ীগী হেড লাইটকুম অমনা অমবু থৎলগা কাপশিন্নরকই। মখোয় অনীগী অশাওবদু এক্লন্দা ওম্থোক্লরকপা তারবদি সংসারসিনা দোশি ওই, সমক্রনা থাউ ওইদুন প্রলয়গী মৈরীনা চাক্লরনি হায়দুনা লতা মঙ্গেসকরনা ইন্দ্রনেত্তা নুংশিরবা শৈহেক্তা ঈশৈ অমা হেক্তা শক্চিল্লকই । মথম্মোয় অনীদু হাইরপ্ নৌথনরিঙৈ, চাইনিজ গ্রেট ৱালদু হনুমান্না ফুক্লরগা মখোয়নিগী মরক্তা থোক খিঙ্গিল্লে । অদুদসু নেম্থনরক্লবদুদা মখোয়নীমক্ত , অমেরিকান কমান্দোশিংনা ‘ইলেক্ট্রিক শোক তৌসি' ; শদাম হুসেন্নদি ‘অনীমক মুলা তৌসি ' হায়দুনা তোঙান-তোঙানবা প্রস্তাবশিং থাংগৎনরকই । মমৈথৎদা খন্ননা মোইরাংগী চাউবা নোংথোনবদা ৱায়েনহল্লি হায়না মশাগী মত ফোঙদোরকই । অদুবু ভীম্নদি মদুগী ওন্ন- তৈনবদা, অমেরিকাগী হ্বাইট হাওসতা সিনেটশিংদা খন্নহল্লগা ভোৎ লৌনহল্লসি নৎত্রগা তালিবান মিলিসিয়া কাংবুদা শিন্নথোকসি হায়না ফোঙদোরক্পদু রসিয়াগী মমিং চৎলবা পাউচে তাসনা কোট তৌদুনা ফোঙলকই । মতাংদুদা খোয়দৌ শাউগৎলবা, শানবগী জজ ওইবিবা ব্রুসলিনা তান-তানদুনা মাগী চকুদুনা পীশিল্লন্নগা ফ্রান্সকী ৱার প্লেন - তোর্নাডো তোংলগা বিচারপটি সোলোমোন কৌবা চৎখ্রে ।

মৈরীকপীদগী মৈজাউবী হৌই হায়দুনা কনামগুনা বিচার তৌবা ঙমদবদগী য়ু. এন. ও. গী সেক্যুরিটি কাউন্সিল য়ৌনরে । মখোয়নিগী মথক্তা শেন-থুমগী মরী পুন্না অথিংবা থম্লবা ভোৎ লৌনবদা পার্মেন্টে মেম্বর ওইরিবা অমেরিকা, ইংলেন্দ অমদি ফ্রান্সনা মোসন্দুবু শৌগত্তুনা ভোৎ পীরে । চিনানা ওন্ন- তৈনবদা পীরে অদুগা রসিয়াদি ভোৎ থাথখিদ্রে। সোমদনা খৎনবদু লেপ্লিয়ু হায়দুনা মহাত্মা গান্ধীনা মপান কাঙজেবুংদা মোরেগী ছাটিন অরাংবা অমা তুপ্লগা শিদ্রিফাওবা সত্যগ্রহ অন্দোলন চঙশিনখ্রে । অন্দোলন্দুবু থুগাইনবা ফাবা চৎলুবা অসাম ৱাইফলসকী কাঙবুনা গান্ধীদগী কন্ত্রিমেদকী পিস্তোল অমগা কাপ্পা য়াবিবা মরূ কুনগা লোয়ননা ফংই হায়দুনা আসাম এন্দ মণিপুর আর্ম স্পেসিএল এক্ট ১৯৫৮ গী মখাদা ফাজিনখ্রে । গান্ধীবু ফাখিবা মতমদা এরেস্ত মেমো পীরমদবদা নত্তনা লোক অপতা পৃং ২৪ দগী হেন্না থমজিল্লে হায়দুনা গৌৱাহাটি হায় কোর্টতা পি. আই. এল. অমা থাংগৎখ্রে । কোর্টনা আসাম ৱাইফলসতা গান্ধীবু খুদক্তা মনাক নকপা পুলিস স্টেসন অমদা শিন্নরক্লবা খঙহনখিবদা, আসাম ৱাইফলসতি অদুগুম্না মীওই অমতা ফাখিবা লৈতে হায়না কোর্টতা অমুক খঙহল্লক্লে । মসিগী পাউসিনা মণিপুরগী কাচি ন কোয়া পুন্না শন্দোকখিদুনা মৈরা পায়বীশিংগী অকনবা ঈরাং অমা লাক্লবা মতুং নুমিৎ হুম্নি শুবদা, গান্ধীদু, আর. ও. পি. চৎপা মখোয়গী কাংবুদা নোংমৈ কাপশিন্দুনা এন্কুস তৌরকপদা হন্দুনা কাপ্পবদা শিবনি হায়দুনা পুলিসতা শিন্নরক্লে হায়দুনা পাউচেশিংগী হেড লাইন্লতা ইনরকই ।

থাসু পৈথরক্লে, ফনা থেঙলম্লনি । ঙসিগীদি মতাং স্বাইদা ইন্টরভেল থারসি, মখাদি হয়েং অমুক লীথজরগে ” হায়রগা হৌগৎলকপদা মাগী মমাঙদা নাখোক্তুনা য়াতারিবা তোম্বগা অমুবগদা ঙায়রম্লে । নাক য়েং, তুংদা ফন্নম্বা মী তরা-কুন্দু অমতসু লৈরমদ্রে । ঙসাইদগী বারী লীরিবসু মথন্ত, তারিবসু মথন্তা ওইরম্লবদুদা খল্লুবদা মখোয়দৌদু বৃ-বৃ শাউগৎলিবদুগী মথক্তা মাগী শেন্দলদুসু নাম্মা পুবিষ্ণবরা করিনো থিবা খঙখিদ্রে । থিবা য়াবমখৈ থিরবসু ফংদ্রবদুদা চঙশিল্লক্তুনা, নাখোক্তুনা য়াতারিবা তোম্বগা অমুবগনা ননশিনব্রা য়েংনবা জগৎকী অকামপেৎকী ম্লোকমখৈ থীদুনা মখোয়নীদু হৌদোক্লকই ।

মমীৎ নোইর- নোইরগা তোম্বনা হায়রকই “ আই !, বারী লোইশিল্লব্রো ? করি মতাং য়ৌগ্রে ? ”

অমুবনা মমীৎ ফাক্লি-ফাক্লি তৌরগা হকাম লাওনা চল্লগা মোন্দ্রংননা খুন্নকই “মজাইবেম্মা থোইবী, কবোদগী লোই কারকগ্রে ।”

পাউখুমদুদা য়ানিংদ্রদুনা তোম্বনা মঙক হাইরগা হায়রকই “ ঐগী বাখন্দদি, পাণ্ডব মচিন মনাও মঙাগা কৌরব মচীন মনাও চাম্মগা শেল থানদুনা ছত্রং শানবদা কৌরবনা চামঙা চৎপীগী জালি নোট থারকই হায়দুনা ফার্স্ট বার্ল্দ বাব হৌরকখিবগী অধ্যায়দুককাক য়ৌরমদৌ মাল্লেবু ... ।”

অনীদুগী মতৌদুদা যাইমনা পৈনা য়েংলগা হংজিল্লকই “ নখোয়নীগীসিবু মী উশিৎত্রিবা হায়বদুরা ? য়ামাঙশিংদু নখৃৎনা পায়বগা হোসপিতালদা খোঙদোইবা যাম্না পাম্বগী বারা হায়বা ? নত্তে, পাম্লগনা পাম্বগী থবক চথবিগনিদনা ! ”

তোম্বনা তপ্পা-তপ্পা ফমশিত্তা শিৎচিল্লক্লগা অমুবগী মনাকোংদা লোন্না চীবোল তৌবে “ বোক্কু, মসিগী বারীসে মী খঙহনগনুকো । ”

“ করিগীনো ?”

“ লালহৌবগী প্রোপেগণ্ডা ব্রিংগা মরী লৈনৈ হায়দুনা আর্মিনা ফারোইদ্রো ? ”

য়াইমনা মনাক্তা চঙশিল্লক্লগা “ নখোয়নীগীসি ঐবু শান্নরিবা হায়বদুরা ? ” হায়না ঙংলগা “ য়োংমাই মানবা নমায়শিংদুদা বাউন্দ কিক্লা বক-বক পীশিল্লক্লবদি শল্লগা য়াতাদৌরিসি ঐরা নখোয়নিবা ? ইমার্জেন্সি কেন্দ্বেলটি অদুক য়াম্না ব্রেল কম তৌনু । ঐবু য়াম্না ফৃগনবা তানবা, শীন্দবনা ফগদরা খল্লি । ” হাযরগা চৎখিনবা তৌই ।

তোম্বনা অমুবগী পূক্লোপ্তুদা লোন্না তক-তক হোৎলগা “ তয়াইসে অকনবশিংগী বারী লীবদগী, মানদুম হেন্না কনখৎলমাল্লে ।”

অমুবদু থীক-থীক নোকথোরক্ই । অদুদগী তোম্বসু ।

চৎপা হৌরুরবা য়াইমদু মী উশিত্তবা মীনোকশিংদুদা অমুক দাইনেমুবদা লৈশিল্লক্তুনা, “ নয়া হিগত্তুনা য়াথীদু এদভর্টাইজ তৌনু । অহনবা শিন্দোক্লিংলবরো ? শক্তাশিংশিনসু ! খৃৎপাক্লা লুখমদুদা নানবতদা নমীত্তু ফক্লাংদা নপ্পুনিনে খোইহী নখোয়নীবো ! ‘য়া বক্-বক্’ কী শোয়ফদ্রবা ফলদি নশাগী ঈ-দুনা বাই তৈথোক্লগা নীঙায়দনা শল্লগা য়াতাবনি হায়বসি মতম পৃম্বদা কাউদবা ফৈ । অমুবা, নঙনা নোক্লিদু কবিগীনো ? ”

" অদুবুরো, তোম্বনা পূক্লোপ্তা তিক্রি' সুইটচ মেৎলকইবা ।"

তোম্বদা ওন্সিল্লক্লুনা, "নঙদি ?"

তোম্বনা " মানা নোকপদুদা ঐসু সুম রিলে তৌনিংলক্লিবা ।"

য়াইমনা য়ুংখৎলগা ফৈনা য়ান্সিল্লকই "নখোয়না নোক্লিবদুগী মরমদো ? মরম চারমদ্রবদি নশাদগী অহেনবা ঈ থাইদোকচনি ।"

তোম্বনা, " করিনো, ৱারীসু লীরিবা, হেরোসু কুপ্লিবা তয়াইমা নশানফাওবা খঙদদুনা ঐখোয়দা হংলক্লিবা মরমদুবু কনানা খঙদৌরিনো ?" ❦

এপ্রিল ১৯৯৮

# খন্থদবা

নিংথমথা অয়ূক্কী নুমিৎ মচেৎ মকায় অমা উরকপসিদা, শূমাঙ ময়ায়সিদা নুংশা য়াইরদুনা ইংখোল শারেং মহীদু হৈজিল্লগা বিরচান্না লৈঙোয় পেকপদৌনা চখোম চাউনা-চাউনা থাংগত্তুনা লৌখৎলি বাংথোই। সার্বিস অদুক ব্রেক লৈতে। অসুম্না, হৌজিক্তা চীংদুম মচা অমগুম পূম্বমদা পৈরম্বা বসন্তুদু শিং নালহনগ্রে। মশাগী অরূম্বদু কে.জি. অনীগুম্বা হেনগৎহল্লম্বা য়াই। মখূৎ মশা শেংদোকপা লোইরগা নুংশা য়াইদুনা মথংগী চেপ্তুর লৌথরি। মাগী নুপী অশংবীদি হোরেল মতাং মতম চাদনা মান-নুং থানিংলক্তনবা খরদং লৌখৎলগা মমায় নুংমাইদু পাউদর নুংদরনা মোরামোৎ তৌবা লোইগ্রে। মখোয়নি সহরদা চত্তুনা ফিজেৎ ফিরাং খরা লৈরূনবা শেম্মিন্নবা তুর প্রোগ্রামনি।

সোলার ইনর্জিদু চার্জ ফুল ওইরত্রা করিনো বাংথোইদু মকোল্লোমদা পাইশিল্লক্তুনা দরকার ওইবা মকূ-মরাঙনা মশাদু পেক্ট তৌশিনগ্রে। ঙাংশং ঙাক্তলবা মকোয় মরী-মঙাদং মনাতোন শূমাঙদা য়োক দাস্কী স্টাইল্দা য়াম্না ইকাই থীবীগী মপোক্তা হৌরিবদু মী কুরূপ-কুরূপ য়েংলগা খোঙ্গূপ কাপ্তুনা পালিস তৌশল্লি। তাঙ্গাদুদা " খেঙগ্রে, কয়াম বাৎলিবগে " হায়দুনা অশংবীনা চঙলকপদা খংবোই-পাখংপোই মকোই কাপ থারম্বা ব্রুজদু খংলং পাইথোকহনখিবদা খোঙনাও মপাদা চৎলম্বা মখাথংবগী শেল্লুংবীগী চহী মরীরোম শুরবা মচানুপা ননাউগী পীশূমদা হেক সেবা চঙগ্রে। চৈনাদু অদুম চৎনবা য়ারবরা করিনো, ননাউদু আঃ নূংগী যুগকী ফিজেৎ চাকচাগী মরমদা জগৎকী য়োকচৈ থীর-থীরদুনা অমুক হনগ্রে।

করিসু খঙদবা শারদুনা য়েংথোরকপদা, বাংথোইগী মায়থোঙ থম্বালদু অশংবীগী মীৎম্না অনীদুনা দর্শন হেক ফংবদা অশংবীদু মপূক্লোপ্তা কনানা তিংদাং-তিংদাং

হোংলকপনো খণ্ডদে, ৱাম্বু-ৱাম্বু নোকথরকই, মশাদু শিগ্রংদৌনা খপ্প-খপ্পদুনা ।

নোক্লিবা খুৎনোক চানোক্নী অবস্থদুদা ৱাংথোইনা মখোয়দৌ লংখৎনা " হাই ভৈরবী ! করি খুৎনোক্রো ? নগুগী সপ্তুদনিনে লক্ষ্মী দেবীনা মুমশিদা অতিথি ওইবিয়ু য়াদ্রিবসে । নোক্কে হায়রবসু নচীন্দু খুমজিল্লগা আ লেত্রিন্দা নোকউচো । খপ-খপ্তুনা নোকপদুদা অহাক্না নয়াদু পাইথোকপ্লবদি অমুক হাক্নদি লায়রদনা, উক্রোঙ শেগায়বা মানঙে হৌরিবা য়ামাঙগী য়াথক অনীদু কাঙখদগী শুমজিৎনা শীত্তোক্লগা থিনজনি । থোঙলোঙ্গেসে পঙথাপ থাপ্তেকো খণ্ডজৌ " হায়রন্নগা তৌফম খণ্ডনা তেলিফোন্দু দাইল উংই ।

" ঐনে । ... ঐফাও খণ্ডদ্রগদি তোকও । ... কৈসু লৈতেদা । চাক তোক্লকপগী চীন খা নুংঙাইনবা সুম পায়রকপনি । ... স্বব নমথিস্ত্রেদা । চীন শেংবিদ্রিবরো ? ... ফি রোল শেংপবুদি লোইজরে । ... বাঞ্চি হায়রিসিবু করি পোৎনো ? ... এঃ! , ঐদি কৈদৌবগী মফমদুদা চত্তোইবা ? ... ঙরাংদগী খংহেন হেঞ্জিল্লিবদি নং নশা নত্রো ? ... নঙ ঙসি এম্বুলেন্স্ তোংজনি । নচীন থীরিদো, নমায়দো তিল্লাংগী তরগেৎ ওইগেরো ? ... হল্লো, হল্লো ... " হায়না হঞ্জিন-হঞ্জিন কৌরন্নগা তেলিফোনগী মাউথ পিছতুদা মতীন থুই-থুই পুমঙে শীৎচিল্লি । তেলিফোন্দু খংথম থম্মী ।

মতৌদুদা অশংবী নোক্লম্বদগী চিংনরক্তুনা পাখৎনা " মসিবু ওক্লরক্লবজাৎলা ? নৎত্রগা চেল্লুরবজাৎলা ? ঐবু মাইবা অমা হান্না কৌহৌবনা ফগদ্রা? হোরেল সহরগী মীয়াম মরক্তুদা খয়োম-চবান চাগে, শন্দং চাগে হায়দুনা মতৌরক্লবদি ... ? "

ৱাঙাঙদুদা মখোয়দৌ হাক্কচরবা ৱাংথোইনা লমওক্লম ঙংলগা " মী উশিত্তবরা হায়ববু ওয়গী লমদাং ওইবী নঙ ঙসি নপামদা ত্রান্সফর ৱিথ পোস্ট চৎপা শোয়রোই । নত্রগনা যমনিংথৌগী পিওন ওইনা ওরদর থোকপা ! চোয়স্ , আইদর ওর ?"

নোকপা থিংলগা অশংবীনা " ওঃ খণ্ডঙে, লাকও । ঙাইহাক লৈরদি নিংথমথাগী নুমিৎসে কেনস্লনিয়ে " হায়রগা থোকপা হৌই । ৱাংথোই মখূৎ ওইনা মনাতোনগী স্বব য়েংই । অনীমক পুংফূন ! কান্নররোই খন্দুনা ওইগী খূদোম্বীদুনা ওইগী মনাতোন মখূন্দুদা থূম্না থিঞ্জিল্লগা শংতোক্লগা মোইবুং খোংবদৌনা কামই । কাম্বদা পাইথোবকপা বেরা মতূম অমনা কাপ নান্না থারবা মশাগী খোঙুপতুদা চঙজফম লৌখি । মীবক তাল্লক য়েংলগা ঙরাংতা হাপ্লিবা থোঙগী পর্দাদুনা শিং নালহল্লি । অদুগা ওঈগী মনাতোন মখুন্দু মেল্লগা থোঙ্গাল ফাওবা কাপথোরকই । তাঞ্জাদুদা অকপ্পা ননাউদু মমা শেল্লুংবীনা মখূৎ শন্নগা উমায়বীগুম, কদোমদগীনো খণ্ডহৌদে পাইশিল্লক্তুনা ৱাংথোইগী খূদাং তাপ পায়রে ।

খংচিং অমুক্তং চিংলগা " ইচাশিনা কদাইদা লাল্লি ? চুং ফীবাল চানা লৈজবিবা ইচাগী শীশূমশিনা নঙোন্দা চীক্লরবরা হায়বা ?"

করিসু থৌশাদনা ৱাংথোইনা বিপ্লাই পীরকই "হয়েং লৈশাবী ফাবক্লগা ফোয়নদনবা, আইব্রো লৈনদনবনি । আইব্রো, পাফোই লৈনবা শেন্দো ঐঙোন্দদুম হঞ্জিল্লক্রো, ভাবা ওইনখিগে ।"

মথম্মোয়দা ঈ থোক্লবা ননাউ মমানা ৱাংথোইগী মখূৎ ওয়দু তাপ ফারগা ফৃক্তৎনবা

হোৎনরদুনা " অদুদি ঐ মসে খোংবান ফুন্নরুরগে । ঘড়ী লৈনবা শেনফমদো ঐঙোন্দা দিগোজিং তৌরক্কবা ।"

ৱাংখোইনা মখূত্তু ফং কহোক্লগা " মীদি হোইরোংদে য়াগদ্রা ? শী য়াওদ্রদি ঐদি করিনা চামনি ? চামদ্রবদি নুংশং থুংলোইদ্রো ? নাতে চাদবা ! " হায়রগা চংখি ।

" হাই নঙ শানখিবা য়ারোই । ইচাগী পীশূম শিংলমখো ।"

মমায় ওন্সিল্লক্লগা " মমিত্তা লৌদদুনা পীশূমদা লৌরিবদো, নরাইবক্তু শাত্রা ঈংত্রদুম য়েংউ ।" হায়না শাউদুম শাউজিল্লল্লগা চেনচত্তা কাপথোকখি ৱাংখোই ।

উপাই লৈত্রবী ননাউ মমাদু মচানা ঙসাই থীখিবা শ্লোক ময়ামদুগী অৱাং অপা মেনখৎলগা নৌনা অমুক মকোক্তগী রি তৌরদুনা শাংলবা খন্দ কব্য অমা চীনফা থীথহৌরি।

সহর য়ৌরে । মতৈ-মনাও ফিরোল লৈদ্রিঙৈদা সিনেমা চারা'মা মমীত্তা ভীটামিন ওইনা থাকখিসি হায়নদুনা হোল্লোমদা কাপশিল্লে । কয়া হাউবা ফিল্ম নত্তবনা হোলদু হাওস্ ফুলসু ওইরমদে । মরমদুনা লূদুদা চঙলকপশিংদু মানা-মানা পাম্বা সিত্তা হেক্তা ফমগায়নদুনা মজা তৌখাইনরল্লী । বেরাগী চাল্লনি ।

সিনেমা হৌশ্রবা ঙাইহাক লৈরবফাওবদা মীদি চঙনরকপা লেপত্রি । নুপী অমা অমম্বদুদা মা-মাদুনা চঙলক্লগা ৱাংখোইগী ওয়গী সিত্তুমক্তদা নে তারে । ঙাইহাক তুমিন্না ফম্লুরবা তুংদা ৱাংখোইদা মিঠাই খরা লাল্সিল্লক্লগা " নঙ নহান নচীন থীরিবা করিগীনো ? অহানবা খঙনবা হৌরকপদা অদুম্না ওইদা পাদবনা ৱাহৌদোক ওইশিল্লক্লবদি মখাগী চেপ্তুর লৌথমিন্নহৌদবনা ফরদ্রা ? নুপা ওইরগা ঙাঙথোকখিবা ৱা ঙাক্লোয়দৌবা লৈরবদি ৱান প্লাইগী আলু ঈরোনবীদু ওইনা শেংলু অদুগা ৱাংখৈ ফিদুদি ঐ থোনবিরক্লগে । সেঃ, ঐনা পীরিবসে নঙোন্দনে । নহা ইওই ওইনা নাপদুসু ঙম্ভানা শোইরোম্লবরো ?" হায়রগা ৱাংখোইগী মখূত্তু কোয়মা মারগা মিঠাই মরী মঙাদু নমপী পীশিল্লকই ।

ৱাংখোইনা ইঙক ঙক্লা " ঐ ঙসিদি ঙম্ভানা হেক্তা ওক্লরেদনা ! ইবেম্মা, নঙ ঙসি মহাদেবগী শিষ্য অমা ওইনা নবুঙোদুগী সেবা কয়ারক্তি পায়রকই ? তূঃ সিনেমাদা কাপ্পরিবা নোংমৈশিনা পাঞ্জনি । নয়ুমদা হলহৌরো ।"

" কনবিনবা ঐগী ইবুঙো প্রভু নঙ লৈরিঙৈদা নোংমৈ মাদি তোকপু তোকখো, মীশাইল্ কাপশিল্লক্লসু কিবিগদবা নত্তেদা ।"

" ইবেম্মবু হৌজিক ডাক্তর/ মাইবা কনানদি হেক য়েংলি ? "

" ডাক্তরসু নহাক্লি, মাইবসু নহাক্লি ।"

" হাই! মসিদি ডীগ্রী য়ৌরেনা ! লায়েঙবদা খরা ৱারনি । ঐ অশ্বায়দা ফমহৌরুবনা চুমদৌ মাল্লি " হায়দুনা হৌগৎকে তৌরকপদা শকখঙদবীদুনা মখূৎ পায়দুনা য়াল্লি ।

ৱাংখোই উপাই লৈতনা অমুক ফমথরক্লগা " মচানুপী লৈশাবীশি সী লৈরে খঙলবদি ও. কে. তাদ্রিঙৈদা খরদসু লায়েংবিহৌদ্রিবা নখোয়গী শনবী-শনবাদুগী তুম্বাদুসু হিরিদিটরি ওইনা হোরৎলমদৌ মানশ্রেদা ।"

নুপীদুনা ওইনশল্লক্লগা " ঐনা ঙাওরিবসে ইমা ইপাননি খল্লিরো ? নঙনা ঙাওঙৈ

ঙাওহল্লগা । খঙজরে, হো যাদুগর ! ”

ব্বারীদু য়ৌশিল্লক্লবদুদা, য়েংলোমগী সিত্তুদা ঙসাইঙে তুমিন্না ফমদুনা ফীজংগী সিনেমদুদা য়েংদবমখে, ঈনক নক্লা তশেংনা শান্নরিবা ব্লাস লিলাসিবু শাংখেদুনা পুম্নমক্তুবু ওদিও অমদি ভীদিও পুন্না রেকোর্দিং তৌরম্লিবী অশংবীদু ফুক হৌগৎল্লগা “ নঙনা ঐবু ফিরোল লৈবিনি হায়না পুরক্লিসি অসুম্না লমলৈমশিংগী মমাঙদা ঐবু এদভর্তাইজ তৌনবগীরা ? ঙসিগী নুমিত্তা মহাভারতকী ব্বার দিক্লার তৌদবা য়াদে ” হায়রম্লগা হোত্তনা কাপথোকখি রোকেট লঙ্করগুম ।

ব্বাংখোইসু ফুক হৌগৎলগা “ সিনেমা ঙাইহাক্তা য়েংজগে তৌবসিসু নে তানা ঙাইহাক্তা য়েংবা ফংহল্লে । চত্তা চৎচল্লগে ” হায়রগা থোক্কে তৌরকপবদা মাগী ওঈরোমদা ফম্লিবী শকখঙদবীদুনা মখূৎ পায়দুনা য়াম্বুরগা “ কদাইদনো মৌদুগী মতুং ইন্নদৌরিদুবো?”

ব্বাংখোই, ঈদু বোইলিং পোইন্ট য়ৌরক্লবরা করিনো ব্বা মখা তাদনা নূংথং মানবা মাগী খূদুমদুনা নুপীদুগী মমায়দুদা সেবা থাজিল্লি । সেবাদু তরগেৎ ফজনা চুম্লুরবরা করিনো নুপীদু ফম্লিবা সিত্তুদা চেপ্থখি । অদুদগীদি মী ফূনরে হায়দুনা য়া-য়া লাউনরকপদুদা মৈ থানগৎলকই । ময়ামদু পুল্লপ কোয়শিল্লকই । ব্বাংখোই নো ব্বে । নুপীদুদি চৈনাদুগী মথক্তা ইকাইবনা ফীগা থারগা মখোঙবীদা নিশান ! তাঞ্জাদুদা চঙশিল্লকপা নুপা অমনা “টিকেটনা ঐনা কক্লগা ইয়ু. এফ. ও. গী নুপা অমগা য়েংঙে য়েংখাইমিন্নরগা হৌজিক্লা মীৎলু পিরাং ঈহৌরক্লবদি হোলিরুদকী ফিল্ম সুটিংদা কনানা বেন তৌশিল্লক্লে ? দ্রৌপতিগী মমায়সিসু খোইরা য়ানবোইরে ? ফজরে । য়ুংশিল্লুবদগী বোরনেৎ য়াওদ্রবা শক্তিমান্দু মঙায়রে । ”

নুপীদুনা ব্বাংখোইদা মুন্না য়েংলগা “ আঃ ! ঐনা ঙসাইঙে রামায়ণগী ব্বারী মাবিশল্লুরিবসিদি হেরো ওন্নরম্লেদনা ” হায়রগা কপ্লি-কপ্লি নুপাদুগী মরুমদা লৈশিনখি ।

মীয়ামদুনা থাদোকপিরবদা হোলদগী থোরক্লে ব্বাংখোই । ধীরেন্না মাধবী থিবগুম থিরক্লে অশংবীবু । অদুবু অশংবীদি কহাঁ ?

অশংবীনা চৎলম্বা য়াবা মফম খূদিংমক ঙাওদা ঙাওবা অঙাওবগুম চেনচৎ চত্তুনা থিরি ব্বাংখোই । অসুম্না থিরিঙৈসিদা তুংদগী নুপা অমনা য়াম্না মনূং হকচিন্না খঙনবগী তোন্দা “ ভায়, কদোমদনো অদুক থুনা ? ”

ঈঙক ঙকই ব্বাংখোই । মখা তাবা ঙমদে । কনাদনো য়েংই ।

নুপাদুনা করিমফাও কোইদনা “নঙ, ঐবু কাউরবরো ? নয়ুমদা কয়ারক হন্না চামিন-থকমিন্নখ্রবা ঐবু কাউরদি নঙগী ব্রেনগী মেমোবি সেলদু য়াওদ্রেবু ! ”

“ অদোম্বু ? ”

নুপাদুনা য়াম্না তম্বুনা “ নঙসিদি ! কৌরুবা ঐ ইকাইরক্লদৌরে । ঐ চৎলগে ।”

“ ঙাইখো । ঐখোয়নিগীসি, মঙদি নত্তেকো ! ”

“ তাইবংনিনে তাইবং, পিওর তাইবং ! তূঃ! নুমিৎ থোকিলসে অতিয়াদনি । ”

মদুফাওবদা খঙদ্রবদি অমদুনা য়াম্না ইকায়খ্রনি হায়দুনা “ ওঃ ! খঙলে-খঙলে । নীংশিংলক্লে ” হায়দুনা শমজিল্লে । তশেংনা খঙখিবদি নত্তে ।

নুপাদুনা মখা তানা হংলকই "নঙনা অসুক থুনা হোংলগ্নিসিবু ? "

ব্রাংথোইনা, থোকখিবা থৌদোক খুদিংমক্তু এ টু জেদ রিব্রিন্দ তৌথোক্লে । মদুদা নেমতক তৌবা নুপাদুনা য়াম্না নুংঙাইতবগী কান্তিং অমা মমায়দুদা শো তৌরক্লগা " অশংবীদি সোমদা য়াম্না ফিংনা মরাখোন রেসতা কাপখিবা উহৌই " হায়দুনা গলি অমদা মখুৎ থিন্দুনা তাকই ।

নেমতকপা নুপাদুনা তাক্লিবা মায়কৈদুদা মখোয়নি প্রপ-প্রপ লাকমিন্নে । খরা চৎলগা নলাগী মচী ওইরগ্না চেনা য়োম্বা ময়োম অমা তাবা থেংনৈ । মবান্নিনা নকশিল্লক্লবদা মখোঙ মন্নাদগী মুটিয়া অমনা ময়োমদু তাপ খুল্লগা হোত্তুনা চেনখি । নেমতকপা নুপাদুনা তান্নদুনা ফারগা ময়োমদু লৌই অদুগা মচী খরা হাইদোক্লগা য়াম্না লোম্না য়েংই । ব্রাংথোইদা খুনীংনা লোম্না থিল্লগা শেল মপুন্নি হায়না খঙহল্লি ।

ঈশ্বরনা মাগীদমক পীনবিরবনি, চান্ নানথোকহনখিবা য়াদে খন্দুনা করম্না চলাক তৌরগা লৌসিগে হায়না ব্রাখল থাথরকই ব্রাংথোই । ময়োমদু লৌরগা মীংয়েং থাজিল্লি । বন্দল নীপান্নি । ফনা লুম্মে । মদু পুন্না ইমুংদা পুশিল্লবদি ভৈরিবীগী শগুদা চংগ্রবী মখোয় কৈনোদু সতীগী কেরেক্তরদা মোদিফাই তৌথোকহনবদা নো প্রোব্লেম ।

নেমতকপা নুপাদুনা ব্রাংথোইদা মুম্না য়েংলগা " ভায়, নঙনা অদুক মুম্না ধ্যান তৌরিদুবু নখোয়গীদুনা অদুগুম্বা শেনফমককাক লোয়নখিবরা হায়মী ? "

ঙসাইঙে অমম্বা সংসারদা লন্দ্রাংনরুবদু নেমতকপা নুপাদুগী ব্রাহংদুনা মঙাল অমা কাপশিল্লক্লবদুদদি মঙালদু ফাজিন্নবা " অদুনিনে ঐনা নীশিংলিবশে । মানা পুথ্রিদু ...মপুন মশীং ... নীপান । ... লুপা লীশীং নীপান । "

নেমতকপা নুপাদুনা " অদুদি, মুটিয়াশিগী অব্রামল ওইনা লুপা চামঙামুক্তং সেক্কসন তৌবিগ্রোদনা ।"

ব্রাংথোইনা লুপা চাম্মা চংপী মঙা পীরগা মখোয় অনী চঙদুনা মুটিয়াদু থেল্লগা থাদোকখ্রে । মতুংদা মখোয়নি নুংঙাই-নুংঙাইরবা বিলাতি ব্রারী কয়া শার-শারদুনা নানদানবা হোটেল থিবা হৌরকই ।

হোটেল ফংলে । মথীক, কলেজা, মফৈ, অঙৌবা, অতাওবা ... কৌ কৌদুনা লৌখৎমিন্নে । অসুম থনগৎলকপনা খৌনাউ য়ৌগদবা ইঙ্কিমুক্তা ঙায়রক্লে । চহস্মুক্তি তরম্বা য়ারে । মায়থোঙ অনীমক মশেক মঙাল ফাওই ।

মখুৎ শেংদোক শেংদোক্লা ব্রাংথোইনা নুপাদুদা হায়রকই " অসিমক্লা ওইরে মানা মুটিয়া ওইদুনা লৈরিবসে । নঙনা হৌদোরক্লমদ্রবদি মুটিয়াদুগী অদুম ওইগ্রদৌনি । অসুক য়াম্বা শেনফমসিগী মহুৎ ঐনা শেন খর পীরগা চবান থাদোকখিবদগীদি ঐ কয়াম নুংঙাই ! মুটিয়া হায়বসিদি মুটিয়ানিদনা । মখোয়দগী হেন্না পঙবা জিবসি সংসারসিদা লৈরমখিগদ্রা ? "

নেমতকপা নুপাদুনা নোক্ল- নোক্লগা খুল্লকই " অপঙবা মীওইশিংদি অশীংবশিংগী মচীঞাক্লি । অদুগা অমনা, অশিংবশিংসিসু খরা হেন্না শিংবা খরনা অমুক চাবনি । দারবিনগী 'সরভাইভেল ফোর দ ফিত্তেস্ট ! শেনফমদু তরেৎ নীপান্দি ওইনিনে ? "

ৱাংথোইনা মঙক নোল্লগা "উম ! অদুন্না ওইবা য়াই ।"

"মদু, নখোয় মূমদা চৎলগা জ্ঞান তানা য়েন্নরুরসি । নঙগী অতোপ্পা শেলককাক য়াওরিব্রা ? দুকান্দগী পোৎ শোংপগী খজিক্তা শিংদোক্লমখিগে ? অদুগা নখোয়দা মঙা তরানি লৈথোক্লবা য়াননবা ছত্রং পো শীল্লমখিগে ।"

"অদুগীরো ? মপুন অমা হেক্তা পুশ্রো করিনো" হায়দুনা নুপাদু থাদোকখিনবা ৱাখল অমুক থাথরকই । নুপাদু চৎপু চৎপ্রবদি হেক্তা ময়ুম য়ৌনবা হেক্তা হোক্তুনা চেল্লগে সিনি ৱাংথোইগী ৱান এন্দ ওনলি ৱান খোথ !

"য়ামদে চাত্রেক্তনি । মপুন্দু ময়াম মাঙসিদদি সো তৌরক্কনু । মতমসি মী ফংত্রেনে। ঐনা হায়বদি নঙগী পোকেক্তগী তোঙানবা শেনফম ?"

ৱাংথোইনা ফূরিংখাউদগী লৌথোক্লগা লুপা চাত্রেৎ থীরগা পীশ্রে । অদুদগীদি নুপাদুনা "থুনা হল্লক্কে । ঙাইহাক্তংদদি ঙাইরম্মু" হায়রল্লগা চৎশ্রে । মেনেজরগী মনাক্তা চঙদুনা অতাবা লুপা ২৭০ দু থীদোক্লল্লগা ঙসাইগী নেমতকপা নুপাদু লাক্লিবৈদা শেন ময়োমদু পায়রগা হোটেলদুদগী শ্বায় !

অসুম লাকপদা ৱাংথোইনা খল্লি মদুদি ঙসাইগী মুটিয়াদুদগী মসিগী নুপাসিনা য়াম্না হেন্না শুজনৈঙে পঙবজাৎনি । হৌজিক্তি অসুক য়ামগ্রবা শেনফমসি ইথক্তগী কল্ডদিদা ... হায়রগা মথক্ত মোমোন্নজে ।

অহল লমন খঙহন্দনা, শেন্দুনা মতে মনাও চাওথোকনবগী আশাদা য়ুংদুনা লাকখিবনা ময়ুম য়ৌখিবা খঙহৌদে । মোমোন্নদুনা থোঙ্গাল কাপিল্লকপদা মাগী কৈনো অশংবীনা চীক্কদবগী ময়া কাথোক্তুনা কাওনয়েনগী স্তাইলদা মশোঙ ফল্লগা ঙাইরল্লিবদু উবদা মখূৎ মশানা লোন্না ইঙ্গিৎ তৌদুনা শেল ময়োমদুদা এত্রেক্সন পীশিল্লি । অদুগা য়াম্না শান্তিদা অশংবীগী মাইক্রফোন্দুদা চীরোলশল্লি "ৱাংখৎলকখিনু হায়বা ! ময়োমসে লক্ষ্মী ঙাক্তনে। কাউন্ট তৌরুসে লাকও" হায়দুনা অশংবীগী থম্মোয়দুবুসু হাজেক তৌই ।

খবর চেনা য়োল্লগা পুরকপা শেন মপুল্লিংদু উবদগীদি তাইগর স্তাইলদা লৈরম্বী অশংবীদু সতী স্তাইলদা ওম্বোক্লগা ৱাংথোইগী মনাক্তা চঙশিল্লক্তুনা মরৈ কোন্না কেথদুনা কদাইদগী কমদৌনা ফংলকপনো হায়দুনা হংগৎলৈ ।

ৱাংথোইনা ৱারীশিংদু মীদুনা তাহল্লবা তুংদা মখোয়নি নোকমিন্নদুনা শেন্দু করম্না চাওথোকহনশিগে হায়না পায়খৎপা য়াবা প্রোজেকশিংগী বজেদ ইস্তিমেট হোৎমিন্নরি ।

শানরিবা দ্রামাগী সো অসিবু ঙসাইদগী থোঙনাওগী পার্দা মরুমদা লেপ্তুনা লোন্না ভাবক ওইরল্লিবা ৱাংথোইগী মপা চাউথোইনা য়েংবা লোইরব্রা করিনো হৈনিংদনা ডি. ও. তারগা থোকখি । অদুগা কোইরগা লাক্তুনা মাঙ্গোলদগী নৌহৌননা খৌদেল্লকই । খোঞ্জেলদু তাবদগীদি মূরূম-মূরূম শোম্নরম্বা অনীদুগী ৱারীদু ইন্টরভেল জেং ... ।

করিসু খঙদবা শারদুনা চাউথোইনা "ইবুঙো, নঙগী মনা মথূমককাক মহী হোল্লিবরা? পেলনগী শেনফমসিনদি মীগী শেন্দোই ফাওবা হনবা কোম্নশিল্লক্ত্রে । হন্দক নঙগী লুহোংবদা তাখিবা ওভরড্রাফসি খরদা ওইরবসু কূপখৎনীংইদা ইপাবু ।"

মী পা অনীদু লোন্না ইমুংদা ঙাইহাক নৈনরবা তুংদা ব্রাংথোইনা য়ান্নদবদগী মপুন অমা পীরগা লোই থাদোকল্লে মপাদো । অদুগা সোমদদি শেল পীথোকখিবগী মরমদা ঈ শাগৎনহৌরি ।

কুইদে, চাউথোই তনহন হল্লক্লগা ব্রাইরে " নখোয়গীসিবু, নত্তে, ঐবু শান্নরিব্রা ?"

ব্রাংথোইনা মাগী পীদা ঙংখৎলকই " ঐনা ঙসাইনা মপুন অহুম পীখিসি হায়ব্রো ? মসে মহাবেরাগী অহন্নি হায়রে ঐনা ।"

মমীত্তু মমায়দগী ইঙ্খিমুক ইল্লোক্লগা " করি ? অমনা পেন্দদুনা অহুম্না শান্নগে সীনিনে ঐবো ? য়ুম্বাল অনৌবা চাইহৈদে হায়বা আইন কানুন লৈতবনিকো ।"

অশংবীনা ইঙক ঙক্লা " কৈদৌরগে ইকুবোক ?"

পৈনা শৃক্তোক্লগা " কৈদৌরগেসু হংলিনে ! চে মপুন অমদা তরা চৎপী অনীনা মথক মখাদা ফাজিল্লগা লুপা লীশীং শাদুনা নকুবোক ঐঙোন্দা শান্নশল্লগা কৈদৌরগেককা হংলিয়ে । মকুনা মমৌবু কোয়শিল্লিবা ব্রেকেটসি মতেক-মতেক পাইখিনিসে ।"

" হায়রিসিবু ! "

ইঙক ঙক্লা ব্রাংথোইনা " করিনো নঙনা পাবগা অহং খুদমগী ফুটবল অমা দ্রোদা পঙকাওদা কাওনরিবদুবো ? দিফেন্স তৌরুনু । পেনালতি কোর্নরদো পীথোক্লগা ব্রিন্নর ওইহনখিবা য়াদ্রো ? "

শাউনা " হো ইবুঙো টুরনামেন্ট ওরগনাইজর, নঙনা হন্দ্রেৎ হুনবিবা অঙকপা খুদমগী মতুংদা ইন্বা কোমাদো " হায়রল্লগা খল্লাংচাকতৌনা ইমুংলোমদা পাইশিনখি অশংবী। অদুগা ইমুংদগী ঙসাইগী লেমহৌবা শেন মপুন তরেত্তু পুথোরক্লগা রবর বেল্টনা ফারিবা মপুনশিংদু থুগাইরুবদদি লুপা তরা চৎপী অনী অনীনা থক খাদা ফাবা চে ঙাক্তা ওইবল্লে । অদুদগীদি " সীদি নতূদুদা পীরুরো" হায়রগা সৃপখোম খোল্লগা ব্রাংথোইগী মমায়দুদা নৌনা লুহোংবগী লৈ চাইরকই ।

ঈঙক ঙক্রুবা ব্রাংথোইনা ময়াদু চাউশায় শায়রগা " ইতূনি হায়দুনবু নঙোন্দা পীরিদুনি । সীবু কয়াম কায়রবগে ? "

ব্রাঙাঙদা বাউন্দরি লিমিৎ লান্নরকপদুদা চাউথোই মনা তাথীবা শাশিন্নরগা লেঙথোকখি । অদুদগী অশংবীনা ঙসাই শাখিবা লানবন্দু খুদক্তা শঙ্গারগা ব্রাংথোইগী মথক্তা ব্রার দিক্লিয়ার তৌরকই । লেঙথোক্লুরবা মপা চাউথোইসু গন গ্রুপ লীৎলগা আর্মর তোংদুনা থৌজিল্লক্লুনা অক্রেমন তৌবা হৌররে । জয়ধনিগী আশা উদ্রবরা করিনো ব্রাংথোইদু লান হৌদ্রিঙৈদা অঙৌবা ফীরাল হাইগৎল্লে ।

মপুন নীপাজগী লুপা ১৬০ গা লুপা ৫০০ +৭০০+২৭০ =১৪৭০ গা শিন্নবিরক্লবা ব্রাংথোইনা ঙসাইগী মুটিয়া অমদি নেমতকপা নুপাদু মমিত্তা সিনেমাদৌনতা উদ্রে । মখোয়গী ব্রাহৈশিংদুনা মনাকোং চক্রদুদা ঈ তাবমখৈ য়ৈশিল্লরে । খ্বাইদগী পঙবা মীওইদু তেলিস্কোপ নৎত্রগা মাইক্রোস্কোপ য়াওদ্রবসু উরকই মানা হোত্রোং হোনা ।

" ইকাইবা + শাউনিংবা = শিনিংবা " হায়বা ফোর্মুলাসি এপ্লাই তৌশিল্লক্লুনা

ঈমুংদা প্রপ-প্রপ চঙখ্রে। থোঙজিন মপান্দা লৈরম্বা থোঙলোঙ্জেদুনা ইলেক্ট্রিক্কী সুইটচ বোম্নতুদা ফাক-ফাক শীশিন্নগা পূমতোয় তোইনা ফজহল্লি। চিংহল্লগা শিননবনি হায়দুনা তরাগী মচীন অনীদু তাপ-তাপ পায়খ্রে। ওহোঃ! শিবদা তাগ্রে ঙ্গাংথোই। অদুবু অবাবদি লোদ শেদিংগী নুমিৎ থোক্রমদুনা ইলেক্ট্রিক্সু চিংবিদ্রে। শিজরগে হায়বদফাওবা মায়থীদুনা শিবা ফংদ্রবা ঙ্গাংথোইনা মশাদা কারক্লিবা হুমাংদু তৈথোক- তৈথোক্লা মতীন য়োংথদুনা মথং স্তেপ্কী ঙ্গাখল লৌথৈ। খনবা য়াবমখৈ খল্লুরগা মমৈথংদা উপাই অমা ফংলে। উমঃ! হন্দমুক্তী শোয়নীংঙাই সূক্লে লৈত্রে। মমাঙঙৈদা মানা লৌদা তীন তাবগী চাইবদা লেমদুনা থমজিনখিবা লৌহীদাক্তু নীংশিংলক্লে। কোইথি থিরে, ফংদে। কদাইদবু লৈম্রবজাংনো? ওঃ মমৈথংদা কাচিন অমদা মিরাং ঈকা কানা লৈরম্বদু থেংনরবদা খংনুং নুংঙাইবা ফাওই মথম্মোয়দা। নীংবা থুংলনি মতাগুম মথম্মোয়দা ভ্রমণেন থীনগংলকই। মনাতোম্না শেন্নাফোন থোংগংলকই। মথুম ফং হাংলগা ময়াদা অমুক্তংদা লোইনা হৈজিন্নগা গুৎ লাউনা য়াউম অমুক্তা শীক্লিদু পূমহাঙ হাঙহল্লি। জ্ঞান তানা ফক্লাংদা ঙাথদুনা ধ্যান তৌবা হৌরকই। হৌজিক্ মকোক ঙাওবা, মবুক চাকপা হৌরক্লে। হন্দমুক্তী ফজনা পানবা হৌরক্লে। শোয়ররোই। মমশিন্নক্রবা মতমসিদা হূগী মৈচাক খাঙনা খাঙনা মপা অমদি নুপীবু অরোইবা বিদাই শীরকই মথম্মোয়দা তুমিন্না। উরকই মমিত্তা হিন্দি ফিল্মগী বেদ মানবা যমনিংথৌ। অদুবু খেংনবা অমদি, মহুরাজসিদি মোবাইল ফোন পায়দে, মাগী সেক্যুরিতি গার্দশিংদু নোংমৈগী মহুত্তা থাঙ তেন, তা গদানচিংবা আ চাওখৎত্রিঙৈ মতমগী খূৎলাইশিংতমক পায়। মারুতি, এম্বেসেদর, জিপসিগী মহুত্তা ইরোই তোংই।

অসুম্না ঙাইহাক লৈরকান্দদি ঙাওরম্বা মকোক, চাক্লম্বা মবুক লোইনা পূমফ ফরক্লে। করিসু তৌদবগুম্লে। নৌনা ওইরক্লিবা মওং মতৌদুদা ঙ্গাংথোই, মশাদা চিংনবনা পূমকোয়! অহং খূদমগা (?) অঙক খূদম (!)গনা তুম্বাদুদা চন্দবমখৈ পাইশিন্নকই। লান্নগা শীক্লীদু থাংগত্তুনা তৈরিবা অমোং অকায়দু মথূংনা নাচ্ছোক্লগা লেভেল থারিবদু পারম্বদা পোইজন হায়না থাবদু অদুম মউই। অদুবু মখা তানা ওন্দুনা য়েংলুবদদি এক্সপ্যারি দেথতগী চহী তরামুক হেল্লবদুম ওইরম্লে। শিবা ঙম্নরোইদ্রা খল্লুবদা থোইদোক্লা মথা শাগংলকই ঙ্গাংথোই। অদুবু এক জবান ঙাঙবা মীনা শিননবগী ঙ্গারেপ লৌশিল্লুরবনিনা ঙসিগী নুমিত্তা শিহৌদ্রবদি বহুৎ জবান ঙাঙবা মতমসিগী মন্ত্রী ওফিসারগুম্না মীদা নত্তনা লাইনফাওবা ঙাক্লনবিগ্রগনি খল্লুবদা মশানা মশাদা ইকাইজবগী চাংসি এক্সেলরেসন কারকই।

অদুদি মহাক হৌজিক করি তৌবা তাই? খনবা য়াবমখৈ খল্লুরগা খনফম খঙদনা মপান্নোমদা থোরকপদা নুমিদাংগী থাউমৈগী মৈঙানগী মরুমদা থৌরী মকোন অমগী মরুম তারিবদু ময়েক শেংফাত্তনা উই। উমঃ লাইনা মাগীদমক শীনবিরবনি খন্দুনা থৌরীদু লামদুনা লৌথরগা থোঙ্গাল তম্না রেং ...।

থোঙ্গালদা হৌরিবা কোনবা থুংদঙে চাউবা অচৌবা হৈনৌ পাম্বীদু কোন্দুনা কাখংলি। লফুগুমই। অদুবু, অরোইবী থাদুনা হোংনবদি লেপ্তে। য়াম্না হৈথোই শিংথোইনা ফনা ঙ্গাংনা কাখংলক্লে হায়দুনা মথন্তা চাউথোকচে। অদুবু উ কাবগী হৌনবী মখোঙ কম্নাক মরী নারত্তুনা তিংথোক্লুবদদি মখোঙ খূনিঙনা লৈমায়দা দক! মখোয়দৌ শাউগংমনগ্রদুনা

কিন্না উ পাম্বীদুদা থিনগে হায়দুনা কোল্লিবা মখুত্তু থাদোক্লবদা লোংনা হাইথরক্তুনা লুখন্না লৈমায়দা চুপ্পুই । ভ্জান মাঙলগ তৌই । মদুদা মহাক পেন্তক তৌই । নাবা ফদোকপ্লবদা হৌগৎলগা অরোইবী থাদুনা হৈনৌ পাম্বীদুদা কাওশিল্লি । হৈনৌ পাম্বীদু শোকপগী মহুত্তা মখোঙ খোঙশা অহুম পুল্লপ য়ৈশিনখিদুনা, চৈনা খাঙমদনা মকোঙদু থাংগৎলগা লৈরগা চোংদুনা উইসঃ! উইসঃ! মখুৎনা মনাতোন মখুল নাম্ম মেন্সিল্লগা তিংখত্তুনা শংলগা বত্তু খরা কামশিনখি । মশাদগী লোঞ্চ তৌখিনবা কাম্বগী চাংদু খরা ব্রাংমনখিবনরা করিনো, তাঞ্জাদুদা মফম মতম চাদবা মোইবুংগুম্বগী মখোল অমসু তাখিগুম তৌই । তুং হন্না মী কোইরুপ-কোইরুপ য়েংলগা ফমথরগা ঙাইহাক ধ্যান তৌখাই ।

শূক্থদুনা খনগৈ খল্লুরগা করি আইদিয়া ফংলক্লবনো খঙদে থৌরীদু পায়রগা মানা কাবদা লায়না থোক্কদবা উ মা-মাদুনা থিরকই । কাইনথংদা লাইবক ফবদগী পৃথ্রী মপান্দা পংচাউ চাউদবা নাসিক পাম্বী অমা উচিন নাচিন্না ফংজরে । তপ-তপ নপুনা কাখৎপ্রে । ফনা ব্রাংনা কারক্লবদা অউইবা নাসিক্তুগী মতোন্দু কোম্বক্লে । অদুমক্তদসু কাবা লেপ্পে । অদুদগীদি উগী মতোন্দুনা লৈমায়রোমদা য়ুংথরক্লে । মরমদুনা মকোক্তু লৈমায়রোমদা য়ুংথরক্তুনা তারক্কদৌরবদা মখোঙনা মতুং হুনগৎলগা মথক্লোমদা কাখৎপা হায়গদ্রা নৎত্রগা মখোঙলোমদা অমুক কূমথবা হায়গদ্রা শোয়দনবা ফনা কন্না হোংনৈ । অদুবু মশাগী অরুম্বনা হেঞ্জিল্লকপনা মাগী পান্দমদু ত্রাই ত্রাই এগেন বট এট লাস্ত ফেল ! মাগী মকোক্তুনা পৃথ্রীগী ঈমায়দা খরা খরা থেংবা হৌরক্লবদা মানা খল্লি " ব্রাংনা মথক্লোমদা অসুম কাখৎলবদি ঈশিং লৈবোইরে । মসিগী ঈশিংসিদগী ওইনি নোং হেক হেক তারক্লিবসে। লৈমায়দগী য়েংবদদি লৈচিল ওইনা পাইরগা মফমসিদনা অশেঙবা ঈশিং ওইবা লৈরম্লিবসি ঈশ্বর মাগী অঙকপা খুৎশেম্লিকো । "

অসুম শীথরকপদগী মনাতোন ময়াফাওবা থৃমজিল্লক্তুনা শ্বর হোনবফাওবা য়াশিল্লক্লবদুদদি উদা কোল্লম্বা মখোঙ মখুৎ লোইনা থাদোক্লগা ঈরোয়রক্লে । ঈরোই ঈরোইনা খল্লকই " ঐ হৌজিক উতোন্দগী স্বর্গ য়ৌখৎলক্তুনা লাইরৈবাক্কী গঙ্গাদা ঈরোইররে । ঐ হৌজিক চঙনা স্বর্গ কাবা হায়বদু কাবেদনা ! গঙ্গামতাগী ঈশিংসিদি ত্রৎ-ত্রৎ চিংশিনগৈ ঈংইহে ! ঈংমল্লে । কাখৎলগে " হায়দুনা ঈরোয়শিল্লক্তুনা লৈরাইদা কাখৎলকই । লৈরায় মপান্দুদগী লেপ্লগা কোয়না য়েংলকপদা মখোয়গী ময়ুম, শঙ্গোয়, উ-ব্রা ময়ামদু উবদগী খঙলকই মদুদি মহাক্লা লৈরিবদো স্বর্গ নত্রে, মখোয়গী পৃথ্রী মপান্নি । অদুদগীদি ঈ কারক্লত্রা করিনো মঙক্তা য়েংলিবা থৌরীদু মাদুনা লৌথোক্লগা থৌরীদুদা মতীন " থূই-থূই" শীৎচিল্লল্লগা লাক্তুনা হুন্দোকপ্রে অদুগা অব্রাং পাংনা শানপ্রে ।

ব্রাংথোই অসুম লাকপনা অব্রাংথংবগী লাইশ্রম তোম্বগী শঙ্গোয়দা লৈবা কৈরক্তু লোন্না লৌরুরগা থোরকপদা তোম্বগী খোংদনা লাকপী তুবোনবদুনা মক্লাপ্তা তাপ ! ব্রাংথোই, শ্বাই ! নামনপ্রদুনা কৈরাক্তুনা অরোইবীদা হাইরকপদা তুবোনবগী মখ্বাঙদা ফদ্রাক ! কপ্থোং খোংদুনা চোংচেন্দা ক্বেং- ক্বেং ... ! হূইগী খোঞ্জেলদুনা মরম ওইরগা মীয়াম থোক্লুরক্লবদি মাগী থৌরী য়ানবগী প্লান্দু ফেল ওইবা তারে হায়দুনা শেকৌ শেকৌ চেল্লকই । অফিং অফাইদা চেল্লকপনা পঙতুদসু তুশিল্লি । উচিন নাচিন্না ঙসাই কাবা

ঙমখিদবা হৈনৌ পাম্বীদুগী মখোঙ য়ৌরক্নে । মানা পুরকপা কৈরাক্তু থারগা গপ-গপ কাখৎখিদুনা মশা কারোং অমা য়ৌখ্রে । অদুদগী মথং-মথং কাখৎখিদুনা আ মতোন য়ৌখ্রে।

মতোনগী মশা কারোং অমদা ফল্লগা " হৌজিক্তী খুদিংমক মঙ্গল ওইরনি ।"

য়াম্না মন্দা নুংঙাইনা ৱাখলদা লৈহৌরিবা মপা অমদি মাগী নুপীবু অয়োইবা বিদাই পীরকই । মানা য়ানগদৌরিবা থৌরীদুগী মতোন্দু নাম্বোরক্তনবা উদা কন্না কিনবা থিরকপদা থৌরী য়াওরমদ্রে । মথ্বায় চাক্না নীংশিংই " থৌরীদুদি কদাইদা লৈহৌরে ?"

"ওঃ, থৌরীদুদি পুম্রী মপান্দুদা শোয়দনমক্কী লৈরম্লনি । অদুদি হেক্তা চোংথরগা যমগী ফমখোং য়ৌরশিরা ? করিগুম্বা লানবা ঙমহৌদদুনা খোঙ খুৎ তেক্তুনা অমুক লৈরদি মতুং উ কাবসু য়াদদুনা শিবদা মায়থীরনি । মীনসু নুংশিবিরোই । অদুদি হৌজিক ঐ কৈদৌবা তাই ?"

উতোন্দুদগী য়াম্না তন্না অমুক কুমথরক্তুনা থৌরী লৌবা খোঙশানখ্রে । তাঞ্জাসিদা তোম্বনা থিরক্তুনা হৈনৌ পাম্বীদা ঙারম্বা মাগী কৈরাক্তু পুখ্রে ।

থৌরী পুরগা হল্লকপদা কৈরাক লৈরমদ্রবদুদা থৌরীদা অমুক য়েং, হৈনৌ মতোন্দা অমুক য়েং, মমিত্তগী অহেনবা মহী খাইদোরক্লি মথম্মোয় তিংখত্তুনা নৌথরদুনা ।

ঙাইহাক তৌফম খঙদনা লৈরম্লগা কাউদনবনি হায়দুনা থৌরীদু মঙক্তা থুজিল্লগা মানা মায়পাক্না কাবা ঙমগদবা উ থিরকই ৱাংথোই । তান চারুবদগী সয়োক মনাক্তা হৌবা মশা য়াম্না হৌবা পংচাউসু চাউদবা য়োংচাক পাম্বীদু থেংনদুনা য়াম্না লায়না ফৎ-ফৎ পাইখৎখ্রে । অদুবু মতোন য়ৌরমদাইদা থৌরী মতোন্দুনা মখারোমদা পনবদগী চিংথদুনা কাখৎপা সুকয়া য়াদ্রে । অদুদগী মখোয়দৌ শীক্না " থৌরী য়াল্লগা শিজরগে তৌবদফাও বেরা ময়ামশিনা হেক শিহল্লোইদৌরি " হায়না হৌনা মচীন্দগী কামথোকখ্রে ।

খোঞ্জেলদুবু তাহৌবদগী মীয়াম অমা ৱাংথোইগী মায়কৈ তম্না চেল্সিন্নরক্নে ।

ৱাংথোই থুনা য়াঙনা কুমথরক্লগা থৌরী মতোন্দা পল্লিবদু লৌথোক্নে । হন্দমুক্তী থৌবী মতোন্না পন্দনবা মশাদা পুল্লপ য়েৎশিল্লগা কাখৎখ্রে ।

মীয়ামগী মীনিন্দুনা য়াম্না নকশিল্লক্লবদা থৌরী য়ানবা নংহৌরয়োই মতাগুম থুনা য়াঙনা মখাদা জম ! অদুবু অৱাবদি, থুমনবদগী থূক্কৎখিদুনা থৌরীগী মতোন্দু উদা পুল্লমদনা মশাদা অদুম য়েৎশিল্লগা চোংথখিরম্লে ।

পাবিরিবশা ! ৱাংথোই অৱাফমদা তারে । হন্দকসু শিবা ঙমদ্রে । তাঞ্জা চানরুবদগী সয়োক্তা থৌরকপা শিফাই গাড়ীগী বোদী কুপ্লিবা ত্রিপান্দুগী মথক্তা তাশিনখ্রে অদুগা গাড়ী মথক্তুদা অদুম য়াওখ্রে । সোমদনা ময়াম্না থিনহৌরি ।

ঙাইহাক চৈনাখোলনা জ্ঞান তারুদ্রবগী তুংদা তপ্না তপ্না অমুক জ্ঞান লাক্লবদা, অতিয়াদা তগুপ তরেংনা থোক্লিবা থৱাম্বিচাকশিংবু উরগা " লাইরৈবাক্সিদি দিক্তো লাইট ঙাক্তনা ফজনা দেকোরেসন তৌইহে ! মসিগী জেনেরেটরদুদি ফনা য়াম্না চাউরমগনিবু ! লোক্তাক প্রোজেক্টনা লায়রবা লৌমী কয়াগী লৌফম য়োংশিনখিবদুগুম্বদি য়োংশিনবিদবজাংলা ? তাইবংপানগী মণিপুরদৌনা লোদ সেদিং লৈরমদৌ মান্দে । পীৎপা

পীৎপাসু মৃত্তে ।"

গাড়ীনা থৌবগী মখোল্লক্তা নোমহৌ- নোমহৌবদুবু মানা বৈতরানি তুরেলদা হি লানবগী ঈথক্তা য়েবগী নোমহৌ নোমহৌবদুনি হায়না খল্লি ।

সরক্তা চৎপা মীয়ামগী নিল খোংবদুবুনা ভূৎ-প্রেট ময়াম্না মৃক্কম-মৃক্কম শোনবনি হায়না লৌরি ; মরমদি মহাক গুসাই য়োংচাক পাম্বীদুদগী থৌরী য়ান্দুনা শিক্সবনি । মাগী নুপী অমদি মপাবু নীংশিংদুনা মমিত্তা ঈচাও খোরক্লিবদু তৈথোক্লবা মখূৎ হাইগৎকে তৌরকপদা মশাদু থৌরীনা য়েংলি হায়বা খঙলক্রে । অদুবু মানা থৌরী য়াল্লগা যমনিংথৌগী নাক্তা ভীজিটর ওইনা লাকপনিনা, যমনিংথৌগী সভাদুগী রিসেপসন কমিতিগী লৈশাবী মচাশিংনা লৈ পরেংগী থৌরীনা পুনবিরিবনি হায়না লৌরি ।

গাড়ীদুনা মখোয়গী কেম্পকী এরিয়াদা থৌজিনখ্রবদা গেত্তা লৈহৌবা সন্ত্রিদুনা মাগী সন্ত্রিগী বঙ্কর মথক্তুন্দগী রেফরি খোংদুনা গুইখো হায়বগী সিগ্নেল পীরকই । গাড়ী লেপখ্রে। অদুদগী করিনো খরা মরোল মরৈ খঙনদনা গুাও নৈ । মদুবু তারগা লোংনা হীপ্লিবা ব্রাংথোইনা খল্লি মদুদি লাইরৈবাক্কী লোনসি মীরম্লেন্দগী নৌনা লাকপা গেস্ত অমনা হেক্তা খঙদনবা কোদ লেঙ্গুএজদা গুাঙনবোইরে !

শিফাই খরা কাখৎলক্লগা ব্রাংথোইবু চিংথরে । মখূত্তা নত্তনা মখোঙদা তোংলিবা বুটশিংদুনা পাইশিন পাইশিন চীকহল্লি । পুংপোপ্ ! পদ্রাক !

উপাই লৈত্রবা ব্রাংথোইনা থৌবা ইশা শাদনা নাহে নাহেনা " মণিপুরদ ব্লেক লো ময়াম থমদুনা ফেমিলি প্লানিং তৌদ্রবসু মীশিং ইহেন হেনগৎহন্দনবা শিফাই পৈঙে থম্বদা নত্তনা লমদমদুদগী নোংগারকপা থব্রায়শিংশিগী লৈফম লাইরৈবাকশিফাও শিফাইনা পিক থল্লম্লেদনা তৌরিসিদি ! শিফাই মচাশা, নখোয়গী লিদরদু অমুক্তা উনগে । য়াগদ্রা ? "

শিফাই ময়ামদু তৌফম খঙদ্রদুনা মখোয়গী মেজরদু কৌথোক্লুরে । মেজরদুবু উবদা ব্রাংথোইনা মথক্তা খঞ্জরকই " ওঃ! যমরাজসি মরেংজুমদা আশোক চক্রকাক কারম্লেহে ! এ. কে. ৪৭ কসু পায়নে ! অদুগা নিংথৌসু ওইরবা নুপা মানবু মথবাক্কী ফুরিংখাও মথক্সিদা ফনেক ময়েক নাইবগী মচেৎসু নপচবা শারি । ওঃ মীরম্লেন্দদা নত্তনা লাইরৈবাকসিদসু হোমোসি অদুম লৈবজাৎ ওইরে । হোমো হায়বসি মতমসিগী চৎনবী ওইবা তারে । নমস্তে মহারাজ ! ঐঙোন্দগী খরা এদভান্স ওইনা চৎখিবা ইবোক, ইবুবোক, ইমাহোয়দুবু কদাইদা লৈবগে ? অমুক্তা উনজগে হায়ববু ... ।"

কয়েম্নবা মানবা ব্রাহৈদুদা মেজরদুনা শাউনা ওর্দর তৌরকই " গুাওশিন্নরিদো মমায়দুদা পীশিল্লুহে । চাইরগা তাহল্লুনে । অদুতদা জ্ঞান তাগদবনি ।"

মনাক্তা লেপ্লম্না শিফাই অমনা লাম্লগা ফাক ফাক ! মতুংদগীদুনা মখোঙনা বক বক !

ব্রাংথোই শল্লগা তাই । অদুদগী মমিৎ ফাক্লি-ফাক্লিরগা " মহারাজ নঙসিদি খোন হাউত্তবতা নত্তনা খুৎফুনা থীরিবা, শকসু খুৎকেঙ অমনিবু । তাইবংপান্দা হিংহৌরিবশিংদুনা মখোয় মখোয়গী লাইওইখ্রবশিংদুদা কৎলকপা থাউশিংদুদি মহারাজনা লোইনা তৈবিরম্লেদনা সীদি ! মতুংদদি থাউ কৎলুরনু হায়বা তারে ।"

শিফাই অমনা হায়রকই " নঙ, মফমসি করিনো খঙলবরা ?"

" খঙজে ।"

" অদুদি হায়রোদনা ।"

" যমলৈবাক ।"

" অঙাওবদু নীংথিনা থাদোকপিখো " হায়রম্লগা মেজরদু চঙখ্রে ।

শিফাই অমনা, " হাই পাগ্লা, মফমসে শিফাই কেম্পনিনে কেম্প !"

" ওঃ, ঙক্তা থৌরী থুরগা মচীন অমনা উতোন্দা পুম্থিল্লম্লগা চোংথরকপদা শিফাই কেম্প্ য়ৌবা ! সীবু শোয়দ্রবরো ? সীবু ওইবা য়ারিবরনে ? ফরে। য়াদ্রবসু নখোয়না য়াহল্লবনিনা, ঐনা অসিমক্তং হায়জরি মদুদি মরুদুনা ইকোকসিদা অমুক্তা ঝাকিং চংহনবিয়ুবা ।"

" মরু পাম্মুই ।"

" নখোয়না নহান্‌ঙে ব্রেক ফয়ার তৌরিঙৈদুদি পাম্মুদ্রা ? ব্রেক ফয়ারদনা তরাদং তৌখ্রগা কুন তৌখ্রে হায়জিল্লগা লোংশিন্দুনা থম্বা মরুদুনা ওইরবসু ঐবু থৌগল তৌবিয়ু" হায়দুনা মখোঙ শাংদ্রোং শাংনা তিংথোক্লগা খুরুম্মী ।

অদুদগীদি শিফাইশিংদুনা "জাও, জাও " হায়দুনা ইনবোই কাওবোই তৌদুনা তাম্থোরকই । উপাই লৈতে ঝাংথোই । শেকৌ শেকৌ ঈশূ শুগৎলগা অদুম থোরক্লে । মঙক্তগী থৌরীদুদি মতুংলোমদা ফনা শাংনা শোরো শোরো অদুম চিংলি । মতৌদু মতুং হন্দুনা অমুক্তং য়েংলুরগা করি খল্লক্লবনো খঙদে শৎ পাকথরগা ষণ শারগা অমুক চংলক্লে। অদুগা ইথা থাজদনা হৌনা খোংলকই " মো ! মো ! মো ! ... "

তাং ১২-১৩/১২/১৯৯৭

# চপখায়রক্লবদা

মপীনা ময়াদা উম্লগা পুরকপা মচীঞ্জাক্তং চাদুনা চাউরক্লবা উচেক মচাশিংদুনা কম্পনি অমগী বেট্স্ নম্বর অমতগী অশোনবা মচীন মনাও নংত্রগা মমা মপাদুগী মচীঞ্জাক হন্‌গংনা অমুক ইম্নদে । মদুগী মহূত্তা মশাগী অনৌবা পোখোকশিংদুদা মীংয়েংদুম থৈজিম্নখি। করিগীনো হায়ববু দার্বিনগী সরভাইভেল ফোর দ ফিত্তেস্ত হায়বদুগী হেরো কূমদবা য়ারক্তবা হায়বা থীওরিদুগী মিংদা শেন থোক্তবা ইয়াম্বা অহন্দো তলব চাবী কন্সিগী ইতৈমা লমলৈমদুগী লনাইদা লনাই ওইখিবা কুইরে । ঐখোয়না মখোয়দা য়েংশিল্লক্তনবা মপাম মনাক্তা ইংখোল অমা লৈরগা মকোন হোংদোকখিবদগী ইয়াম্বদু হিংলি হায়বা কাউবু কাউশিল্লক্লে । পূম্নমক্তো ওদিও-ভিজুএল ওইনা থম্মোয়দা রেকোর্দিং তৌহৌবনিনা ফনা য়াম্না ইদিতিং তৌরবসু ফজথোক্লকউ নংত্রগা মৃৎখ্রো হায়বা ইয়া য়াদে । ময়ানা য়াল্লম্বসু নত্তে, মনম্লনি । অদুনা পুন্সিসি শৈরেং ওল্লবরা নংত্রগা শৈরেংনা পুন্সি ওইরক্লিববা হায়বা ঐ খন্দবা ঙল্লক্তে ।

ইপাদুসু ঐখোয় ইচিন ইনাও নীপানসিগী চাকখাও হাকচীক লাংদনবা অমদি লৈকাইগী শেনখাই থুমখাই ঙম্নবা অমদি ঐখোয় ইচীন ইনাওশিংগী মহে মশিং তম্বা ঙম্নবা হোৎনবদা, পোন্সাংদা মেল্লগা ঈশিং শোক্লবা হোৎনবদা খোয়রেনগী সিক্সতি পার্সেন্ট য়ৌদ্রিঙে লাইরেবাক্তা লাঞ্জেন্দুনা সরেন্দর তৌগ্রে । অব্বা মচা লেম্না মাঙদে, নারদি হিংদে হায়বদু কোমা সেমিকোলোনফাওবা চেন্নদনা চুমত্রবনি । তাচৌনা ইতৈমদা মযুম পানখিবদগী বি. এস. সি. দা ওনর্স ফংলগা এম. এ. লোইরগসু, ঐ ইমাগা পীক্লিবা ইনাও অমদি ইচনশিংগী হিংননবগী দিমান্দদা সপ্লাই তৌবা ঙম্নবা হোৎনবদা পোকপদা ইখোঙ অনীদা পাঙ্গরক্লবসু স্পেসিএল অহুমগা তিনশিল্লগা মঙাসিনা চাকখাওগী বুকিং কাউন্টর ওইনরি ।

"রীঙ্গো, ময়াং ইম্ফাল পার্কিং ফাওবদং চৎসি ।"

"য়ানি । লেঙখৎপিরো ।"

ফাখৎলক্লুনা ঐগী য়ীয়োদুদা ফল্লবদা ঐ থৌবা হৌরে ।

অমাং এ. ও. সি. দগীনি । মশানা মীতে অদুগা ফিজেৎনা মীরম ওইবিসে কনাসু নত্তে, মনিতোম্বীনি । মহৈরোয় ওইরিঙৈদা প্রাক্তিকেল ক্লমদা, ঐগী এক্সপেরিমেন্টদা কো গ্রুপ ওইনা হেক হেক য়াওশিল্লক্লগা মকোক ইথা থাদদনা রিজল্ট হেক্তা পুখিবীসে ঙসিদি দিল্লিদা এল. এল. এম. লোইয়বা মতুং প্রেক্টিস তৌবা লোইরগা গুৱাহাতিদগী ইম্ফাল ফাওবা সুপর ফাস্তকী তুরিন্ত বস্তা য়াওরকপনি ।

" ঙাইখো " নংগন্দা মখৃত্তুনা নল্লকখি খরা থৌরকান্দা ।

" য়ৌরবরো ? " ব্রেক কাওদুনা লেপহল্লি ঐগী য়ীয়ো ।

" ইন্দিয়ান কন্সতিটিউসনগী মতুং ইল্লা, নুপা নুপী রাইট চপ মান্নে হায়বসি নো মোর ট্রু ।" য়াম্লা মরৌ লৈনা য়ূশিল্লকপনি ।

কারক্কদবা মহুদু খঙলদুনা ঐনা " লাল্লে, চুম্মী হায়গদবা ।"

" অদু ওইরবদি নঙ অমুক তোংলুলাউ, ঐ অমুক থৌগে " হায়রগা ঐবু শাবন্দগী চেপ্পা খৎনেম নেমথহল্লি । অদুগা মখা তাথরকই " খঙখিনি মতাগুম কেকুনিনে নমায় নমিৎ ফিনা খুমজিন্দুনা লোৎলিদো । মীৎসে লৈতেংগী নত্তেয়ে ।"

ঐগী মায়সি শজীং হৌরকপগুম তৌই । মচী খরসু নোংজাবীগী কাস্তিং ! থবাকী মরুমদা লোৎলিবা থম্মোয়সিনা মরোল'মা দিক্কোদা দঙ্ দঙ্ ! ইথন্তা তপ্পা ফাথজরগা "ইন্দিয়াদদি থবক শৃদনা শেল পায়বা মীওইশিংদুতবু মীয়াম্না ব্যবহার তৌনৈ, অদুগা থবক কন্না শৃদুনা শেল তাল্লিবর্শিংদুবুদি হত্থবা থাক্তা থম্বী । অদুনা ঐগী মায়খুমসে ইশাগী ইজৎকী তঙায় ফদ্রবা ফীজঙনে । "

অসুম্না ঐখোয়নি ঙাইহাক ফল তাদনা য়েৎনরবা তুংদা মনিতোম্বীনা লুপা চাম্মা চৎপী অমা হুঞ্জিল্লন্নগা মাগী সুটকেসতু পুবগা মখোঙনা অদুম য়ানখ্রে । মসিনসু হেন্না ফরবনি । অদুগা শেলদুদি ঐনা লৌদনা লাক্লগদি অতোপ্পা মীওই অমনা লৌখৎখিগদবা মরৈরে খন্দুনা অদুম পায়শিল্লক্লে ।

অসুম্না অসুম ঐ, মখল মখা কয়াগী ঙাক্লৌ কয়াগা ঈরোয়ননা মথোঙ মরম খঙদনা মী অতৈসু হোন্নে শাদুনা হি নত্তবা লফ্ মতৃপসি হোন্দোরক্লি মহাসাগর তম্না, মনীংনসু মমাঙ, মমাঙনসু মনীং, নাকন্নসু মমাঙ, মখানসু মথক থংদুনা মথোঙ হুক্রবা ঈরৈ অমদি মতমগী নোংলৈ নুংশিংলৰ্কশিদা ঙরাংগা ঙসিগা, ঙসিগা হয়েংগসু শম্নে-শম্নদে খঙদনা।

থবক অমতং ফংজরবদি হায়দুনা পিওনগী পোস্ততগী হৌরগা পাব্লিক সার্ভিস কম্মিসন ফাওবগী য়াওখিবা ইন্টরভিউগী মশীংদুনা তাঙশীল্লক্লবা ইকোকসিদা হৌরিবা শম্নাগী মশীংসিদগী শাথিনা হেল্লন্নগনি খল্লি । রাইতন্দদি ঐনা মকোক ওইখিবনা অয়াম্বনি অদুবু ভায়বাদা হেক্তা মরৈহৌই । খয়োম চবান চাবা মীৎনা উবা মকোক মমৈ লোৎপা খূমন লাইশিংদুদা মফম মতম চানা, মস্তিক্লদনা মখোয়না পাম্বা পোৎলমশিং হাপ্লগা খয়োম লাকহৌদবা, চবান থাদোকহৌদবনা শিদ্ধ শৃকপান পাল্লক্তি । পূম্নমকসি মনুং হুঞ্জিন্না হেক হেক খল্লুবদগী মুশুক মুনা বায়-বায় তারম্বা লুমাংগী শমসে ফংলরোইদৌবা আকাস বিল

তানবা চংখিদুনা লব্রাইসি কনভেন্ত মিরর ওল্লক্নে । মরম্ভা, মণিপুর পাব্লিক সার্ভিস কম্মিসনগী এম. সি. এস. পরিক্ষাগী অইবা চাংয়েংদা মকোক ওইরকখিবগী হাক্তকুদদি ঐ, ঐগী মিহুনসি ব্রাংখংহন্নখিদ্রবনি । করিগীনো হায়ববু ঐসে ইচিং ফন্তবা, মীহাৎপা তানিংদবা । অদুবু নংলমদ্রবা মকোকশিংদু মগুকশমশিংদুদগী পোজ কায়দনা লৈমায়দা থাংথখিরগা বোলদৌনা ওলহল্লল্লোইদৌবগী মরম্নু লৈরমগদ্রনে ? মদো ইকোন মচাদুদা চাগদবগী ওাইরিবা জীব মচা-মচা ময়ামসি সিরাজ উদৌলাগী ব্রেক হোল ব্রেজেদিদুগা মচীন মনাও শোয়দনা ওইরকপা য়াই খনবদগী ব্রেক ফাথখিবনি । পাঙথোক্লিংদবদি নংখিদে, তাইম্ প্লেস ফেক্তরননি ।

ওসি অয়ুক ওস্তাসিদা থম্মোয়দা মোরোক শিংলাই হৌবা পাউ অমা নাপসিদা য়াকশিল্লক্লিবসিনা করি অমুক থোক্লগবা ! চা পুথোক পুশিন, ফাইল থিন্দোক থিজিন, ওফিসারগী টেবল চৌক্রি কম্বোক্কদবা পিওনগী ইন্টরভিউগী ফল লাউথোকপদুদসু ঐ য়াওরক্তবা । ইবা পাবফাওবা থোক্তবশিংনা আকাসতগী ক্লাস্ ঐইট্কী সার্তিফিকেৎ লৈরগা পাস তৌরক্লে হায়দুনা হরাওনরিবসিবু, নত্তে, কলি যুগ হায়বদুবু ওসি অয়ুকসিদগী তশেংনা হৌরবজাৎলা ? ব্রাহংশিংসিগী পাউখুম থিবা য়াবমখৈ থিরুরগা মমৈথংদা ইন্টরভিউ বোর্দকী চিয়ারমেন ওইখিবা দাইরেক্তরদুগী লব্রাই লেম্ফুদুদা লৈবল্লনি খন্দুনা অদুম কাপশিল্লে মনাক য়ৌনবা । মী উনবা লাকই হায়দুনা মাগী ভিজিতর রুমদুদা হেক চঙলকপগা মনাতোন্দুনা বক বক ! খুৎপীদু হাইরপ চংনবা য়ারব্রা করিনো খুংদৌনা উংলল্লগা লৈমায়দা ফদ্রাক ! মনাতোন্দগী অঙাঙ্বা মহীনা ব্রাঃ! লুমাংগী মশমদু পায়দুনা চিংখংলগা মথবাক্তুদা খুনিঙনা তৌবা থৌগলদা ব্রকঃ! মতৃ মচা ময়াম গ্রংঃ!

শল্লগা তারিঙৈদুদা, হেক্তা নৈরগে হায়দুনা মখৌরীদুদা খোঙচেপ থাজিল্লগা " নপাসে অচুম্বা তৌবগী এব্রার্দ পীবনি । শাউনিংব্রা ? শাউনিংলগনা ফোরেস্ত দিপার্টমেন্টতা কমপ্লেন তৌরুসো মরমদি নপাসে ফোরেস্ত প্রদস্টশিংগী মনুং চল্লিদনা ।"

" শাউজদে ইবুঙো, মথ্রায়দদি খাকপিরম্মু " হায়দুনা মাগী নুপীনা ইখোঙ পায়দুনা শাংদোরক্লবদা, ঐ লাম্নৈ থানবীগুম থুনা য়াঙনা কাপথোরক্লে । নত্রগদি অফবা ফল ফংলোইদৌরিবা ।

অনীংবা পাঙথোক্লুরবনিনা থম্মোয়সে ইপেন্দা পেল্লে অদুবু ওসিগী লৌখৎনবা চাকশেনফাওবা ফংদ্রি । তুং ওম্বোক্লগা সিট মখাদগী ঝারোন্দু লৌথোক্লগা রীস্নোসি উফুল ব্রাইফুল কম্বোকই । লোইরগা স্তান তানা ফমদুনা কন্তম্মর ওাইরি রীম্নোগী ক্যা মরক্সিদা য়াওশিল্লদুনা । দাউনা দাউ শীকঙনবশিদা, মায়থোঙসিদা কারিবা থাউরেকসি তৈথোক্লিঙৈ চৈনা অমা ফুৎ ফাওরগা লীংশিল্লকই নঙ্গন্দে । চৈনাফাওদি য়াই । য়েংথোকখিবদা ওইরল্লে পাপি কাঙবু । পীশিল্লকই নম্বর নাইন্গী লীচৈদুনা লেংজুম য়েংলোম-ওয়রোম খণ্ডদনা । নম্বর ফাইভ মপাক্তুনা ইমিংশিদা হুম্ফাক ! অব্রাং কদোমদনো থিরিঙৈ, লুমাংগী শমশি পায়রগা উ য়ানবগী থৌরী চিংথবগুম চিংথরক্লবদা শাবন্দুদগী শল্লগা পাইথৈ । লৈমায়দা ফদ্রাক্ ! ব্রার্লদ কপকী ফুৎবল মেটচ্ হৌগংলকই মহাসাধুশিংদুনা । নাতোন্দগী থিঙেল কায়রগা চেম্বুরকপা অঙাঙ্বা মহীনা ঈচাও মচা অমা অদুক থোক্লে তৌই । পীশিল্লক্লিবা

খুৎশীশিংদু নান্দানৈ। সেক্কেণ্ড তন্না শুনবু পুস্নিখিদয়নে ঐবো ? মখাগী স্তেপ ওইয়মাক্লে, খোঙ নাম্বগা খুৎ নাম্মগা মখোয় অনীনা পান্নরগা মুরৈনবা জিপসি মনুংদুদা ফম্লাক !

চুবা লোকফম কোলু য়ৌরবদা, শেবাংনবা ব্রারী, তেমশিংনবা ব্রাখলগী মরক্তা চপখায়রিবা ঐগী ব্রারীদু চঙলক্লিবা দি. এস. পি. দুনা তারগা মমায়দে মখুৎ ওয়দুনা পিরা হৃমাংলা খরা খেত্তোক্লি। মুন্নদি য়েংলুদ্রে গুক্তিরগী মপী ওইরমগনি খন্দুনা। মহাক কনাসু নত্তে, ঐগী ক্লাস মেত, ঐনা এম. পি. এস. সী. গী অইবা পরিক্ষাদা মকোক ওইখিবা মতমদুদা ২৭শুবা পোজিসন্দা য়াওরকখিবা চাউবা এম. পি.এস. নি। মরায়বক্তি ফবজাংনি। পাওনা বজারদা লৈবা দুকান প্লোট অমগা লৌ শঙম অমগা য়োল্লগা লাকখিবা খয়োম চবান্দা সিধ পান্দুনা লোটরি ফাওখিবনি। মহাক চঙলক্লিঙৈদা মাগী পান্নাও শিংনাউ খরনা মনাং তাঙৈ নৈখিবদগী ইশাসি নোংখি নোংমংবা মতমদা বেরোমিটর ওল্লনি। মহাক থোকখ্রগা, ঙাইহাক লৈরগা কন্সতেবল অমনা ঐবু মখোয়গী যমগী এম্বুলেন্সতুদা তোংখৎহল্লগা য়ুম ফাওবা অমুক থিনবিরল্লে। অদুগা দি. এস. পি. দুনা পীরকপনি হায়দুনা লুপা লীশীং অমা পীরম্লগা ঐগী সার্তিফিকেটশিংদু লোকখি — লৈরিমাল্লে নৎত্রেগা অনৈমল্লা খঙদে। ঐসু য়াই, উপু মনুংদা অদুম তাদুনা লৈবা চেজেত্তুবুদি লীশীংশিনা হেন্না ফৈ - য়াম্না হেন্না ফশ্রবা।

হৌজিক ঐঙোন্দা ব্রাহং অমা ফাওরক্লে মদুদি দাইরেক্তরবু শেখরুবে ফারবা একুাজ ঐবু দি. এস. পি. দুনা খঙনা চানবনি হায়দুনা খুদক্তা অমুক থাদোরক্লিবসিবু, নত্তে হোম দিপার্টমেন্টশিবু অচুম্বা বিচারদমক তৌবা সোলোমোল নত্রা ? মসিদা পীবা ঙম্বা কনানা চামঙা চংশীদু কেজি. 'মা করিমা সিদ্ধা থিঞ্জিল্লুরবদি করি ওইনরমগনি ? অদুনদি, ময়াম্নসু খঙনরিবা মখোয়সে পীবা ঙমদবা, অচুম্বদি পামজবা অতোন অতাশিংবু চপখায়রগা ঈ শুম্নবা কোল্লু শেন্নবা, মীদি নত্তবা, য়াম্নদি মানবা, পৃথিবীসিদা নৌনা থুংলবা জীব মখল 'মা ওইরোইদ্রো ?

অসুম্না অসুম নুমিৎনা তাখি, থানা অমুক থোরকই ; থানা অমুক তাখি নুমিৎনা অমুক থোরক্কুনা থবক তৌবা য়াবগী একাদমিক এজগী খোয়রেন য়ৌশিল্লন্নে। অসুক ফত্তবা লাইবকসিবু করম্বা মথোঙ চাদবা শিন্দম্বা ঈশ্বরনা ইলেক্ত্রিক ফংদবা করম্বা ফেক্তরিদবু শারক্লিগবা ! হৌজিক ফাওবগীদি ইশাগী ইরাইবকসি ইখোঙসিদা খোঙুপ ওইনা তোংলগা খোঙথাঙ খুদিংগী নেংখায় নেংখায়দুনা চংলি। খল্লু-খল্লুরগা আইতি স্পিদতা থৌরক্লিবা গাড়ীগী মমাঙদা পাইশিল্লুরগা পূমতোই তোইনবা হেক থোমদংহনবনা ফরবজাংনি। ফবু ফরোইদ্রো ? মদুসু মরুনা য়ুই হায়নখিনিনে। অদুদি য়ু ঙাওবা অমা নেক্লগা ইরায়বকসিদগী লৃখমদা ফাওনবা ইঞ্চি মঙাগী য়োংশীদু থুম্নবা থাজিলহল্লসিরনে ঐবো ?

ঙসিদি মঙ লুম্বু-লুম্বু শাখি হায়দুনা আশা খরা চাউখিবনি অদুবু নুমিদাংব্রাইরম ওইরফাওবদা চাকচাশেন্দগী থোইনা লেমদবদগী ঙম্ভানা হাইজিল্লক্লে। য়ুম হেক য়ৌশিনখিবদা ইচমুপী অতোম্বীদুনা চিঠিখাউ অমা পীশিল্লকই। অদুগা " স্কুল য়ুনিফোর্মসু তৃবিদে, মিংসু চনবিদে। ঙসাইসু ওজানা এসেমব্লি তৌরিঙৈদা তোঙান্না খন্দোক্লগা তাম্বোরকই " হায়রগা মমিত্তগী ঈফূৎ ফাওদোকহল্লকই।

তাঞ্জাসিদা ননাউনা সং ফাওজিল্লক্লগা " তয়াই, ঐ নহারোল শারগা ইনাক খুনবশিংদগী নাক থেংলুগে ? অশেংবা য়াম্না মানবা নোংমৈ অময়তা লৈবিয়ুবা ! অদুম তৌরদি চাকখুমদা একাদমীগী লাইব্রেরীনা সুপর পব্বার ওইনা পাম্লিসে পালহন্দবা য়াননি।"

" তয়াই, বেঙ্কশিংসে অহীংদসু শিফাইশিংনা অদুম শঙ্গ্রা ? ... য়ুমদা খরা থল্লম্লগা, অরেম্বদুনা লোংপা ওইনা মীরেবাক্তা লাইরিক মখা তমথরকপসু য়ানিবু " হায়না চাউতোম্না মাগী তোপ তোম্না য়াকংচে অমা লাকিল্লকই ।

" ইবুঙো, চেঙ য়াল্লক্রা ? ঙসাইসু হেল্লবনিনা ইমা মৈ থাগংলুরগে ? "

ইমাগী য়াহংদুগী পাউখুম পীনবা য়াইমচৌবু কৌশিল্লগা লুপা মঙা চংগী অমা পীরগা দুকান্দগী চেঙ চাক য়াল্লুনবা ঈঙ্গিং তৌই ।

ঈশে শেগায়রবা মঙা চংগীদু লৌরগা " তয়াইনা হায়রিসিবু ঙসিদগী চহী কুনগী মমাঙগী দুকান্দগীরো ? চেঙ কেজি মখায় 'মফাও ফংদবা শেনফমদুনা মী নীপানগী চেঙ চাক জহা তুহা পূম্বা য়ানবগী পরাদুগী মেজিক্কুদি ... ঐ নত্তবা মাবকেতিং ওফিসার অমা হাম্নীরো " হায়রগা পৈথোক্লগা য়াংখংখি ।

মনুংগীদি খম্বরুদনা ঐসু শাউনিংবোই করিবোই "সিদৈ হেন্না লৈত্রসু ঐদি হোইরোংদে কোংলুদ্রা ? মদুনা কোন্নরোই হায়রগা কোন্নগদবা উচী হীদাক্লা কবিনোমা হেক্তা লৈরকউ । ঐখোয় ময়াম য়েন্ন- য়েন্নদুনা হেক লৌখংমিন্নসি ।"

বুংবুংনা ফাক-ফাক নোকথোক্লগা " লুপা মঙাগী উচী হীদাকুনা ঐখোয় ময়ামদা কৈদৌদৌরিবা ? মদুদি ইখল্লনদুম লোইশিনবিগে । পব্বারসু য়াওদ্রবা হৌজিক্কানগী হীদাকুবু !"

ইকাই ইকিদি কয়া খঙফাত্রিবা ইচম্নুপী অহন্দুনা " তয়াই, চিঠিদু অমুক্তা য়েংগে । ইনম্মগী ওইরমদৌ মাল্লি । খরা ইনাক খুনবী ফ্রিজ, য়াশিং মেছিন, কলর টি. ভি. ..."

শাউনিংবোই, ইকাইবোই, মাগী য়াহে পরেংদু লোইশিনফাত্রিঙৈদা " পারোসে " হায়রগা থোঙনাওদুদা ছুইসঃ! ময়ামদু পূমচিক ! অমা থোকখি, অনী থোকখি ঈমূংসি পূমহাঙ !

" তয়াই, সীদি ইতৈমগী নত্তেয়ে, থবক খল্লে হায়বগীনে " হায়দুনা হৌনা লাউরকই য়াইমচৌনা থোঙনাওদুদা মঙক হাইরপ লীংশিল্লক্লগা ।

অঙাংশিংনদি হরাওজরিবা পোস্তসে পিওন্নি । অদুগীসু মথক্তা মস্তর রোল । ঐগী কোলেজ তমিন্নরকখিবা দি. এস. পি. চাউবনা মাগী গার্ল ফ্রেণ্ড মনিতোম্বী, ম্যুনিসিপাল কাউন্সিলগী ইকজেক্যুতিভ ওফিসার ইন-চার্জ ওইনা পুরিবীদুদা হায়নরগা থোকহল্লকপা ওরদর ওইরমাল্লে । একাদেমিক এজনা বার ওইশিল্লকপা, দিমান্দনা হেজিল্লকপা, সপ্লাইনা য়াশিল্লকপা অনীগী অহোবদু মেনশিনবা ঙম্নবা ঐ জোইন্ট তৌবদা তায়রকই । মরমদি রীম্নো যৌবসিদি নোংমগী চেঙ চম্না শোয়দনা ফংগনি হায়বগী সিওরিতি লৈতে অদুগা য়াম্বা য়ামদববদি খঙদে, তলব হায়বদুনা নুংশা শাদে, লোং চুদে, ঈচাউ নংত্রগা ঈকং থোক্তে ।

ঐ ওফিস কাবা হৌরে । ঐঙোন্দগী হংলগতা, শিল্লগতা পাস তৌখিবী মনিতোম্বীনা ওফিসার ওইরগা ঐনা মাগী পিওন ওইনা মাগী গ্লাস চা থাংদোক থাংজিন, মাগী তেবল

কম্থোকপা, মানা বেল পীরকপদা ' করি তাকপীগদবা' হায়না হংগংনবা ঙাইদুনা থোঙজিন্দা । মেত্রিক্তা সিম্পল পাসতং তৌরগা চঙলকপা ক্লার্ক ওইরিবা ইখাগী নুপীশিংশিনদি মাগী মাগী চৌকিদা ফমদুনা শামতুগী ফুরীৎ লোন্দুনা দিন লেল্লি ।

পুং মাপললদা ওফিস য়ৌগদবনি হায়বসি খঙদবা কর্ম্মচারিবু লৈত্রা ? ক্লার্ক মেমচৌবীনা মতম চানা পুং ১২.৩০ দা মহৌশাদৌনা কারক্লগা, মমাঙদা নুমিৎ ১০ নিরোম হাঙদুনা লৈরবা মাগী এতেন্দেন্সতুদা অমত্তা হাঙহন্দনা সহী তৌশিল্লি। নাকন্দা ফল্লিবা ই. ও. ইন চার্জসিসু করিসু থৌশারুদে । থোরক্লগা মাগী চৌকিদু মপান্দা পুথোক্লগা নুংশা য়াইদুনা উইথখ্রে ।

নুপামচা অমা চঙশিল্লক্লগা "ইচেম্মা , ঐগীদুবু কৈদৌঙৈ ইখৎপিদৌরিনো ? য়াদ্রগনা তোক্লগে ।"

অদুম উইরগা লৈ মেমচৌবী । নুপামচাদুনা হায়রিবদু মঙোন্দা নত্তবগুম্মা করিসু থৌশাদে, খুম্মু খুম্বিদে ।

নুপামচাদু ঈ শৌদোক্লবরা করিনো " ঙসাইদগীনে ঐনা ঙাইরক্লিবসে । লাক্লদি খরা ইখৎপিবা য়াবেদা ।"

"ইবুঙো নঙগীদো হয়েং হংচিং ইখৎলগে । ঐ ঙসিসে অচীনবা খরা লৈরে । ঙসিগীদি য়ৌখ্রো ।"

" নহানসু হয়েং, ঙরাংসু হয়েং, ঙসিসু হয়েং, নত্তে, ইচেম্মগী 'হয়েং' সিবু থা কয়ানা শাবগে ? নুংশা য়াইরগা উইদুনা লৈরিসিবু থবক য়াম্না লৈবগী ব্রারা ?"

" ইবুঙো, নুংশিবা, মিঠাইদৌনা তুমদ্রিফাওবা হেক চুপ্লিঙবা ! শক্লা শক কেঙলিবা, খোন্না খোন হাউত্রিবা, থবাম্থাদা মিতম্বা ওইবমগনিনে তাউবা হুইদৌনা । নঙবু ঐগী কন্ট্রোলিং ওফিসাররো ? চৎখ্রো চৎলো, নঙগী চেদু ফংই হায়না ঐনা রিসিপ পীথিবসু লৈতে । ঐ নঙগী চে-চাং অমত্তা ফংদে । খরা থুনা লেঙখ্রোদো সনা ইবুঙো । "

" ঐনা চৎত্রগদি ? "

" ফনেক্লা নমায়দুদা উপতৌরিবা ।"

" মসি চায়রুংসে তংখাইমা হিংফক ফক্তোক্লদনা তোক্লনিসে । নঙ নীপাককাক ওইরম্লদি ... ।"

" নঙ কৈদৌগে হায়রিনো ? "

" হজামগী দরকার লৈতনবা খোঙচেপ্তুনা নরূ কোক্লিংবদো ।"

ফুক হৌগৎলগা " নঙ, ঐবু নুপীনি হায়দুনা উশিংত্রিবরা ?"

" ঙাইখো ইচেম্ম, উশিত্তবগী সবজেকশিনা কনা অদুগা ওবজেকশিনা কনা ?"

" হাই নঙগী অদু অদা চঙবা মী নত্তে ঐসে । ঐসে কনানো খঙলবরো ? মোর্গতগী নমা নপানা লৌহন্নবদো শীন্দবা ফৈ ।"

" এঃ ! হন্দক মরক এক্সাংগা খরা হাউতদুনা লৈসি মতু পান্দুনা লৈরিঙৈসিদা মসি নুপীদি ঙসি হাউদৌবা শরুক খবসে হিংফক ফাক্তোক্লগা পুখ্রসিরনে ঐবো ! হূই

হৌদোংনফাওবা অদুক হাউরগবু, খোন হাউত্রবসু মসিদি লৌখৎপদা অদুম চঙনিদা। ঙাঙ্ঙু ঙাঙ্ঙু, হোঃ অদুনি ঙাঙ্ঙু । খরা য়াম্না ঙাঙহল্লহৌদ্রবগ্রি হৌরেল চাবদা ইচম চম্নি । খরগা ঙাঙখো ।"

মৈদা কোইলাস শৌবদৌনা প্রীক প্রীক লাউনা শৌরবা, পাউ ফাওনদবা লোন্দুগী পোল্লোই অদুক ফরক্করোই খন্দুনা চঙশিন্দুনা নুপামচাদো ফাথরে ঐনা । থেল্লগা থাদোক্ল বা হোৎনরিঙৈসিদা মেমচৌবীনা ঐঙোন্দা অমুক ওন্সিল্লক্লগা " তাতেম্বা, চৌক্রিসি কাদা খরা পুশিনবিরকউ । মশক উবদা য়ারোমদগী হাদোরক্কদৌবা নুংশিহীদাক তৈবা মী য়াম্না স্বায়দা লৈরে । ঐ চঙলে " হায়রল্লগা চঙগ্রে ।

মথম্মোয় ঙাফক ফক্লগা থোকখিবা নুপামচাদুগী ঝাঙাঙ্দু ঐগী থম্মোয়সিনদি মোরেল সপোর্ট তৌদবা সুকঙম ঙল্লোই । ঐগী মিহুনগা মাগী মিহুনগা কম্পোজিসন্দা শোয়দনমক্কী ইকুইভেলেন্ট ওইরমগনি ।

অরানবনি হায়বসি ইশানা খঙলবসু ঐগী পোস্তসিনা লৌতান্নরুবা য়াদবনা, ঐ য়াম্না তন্না চৌক্রিদু পায়রগা কাদা পুশিল্লক্লে ।

মচা মব্বাগী কাদা শলান চঙলম্বদৌনা ফী-ফী কান্নম্বীদুনা ঐবু হেক উবগা বেগতগী শেল খরা লৌথোক্লগা, মখূৎ তিংথোক্লক্তুনা " তাতেম্বা, ঐগী ইচানুপীদুগী স্কুল ফী খরা থীবিরুচো । সেঃ পৈশাা ।"

ঐসু হুন্দক্তি মিহুক্সি দক পিক অপ তৌখৎলকই । ব্রাইনিংলকই । "ঐবু ওফিসসিদা নঙগী চৌকি থাংদোক-থাংজিন তৌহনবতা নত্তনা নচাগী ফী থীহন্নবা লৈবা মীরা ? মদুফাওদি য়ৌশিল্লক্নু ।"

শৌ শৌ খুন্নকই " নঙসু হৌরক্লব্রা ? ইগুণ খঙনিংব্রা ? "

ঈ কারক্তুনা হৌরগে তৌরকপদা বেল খীংদুনা কৌশিল্লকই । ঐ ই. ও. গী কাদা চঙলে ।

ই. ও. মনিতোম্বীনা " তেম্বা, নঙ ঐগী মায় য়েংদুনা ব্রা ঙাঙলনু । নঙনা ঙাঙনরিবা মীদো ইকাই হঙ্গোইদনা হায়রবদা মাহুদ মিনিস্তরগী তুব প্রোগ্রামগী হেল্লোয়নি । তৌগেদা ঙম্বনি । ঐনা ওফিসসিদা এসিস্তেন্ট ই. ও. ওইনা চঙলকখিবদুসু মাগী মপান্ননি । ঐঙোন্দগী হেন্না সেনিয়ব ওইবা ময়াম কাল্লগা ঐনা ই. ও. গী চার্জ পায়রিবসিসু মাগী মপান্ননি। ঐনা নংগী থবকসি জুনিয়ার একাউন্টেন্দা ব্রার্ক চার্জদা ওত্থোক্লবা তৌরিঙৈসিদা মানা শাউপ্রগদি মাগী মিনিস্তরদুনা হয়েং ব্রা অমা হেক্তা হায়রক্কনি । অদুনা নঙনা হায়নিংবা কয়া লৈববসু ঐগী অমদি নশাগী তুংগী য়েংলগা হায়রনু । অঙম্বা হায়বসিদি ইঙমদা ঙম্বনি । "

পাউখুম অমত্তা পীরমদনা ঐ মনিতোম্বীগী কাদগী থোরক্লে । ক্লার্ক মেমচৌবীদগী শেন্দু লৌরগা মচাগী স্কুল তম্না চৎনবা ঐগী সাইকলদু ইথ্যোক্লে ।

২৯/৬/৯৬

# মপাগী মচা উগী উহৈ

ইনর্জি হানফমদা মাইক্রফোন চূপ্পা খূদিংগী তোম্বনা মাগী কলিগশিংদা মাগী মচা মৈবীগী দিগ্নিতি কযাগী মবমদা পুথোক্তুনা ব্লাবী ওইনা হেক হেক মাবি। লৈযেং ইফাই ফাইবদনা কবায়টকি স্তাইলনি হায়দুনা শৈবেং ওইনা মতেকমককসু মফম মতম চাদনা হেক্তা থীগাযবকই।

...   ...   ...   ...   ...   ...

মসিদা মসি শিগ্রসনু হায়দুনা ঈশিংদা লংথগ্রসু, ঙামু অমা ফাবগা মকাখৎলকই।

মৈনুংদা অমুক হুঞ্জিল্লসু বিড়ি অমা চল্লগা মচোঙথোবকই।

মখোঙ পাযদুনা লংখৎগ্রসু উচেক অমা ফাবগা মতাবকই।

কোম তৌবগা ফুমজিনগ্রসু ঙাপ্রুম অমা চপ্লগা মফাওগৎলকই।

...   ...   ..   ..   ...

...   ...   ...   ...   ..   . .

মনাকোংগা মখূৎকা ফেল ওইবা মচীনগী ঈফূৎতি মেনবা ঙমদবা মগুন্না তোম্বগী শকখঙনফম্লি। মবমদুনা মীওই খবনদি মাবু সব জনতাগী কোথবোয় হাযনসু খঙনৈ।

অদুবু স্কুলদদি, মৈবীনা পাবা ফাবকপা নুমিৎ অমদা নুংঙাইবা ফোঙদোকপা ওইনা স্কুল ছুটি থাগনি হায়দুনা হেদ পন্দিতনা নহান্না লাউথোকখ্রবনি।

ঙসিসু মাগী দেলি কটিন্দৌনা ফম্মিন্নবা মমান্নবা অমা মযানা শায়কবগী বিচাবগীদমক হেদ পন্দিতকী মনাক্তা ক্লাস মাস্তবনা মনাদুদা মখূতু নপহল্লগা হামেঙদৌনা চিংশিল্লক্লি।

মশক উবদদা তীনবী কাঙলবা হেদ পন্দিত্তুনা " মৈবী, কবিগীনো নঙনা মী অসুক য়াম্না চীক্লগল্লিসিবো ? "

করিসু লুনা খম্বুরুদনা ছস কামথোরকই " ওজানা শেখবিনবা ।"

" মতলব ? "

" ওজানা শেখরদি লাইব্রেরিক হৈ হায়না ঐখোয় 'মানা এদভাইস তৌবিবদগী ঐ ইথন্তা খঙজরক্রিবা । অদুনা ওজা হৌবিরো, ঐ লাইব্রেরিক খরদি হৈরেনি ।"

ফুরুবগী মহৎ ম্তাফতা লৈরিবা ওজাশিংদু শিথ-শিথ নোক্লে পাউখুমদুদা । মেপ লৌ লৌদুনা নোকপমখৈ নোক্লুরগা ওজা অহল অমনা মতৎ মতৎ রিলে তৌথোরকই " মসি অঙাংসে, নহানসু ক্লাসতা, গান্ধীগী ব্রারী মীয়ু হায়রগা মানা লীথরকপদুবু করি, গান্ধী হায়বসি লাইশ্রম অমুথোইগী মচা য়ামাহ থৌবদুনি । শেকমাই য়াওত্রবদি মরোন থোক্কে । মরোল থোক্লকান্দ দি অফংবা মীগা হেক্তা শীঘায়নৈ । থনানা তোয়না তোয়না লোকপা লাকই । ..."

ওজাশিংদু ফাজিনবা গুম্নদনা পোখায়দৌবগুম নোক্লে মনপ মতীন ওরো য়ো তানা। খপ-খপ্তুনা নোকপদা ওজা হেদ পন্দিতকী অহান্না ময়াদু তেবলদা হেক চোংথবক্লে । ফুরিংখাউদগী রুমাল লৌথোক্লগা চপ্তুনা লৌখৎলি অদুগা তৈথোক্লগা অমুক হাপচিনখি । এক্লন্দু উবদা নোক্লিদুই মথক্তা অমুক্তা হেজিন্নরক্তুনা ফান থীন্দুনা ভৈববী রাগ য়ৌনরকই । মৈরীদু ক্লাস মাস্তর চাউথোইনা নোক- নোক্তুনা কাদা অমুক পুশিনখ্রে । অদুগা মঙাগী শূপ্লাপ থীয়ু হায়দুনা অতৈ মহৈরোয়শিংদুদা মথং মথং থীনহল্লি । মৈবীগী পাল্লি য়ৌবকপদা "ওজা, ঐ দশা পাঙদে " হায়রম্লগা লোম্থোক্তবগুম শুজন্দুনা লৈখ্রে । মাগা থংনরিবা অঙাংদুনা অমত্তা লত্তনা শেকপী শেম্বাং পাইবগুম্না শায়রগা কাপথোরক্লবদা মৈরীদু মনা লৈরগা লুখমদা খুবাক্লা নপ্লবা য়াথং তাউশিনবদা অঙাংদুনা ওজাদুগী হুকুমদু ইল্লু য়াদ্রে । মরম হংলুবদা খুমদোরকই " ওজানা নহান মনা লৈহনবদুগী, ছুটি হেক থাবগা লমখাঙদা থংলগা মায়দা বক বক শীশিল্লকই । ওজা মসি মহাবেরাগী শানি; মাঙ থাদুনা চংলি, মীঙো ন্দা য়াম্না শীগল্লি । "

" অদুদি নঙ কবিগী নোংঙাল্লগা তাক্কে ।"

" ওজাদা হায়দোক্লদি অমুকসু রি তৌনি হায়বদু হেক্তা নীংশিংলকপা ।"

ওজাদুনা মৈবীদা ওক্লিন্দুনা " মৈরী চুম্না ?"

তুমিন লৈ । ওজাদু চঙশিল্লকই । হংলকই " নোংমতা শূপ্লাক ফাদ্রিসিবু, থরপাট লৈব্রো ? "

" লৈতে ।"

" নপানা লৈদ্রো ? "

" লৈখি ।"

" মদুদি কদাইদা চংখ্রবা ? "

" সুকফা ফাদবদুদা, কোকসিদা অদুম লৈনবা য়ানা চীক্ল চীক্লগা অদুম মারিথোক্খ্রবা।"

" অদুদি ফারব্রা ? "

" ফাও য়াদ্রি ।"

" অদো করিগীনো খঙলব্রা ? "

" মরমদুবু খঙলবদি ঙুলশিদসু লাকপিররোই ।"

" নংগী মীতৈলোন পারাদু পারকউ ।"

" লাইরিক লৈতে ।"

" কদাই চৎপ্রবা ? "

" অচাপোৎ চানবা পৈশা ইমানা পীয়ু শূকয়া য়াদবদুদা পোৎফম ফন্নীদা হব্রাইগা ওন্নরগা অদুম লৌখৎথোক্প্রবা ।"

" নঙসে শিজস্নোবা ।"

" কমাইনা শিদোইবা ? "

" হূ চারগা ।"

" হূ লৈনবা পৈশা ইমানা পীয়ু য়ারোই ।"

ইংলিসকী লাইবিক অমা ফাক্তোক্লগা " হান্না তৌপ্রবা সীগী পারাসিদি ফারিব্রা ? "

" কান্নদে হায়দুনা পাদ্রবনি । This is my hand হায়বসিদং ঐঙোন্দা তাকপিবদা ঙুলদনা ওজানা ওজাগী খূৎনি হায়, য়ুমদনা পাবনা পাবগী খূৎনি হায় । সিদবু লাইরিক্কী মরাসিবু ঐনা কমাইনা লৌদোইনো ? অদুনা অদুম পাদ্রবা ।"

উপাই লৈত্রবা ওজাদু শাউবগী মহুৎ ইশি শিনা নোক্লগা মৈরীগী মনমগন্দা পোপ পোপ ফূবিরগা নোক্ল- নোক্লা " মৈরী, নঙবু শারক্লিবা লাইদু নঙদৌনা মথোঙ চারম্লোইব্রু! পৃথিবীসিদা অঙকপা তরেৎ লৈ হায় । নীপালশুবদো ঐদি নঙনি হায়না লাউথোকহন্নিংলেবু। কমদৌশিগে ?"

" ওজা, লান তৌরক্লদি ঐখোয়সি শিপ্রদৌনিকো ।"

" উম শিবা য়াই । খরদি হিংহৌনিদা ।"

" শিদৌ লৈরবনিনা, মানা লাইরিক তমদৌ শরুক অহাও-অহাওবদা চারগা নুংঙাইনা লৈথোকপনা ফত্রা ? "

" মৈরী, নঙ অন্দাজদুদা মারিরগা পূম্নৌ নৌবা থেসিস্ অমা পুথোক্তৌরিনে ? মী অতৈগী মকোক্তদি করি য়াওরমগদগে হায়বা ঐ খঙই । অদুবু নঙগী তুম্বাদুদা য়াওরিঙৈদুদি ঐ খঙব্রেহে " হায়রগা ওজাদু মকোক হোত্তুনা উপাই লৈতে হায়বা ফোঙদোকই ।

ইথা থাজদনা মৈরীনা ওজাদুদা হংগৎলকই " ওজানা হোৎলিদুবু ওজাগী কোক্তুবু শা লৈরবরো ? "

" শা হায়বদি ?"

" ওজানা তাকপিখিবদা চৎপা ঙন্না, মচীঙাক চাবা, চাউখৎপা জিবশিংবু শা কৌই হায়বদাইনে ? অদুনা হীকশিবু শা কৌরোইদ্রো ?"

ওজাদু মমিৎ মনা চপ য়ুংখৎলকই । তৌফম খঙদে । মৈরীদা মুন্না য়েংই অদুগা তৌফম

খঙদনা হায়দোরকই " নঙসে লৈরক্তা লৈরে লৈরক শাখৌবা, খোংবান্দা লৈরে খোংবান্নাই তিঙখাক হায়বা নত্তে পুতে চাদবা মহাবেরাগী লাইদুনা শাফোঙলকপা নত্রনে ? "

তাঞ্জাদুদা ছুটি থাবগী বেল খীংলক্লবদা অঙাং ময়াম হরাওনা লাউরগা চেপ্পোক্লখি। মৈরী মমাঙগী দেক্সতু গ্রোং ইম্বুরল্লগা চেপ্পোকখি। ওজাদু তিঙক্-মায়ঙক্লনা য়েংদুনা ফকচিন্না লৈহৌই মশা নারবা মীৎয়েংদা।"

মৈরী নোংঙানবদগীদি স্কুল কাও হায়বা য়াখিদ্রে। মরম্দি লমদমশিদা বি. এ., এম. এ থবক ফংদবা মী লাক্ষ লাক্ষতা লৈরে হায়। হান্ননা হৈদুনা লৈরবা মখোয়নফাও থবক ফংদ্রগা হৈনি হৈরোইসু খঙদ্রিবা ঐখোয়না মতম চঙনা, শেল তিংনা ব্বানা হোৎনদুনা লাইরিক তন্নসু থবক ফংলরোই। মখাথংবগী চাউতোন এম. এ. না থবক ফংদবদগী নম্বর ফোরবু লুহোংদনা লৌরে। গাড়ী হেন্দিমেন চঙখিবা মনাওনুপাদুদি দ্রাইভর কাদুনা নহান্না মহৈ চাখ্রে।

স্কুল কাও হায়বা ময়াদ্রবদুদা ঙসিদি মৈরীগী মপা মশাগী স্কুল চত্রে। হেদ মাস্তরদা চিঠি ইখ্রে। ঙন্তানা ব্বাঙ্কিং ওইনা চৎলগা ইবেথোইগী কালে দিপোত্তা শেকমাইগীদুনা মচীন শেংলুরবনি। ঈদু লুম্বু লুম্বু শাগৎলক্লবনিনা থেংফম অমা থিবা লাক্লরি। তান চানরুদুনা পূং মাপলদা মতমচানা য়াকায়রক্লিবা মৈরীদা নিশা শানশল্লকই।

মংখৎলক্লিবদু ফাথরগা য়ায়া জ্ঞান তাবা শারদুনা " নঙ ঙসি, স্কুল কাদ্রবদি অচীনবা থবক অমা লৈরবা নত্রো ? ইচাগী ইন্টরভেল তাদ্রিবা মঙদু ঐনা ফিল্ম তৎহল্লে।"

করিসু থৌব্বা শানা মকোক খ্রো খ্রো হোৎলগা ব্বার্নিংদৌনবু খুমদোরকই " পাবদৌনা লাইরিক হৈরগা মৈথু মৈরাং, শেকমাই তুমাইদা তাউদুনা লৈদুই শরুক তোকহৌবনা ফরদ্রা খন্দুনা চৎত্রবদো।"

" কোকফাওদি য়ারেনে ? সীদি খাংভূথক্কীনে, ফ্লাইং, খঙ্ঙব্রা ফ্লাইং।"

" ঐনা কিরিসিসু ফ্লাইংদুনে।"

" অঙাংনা মাইবা শাবা ! ঐনা থকপা চাবদসু পেতব্রা নঙনসু সুপরিনতেন্দেন্ট শারদনা " হায়রগা ইমুংলোমদা চঙশিল্লক্নুনা থোঙলোঞ্জে মাই। তাঞ্জাসিদা থোঙ্গাল্লোমদগী দুকান্দার তোম্পোক লীচে তুংগোনবী অমা পায়রগা হাথু হাথু কাপশিল্লকই। শানগদৌরবা দ্রামাগী দাইরেক্তরদু লাকপা উবদগী মৈরী মপাদু কাঙখদা চঙশিন্দুনা মখোন্ থোকহন্দনা থূমখ্রে। লোৎখ্রিবদুগা চঙলক্লিবদুগা অনীদু অমুক মুক য়েংলগা থীক থীক নোকথোরকই মৈরী। অদুগা মথন্তা শোঞ্জে " ঐবু পাবনা শেখরমদাই খূদিংগী দুকানগী তোম্পোকসে হেক হেক থাবিরকউ হে ঈশ্বর। হৌরেলদি নঙোন্দা ফজনা কৎলগা ঐনা হাউনা লৌখৎচগেকো।"

তোন খরা লৈখৎলগা তোম্পোক্লা " নপাদি ? "

খুমদে। তাদবগুম্না লৈ, করিসু থৌব্বা শানা।

মৈরীদা মুন্না য়েংলগা " অপুনবা অমনা পুত্রা করিনো মসি অঙাংশিবো ? নৎত্রগা রিসিভর অমদি মাউথ পিচ অনীমক পূন্না চাক্লব্রা করিনো ? হায় ভূৎ, নপা খঙব্রা

হায়মী ?”

য়াম্না উশিত্তনা “ খণ্ডই, নঙ কৈদৌগে হায়রিনো ? ঐখোয়’ মাগী মবানি ।”

তোম্পোক্কী মথোঙ চাদবা মিহৎদু পোগথোরক্লরা করিনো দোলভী সাউন্দা থাথরকই “অদুবুদি ঐসু খণ্ডইনে পূকচৎপগী লাইনা চাদৌবা । নঙবু মিহুন নাম্মা ব্রাৎপরা নৎত্রেগা নকোক্তু এদিসনেল চার্জ পুব্রা ? ”

শাউনা লংথোরকই মৈরীনা “ খণ্ডলগা করিগী অমুক হংলকইবা ? ঐবু অঙাংনি হায়দুনা উশিংত্রিবরা ? নরৈদু থংলগা হূইদা চাক খাঙতোকউরা ? ”

“ মসি অঙাংসে মপা মহা চার চৌবিক্তুনা ফজনা ত্রেনিং তৌরজাৎনিনে । শেল থৌবা লাক্লদি খংনবা হৌজিক্লু হায়বদুনিনে ? হৌজিক মতমদা মদুগী ফোরমুলাদুদি মথোইনা অমুক মরেপ ওল্লগা শকখণ্ডদবশিংগী মখূত্তগী ষগনিং নত্তবা মীনিং হন্নরবনিহে । ”

“ হে অহল, নঙ যমগী এম্বুলেন্স তোংলগা যমগী দুতশিংদুদা নশাদু মালিস তৌবা চংপা ঙম্নবা হেক্তা মহোংনরেনে ?”

“ মসি অঙাংশিগী কোকসে কোক্তা অমনিনেহে । তৌসু তৌনিনে । হৌরিবা মশম পূমশিনশিদা খোইরিবা খূংখোয় লাখোয়সে চুমদেনে । মীরোল্লকপদা মমানা গুলী চারগা থুগাইনবা হোংনবদা কায়খিবা ঙমহৌদদুনা শুংগ্রং মাংগ্রং থোরকপনিনে । অদুননি বুধিসু শোইরোল্লিসে । ঐ ঙসি দাউ য়াদৌ মান্ত্রেবু । তৃম্বফাওদা মন্ত্রেম হাগ্রেম্ন রনি, লৈরাই শোরেনসিনা । ঐ বা অমত্তা হংজগে ইবুঙো খোইহি , চূপ্লিঙবা ! নপাবু কদাইদা লৈবগে ? ”

“ ঐবু পাবা শেন্নবা শঞ্জেম্নহারো ? পাল্লিবা নমিত্তো মথৌ তৌহল্লুদনা । মথৌ তৌ য়াদ্রগনা নমিত্তো থরোইদৌনা চূপথোক্কেনে ।”

“ ঐবু, মীগী ময়ূমদা শেল থৌবা লাক্লগা অঙাং হাংলম্লে হায়বা বদনামদু পাম্নন্দবদগী খা চীক্তুনা খাঙবা হায়বদু হেক খাঙলেদা ! হাই চখোকউ নপা থিগে” হায়রগা মৈরীদু মখূৎ পায়বগা খংচিং চিংথোকই । ইমুংদা চঙলগা কোম্বিং ওপরেসন চথবা হৌরকই । ফিভমদুদা, থোঙ মনাক্তা থারিবা কাংথোন্দুগী মনাক্তা চঙলক্লগা মখূৎ খন্দুনা “ অতৈদদি থিনিং থিজৌ। সি কাংখসিদদি পাবা লোত্তে ।”

অদুদগীদি তোম্পোক্তা মাগী লীচৈ অকোনবীদুনা মৈরীগী মখ্বাংদা কোংলগা মপাল্লোমদা লংথোকখি । অনীশুবা ওইনা মাগী লীচৈদুনা কাংখদা ইলিক্লগা হাইফেৎ চিংবা হৌরকপদা “ তাদা থৌরি কায়রে, সরেন্দর । থোকচরক্লগে ” হায়দুনা উপশিত্তা লেম্না লেঙথোরকই মৈরী মপা ।

তোম্পোক্তা তোন্দু ফনা ফজনা লৈখৎলগা থাদোরকই “ তলব ফংলগা পীগনি হায়দুনা শোংখিবা চেঙ-হব্রাই, থাউ থুমদুনা নশাদু থাক্লে । কৈ তরেংনা খূবাক খূদুনা লৌখৎপসু ঙম্লরোই । অদুগসু লোংলি । অরোংপা মী কেকু ফোঙবগী এব্রার্দ ওইনা ইমায়সিদা পীশিনবিরক্লগেরা এম্বুলেন্স তোংলগা ইমার্জেন্সি কেম্বেলিতিদা মতম খরদং পোখাজনবা ? ”

মৈরী মপানা নাকন্দা ঙারিবা থোঙলোঙ্গৈদু লামদুনা পায়রগা " ঐখোয় পাবা কাংখদা লোত্তে। নঙদা নঙ হাংলগা ঐগী থম্মোয়সে লো এন্দ ওরদর ফগনি " হায়দুনা মৈরী তম্না হোংচিনখি। মৈরী পেবেৎ মচাদৌনা ফ্রং ! মচাদু তান্নশিন্নরগা মশা নাম্ভোখিনবা কদরনি হায়বা খঙদুনা তোম্পোক্লা মাগী মীচৈদুনা লামশিন্দুনা কোৎশিল্লি মৈরী মপাদু।

তোম্পোক্লা মমিত্তু ইম্ভোরক্লগা " ইবুঙো নঙনা তৌরিসি করিনো ? তশেংনা নঙনা ঐসে করিম'ফাও উশিংপগী ব্রানিনে ? "

মৈরী মপানা অরোইবীদা লৈখৎলগা " তাদনা তৌরিসি করিনো ? লৈতদুনা কাংখদা লোৎলফাওবদা মীচৈদুনা কোৎলগা চিংথোকপিরে। ঐবু ইকাইবা পীদবা সূকয়া য়াদে হায়বসিবু তাদগী ওপস্নেল সবজেক্লা হায়বা ? "

" নত্তদিনা।"

" মচীনসু খুম্মীনে। য়ুমদা লুট চঙলম্মী হায়দুনা থোঙলোঙ্গৈশিনা দম দম শাম্ভুরবদি শোক্তৌরিসি ঐরো নৎত্রগা তাদরো হায়বা ? শম্বী হানবা নকোক্তু মথৌ খরসু মপীয়ু। ঙসাইনা হৌবা য়ারবনি। য়োংমাই মানবা নমায়দু য়েংবিবগী তৌনি। "

পূমঙক ঙক্লা " এঃ! মানা হেন্নদুম থাউ তৈখৎলকইনে। নঙ ঙসি কমান্দো থাজিল্লগা নশাদো মালিচ্ তৌহঞ্জনি। তল তকপা হায়বদো খঙইদনা ? "

মখোয়দৌ ব্রি ব্রি শাউগৎনা মখা চীক্লগা ফ্রু ফ্রু কামথোরকই " কমান্দোদুবু তাদনা হায়বিঙে ইনবা তাদগী নতূবো ? খরা থুনা চৎহৌরো। নত্রদি ঐনা পায়রিবসে ব্রাটিন নত্তে, নশূমাং লা তাজনিকো।"

তাঙ্গাদুদা মৈরীগী প্রোগ্রেস রিপোর্ট পীবা হায়গদ্রা নৎত্রগা লৌবা লাকপা হায়গদ্রা, ওজাদুনা এ তু জেদ খঙলদুনা " ওহোঃ! মৈরীসে মসিগী মচা ওইরেকো " হায়না শোল্লল্লগা রিপোর্টতু পীরমদনা লোন্না অদুম হনখ্রে।

তাং ২৪/১২/৯৭

# অহীং মমৈগী থাবল

" অঙাং অমতা থারকউ, থাবকউ হায়না অদুক য়াম্না বেল পীখিবদুবু ... । নত্তে, নাপশিংদুবু লৈতেংগীরা হায়বা ? তশেংনা মথৌ তৌবা ওমদ্রগনা ই. এন. তি. গী ফেল্লোশিংদা চৎলগা কনসর্ন তৌনিদনা ! ঐনা য়ুমদা প্রাইভেৎ পেসেন্ট লৌদুনা লায়েংলিবসে ফাগী নত্তে, ইশাগীসু নত্তে , নখোয়গী তানশিনবীবা নত্রনহে ? " হায়না পোরোক শোল্ল শোল্লগা চাকশঙদা চাক থোংলিবী মনাওনুপা তোম্বুংগী নুপী তোম্বীরেগী মায়কৈরোমদা গপ গপ কাপশিল্লকই । মতে 'বুংঙো চঙলকপা উবদা ইল্লিবা ফিদু চিংখত্তুনা মকোক্তু খুম্মী তোম্বীরে । অদুবু থোইদোক্লা তেক কিয়ার লৌবদি উদে ।

মনাকোংদগী য়াছুরিবা স্তেথোসকোপ্তু মখূৎনা লৌথোক্লগা " হৌজিক্তা চাক থোংগৎকদৌরিবা ? ফবে । নখোয় নুংঙাইনা পালহৌবো । হোতেলদা লৌখৎলগা ক্যাটরদা অদুম পাল্লুরগে " হায়রগা মমায়দু পিচেমুরদা লৈথোরকপদা মনাও নুপা তোম্বুংনা নাকোয়ননা ওক্তুনা শোনগুম লাক্লুম " তামোসু খঙমন্দ্রবা । ঐদসু অঙাং মরী ... । মথন্তা কমাই ওমদোইনো ? লনাই পেসেন্টককাক অমত্তা লৌবিরনু । ঐনা লোইনা হললহনগ্রবনি । হয়েং চুক শাবগী কিরা থাংবদু ঐনা য়াম্না পাল্লমদৌ মানব্রো ? "

দাক্তর সনাজাউবদু তীং ফংলব্রা করিনো কামথবকই "হাই ভূৎ ! ঐনা য়ুম পাল্লক্রদি ঐনা তাল্লিবশিংসি নঙনা ফংখিগদ্রো ? নঙবু করি শেছোক লৈরবগে ?"

" ঐনা চারিবসে পাপনে । ঐ শাপি ওইবা পামদ্রে । ইতৈমা পাল্লে । সী ওইরদি ফরল্লনি " হায়রল্লগা মনীংথোঙ ফাওদোক্লগা কাপথোকখি তোম্বুং । সনাজাউবদু মনাওনুপাদা অমুক, মনাওনুপীদা অমুক য়েংলল্লগা ভিজিতর্স রুম্লোমদা কাপথোকখি ।

হ্রাকমসিদবু ফোঙদোকপা ওম্নবা, মসিদবু থোল্লবা মতে মনাওনা শীনবদু মায় পাক্লে খনবদা মথম্মোয়দা মোমোন নোকচৈ তোম্বীরে ।

দাক্তর সনাজাউবনা মাগী ভিজিতর্স রুম য়ৌশিল্লকপদদি কনামফাও লৈরম্লে । অলার্ম চৌকিদুদা ফল্লগা মখদাং মেত্তুনা করিগুম্বা খরা খল্লি । অদুবু নো সোলুসন ।

দাক্তর সনাজাউবা রিজনেল ইন্সতিত্যুট ওফ মেদিকেল সাইন্সেস্তা সরজরি দিপার্টমেন্টদা প্রোফেসার ওইনা পুরকপা চহী মঙা তরুক শুরক্লে । মহাক লাইরিক লাইসু য়াম্না ফনা কাপখৎলকখিবনি । বোর্দ, য়ুনিভরসিতিগী পরিক্ষা খুদিংদা মকোক নৎত্রগা মথংতা তাদুনা এর্বার্দ কয়া, মেদল কয়া, শেলগী মনা কয়া সরকার অমদি লনাই সংস্থান কয়াদগী ফংলকখিবনি । মদুমক্তনা লুম্ব্রাবী মচা মানা এম. বি. বি. এস. লোইরগা এম. এস. লোইশিনবদুদা মতেং ওইরকখিবনি । মহাক্লা এম. দি. লোইশিল্লমদাইদনি মমানা লাইরেবাক্তা লাঞ্জেনখিবদু । অদুবু মহাক নীংহন্নদনা নোংশাগুম থৌনা ফনা মথৌদা লৃপ্তুনা বৃক ব্রার্ম ওইবদি তোকখিদে । মমান্নবশিংনা কোয়রুসি হায়বা মানা খক য়াখিদে মরমদি মাগী মমানা তত্তনা হায়রম্বা “ নশাতা হান্না মতীক চাখো । নুপীশিদি খুকাপ্পীনা অমুক কাপ্পদা কেলহন্নিংবা মশীং কেনবনি । তরেত্তা নপচোবী অমসু হাপ্পনি । ”

হৌজিক মশাগী চহী অনী অনী থীবীদা কুন লানখৎলক্লফাওবদা মরিংনা শাবা শংবাই নাম্মা হাঙলবসিদা লাইওইপ্রবীদু ব্রারৌরক্তবা ঙমশিল্লক্লে সনাজাউবগী থম্মোয়দা । করম্বা মরিং অঙাওবনা শাবা মপান খোপ্তবা শংবাইনোনে সীবু ? মমান্নবশিংগা পুন্দুনা কোয়বা লংবগী মরমদা ঙাইহাক এসেমব্লী ফমদুনা কোলিং এতেনসন মোসন অমা জেরো অব্রাবদা থাংগৎকে হায়রবসু মাগুম্বা নাম্মা হাঙবা অমতসু লৈত্রে । মখাথংবগী, খরা এদভাব্দ ওইখিবা তোলমুদি মমৌ ফংদুনা মশূফাও পমখ্রে । মমান্নবনি শাদুনা নোংমফাদোক টুর ওইনা কোয়থোক্তুনা মাগী নুপী থিবগী মরমদা প্রস্তাব তৌরুরবসু ফাগী তাদুনা মতোক্লে।

মওন-মওন খল্লুবদা, নোংমা মানা লৈকাইগী নহারোল খরগা য়ামাহ তোংদুনা কোলেজ হল্লকপী মহেরোইবী অমা লক্লরুবদা তাখিবা ফ্লাইংগী দশাদু হেক্তা নীংশিংদবা ঙমদে ।

নোংমসু মানা খোয়দাজবী লৈশাবী অমদা হৌনৈ শাদুনা তেন কাপ্পুই “ সিত্তরগী মিংবু ?”

লৈশাবীদুনা ইতিং তিংনা “ ঐবুরা পাবুং ? ”

দাক্তর সনাজাউবনা মাগী অতাঙবা মকোক্তু গ্রো খ্রো হোৎলগা ‘ পাবুং’ হায়বা মিংগৌদুফাওদি চাকথেকইহে ।”

লৈশাবীদুনা ঙক্লা অমদি শাউনা “ পাবুং কৌদ্রদি তামো কৌগদ্রো ? ”

“ হোয় অদুম্না । ঐসু পাখৎনিনা ... হায়জরিবা ।”

লৈশাবীদুনা পূমঙক ঙক্লা “ ঐখোয় ইপম্বৌগী মমান্নবা নঙবো ! পাবুংবু ইপম্বৌহোয়দা হেক হেক ফাওরক্তাইনে ? ”

ইকাইনা নোকফেৎ তৌরগা “ অদো নঙবু লুম্বা ... ।”

ব্রাহেদুদা পিং লাউরবী লৈশাবীদুনা “ চৎলোহেঃ! কদাইদগী অঙাওবনো ? নরেং নমান্নবদা তৌরুচো ।”

নুপানি শারদুনা ঈ শাগৎলক্লব্রা করিনো " ঐবু অঙাওবা হায়রদি অঙাওবনা নুপী ফারগে " হায়দুনা হোৎচিল্লুবদা তুংলোমদগী নহা অমনা পাইশিল্লক্লগা য়াইং কিক্তা লৃথমদুদা হুম্ফাক ! শল্লগা তাই সনাজাউবা কোইলাস মথক্তা । দাক্তর চাইহৈদে হায়বা লৈরমদ্রে।

শ্বর হোনবদা হোরো হোরো লাউই হায়দুনা মখৃত্তুনা মচীন্দা মাশিন্দুনা য়েংলুবদা য়ামাঙ অনীনা মঙোন্দগী বিদাই পীবিরম্লে । মচীন্দগী থোরকপা অঙাঙবা মহীগী ঈফুৎকা, ইকাইবগী অঙাঙবা মমায়গা কোলাবোরেসন তৌনদুনা থোরকপা নোংজাবীগী মচুদুদি ফজরে । মাদুনা য়ামাঙ অনীদু খুঙ্জিল্লগা রুমালনা উফুলদু তৈথোক্লগা ফৃরিংখাউদা হাপচিল্লি

নহাদুনা দাক্তর সনাজাউবগী গলা পায়দুনা চিংখৎলগা " নঙ ঐখোয় পাবুংগা তিন্নবা মমান্নবা ওইরমদ্রবদি ঙসাইনা বৈতরানি তোর্বানফাওবা থিন্দোকপিরদৌনি । "

মতুংদা, ফিল্ম নল্লিবদুবু কোয়শিন্দুনা মীৎয়েং শাংখৈরিবা ময়ামদুনা " দাক্তর সনাজাউবনি, সনাজাউবনি" হায়না য়া য়া লাউনবকই ।

নোংঙাল্লগা পাউচেশিংগী হেদ লাইনস্তা ইনবকই " লৈশাবী লক্লরুবগী প্রোফেসার সনাজাউবা এম্বুলেন্স তোংগ্রে ... ।"

থৌদোক্তু হেক নীংশিংলুবদা নুপী কোয়নিংলুবদি লায়রদনা নুপী হায়বদু হেক উবদা অহোবা ময়া অনীদু মারগা লাইমন হেক্তা কাঙলকই । অদুবু মানা হৌজিক খ্বাইদগী কল্লকপসি করিনো হায়ববু হৌজিক্কানগী পাখঙ লৈশাশিংনা হিন্দি ফিল্মগী মতৌ তমদুনা লৈকোন্দা, চীংয়াদা কোয়মিন্নবা, প্রোগ্রাম থানদুনা ইন্টরভিয়ু চৎপা, য়ামাহ্দা তোংমিন্নরগা থৌগায়মিন্নবনি । মসি নোংমতংদা ওইরবসু ফংজরবদি শিরসু য়ারজাৎনি, ফোঙদোক্লুরগা অতাবা মীনা ওলিন্দুনা নোক্লবিরক্কনি হায়দুনা ফোঙদোক্তবগী ৱাতনি ।

" আ, সনাজাউবা নত্র ? ?"

খংপ্রেক খংই দাক্তর সনাজাউবা । মোন্দ্রং খ্যাও মাঙখি । অৱাংথংবগী খুরা ইবোবীদু মাগী নাকন্দা লেপ্তুনা লৈরম্মী । পাইবক পাইখুদা খুমদোকখি " মানি, করি তাকপিগদবা খুরা ?"

খুরা ইবোবীদু মাগী লীচৈ তুংগোনবীদুগা কোক কোক তৌদুনা মখারোমদা থারিবা সোফাদুদা চঙশিন্দুনা ফমখি । অদুগা মমিৎ ফাক্লি ফাক্লি য়েংলগা " কৈসু নত্তেদা " হায়বগা ফৃরিংখাওদগী বিড়ী মচৈ অমা লৌথোক্লগা চমদুনা থকই ।

"ননাওনুপা তোম্বুংনা তকমনবদগী লাকপনিদা ।"

" করিনো ঐখোয় তোম্বুংনা খুরাদা তক্লিবো ? "

" সীনিদা " হায়রগা বিড়ীদু অমুক চিংলগা " নঙগী য়ুম্বানবগীনিদা ।"

দাক্তর সনাজাউবা তুমিন লৈ । ইবোবীনা মখা তাথরকই " নঙগী খঙনা চানবককাদি লৈ লাকপ্রা ? "

" কদাইদগীনোদা খুবা, চহী মতাংসিদবু " হায়দুনা তন্না থৈরপ তৌনা খুম্মী ।

" নঙগী বোয়োসশিনদি লৈশাবীদি কয়া থাজদ্রে । মশক মতৌসু য়েংবা অদুম

ময়াবা, অঙাংদি য়াওদ্রি । বেরা বেরি অমত্তা লাক্করোই । হান্নগী নুপাদো শিগ্রে । হৌজিক্কা মপামদা লৈরি । পাউতা থাখিবদা মখোঙনা থোংনা অদুম লাকচনি । সি য়েংশি হায়ব্রা হা ? ”

খুরা ইবোবীনা মাগী ব্রাহংগী পাউখুমদু পীরক্তে হায়দুনা য়েংশিল্লকপদা দাক্তর সনাজাউবা লৈরমদ্রে । খুরা ইবোবীদু কুরুপ-কুরুপ য়েংলম্লগা থুনা হনখি ।

দাক্তর সনাজাউবা মাগী ওফিস কাদা কেমিকেল কম্পোজিসনগী মেদিকেল জরনেল অমা পারি । ক্লাস লৌরুরগা ও. পি. দি.গী পেসেন্ট খরা লৈরম্বদু য়েংবা লোইশ্রে। ও. টি. দা অনাবা অমা ওপরেসন তৌরুরগা থোরক্লুনা ফমথবদা মঙাইরি, এপ্রোনককাক্ অমতা হোংদোক্ত্রি । জরনেলদু অসুম পারম্বদগী মশাদু মুম্থরক্লুনা উইথনিংলকই । তাঞ্জাসিদা তেলিফোনগী রিং খংলাক লাকপদুদা খংপ্রেক খংই । ল্যমদুনা লৌখৎলি ।

“ মাম্লে, ঐ প্রোফেসার সনাজাউবনে । কনা ওইরবনো ? ... হান্না হায়বদি কৈদৌবগে ? ... অদোম্বু হায়নিংঙাই লৈতনা থাগৎচরি দবল থেঙ্ক য়ু । মরমদি ঐগী পুন্সিদা ঐবু নুংশি হায়বিরকপসি অদোম্না ইহান হানবনি । ... ঐবুদি য়ুম পান্দ্রি । ... হোয় আশাদি তৌরবজাৎনি । ... অদুদি ঙাইখো, নঙবু লৈশাবীরা নংত্রগা মৌরা ? ... অকোনবগীসিনে ! ব্রারৌবিনু থমজরে ” হায়রগা তেলিফোন্দু থম্মী অদুগা শ্বর মপী চাউনা হোন্দোকই ।

তেলিফোন্দু অমুক খীংলকই । পায়খত্তে । খীংঙৈ খীংলম্লগা মথন্তা লেপখি । মনাক্তগী স্ফাইনোমেনোমেটরদু খরা ইম্থোক্লগা নোট সিট অমা দ্রোব্বারদগী লৌথোক্লগা করিনো খরা ই । তেলিফোন্দু অমুকসু খীংলকই । তাপ পায়রগা “ মৌদু নত্রা ” হায়রগা অফিং অফাইদা খংথম থমজিনখি । অদুগা করি অমুক খল্লক্লবনো খঙদে, তেলিফোন্দু থাংগৎলগা পায় । করিমত্তা তাবা ফংদবদুদা রিসিভরদুদা মুন্না য়েংলগা করিগুম্বা খরা মুন্না খনবগুম তৌই । য়াম্না তন্না অমুক থমখি । অদুগা মালংদা য়েংলগা মশাদু মোন্দ্রং অমদা লৈ ।

“ ক্রিং ক্রিং”

খীংলকপগা অফিং অফাইদা অমুক তাপ পায়খৎলি, করি খল্লক্লবনো খঙদে । অদুগা নংহৌররোই মতাগুম হান্না ঙাংশিল্লি “ অহানবগীদুনি হায়বা ? ... করি চাগে হায়দুনা অমুক ফাগি তৌরিনো ঐঙোন্দা ? ঐবু অঙাং মচাদৌনা ? ... খল্লিবনে । ... ইনাওনুপাগা ইনাওনুপীগনা প্রেসর ফজনা পীববজাৎনি । অদুগী হায়রগদি শঙ্গোয় লুক্কোয়সি ঙসিমক থৌরী থুরগা হেক্তা চিংথুনিংলবজাৎনি । নোক্কনো অশেংবনে । ... ঙসিমক্তি ঐ ঙল্লোই। ... মরম হায়ববু নঙ থীরম্বা য়াই নংত্রগা মৌ ওইরম্বা নংত্রগা শোইনাইবী ওইরম্লদি ? ... অমত্তা নত্তে হায়বা ? ... কোর্ট মেরিএজদুবুদি ফৈয়ে । ... শেংনা হায়রবদা নঙবু হান্না ইমিংশিনা উদ্রিঙৈ ঐ, ঐগী অশেংবা কমিংমেন্টদুদি পীজখিরোই । ব্রারৌবিনু । ... চহী নীফূ লানখৎলক্লবা ঐবু লৈশাবী নঙনা থৌওইনা থিনি হায়দুনা থিরক্লিবী নঙ, মার্ক অমত্তা লৈত্রিবিনি হায়রগা ঐনা হেক্তা কমাইনা থাজদৌরিবা ? ... মহারাণি থোংদা উনরসে ? ... অদো ঙাইখো ব্রা অমত্তা হায়হৌখিগে । ঐনা নঙগী নশক কমাইনা

খঙদৌরিনো ? ... হোয়নে, নঙনা অদুমহায়না ইনাক্তা চঙশিল্লক্কে হায়ববুদি প্রোগ্রেম অমত্তা লৈত্রবা । থল্লে ।"

দাক্তব সনাজাউবা, মাগী কাদগী মোমোননা উম্লোক্তা নোক্লগা খোঙকাপ লাওনা থাংদুনা থোবক্লগা মাগী কাবদু আইতিদা নেৎখি ।

অসুম থৌবকপনা মহাবাণি থোং য়ৌবে । গাড়ীদু থোং লাম্বোক্লগা থোং মখাগী মমায় লৈরক্নগা অৱাং পাংনা থৌগৎলক্কুনা থোংয়াইদুদা খাল্লগা, সাইদ গ্লাসতু চিংথরগা মকোক্তু লীখোক্কুনা কোইয়েং য়েংই । লৈশাবী অমত্তা উদে । উরিবা হায়ববু পোৎফম ফম্বী নুপী খরগা নুপাশিংতগনি । নাকন অমদা অমুক য়েংই অমোংপা ফিতমক শেৎপা মুটিয়া ময়াম লেপ্পুনা বিড়ী লান্নদুনা থক্লবি । হান্নগী নাকন্দুদা মকোক্তু ফনা য়াম্না থিগে দাক্লগা য়েংই । ওঃ স্বগগী জগোইশাবীমক্লা হঙ্গোইবগদবী তনৌ তনৌবী লৈশাবী অমা মোমোন্নবদুনা মাগী গাড়ীসি তম্না চঙশিল্লক্লি । মদু উকবদগী মথম্মোয়দু লৈ ঙাক্তা ওস্থোকস্লে । চহী নীফু হেন্না পাখঙ ওইবক্লফাওবদা মাগী নোযোন্দা অসিগুম্বী শকহেনবী অমত্তা খক উখিদ্রি । মায়থোঙদা, শক্তা চুদা, মীনোক্তা, খুৎচত্তা, শেৎ চাবক্লিবা ফি বোলদুদা, ... খুদিংমক্তা । মীবৈবাক্তা লৈদুনা মহে মশিং তল্লিঙৈদা মফম অমসুং ফিভম কযাদা মিস কয়া, মোদেল কযা উখ্রবনি অদুবু মখোয়দুনা মসিদগী কোমাফাও হেন্দে । মাগী মনাক যাম্না নর্কশিল্লক্লবদা মথম্মোয়গী মিহুনগী ফ্রিকেন্সি হেনগৎলকই । মতিন য়োৎপগা লোয়ননা মাগী ওইবদৌনি হায়না মমিৎ উইশিল্লগা খম্বুজকবদা জ্ঞান মাঙবা হৌবকই অদুগা ইবোইননা খংপ্রেক খংবা চৈনা অমা ফাওজিল্লকই - ট্রাফিক পুলিসগী লীচৈদুনা মকোক্তুদা 'কোক কোক' থাবকপদা । অদুগা পুলিসতুনা হায়বকই " নমিত্তু উদ্রা ? মফমসিবু গাডী পার্কিংলা ? চৎলো । "

হন্না যেংথোক্লবদা মতুংলোমদা গাড়ী ময়াম ট্রাফিক জাম থোক্কুনা পবেং শানা লেংদুনা হোবোন হৌনা হৌনা খোংদুনা লৈনবম্মী । ইথক থক্কৎনা ইথোক্লন্না মকোক্তু চিংশিল্লক্লগা মাগী কাবদু থৌগে তৌবদা কাবগী ফ্রন্ট গ্লাসতু মিবাংগুম্না ময়িগী মযি ঙাক্তা । মাগী কৈনো লৈশাবীদু যেংলিঙৈদা ট্রাফিক পুলিসনা কৌবদা তামন্দবদুদা শাউদুনা থুগাইবল্লিমানে । মাদি গ্লাস থুগাইবগী মখোন্দুফাওবা তাবিহৌবজাৎ নত্তে । অদুবু মদু পুম্বদু থোইদোক্লা খল্লুদ্রে, বাগদুদা । তুং হন্না যেং য়েংদুনা অৱাংথংবগী ট্রাফিক পোইন্টদু কোযবক্লগা হল্লক্ল বা থৌগে তৌই । অদুবু হৌজিক দাক্তব সনাজাউবা লাইবাক থীবে । ট্রাফিক পুলিসনা চৈবাপ কোর্টলোমদা সিগ্নেল পীশিল্লক্কুনা চৎলোইদৌবা লম্বীদুদা থৌদবা য়াদ্রে ।

খবা থৌরগা ক্রিমেসন গ্রাউন্দগী মপাদুদা গাড়ীদু খাল্লম্লগা মখোঙনা অমুক লাক্কুনা থোংগী ফুট পাথতুদা লেপ্লে । কোইয়েং যেংই ঙসাইগী শকহেনবীদু উবা সুকফং ফংখিদ্রে । খবমুক চৎলগা যেংই, উদে । কোয়না চৎপা হৌবকই ।

" আপ কৌন হে ? " খুদাং তাপ পায়বগা তুংলোমদগী হংলকপনি । হন্না য়েংথোক্লবদা সি. আব. পি. অমনা নোংমৈদু পায়বগা মৃক্কুনা লৈবম্মী । মিহুন চেনগা চেনগুম্লে দাক্তব সনাজাউবা । মোদ্রংদা নত্রে মাঙখিবা, মিহুনফাও আঃ য়ৌখ্রে ।

" য়ে ক্যা হে " হায়রগা এপ্রোনগী শরুক অমা ওইরিবা কোক্কী অশংবা তুবী, চীনগী মায়খুম, যৌরিদগী য়াম্থরিবা অশাংবা ফিদু তাপ তাপ পায়দুনা চিংথংলি ।

ফিভমদু য়ৌরক্লবদা দাক্তর সনাজাউবনা " মৈ দাক্তর হে ।"

সি. আর. পি. দুনা নোক্লগা " য়া দাক্তর ! ইধরমে ক্যা মতলব ? সবসে খোলো । জী, জা ।"

দাক্তর সনাজাউবনা মাগী এপ্রোনশিংদু লৌথোক্লগা গাড়ী লৈহৌরিবা মায়কৈদুদা লাকই । হৌজিক মথন্তা খঙজরকই মদুদি ঙসাইগী লৈশাবীদুদা নত্তনা মী অতৈনসু মঙোন্দা য়েং য়েংদুনা নোক্লখিবগী মরম । ওঃ গাড়ীসু লৈরমদ্রে । মনাক্তা লৈরম্বা পুলিস অমদা হংলুবদা " সিটি পুলিস স্তেসন্দগী ফাইন্ থীরগা লৌবীরুরো ।"

রীয়ো তোংদুনা সিটি পুলিস স্তেসনদা চত্তুনা ফাইন থীরগা লৌথোরক্লে ।

অমুক্তু লাইবক য়েংগে হায়দুনা শামু মখোঙলোমদগী থৌজিল্লকই । মাগী গাড়ীদু উবদা ত্রাফিক পোস্তা লেপ্তুনা সাইন্ তৌরিবা পুলিসতুনা মখা চীক্লগা মুন্না য়েংলকপদুদা গাড়ীদু ব্রেক খংকাও কাওদুনা লেপ্পী । অদুগা মুন্না য়েংদুনা লৈ ।

" হে, পগ্লা ! জলদি জাউ " হন্না য়েংথোকখিবদা ঙসাইগী সি. আর. পি. দু নাকন্দা লেপ্তুনা লৈরম্মী । অদুদগী তৌফম খঙদনা মহারাণি থোংদুদা মুন্না অমুক্তং য়েংলম্লগা অদুম চুম্না থৌদুনা চৈরাপ কোর্টলোমদা চংলে, খরদা নত্তনা য়াম্না চাক্লা । মানা অসুম থৌরকপদা খল্লি মদুদি ত্রাফিক আইলেন্দ অদ্বাইদা বোম অমা পোখায়দুনা ত্রাফিক পুলিসতুগা সি. আর. পি. দুগা শিরেককাক হায়রবদি নুংঙাইশ্রনিদা ।

ওফিস য়ৌরক্তুনা মাগী কাদা ফম্লে । খীংলক্প্রা হায়দুনা তেলিফোন্দুদা মূনা মূনা য়েংই । খীংলক্তে । থাংগৎলগা দাইলদু খরা উংই । অমুক থম্মী । অমুকসু উংই । কনামত্তনা পায়খৎলক্তবা মাল্লি। অসুম্না অসুম তৌদুনা নুমিৎ তাশিল্লক্লবদা য়াম্না তন্না ময়ূম পাংলকই।

নোংঙাল্লে । থবক লৈরে হায়দুনা ময়ূমদা লাকপা প্রাইভেৎ পেসেন্টকাক অমত্তা লৌদে । ওফিস চংনবা শেম শাই । অদুবু মনাওনুপী তোম্বীরৈনা সেকেণ্ড সেতরদেনি হায়রকপদা ঙসিদি মঙোন্দা কনামত্তনা তেলিফোন তৌবক্লরোই খল্লুবদা হাইজিন্দনা ব্রাথরকই । মথংগী নোংমাইজিংদুগা ঙাইগদবদু খল্লুবদা জেলদা মিয়াৎ লৈগদবদু মঙায় সনাজাউবা । ঙরাংগী মহারাণি থোংখোংদা মানা উখিবীদু মমিত্তা উদুনতা লৈখ্রে । মনাওনুপীনা চাক থাংদোরকপদুসু ঙরাংগী নুপীদুনা থাংদোরকপা ওইরগুমতা উখ্রে । ঙবাং অহীংগী মঙদসু নুপীদুনা মাগী কারগী ফ্রন্ট সিত্তা ফমগায়দুনা মখোয়নি সেন্দ্রাদা হোনি মুন চংলম্মী । হায়রিবা মঙদু ইন্টরভেলফাও তাদ্রিঙৈদা মনাওনুপাদুনা থেঙলে হায়দুনা হৌদোরকপদুদা শাউনিংমনপ্রদুনা মঙ শিংউ হায়না তকখৎলসিরা হায়নফাও খল্লুরবনি ।

নিংথৌকাবগী অয়ুক্কি । ঙস্তানা ওফিস কারক্লগা ফমদুনা তেলিফোন লাকপ্রা ঙাইহিরি অদুবু লাক্তে । নহান মানা নুপীদুদা তেলিফোন নম্বর হংহৌরম্লবদি মানা থোক তৌবা য়ারমগদবনি । অদুনা হংহৌদবগীদমক মশানা মশাবু অমুক নিন্দা তৌজে । মশাগী মকোক্তু মথন্তা মাদুনা য়াওরিব্রা য়েংজে । মারুবদগী হৌজিক্তা খঙজরকই মদুদি মহাক ঙসি মকোক

শমজেৎ হাৎলক্লে । মখুৎ অনী চণ্ডদুনা শেমজিল্লি। মতম য়ৌরক্লুনা ক্লাস লৌরুরে । হল্লকপদা এতেন্দেন্টেদুনা, " নুপী অমনা তেলিফোন তৌরক্লম্বনি " হায়। পাউদু তাবদগী খোয়দৌদুম শাউগৎলকই । ঙসাইঙে মানা ঙাইরিঙেদদি তৌরক্লগা মানা লৈত্রকান্দা তৌরক্লিবা করিগীনো ?

অনাবা য়েংনা য়েংনা ঙাই । লাক্তে । নুংথিল পূং অনীরোম তারকপগীদুদা রিং লাকই । ঙাইঙমদনা তাপ পায়খৎলগা হেক্তা ঙাঙবা হৌই " ঐ, অদোম্নু লাস্ত দিজিং য়ৌনা শাউরবনি । মহারাণি থোংদা, ঐনা গাড়ী থম্লুরগা হল্লকপদা নঙদি অদুম লৈরমদ্রে । নুমিত্তুদা ঐ কয়াম ইকাই । সি. আর. পি. নসু খোঙ্গোইনদ্রে । ... ঙাওশিন্ননো ? ঙসিদি সিমিত্রিদা ঙাইনরসে । ... করিনো নংনা হায়রিদুবো ? মেদিকেল মিনিস্তর নাবগা ইবানিগী মরীগা করি মরী লৈনবগে ? ... হাঃ ! নঙবো ? ... মন্ত্রীগী নুপী ? ... অদুদি ঐনা ঙসাইঙে ৱারী শাবিসি মী ওন্নরে । ... অহোয লাকচবগে মেম সাহেব ।"

তেলিফোন্দু থম্লগা মেদিকেল মিনিস্তরগী ক্বাটরদা য়াম্না তন্না মন্ত্রী লায়েংবা চৎখি দাক্তর সনাজাউবা ।

নোংঙাল্লে । রিং লাকই । তন্না পায়খৎলগা " ... ইশানে । মেদিকেল মিনিস্তরগী মেম সাহেবতী নত্তেকো অদোম ? ... অদুদি ঐঙোন্দা তেলিফোন হেক হেক তৌরকপিদুরো? দবল থেঙ্ক য়ু । ঙরাংদি কৈদৌরে তৌরক্লদি ? ... সি. আর. পি.দা এম্বুস তৌবক্লগা নঙদি কৈদৌনবা মফমদুদা চৎলিবা ? মণিপুরদা লাক্লিবা সি. আর. পি.শিংশে নুপী উবা য়াদে হায়দাইনে ? মখোযদুদি খরা য়াম্না শিখিবনা ফৈনে ঐঙোন্দদি। ... অদুদি ঐনা মহারাণি থোংখোংদা উখিবীদু নঙ নত্রবা ? অদোমগী তেলিফোন নম্বর ... য়াম্না নুংঙাইজরে (মনাক্তা লৈরম্বা চে অমদা নোট তৌশিল্লি)। মিংদি ? হল্লো, হল্লো, হল্লো ... "

লাইন কক্খ্রবদুদা উপাই লৈতনা থম্মী য়াম্না থম্লিংদনা । হৌজিক তেলিফোন্দগী খঙবগী মতুংইন্না নহান মানা মহারাণি থোংখোংদা উখিবীদু মবী শূক্লে লৈনদবা মীতোপনি হায়না খঙলক্লুনা মথন্তা খোযরাঙবা হৌরকই । মথন্তা খঞ্জরকই মদুদি মঙোন্দা তেলিফোন তৌরকপীসিবু খনগদ্রা নৎত্রগা নহান মহাবাণি থোংখোংদা উখিবী শকহেনবীদুবু খোঙ্গুল লীরুদ্রা ? মদো ফদি ফজবনিদা !

খনঙে খল্লুরগা নহানগীদুনা হেন্না ফৈ হায়না লেপ্পদুনা মঙোন্দা তেলিফোন তৌরকপীদু, মহাক মশানা য়াদ্রে হায়না হায়দোকখিনবা ঙসাই নোট তৌশিলহৌবা নম্বরদু থিরগা মাগী তেলিফোনগী দাইলদু উঙই । মানা তেলিফোন তৌরিদু ইম্ফাল ৱেস্ট এস. পি. গীনি, করি ক্রাইম লৈরবগে হায়না নুপা অমনা হংজিল্লকপদা লৱাই লেতোন শাংঙে পাখৎনা " রোং নম্বর " হায়রগা খংথম থম্মী । অদুগা শ্বর চাউনা হোন্দোক্লুনা খল্লি " নুপীদুনা মাবু শানগে হায়দুনা পুলিসকী নম্বরদু হায়জিল্লক্লিব্রা নৎত্রগা ঐনা নোট তৌশিনবদা শোয়রিব্রা ? ফরে, বাই পীদ্রসু হেক্তা তোক্থোক্লগে । ঐনা থৌশাবিদ্রগদি মাসু নুপীনিনা ইকাইদুনা অদুম তোকচম্রনি । নহানগী মহারাণি থোংগীদু ওইনা থিরগে । মদুদা ঐনা ঐগী থম্মোয়গী ওইবা নুংশিবসে ফোঙদোক্লুবদা নহানমুক্কী অদুগুম্মদি তৌরক্লরোইদ্রা ?

উমঃ ঐঙোন্দা পাবুং কৌরক্তনবা খরা নহা ওইখোকহনবদি চুম্মী । মদুদি অমেরিকাদা চৎলগা মায়সি প্লাস্তিক সরজরি তৌরবা নত্তনদি করি উপাই লৈ ? অদুম তৌরদি মাগা ঐগা রেস্তুরেন্টদা, সিমিত্রিদা, সেল্ল্রাদা জলকেলি শানদুনা অপ-তু- দেৎ হেরো কুব্রা য়াথিনিসে । নীলা সিনেমাদা তোয়না থেংনরিবা তিনেজরশিংদুগী পুন্সিদু অমুক্তংবু ফংজরদি ঐ, শিরসু য়ারে ।”

“ দাক্তর, এস. পি. না মাগী ওফিসতা হৌজিকমক লাক্তবা য়াদে হায়দুনা কনস্তেবল খরা থারক্লি । ”

মোল্লংদু কায়রগা খংপ্রেক খংনা য়েংথোরকপদা থোঙ মনাক্তুদা মাগী এতেন্দেন্টদু লেপ্লম্মী । মানা ঙসাই তেলিফোন তৌশিল্লুবদুদা আই. দি. কোল্লরনা মাগী তেলিফোন নম্বরদু দিতেক্ট তৌরগা ফাবা লাক্লিবনি হায়দুনা মশাগী মিহুন্দু চেনগা চেনগুম্লে । উপাই লৈতে মরাল লৈরবা হায়বসি ।

চঙখিবদা থোঙদা ইরম্বদু পাকই “ শংবানবী, আই. পি. এস., এস. পি. ইম্ফাল বেস্ট ” । চঙশিল্লগা ফম্মী । মবাল লৈরবনি শাদুনা বা অমত্তা ঙাঙদে । শংবানবীনা মাগী মনাক্তা লৈরম্বশিংদু কোন্না অমুক বারী মখা শানরসি হায়দুনা থোকহনখ্রগা “ নুংঙাইবিরিদনা দাক্তর ? ”

য়াউ মচাদৌনা য়াম্না শৃকথনা “ অদুম্না হায়বা তারে । এস. পি. সি ঐ, হান্না অমুক উস্রবগুম ... !”

“ অহোয় । ঐখোয় দি. এম. কোলেজ ওফ সাইন্সতা পুম্না লাইরিক তম্মিন্নরক্লিদুদি ?”

“ ওহোঃ ! নীংশিংলক্লে ” হায়না হাইরপ নোকফেৎ তৌরগা “ করম কবম পাল্লি ? অঙাং কয়া শুবিরগে ? ”

এস. পি. দু হাইবপ নোকফেৎ তৌনা মখাজাইদু তক-তক অনীরক্তং ফৈনা য়ুংনা ইল্লল্লগা “ অহুম । অদোমগীদি ? ”

“ ঐগীদি, ... আঃ ... অদুম্মাইনা । এস. পি. দি য়াম্না তেন্দর ওইনবু উরিনে ।”

“ সীদি ঐগী নেচবনে । অদো, ইনম্মা হায়গদ্রা মকপ হায়গদ্রা পার্টনরদুদি লোয়নবদা অদুম নুংঙাইবিবিবা নত্রো ? ”

“ উমঃ ! অদু য়ৌশিল্লক্লদি আ ... ” হায়রগা হৌগৎকে তৌই ।

শংবানবীনা নোকফেৎ তৌনা “ পাখৎলিরো ? পাখৎপিনো । ঐনা অদোম্বু কৌজবগী মরমদি, হৌজিক্তসু অদোম নুপী অঙাং লৈরে হায়বিব্রে অদুগা করিগীনো অদোম্না নহান মহারাণি থোংগী অম্বাইদা নহাদৌনা ... ? ”

ঈঙক ঙক্লা, “ এঃ! এস. পি. বু নুমিত্তুদা , ঐবু ... ।”

শংবানবীনা নোক্লগা “ অদুদা দিউতি তাবা এস. আই. দুনি হৌজিক্তা কাসিদগী থোকপ্রিবদো । ”

“ অসঃ! ঐদি লোইরেদনা ” হায়রগা মখুত্তু না অতাঙবা কোক্তুদা তপ্পা নাল্লগা

মমায়দু তেবলদা উপথখি । ক্রিমসন বেদতা কমপ্লেক্সন চেঞ্জ খংলাক লাকই ।

" চহীগা তৌথোবক্কি বা থবকশিংদুগা ... ইশাগী স্তেন্দবদুগা খবসু ময়েংবিয়ু ' হায়রম্লগা কমগী স্পেসিএল তোইনেটকী থোঙদু হাংদোক্নুনা চঙখি । তাঞ্জাদুদা দা সনাজাউবনা চান্স লৌবগা " হৌমিন্নবকপনি, নঙ মদুগী কেসতুমদি খবা নমশির্নাবখ্রো ' হায়বন্নগা খোঙথাঙ লাওনা কান্দুনা কাদুদগী ঝেঙ ... ।

উচিন নাচিন্না হোসপিতাল য়ৌবক্লে । কা মনুংদা চঙখিবদা তেলিফোনগী লাক্নুনা লৈবম্মী । লামদুনা পায়বগা ফমথৈ ।

" ঐ, নংবু শাথিনা শাউজবে । ... মবম হায়ববু নঙগী কোল ঙাইবদা নোং তাদ চোংলে । ... হয়েংনিবুদি খঙলবা অদুদা মফমদুবু কদাইদনো ? হেতেলদুদা ঐদি । মচাসু নত্তনা ? ... মফমদুদি ঐনদুম প্রস্তাব তৌগে তৌবিবনে । অদুদি থন্নগে । "

নোংঙান্দ্রি, দাক্তব সনাজাউবনা হৌগৎলগা ইকজখিবা । ঙসি অহীংসে মানা শাংনা লৌশ্লবগে হায়ববু থা তকক্লা অহীং অমা শাবা মেকগী অহীংদুমক পা খব অদুননি মানা নোংঙানবা ঙাইঙমদনা হৌগৎলগা চাইথখ্রিবা । কোট সুট শেংচিনখ্রে অমুকফাও পুন্নদ্রিবা তাইদু লৌথোক্লগা পুনশ্লে । ওই যেৎকী শ্বব যেংই । থেল গেবেজদগী গাড়ী থৌদোকই । উফুলমক্তা ঙাযবস্বদু উবদা কোট লোথোক্লগা ঈশিং শোক্ল চাম্মী । চান্না লোইবগা মনাওনুপা তোম্বুংগী মচানুপা ননাউদু কৌবগা মমাদগী মবৈ পবে নেক্লেসতু লৌহল্লুবগা শিজিল্লি । মাগী মওং মতৌদু উবদা কবি তৌবক্কদৌবিবজাং হায়দুনা তোম্বুংগা তোম্বীবৈগনা নিংদোল পোম্না ব্বাতানৈ ।

নহানগৈ অমত্তা লৈতবা মকে শেন্নগী মচাক মযাম কদাই কদাইদগীনো লৈথোক্লগা দ্রেশিং তেবলদুগী মমাংদা লেপ্তুনা মকে শেমগৈ শেন্নগা পৃং নীপালমুক তাবকপগী অদ্বাইদ কাপথোবক্নুনা সিমিত্রি পাংখ্রে দাক্তব সনাজাউবা ।

সিমিত্রিগী মনুংদুদা মথন্তা কোযচৎ চৎলি । নূর্থশিংদুদা হক্নুনা ইবিবাশিংদু অর্থাদ ইং লৌশিন্দনা অমুকসু পাকই । মী লাক্প্রা হাযদুনা গেৎলোমদা তোযনা তোযনা যেংই । অমুক য়েংই । পৃং অমা তাবস্লে । হৌজিক্তা নৌনা মখোযদৌদু মোবোক শিংলাই হৌবম মবমদি পৃং কযাদা উনগদৌবিবনো হাযনা হোদোক্লহৌদবগী ।

কুইনা হেক্তা মবৈশল্লক্লবদুদদি চৌকিদাবদুনা চঙশিল্লক্লগা হংলৈ " সাহেব, সাহেব ঙাইবিবিসিবু ? "

" মী অমা ।"

" মী অমা ঙাইবিবনি হায়বদুবুদি খওজববা । অদুদা .. ? "

নোকফেৎ তৌবগা " ঐগী গার্ল ফ্রেন্দ... ।"

বোয়োসতুনা ব্বাহৈদু পল্লকপদুদা চৌকিদাবদুনা মমায় লৈথোক্লগা থাক-থীন অদুগা অমুক ওক্সিল্লক্লগা " ঙসাই পৃং ৮/৯ দগীনি । হৌজিক অমা তাশিল্ল থাজদ্রেদা । অদুগা অমনা, মফমশিদা নুপা নুপী অমত্তা পূন্না চঙমিন্নহনবা যাদে । সবক্ব হূকুম্নি ।"

মাহেদু তাবদা মথম্মোয়দা উনবা ফংলরোইদ্রা হায়না চিংনবা পোক্লক্লুনা " নহানগৈ য়াদ্রসু ঙসিদি য়াহনবিয়ু " হায়দুনা চৌকিদারদুদা লুপা চামঙা চংশী অমা নমদুনা দান তৌশিল্লি । মসি ওইরবদি করিগুম্বা খবরনা য়োল্লগা শোরেন শোনাই হুন্দোক্লল্লসু মানা লোল্লা হেক্তা অমুক হুন্দোক্লরগে হায়দুনা চৌকিদারদুসু ঙাইহিরিবদুদা য়াওশিন্দুনা ঙাইহিন্নগ্রে । তাইম পাস ওইনা চৌকিদারদুনা সিমিত্রিদুদা থোকখিবা উখিবা জগংকী নুংঙাইগদবা মরীমখৈ তকথরকই, মহাভারতকী অধ্যায় অধ্যায় ... ।

নুংথিলগী পুং মরি তারকপগী অদ্দাইদা পুলিসকী জিপসি অমা থৌজিল্লক্লগা গেৎতুদা পোখারে । পুলিস ওফিসার অমা কুম্থরক্লগা কাপশিল্লকপদু উবদা, নুংগী সিটশিংদুগী মরুমদা, লৈ মরুমদা কোয়রোং লোত্তুনা মীরোং ওল্লি দাক্তর সনাজাউবা, ইকাইবদগী । চৌকিদারদুনা খঙশিন্নদবা শাদুনা লৈ । পুলিস ওফিসারদুসু হেক চঙলকপগা মমিং মনা ক্রোক ক্রোক ওৎলরি । থিঙৈ থিরুরগা চৌকিদারদু কৌশিল্লগা " খুরা, ঙসি মফমসিদা কনা কনা লাক্লম্মী ? "

চৌকিদারদুনা " সাহেব, কনাসু লাক্তেবু ঙসিগীদি ! "

" অদুদি, গেত্তা লৈরিবা মেদিকেলগী মার্কা য়েকপা কারসিদি মথন্তা পাইরকপা নত্রা ?"

" সাহেব, ঐ থোইদোকপা খঙজদ্রেবু ।"

" ঐনা থিবদা করিগুম্বা লৈরল্লবদি ? শেংনা হায়য়ু " হায়রগা নাকন্দা য়াল্লিবা নোংমৈদু লৌথোক্কে তৌবদা চৌকিদারদুনা মমিত্তু সনাজাউবনা লোংলিবা মফম অদোমদা কিরুপ-কিরুপ থাজিল্লকই । মীৎয়েংদুগী অর্থ খঙলদুনা ওফিসারদুনা, সনাজাউবনা লৈরিবা মায়কৈ অদোমদা চঙশিল্লকপদা সনাজাউবা হৌগংলগা চেল্লি ফজনা মরাল লৈরবা মীওইগুম্মা ।

" হোল্ড্ঃ! " হায়না খংলাউ লাউদুনা বেল্টদগী নোংমৈ শংলি । " নমায় লৈথোক্লগা নখুৎ থাংগংলু ।"

সনাজাউবা লোইরে, চেঙ খৈরি মশাদু । পুলিস ওফিসারদুনা চঙশিল্লক্লুনা "নথবাক্তগী নাপী, উফুলদু কমাইনা তৈরিনো ? "

" লোংপদা ।"

" লোংপদা ! মফমসিদা করি অথীংবা লৈ খঙলব্রা ? "

" খরদি খঙই ।"

" লোইনা খঙবা য়াদ্রো ? মফমসিদা নুপী ঙাইহিবিবনিনে ?"

" চৌকিদারসিনা লোইনা হায়দোরক্লবরা ?"

" লোক অপতা খোঙলেঙবিবা তারেনে ? "

" মদুদদি ঙাকপিয়ু সাহেব । সাহেবনা তৌ হায়বদু ঐ তৌজগে " হায়রগা ওন্দিল্লক্লুনা মখোঙ শাংনা তিংথোক্লগা খুরুম্মী ।

তৌথোরক্লিবা অবস্থদুদা পুলিস ওফিসারদু নাকন্দা খংচোং চোংথোকপদা, মকোক

ময়াদা লৈরিবা অতর গুলাপকী তিংখংদুদা পন্দুনা তুবীদু তাপ্লগা মশমদু চাইথরকই অমংবা নোংগুম্না, নোংগুম্না । মখূৎ ওইনা উপলিবা সনগ্লাসতু লৌথোরকপদা মশক খঙলে ।

" শংবানবী !" য়াম্না কি তুক্কচনা দাক্তর সনাজাউবনা কৌখিবনি । " ঐবু ... ?"

তাশিন্নদনা শংবানবীনা, হেন্দকগুনা দাক্তর সনাজাউবগী মখূৎ নাম্মদু পুন্সিল্লগা মমাঙলোমদা চিংদুনা পুখ্রে । অসুম পুখ্রগা খরা ব্রাংবা লৈ খরা হৌরিবদুগী মরুমদা পুল্লপ ফমথমিন্নখিবদুদা, কাপ্লগা হুন্দোক্লমদৌরিজাৎলা হায়না চিংনরক্কুনা চৌকিদাবদুগী মিহুনদু মথম্মোয়দা তাল্লা থীনগৎলকই ।

সনাজাউবনা কিথি কিরুম্না " শংবানবী, ঐবু ... !"

শংবানবীনা মূক্তুনা " সূকথা থাদোক্লোই নপুন্সিচুপ্পা । লাইফ ইন্প্রিজনমেন্ট, নন বেলেবল ।"

দাক্তরদু ব্রা অমত্তা ঙাঙ্দনা কি তুক্কচবগী মথক্তা ইকাই-নুংশি য়াননা মমায় লূকথরগা ফন্নি । ঙাইহাক অসুম্না লৈনরুবগা " ঐবু নুপীনি হায়দুনা নঙনা চেনখ্রসু সার্ভিস রিভোলভরসিনা সোট দেথ । মসিগীসু মথক্তা, এ. কে. পায়বা ময়ামসে উবেদনা ? "

ঙাইহাক তুমিন্না লৈনরিঙেদুদা, য়াম্না কিনা চঙলক্লিবা চৌকিদারদু শংবানবীনা তাম্বোকখ্রে । কনাসু লৈত্রে । দাক্তবগী মমায়দু মুন্না য়েংলম্লগা হাইরপ লৈথোকখ্রগা " তেলিফোন হেক- হেক তৌবকপীদো ঐনি ।"

" হাঃ ! " হায়না খংপ্রেক খংনা লাউরকই দাক্তব সনাজাউবনা । " ঙরাংদা নঙবু অঙাং অহুম শুরে হায়বদাইনে ?"

নোক্লগা শংবানবীনা " নঙগী ব্রাহংদুননে । নঙগীসু অদুমহাইনা অদুম হায়রম্বদাইনে ?"

" হেরো নাতে চাদবা " হায়রম্লগা, মখূত্তু ফৎ কম্বোক্লম্লগা হৌগৎতুনা মখূত্তগী হেন্দকগু থরাক থরাক য়াম্বুবগা থুনা য়াঙনা গেৎলোমদা থোকখি । শংবানবী ইকাই নুংশি য়াননা, তান্নবদি ঙমজদা, নোকমি নোর্কাম হূরান লানাদা য়াম্না চাক্লা য়েংদুনা লেপহৌই।

" মেম সাহেব ।"

জ্ঞান খংতা তারকই । নাকন্দা চৌকিদাবদু লেপতুনা লৈরম্মী । দাক্তর সনাজাউবনা চৎখিবা মায়কৈদুদা কয়াম কুইনা য়েংদুনা মোন্দ্রংদা লৈকরবজাৎনো খল্লকপদা মথন্তা অমুক ইকাইজরকই । ফুরিংখাউদগী লুপা চাম্মা চৎপী অনী লৌথোক্লগা " খুবা, সেঃ কনামত্তদা হায়দোকপিনুকো " হায়রগা শেলদু পী ।

চৌকিদারদুনা শেলদু লৌনিংদবা শাদুনা য়াম্না তন্না লৌশিল্লগা, নোকফেৎ তৌরগা ক্বাটররোমদা হোত্তুনা চৎখি ।

সোমদনা কমদৌরি ? নুমিদাংব্রাইরমগী মন্নি, মন্নিবদুদা কোক কোক তৌবা মখোল অমা তায় হায়দুনা তোম্বীরৈনা মতৈ ইবুঙোগী কাগী পর্দাদু খজিক্কং হাইগৎলগা য়েংলুবদা মতৈনা শের্নি অমা মখোঙনা চপ্লগা মখূৎ ওইনা নূংথং অমা থাংগৎতুনা য়াম্না ওইওইননা

য়েদুনা লৈরম্লি । চেল্লক্তুনা পাউদু তোম্বুংদা তম্নুরে । থাজদনা খোল্লকপা থৌদোক্তুদা পাখৎলদুনা মতে মনাও চেল্লিক্তুনা মরম হংজরুই অদুবু খোয়শাওনরবা সনাজাউবনা মখোয়নীমক হোঁইদোরক্লগা খোঙ লোল্লিনম্রে । পাখৎচরবসু উপাই লৈত্রবা মতে মনাওদু মপান্দা থোরক্লগা অমম্বদা অঙানবা থিনরি । তাঞ্জাদুদা থোঙ্গাল্লোমদগী জিপসি অমা থৌজিল্লকই । পুলিস ওফিসার অমা কৃথরক্লগা সনাজাউবগী কা তম্না হাইজিনখিবদু ইলেক্ট্রিক্কী মৈঙান্দা তোম্বুং মতে মনাওনা উহৌই ।

কা মনুংদা তৌরিবা তেক্নিকেল প্রাক্তিসতু শংবানবীনা খোংনাউগী মিংশেন্দগী হোত্রোং হোনা থ্রী দাইমেন্সন্দা উরদুনা কোলিং বেলগী স্বিটসতু নম্মী ।

“ কনানো ? চঙলক্কনু হায়রদি চঙলক্কনু । পায়রিঙৈসিনা নরাইবক্কী অস্তিদু হিংফক ফকপা য়াবনিকো খঙজৌ ।”

অমুকসু নম্লক্কবদা “ মতৈনা মনাওনুপীদা শান্থহেদে হায়বা লো আই. পি. সি. দা য়াওদবনি । খোয়দৌনা খোয়দৌ লংখৎপনে, নশা অঙাং ওঞ্জনি । ওঃ ! মসিবু কমাইনা তৌদোইনো হায়মী ঐবো ” হায়না মথস্থা অমুক শোঞ্জরকই ।

হন্দমুক্তি স্বিটসতু অদুম নমশিল্লগা থম্লবনিনা সাইরেন খোংবদৌনা খোংদুনা লৈরে কোলিং বেলদু । মথম্মোয়দা ঈ থোক্লিবা সনাজাউবদা মখোন্দুনা অমুক থুম থাকচিল্লব্রা করিনো নূংথংদু পায়রগা মখা ক্রক ক্রক চীক্লগা হৌগৎলক্তুনা থোঙ হাংদোক্লে । অরোইবী থাদুনা নূংথংদুনা কোলিং বেলগী দোর স্বিটসতুদা য়েশিনখি । সোর্ট সার্কিট থোক্তুনা ফ্যুজ চাকত্রমাল্লে, পূংমম্ ! তাঞ্জাদুমক্তদা শংবানবীনা পাইশিল্লক্লগা সনাজাউববু সূপকোন কোল্লগা কা মনুংলোমদা পুম্না ফত্রাক !...

“ হাইস্ ! মঙং অমনিনা ” হায়দুনা তোম্বুংদু চেল্লিন্দুনা থোঙজিন ময়াদা লেপ্লগা ফুরিংখাউদগী মৈখেত্তু লৌথোক্লগা খেৎতুনা য়েংলুবদা তৌরম্লিবা দৃশ্যদু হাইরপ দর্শন ফংদুনা মচীন্না কামদুনা মুখৎলি । অদুগা প্রপ প্রপ য়ুমজাওরোমদা লাক্লগা, তোম্বীরৈনা ইনভরতর শিন্দুনা মৈ থাগৎনবা তৌরিবদু তোকহল্লি । মখোয়নী পূম্না লাকমিন্নরগা থোঙনাও ময়াদা মনাকোং নাম্ম নাম্মা ইল্লিন্নদুনা হায় ফ্রীকেন্সিগী এফ. এম. মাইক্রফোনশিংদুনা থম্মোয় অনীদুগী ই. সি. জি. লৌনরিবদুগী ওদিও রেকোর্দিং তৌশিল্লি । মম্বনিনা ভিদিও রেকোর্দিংদি নেভর ।

“ ঙসিগী হেন্দকপসে লৈ পরেংনি হায়না খনবীয়ো ।”

“ শংবানবী, নঙনা ঐবু অরেম্বদা য়াম্না বাহল্লে ।”

“ অদুবুদি ব্রাদদিনা । ঐগী মত্তদি নঙসে ব্রাবু ব্রামন্দে হায়রিবনি । অদুঙৈ মোইরাং খম্বদি থোইবী মশূংলাংগী কাওবু ফাবও, কৈবু ফাবও, ... নঙবু তাম্রো ?”

“ মতমদুদনা খম্বনা কাও ফাখিবা, ঐদি হৌজিক মতমগী ইন্টর কন্টিনেন্টেল বেলেস্তিক মীসাইল ফাগে নশূংলাংগী । ”

“ অদুখক্তরা ? ”

“ নিউক্লিয়র বোম্ব মৈনা শংকে, ফায়টর বারপ্লেন ফৈনা য়োংকেনে, নঙনবু লেম্বীনি

হায়রদি । অদো, ঐ ৱাহং অমত্তা হংগেনে ।"

" করিনো, অমত্তা নত্তনা ; পাউখুম লীশিং লীশিং পীজগে হায়দুনা ইকাই ইকি হন্দোক্তুনা নয়ূমদা লাক্লগা, অমতং হংদৌ ওইরদি হংবিরক্লনু । "

" নঙনা হৌজিক ফাও' লৈশারম্লিসিবু ?"

" অদুবুরো, ঐসু নঙদৌনা, মতীক চাবা মী অমা ওইগ্রিঙৈ ... হায়দুনা কোয়বা লংবা য়াওদনা হোংনরকপদগী আই. পি. এস. ওফিসার অমা ওইরে । মতমসিদদি নুপা অমনা হায়রক্লদবসু ইকাই হঙ্গোইনরমাল্লে কনামত্তা হায়বিরক্তে । ইমা ইপানা থাজনিংলগসু ঐগা লম্বা চানবা অমতা ফংলকত্রবদো । অদুনা চহীরোমদদি ... ।"

" অদুগা ঐ পাখং ওইরি হায়বসিদি কমদৌনা খঙলিবা ? "

" নোংমা নঙনা কোলেজ মহৈরোইবী অমা লক্লরুবগী খবরগী হেদ লাইনসতা য়াওগ্রিদুদি ? "

" হৌজিক্কানগী পাখং লৈশাবীশিংশিনা তৌনরিশিংসি নুংঙাইজাংনিকো ! নহানঙৈ ৱারকপা, ইকাইরকপা ময়ামদু নঙগা ঙাইহাক ফম্মিন্নবশিদা লোইনা পাইগ্রে । থাজগ্রা ? যৌবনগী বসন্তসে ঐগী ফূরিংখাউদা চঙলক্লগা কুল্লরে ।"

" অদুবু নথন্তরো ?"

" নঙসুরো ! ভালো । অদো, ঐগা উনবদা নঙগী য়ুনিফোর্মদু শেংলক্লনু । বিং কাদে । নঙনা কোলেজ তন্নিঙৈগী দ্রেসতো ! হায়দি অদু অদা ... ।"

" হয়েং শংগদ্রো ? "

" কদোমদা কোয়থরুসিগে ?"

" নঙবু নুপা নত্রো ? নঙনা পুবা মফমদুদা ।"

" অদুদি নঙ লৈশাবী মচা মান্নবা শেং চারক্লদবা ।"

" নঙসু পাখংমচা মান্নবা জেকেৎ, য়ামাহ ... ।"

তাঞ্জাশিদা তোম্বুংগী মচা অহন্দুনা ইনভরতর হাপচিন্নক্তুনা পূমঙাল ঙান্নক্লবদা মনুংদা লৈরিবা অনী, থোঙনাওদা তারিবা অনী, মখোয় মরীমক মমিং নীপালমক হোরো হোরো পুল্লপ অমুক্তদা মীৎচানৈ । অদুগা তান চানরুবগুম অমুক্তদা পূন্না খংলাউ লাউমিন্নরকই "হাঃ !" ইকাইগুম খংগুম শংবানবীনা মনুংগী থোঙলোমদা, দাক্তর সনাজাউবনা মপাল্লোমদা কাপথোক্লখি । অদুদগী খূদক্তা অমুক সনাজাউবনা ইমুংলোমদা, শংবানবীনা মপাল্লোমদা হুইস্ হুইস্ ... । থোঙনাওগী মতৈ মনাও অনীদুগী মীৎ জুরা অনীদুসু ইমুংদগী মপাল্লোমদা, মপান্দগী ইমুংলোমদা রেঙ্ রেঙ্ ... ।

নোং ঙানবগা মশানা খঙনা, তোম্বীরৈ চাক থোংগৎলি । মতৈ ইবুংঙোনা ময়ূমদা লাকপা অনাবা ময়াম লায়েংবা লোইরকপগা তান চাননবা হায়দুনা মচাশিং থাদুনা খোঙুপ কাপ থাহল্লুরে, ফি স্তি তকহল্লুরে । মাঙ্গোলদা মহৌশাগা ইমান মান্নদনা হৈ লৈ কত্তুনা ধূপ থাউমৈ কংলি মঙ্গল আশির্ব্বাদকীদমক । কারদু শেংদোকহল্লি । অদুবু অঙকপদি স্তি তকহল্লুরবা সুটতুদি শেত্তুনা মচানুপা অহল শামুঙৌগী ৱাঙ ফাবী জেকেত্তু লীংখায়রগা

কাদগী কাপথোরকপদু উবদা কোক্লুমফিদুগী মচী অমা চিংথদুনা খল্লগা থীক থীক নোকই তোম্বীরে । অসিদসু নৎত্রি, কারদুগী মহুৎ শামুঙৌগী য়ামাহদু থৌদোকল্রে ।

ময়ূম ময়ূমদগী নুংত্তিগী ওফিসনি হায়দুনা ওফিস কানগ্রবসু মখোয় মখোয়গী ওফিসশিংদুদদি কেজুৱেল লিভনা ৱাই চাইরে হায়বগী পাউ মথং মথং লাক্লে । ওফিসতা ঙাইহাক ফল্লিঙৈদসু মখোয়নীগী তেলিফোনশিংদু হোট লাইন ওনল্রে । হৌজিক্কানগী নহারোলশিং কচ্চা, মখোযনী পক্কা । অসুম্না থা অনীরোম লমকৃষ্ণ লমহাঙরাধা ওন্দুনা মখোয়নীগী অনৌবা ময়াপুর লমদম অমদা হান্না ঙাওবা ফংজরক্তবশিংদু বাক্কী শিকি লাকখত্তুনা কলিগী বাস লীলা শান্নমিন্নরক্লি ।

ঙসিদি তোম্বুং মশা কয়া নুংঙাইতে হায়দুনা ফম্মুংদা হীপ্পুনা লৈরি । মচা অতোনবা ননাউনা খবর পুশিল্লক্লগা " ববা, হোকরনা হায়রিবা খবরশিদা ঐখোয় ইমুংগী কৈনোমা য়াওই হাযয়ে । কবিনো যেংও ।"

হেদ লাইব্লতা ইরমই "**ক্লবনা মরু কোক্লগা কন্যা কৎখিবা নুপাদুনা প্রোফেসার, নুপীদুনা এস. পি. ওইরল্রে । খঙলকপদগী ক্লবকী মেম্বরশিং লোৎনল্রে ।**"

তোম্বুং কোকচাউবী ফুং কায । ফুক হৌগৎলগা ময়াম্বা সনাজাউবগী কাদা চঙলকপদা শংবানবীনা মকোক খুল্লগা ফমুং ফানুং লোইশিল্লম্মী ।

খঙহৌদনা কৌরুই " ইতৈমা ।"

" হাউ ," মৌ অনৌবীদুনা হঙ্গোইরপ তৌনা খুল্লকখিবনি ।

ননাউ চঙলক্লগা " ববা, সী নুপীসিবো ? খবরদা য়াওরিবা ফোটোসিদদি মরু কোকই । ফিনা মকোক খুল্লিসে লৌথোকহল্লো য়েংসে ।"

" আইঃ খববদা য়াওব্রো হায়বিসিবো ?" মৌ অনৌবীদুনা ইঙক ঙক্লা হংলকখিবনি ।

ননাউনা শদীংদা খুম্মী " অংঃ ববানা পায়রিবা খবরশিদা য়াওএ ।"

" ঐদি লোইবেদনা " হাযরগা মোন্দা মমায়দু য়ুংশিনখি শংবানবী ।

মনুং কাবোমদগী দাক্তর সনাজাউবনা লাউরকই " নঙদি তুবী উপ্লগা ওফিস কাদৌবনিনা ফবিয়ে, ঐনিনে খনবদা মল্লিসে ।"

ৱা মখা তাবমদনা উমনোক নোক্লগা হন্দোকখি তোম্বুং ।

তাং ৪/৪/১৯৯৮

# ইনক্কারি কম্মিসন

" হাংলু, হাংলু ... নুংনা শেখৌ " হায়না তুংলোমদগী দীর্ঘ ফূকওঁ লাউদুনা তান্নরক্লিবশিংদুগী ইমোসন্দুনা ৱাংমনপ্ৰবদুদা, থৌবা ওন্নক্তুদুনা খান্নগা, চোংথদুনা হোত্তুনা কাপখ্রে ড্রাইভর তোম্বোই। বস মনুংদা তোংলম্বা, নিদ্রা দেবীগা ফিল্ম কৃম্মিন্নরবা মেম্বরফাও ব্রেন্দা ইলেক্ট্রিক্কা চিংবদৌনা ভাব মেন সুক্তা তাদনা জিংঃ ! মায়কৈ খূদিংমক্তগী পাইশিল্লকপা নুংনা থোংনাওগী মিংশেলশিংদা সেবা লোইরগা, মনুংদা ৱাক্ষিং ফাওজিল্লক্তুনা যাত্রিকশিংগী মকোক্তা থৌগল থিরকই। অম'নীদি থৌগল ফংবসু য়াওরে। অতৈদুদি মমগুদা উদগী তাবদৌনা, মিহুনশিং ফাজিন্নরগা সিং মখা মখাদা অন্দরগ্রাউন্দ, ৱান্টেত ওইরি।

" তেক্ষি থুগাইরগা অগ্নি দান " তান্নরক্লিবা মীয়াম মরক্তুদগী অমনা হায়রকপনি।

অমনা য়েহত্তুনা খুম্মী " মদুদি ফত্তে।"

" অদু ওইরদি থিংলিবা নঙোন্দা ওইনা হোংনজরগে।"

" বক-বক, ... ফাক-ফাক, ... হুইস্-হুইস্... য়াঃ ... "

" সরক নলাগী পৃথ্রীসিদা কৃণ্ড স্নান তৌবিরসে।"

" ড্রাইভরগী ৱাংখৎপা মকোক্তু লৈমায়দা থাংথসে।"

... ... ... ... ... ... ...

পূম্নিল নিল্লি। মরোল অমত্তা লৌফম খণ্ডদে। মখোয় মশেল বক-বক পীশিন্নবসু য়াওই। কপ্লবসু য়াওরে। খান্নবসু য়াওরি। পূমণ্ডান ঙাম্পোরকই নুমিদাংগী অমম্ববুসু মায়থীবা পীনবা। মৈনি। থাগৎলকপনি। অন্দরগ্রাউন্দ ওইরম্বা যাত্রিকশিংদু সরেন্দর তৌদুনা কপ্ল-লাউনদুনা পাইথোক্লরকই। অক নবশিংদি মখা য়ৌনরকই অদুবু অশোন অনা, খুদোক চাহৌদবশিংদি মীয়ামগী খোঙনেংনফম ...। চাক্লি য়াওশং মৈ থাবগুম।

লম্পু লাউনবগী খোঞ্জেন্না মৈবীশিগা লোয়ননা পাইখৎপ্রি নোংদোল তম্না খিংবিনবা লৈতনা, হাযদ্রোজেন বোলগুম্না ।

নোংঙাল্লগা, পাউ-চেদা ইনবকই ঃ

" হান্নগী মন্ত্রী তোম্বীবাজ বস্না তক্কুনা শিবে । মীয়াম্না হৌরকপা মোবতগী বসতু মৈ থাবদা অঙাং ৩, নুপী ৮ য়াওনা মীওই ১৪ মৈনা চাক্কুনা শিরে । ৮না শোক্লে।

ইম্ফাল জানুঃ ২৫: ঙসি নুমিদাং পুং মাপলমুক তাবদা ময়াং ইম্ফাল বজারদা, ইম্ফালদা টু ব্রাবগাই লমখাই চেনবা বস অপাইবীনা তকপদা হান্নগী মন্ত্রী তোম্বীরাজ মৈক্কা শিবে । মদুগী মমাঙদা বসতুনা অহঞ্জাউ (৩০) কৌবা নুপা অমা মখোঙদা নক্ক।। হাইদুনা থৌবকপদা তোম্বীবাজবু তকখিবনি । মতমদুদা, মফম অদ্বাইদা লৈরম্বা মী উর্ঠশিংনা তান্নদুনা বসতু খাম্লগা মৈ থাবদা মীওই ১৪ মৈনা চাক্কুনা শিরে; নীপাল শাক্লে । শিবিবশিংদুদি ... ।

থৌদোক্কু তোম্বীবাজনা পার্টিগী কেমেবা মিতিং অমা য়াওরুরগা থোরকপদা থোক্কখিবনি । ...

থৌদোক্কু মীওই অমনা শাবা ইনক্বাবি কম্মিসন অমনা থিজিলহন্নবা ঙসি অথেঙবদা চবকাবনা ব্রাবেপ লৌখ্রে । কম্মিসন অদু হান্না গুব্রাহাতি হায় কোর্টকী জজ ওইরম্বা মবক্তগী পোথাখ্রবা শ্রীঅচৌবনা লুচিংলবা য়াই । মসিগী রিপোর্টতু থা অহুমগী মনুংদা পীবদা লানখৎলক্কদবনি ... ।"

নুমিৎ হুম্নি শুবদা পাউচেদা অমুকসু থেংনবে মদুদি হৌখিবা তাং ২৫ দা ময়াং ইম্ফালদা থোর্কাখিবা মীশি মীনাদুগী মবমদা খঙহৌবশিংনা শাক্কি পীনিংলবদি মমিং, মখল্লাচিংবা পল্লগা মথং থাগী তাং ৫ ফাওবগী মনুংদা মিং পীশিনবিরকউ ।

পীখৎনবকপা মিংশিংগী লিস্তুতুদা য়াওবিবা, থৌদোক্কুবু মমিংমক্লা উহৌবা মীওই মখুক্কগী হাযাবিং চথুববদা কম্মিসনগী চিয়ারমেন অচৌবনা খঙলে মদুদি বস্ মৈ মা। থৌদোক্কু হান্নগী মন্ত্রী তোম্বীবাজবু তক্কল্লগা থৌখিবদুদা খোয়শাওনরবা তোম্বীরাজগী মবা খোঙলোইশিংদুনা হৌবকপা মোব অমদা মৈ থাখিবনি । অদুনা মসিগী এক্সন ফর্মাস মশক মমিং অকক্কনা খঙহৌদ্রবা প্রজা মীয়ামদা ওইববোই । অমরোমদা বসতুগী মব তোম্বোই ওইবগনি হায়না লেপখ্রে ।

ম্মোন থাদুনা তোম্বোইবু কৌবে ।

চিয়ারমেন্টগী ব্রাহংগী পাউখুমদা তোম্বোইনা " এক্সক্যুজ মী সার, ঐনা ঈশ্বর মপুগী শপথ কচবি, ঙাক্লিবসিনা শাক্কি । অবানবা অমতং হেক য়াওবদা, ঐনা হয়েং শিবদা মৈ চাক্কবা ওইজগে । ঐ তোম্বীরাজ হায়রিবা ভী. আই. পি. সিগা নুংঙাইনদবা অমত্তা লৈজদে, মশক ইশকফাওবা খঙনজদে । শোয়বদগী ঐগী গাড়ীনা তকখিবনি । ড্রাইভর ঐখোযদি, মীদি লাযবদনা ঐখোয়গী য়েক্লবা ওইরিবা লিনফাওবা তক্লিংদদুনা খাম্মী নৎত্রগা খথোক্লগা থৌই । মবমদুনা হন্দক্কীসি মবদব নৎচদে, হোমিসাইদনি ।"

অচৌবনা মখা তাথবকই " শোয়খ্রে হায়রগা হেক্তা য়ারদ্রা ? শোয়খ্রে হায়দুনা

গুন্দা অমনা নঙোন্দা থাঙনা থিজিন্নরকবদি নঙবু য়াগদ্রা ? ”

“ সার, ড্রাইভরগা গুন্দাগদি চাংদম্নবিগনু । চাংদম্নবা য়াবা হায়রবদু ওইদে । নুমিত্তুগী যৌদোক্তু ঐ শেংনা তমজগে ।

ঐ য়াম্না ঈংনা ঐগী বসতু লাইট ঙান্না থাল্লগা ইম্ফাল্লোমদগী যৌথরকই । ময়াং ইম্ফাল বজার য়ৌশিল্লকপদা পান দুকান মরুম অমদগী য়ু ঙাওবা নুপা অমা মফেন্দা হাইরগা ময়ুংদা ইন্দুনা সরক্লোমদা খংচেন চেম্থোরকখি । মদু থোন্নবা তারে খন্দুনা ঐনা ঐগী গাড়ীদু খংলৈ লৈথোরকপদা সরক ময়াদা লৈরিবা ইলেক্ট্রিক ট্রান্সফোরমরদুদা থোমজিল্লগা, মৈনা চিংবতা নত্তনা, মদুগী তুংদা লৈরিবা অরুবা পূখ্রীদুদা তাশিন্দুনা তোংলিবা পেসেঞ্জরশিংদু লোইনা শিরগনি হায়না ঐনা খনখি । অদুগা অমরোমদা, গাড়ীদু খংলৈ লৈথোরকপা তারবদি সাইদ চুম্না চংচরিবা তোম্বীরাজগী মনাক্তা নপ্পগা যৌবা তাই । অদুনা ঐসু ব্রেক ফাবা য়াবমখৈ ফারগা লৈথোরকপদা লৈশিল্লকখিবা গোলাইদু ককথোকপা নংহৌদদুনা হায়রিবা ভী. আই. পি. দুবু শোকখিবনি । অদুগা অমরোমদা, পেসেঞ্জর ৫২, হেন্দিমেন অহুম অমদি ঐ ইশামক, পূন্না মীওই ৫৬ কী পুল্সি কনবগা মীওই অমতংগী পুল্সি কনবগা করম্বনা হেন্না ফবগে ? সোমদা য়েংবিরগদি ঐবু কম্মিসন্না মনাদুম পীবিবা য়াব্রা খঞ্জে । মৈ থাম্প্রিবদুদি নুমিত্তুদা য়াওখিবা মীওইশিংদুদগী ওইনা পাউ লৌবিরো । ঐদি ইথায় হিংনবা গাড়ী খান্নল্লগা চোংথদুনা অদুম চেল্লে ।

চিয়ারমেন্না মমিত্তু ইস্থোক্লগা মনাদু ফন্দোক্তুনা ব্বারীদুগী দেতাশিংদু মাগী তুম্বানুংদুদা রেকোরদিং তৌশিলহৌই । অদুগা কোন্না কদায়ফাওবা চুম্বগে হায়দুনা স্ক্রিনিং তৌই ।

মথংগী নুমিত্তা, মফমদুদা চত্তুনা য়ু ঙাওবদুনা চেম্থোরকখিবা মফম, গাড়ীনা লৈথরক্তুনা ট্রান্সফোরমর তম্না চঙলকপগী চকা মরম, ট্রান্সফোরমর মনাক্তা লৈরিবা পূখ্রী, তোম্বীরাজবু তকখিবা মফম পূম্বদু ড্রাইভর তোম্বোইনা পীখিবা ব্বারীদুগা য়াম্না চুশিন্ননা লৈরম্বদু কেসকী আই. ও. দগী থেংনখি । পূম্নমক্তুগী সাইন্টিফিক রিজনিংদুসু অমুক খম্বদুনা য়েংই । থোইদোকপা অরানবা অমত্তা য়াওদে । বসতা তোংলকপা অশোকপা মীওই খরদগীসু মান্নবা পাউখুম অদুম ফংলে । অদুনদি হৌজিক ড্রাইভর তোম্বোইদা করম্না মরাল পীগদৌরি ?

নুমিৎ ২/৩ খনঙৈ খল্লগা সমোন থাদুনা নুমিত্তুদা য়ু ঙাওরগা সরকলোমদা চেম্থোরকখিবা অহঞ্জাউবু কৌই । অদুবু অহঞ্জাউদি নুমিত্তুদা গাড়ীনা তকখিবা মখোঙদু লায়েংবা মপানগী হোসপিতালদা চংখিদুনা জবান পীরবা ঙমদ্রে । ঙাইবা নত্তনা করি উপাই লৈরি ?

মতম ঙাইবা ওইনা, অমদি এজেন্ট পোইন্ট ওফ ট্রুথকী মতেং ওইনবা নুমিত্তুগী বসতুদা তোংলকখিবা মীওইশিং কৌখত্তুনা স্তেটমেন্ট লৌবদগী খঙলে মদুদি ড্রাইভর তোম্বোই অচুম্বা ঙাঙবা মীনি ।

অসুম্না অসুম তৌরিঙৈ, থা অহুম শুজিল্লক্তুনা ইনক্কারিগী মতম থা অনীগা অমুক শাংদোকপীনবা সরকারদা হায়জগ্রে । য়াবিরক্লে ।

অহঞাউ হল্লক্লে । কম্মিসনগী সমোন ফংদুনা জবান পীনবা লাকই । চিয়ারমেন্না হংলকই " অহঞাউ, নঙনা করিগীনো অচেনবা বসকী মমাঙদা চেল্লিরিবদি ? "

মথম্মোয় শেংলবা অহঞাউনা শোর্ট কৎতা খুমদোরকই " সার, য়ু য়োনবা তোমচানা শীঙজংনা কক্কনি হায়দুনা তান্নরকপদগী ইথ্বায় হিংনবা চেল্লকপদা লম্বী ঙাওদুনা চেনশিল্লুবনি। চেনশিনগে হায়দুনা চেনশিনখিবা নত্তে । বসতুনা তক্লদি শিনি হায়বা ঐসু খঙজে ।"

চিয়ারমেন্না " নঙ মদুগী শাক্ষি, প্রমাণ পীবা ঙমগদ্রা ?"

অহঞাউনা করিসু খন্থৎরুদনা জৎ-জৎ খুমতোরকই " অদুদি, নুমিত্তুগী এসেমব্লী মেম্বরশিং সনামতুম, তম্ফাজাউ,অমুবা অমত্তা শিদ্রিনা ।"

চিয়ারমেন্না হায়রিবা মীওইশিংদুগী মমিং, লৈফম, চহী, মপাগী মিং নোং তৌশিল্লি । অদুগা মথং কারক্কদবা তারিখ পীরগা চৎহনখি ।

কম্মিসন্না অমুক, অহঞাউনা পীরম্বা মিংগী লিস্ত অদুদা য়াওবা মীওইশিংদু ফাগৎলক্লুবা মরী লৈনবা পুলিস স্তেসনশিংদা ওরদর তৌখি ।

ঙসি তারিখ থোক্লে। দরকার ওইবা মীওইশিং সুরদুনে চিয়ারমেন্না ৱাহং পাউহং হৌরকপদা মরী লৈনখিবা মেম্বরশিংদুনা নুমিত্তুগী ৱারীশিংগী ৱাহৌদোক ওইনা থোরকখিবা কুরুক্ষেত্র লানফমগী মহাভারতকী অধ্যায়দু ফাকপা হৌরকই ঃ

সনামতুম্না চেরংখাউদুগী মনীংদু ময়ানা, উচিদৌনা চীকথৎলগা গ্লাসতা খরা খরা তাহন্দুনা হৈরি । লাল্লিল্লক্লিবা পিক থল্লবা গ্লাস পেক্তু ওক্লগা, তম্ফাজাউনা মনুংশা শ্বর থিংলগা মবুক য়ৌনবা অমুক্তংদা সুপহৈ হৈজিনখি । মথংদা অমুবনা শুগত্তুনা গ্লাসতু খুৎচিং অমুক্তদা পুমহাঙ হাঙহল্লি । চানবদু মখূৎ য়েংনা থাংগৎতুনা অমুক্তং চীক্লরগা, লাল্লিল্লক্লিবা গ্লাসতু মখূৎ ওইনা লৌরগা য়াম্না পাম্মুনা চা থকপগুম চুপ্লি অহঞাউদি ।

তম্ফাজাউনা " হৌজিক লীক্লী অহুম হাঙহনগ্রে । মসিদা অহঞাউ নঙনা লেম্বা তোক্লি । তৌরনু মদো । মতম ফত্রবনি । পাইশিল্লক্তুনা পীররবদি লোইনা হীগা য়ৈননি । নহান অমুথোইগীদা অহাঙবা চেরংখাউশিং শায়ঙৈ শায়হল্লগা অমুক ষণ ৱাইনৌ হায়দুনা ৱাইনহনবদো নীংশিংনসি । ঙসিগা অমুক থেংনরবদি গ্লাস শায়হল্লগা য়োৎলু হায়রকপা শোয়দবনি ।"

মখূত্তগী গ্লাসতু গোক লাউনা থল্লগা, অহঞাউনা খোন হাইগৎনা " মদু কিরগা নঙনা করিগী মাইক্রফোন চুপ্পা য়াওররিবা ? কেমেরা মিতিংগা ঐখোয়গী মিতিংশিগগী খেৎনবা অদোম খঙবিদ্রি ? "

হৌনা খৌদেল্লগা অমুবনা " মত মান্নদবা ওপোজিসনগী সদস্যশিংদি এসেমব্লি হাওসসিদগী ৱাক্ক আউট তৌবিখিবনা লেমগনি । নত্রগদি স্পিকরগী রুলিং লাক্লিঙৈদা হুমজিল্লক্লবদি পাইবা য়াওননি । "

সনামতুম্না ফুক হৌগৎলক্লগা " নঙনা ঙাঙলিদু কনাদনো ? "

অমুবনা করিসু যৌশানা খুম্লকই " ঐ খঙত্রি । খঙসু খঙনিংদে মরমদি খল্লুবা শংত্রি । চীন-খা অসুম নুংঙাইখৎলকপসিদা রুবায়ট শৈরেং মতেক অমা অসুম থীদোকখিবজাৎনিদা, পাল্লব্রো ? "

অহঞ্জাউনা অনৌবা চেরংখাউ অমা লাল্লগা ময়ানা চীকথত্তুনা মমাঙদা লৈরিবা গ্লাসতু ফুল ওইনা হৈ । থাংগত্তুনা মশাগী তেজ্কিদুদা পেম্না হাঞ্জিল্লগা " থাউ য়াম্মা তৈনবগী ব্বারা? ঙসি এম্বুলেন্স তোংবা মী য়াওননিসে নৎত্রগা খরা হেঞ্জিম্না মাইক্রফোন সিয়ার লৌবা মীদনা মশা মশানা য়ানিংলসু, য়ানিংদ্রসু নম্ফদা খোয়রেন পীথোকচনি । মদু ঙম্লোইদৌবা অহঞ্জাউ নত্তে । "

তম্ফাজাউনা মঙক্তু শাংলপ নোম্লগা করিসু যৌশাদনা " উমঃ! চুম্মী । ঐনা তৈরিবা থাউসে নখোয় নপাদুনা শুংবা বিফাইন ওইলদুনি । খঙলব্রা ?"

" তম্ফাজাউ, নঙ ঙসি বোম্ব গুলি য়োৎপদৌনা ঈশিং য়াওদনা ফৈনা য়োৎলুরা ? নঙ ঙসি লাস্ত ওইনিংদ্রবদি খোন ব্বাউখৎলক্কনু । "

তোন ব্বাংনা ব্বাংনা ঙাঙনরিবদুগী ফাইনেল দিসিজন্দু মাঙজৌননা খঙলদুনা মনুংদগী থোরকই ভেন্দর মপু তোমচা । অদুগা থোঙজিন মপান্দা লেপ্লদুনা " ময়াম্ ব্বারৌবিনু, থক্তৌ চাদৌবদু থক্ল-চারবদি কুইনা তেবল কনবিগনু । কোক ব্বাংখৎলকপগী মতীক খোলসু ব্বাউখৎনরবদি খৃৎ শাংদোক্লরক্কনি । অদুগীসু মথক্তা, ময়ামসিগী তুংদা লাক্কদবা ঐগী অতৈ কন্তমরশিংগী থোঙসু থিংবিগনু । ময়াম হৌগৎপিরসিদো ।"

অহঞ্জাউনা শাউনা খুম্লকই " তোমচা, নঙগী য়ু য়োনফমসিদা করম্বা ভী. আই. পি. না লাক্তুনা থক্লগা ঙাওরগদগে ? ঐখোয়না তৌরিসে পামদ্রগা করিগী য়োল্লিবা ? নমিত্তু মার্ব্বল ওইনা হাপ্লিংব্রা নঙবো ? "

" অহঞ্জাউ, তৌনু । ব্বা ঙাঙবদা লিমিৎ নাইয়ু । লৈতোন শরু পান্দে মতাঙুম বেঙ-বা বেঙ-বা ঙাঙলিবা নরৈদো ককথৎলগা হুইদা কির্ত্তন কৎপা ঙম্বা তোমচানি । মী অতৈসু থক্লরিবা ঙাক্তনি । নশানা কন্ত্রোল তৌরগা ঙাঙজু ।"

ফুক হৌগৎলগা " তোমচা, নঙ ঙসি য়ুংনা য়োৎলুরা নৎত্রগা ফৈনা য়োৎলুরা ? ঐগী মিহুন অপাইবীসে পোপথোরক্লদি নঙ ঙসি কৃ তোংজনি ।"

" নঙগী, হুরাল্লকপা হুই হৌদোং মেৎখায়দুনা হাৎপগী মিহুন্দু কাঙলক্কে ? মদুগী মিহুন্দুদি থোঙলোঞ্জেগুম্বা, শীংজংখোকুম্নতনা ফাথবা ঙম্বদাইনে " হায়রগা থোঙ মরুমদা ঙারিবা শীংজংদু তাপ পায়রগা অহঞ্জাউ তম্না পাইশিনখি । সভাগী সদস্যশিংগী মরক্তগী খরনা তোমচাবু ফানহৌরগা খরনা অহঞ্জাউদু মপাল্লোমদা ইম্থোকখি ।

চিয়ারমেন্না ব্বারীশিংদু অমুক ইংলিসতা হায়রগা মাগী পি. এ.দুদা তাইপ তৌশিল্লহল্লি। অদুগা মখৃৎ ওইদুনা, তেবলদা শৌরগা মমিত্তু খুমদুনা খল্লি । ঙাইহাক খল্লগা " তোমচা, ব্বারীগী ঈহৌরকফমশিদি নঙ ওইদৌরি । নশা ঙাকথোকচনবা করি হায়নিংলি ? "

পৃমঙক ঙক্লবা তোমচানা ফুক হৌগৎলগা " সার, হায়বিরিসিবু ? "

" নঙনা য়ু য়োল্লমদ্রবদি পৃম্নমকসে থোক্লমগদ্রা ? "

" সার, য়ু য়োনফম খুদিংমক মী লোইনা ফুনখি হায়বগী শাক্তি লৈবিব্রা ? ঐনা অসুক কুইনা য়ু য়োল্লকপসিদা মখোয়সি নত্তনা কনামত্তনা থকচিল্লগা ব্বারেম শূদুনা লাউনখিদ্রি ।"

" খরা ফরক তাগল্লি খঙলবা মখোয়সিদা নঙদি করিগী য়ু অদুক য়াম্না য়োল্লিল্লি ?"

" সার, মখোয়সি ফরক তাগনবা মীওইনি হায়দুনা ঐঙোন্দা হান্না খঙহল্লকখিবা কনামত্তা লৈতে । মখোয়না ঐগীদগী থকত্রিবদু লীক্লী অমতনি । মখোয়দি হান্না অতৈগীদা হাজিল্লুরগা মৎদুনা লাক্লগা ঐগীদা লোথববনি । অদুগী মথক্তা মখোয়সে মশাদা হান্ননা আইতি পার্সেন্ট ওরিজিনেল ওইনা য়াওজরবা মীওই ঙাক্তা ওইরম্লে ।"

" হান্নবা ওভরসু ওইজরক্লবা, থিঙ্কিং ঙমদ্রবশিংসিদা কবিগী নঙদি অমুক য়োল্লিল্লিবা ?"

" সার, মদু য়োদ্রবদি, ঐগী নুপী অঙাং কনানা থাকপিগনি ? "

" নঙবু মসিগী শিনফমসি নত্তবা অতৈ শিনফম অমা শূদুনা নুপী অঙাং থাক্লবা হোৎনবা য়াদ্রা ? "

" শেল পায়বশিংগী মচা মশূ ওইরমদুনা প্রাইভেৎ স্কুলশিংদা তমজরক্লল্লসু কম্পিটিতিভ একজামিনেসনশিং থাদুনা নহান্না আই. এ. এস. ; এম. সি. এস. ওফিসারমক ওইরমদ্রসু রেলবে, ফোরেস্ত, নৎত্রগা ইনকম তেক্স ওফিসাব মচা অমত্তা ওইরবসু ওইজরল্লনি । সরকারগী থবোই অহাম্বগী স্কুলশিংদা তল্লকুনা মাঙলবনে ঐসে । এম. এ. লোইরগা য়ু য়োল্লিবসে, ইকাইরম্মোই খনবিব্রা ? "

মতুংদা চিয়ারমেন অচৌবনা হৌজিক মতমগী সরকারগী স্কুলশিংদা তম্বা মহৈরোইশিংনা পরিক্ষাদা রেঙ্ক ব্বাংনা পাস তৌদবসিগী মবমদা বির্সাচ ভীউ থল্লকই । থিঙৈ থিজিল্লুবদা ফংলকই মদুদি মদু মহৈরোইশিংনা মশাগী মথৌ চুম্না তৌবক্তবননি । অদুবু মসিদা মহৈরোই খরনা য়েংলকই মদুদি ওজাশিংনা মহৈরোইশিংবু মমুৎ তানা খঙননবা অমদি সেলেবস কোভর তৌনা তাকপীদবননি । মসিসু চুল্লবনিনা ওজাশিংদা মীৎয়েং অমুক থম্মী । মসিদনা, ওজা অমনা " মথৌ চুম্না তৌরিবা, নীংথীনা তাকপিরিবা ওজা কনাবু সরকারনা প্রমোসন পীদ্রবগে নৎত্রগা তলব হেনগৎহনখিবগী পাউ তাবগে ? মদুগী মহুৎ মন্ত্রী ওফিসার, দাইরেক্তরগা নক্লবা, শেল তিংবা ঙম্বা মথৌ তোকথোক্লগা খল্লগা লৈবা ঙম্বদা প্রমোসন পীরি । এবার্দ লাউথোক্লি । অচুম্বা ঙাঙবা, মতু শোনবা ওজাশিংদুবুনা ত্রান্সফর তৌবি । স্কুল অমদা দরকার ওইবা ওজা শুনা থম্বীদে । অমরোমদা চপ মান্নবা সবজেক অমগীদি ওজা অনী অহুম থল্লগা অতোপ্পা সবজেক খরগীনা শূক্লে লৈতবসু কোন্দায়নি । অদুনা ওজাশিংশি তলব কায়দ্রগা লোইরে হায়বগী ভাবতা অয়াম্বনা লৈনরক্লে । অদুগা চহী অমদা থাফম থোকপা ছুটি মশীংদগী কয়াম হেন্না সরকারনা থাবগে ? বন্দ, ব্রোকেদ,... "

মথংদা সরকারদা তাইনরুই, মদুদনা গার্জিয়ান্না থৌশাদবনি হায় । লনাই স্কুলদা তম্বা মচা মশূশিংদি মখোয়না অবাং অপা য়েংশিনবী অদুগা সরকারগী স্কুলদা তম্বশিংদি

মমা মপা ওইহৈরিবা মখোয়দা য়েত্তনবা থাদোরকপনি । সিদবু করম্বা অঙাংনা ফংগদৌরিবা ?

গার্ডিয়ানশিংনা অমুক হায়, মরাল লৈরবা মখোয়না মশা ঙাকথোকচনবা মরাল থঙদোরকপনি । মরমদি হৌজিক মতমদা মরাল অসি ভোলিবোলদৌনা শাননরে ।

অদুদি হৌজিক লাল্লিবসি কনানো ?

ইন্‌কোয়ারিগী মতাংদু স্বাইদা থন্নগা, নাকন অমদা ' লাইরিক তমদুনা মহৈ মশিং হৈরবা মী অমনা মশা মথন্তুফাও হিংজনবা লম্বী ফংদ্রিবশিনা করিগী ?' হায়বসিদা ফোকস থন্নকই । থিবা য়াবা থিজিল্লবদা খঙলে মদুদি এজুকেসন সীস্তেম শোয়বননি । অদু ওইরবদি শোয়রবা সীস্তেমসিবু চুমথোক্তনা অসুম চৎনহল্লিবসিনা কনাগী মরাল ওইদৌরিবা ?

অদুদি অরানবা কয়া ফোংনা তৌরিবা সরকারসিদি প্রজানা ভোৎ পীদুনা হেক হেক শেমহল্লিবা করিগীনো ?

অসুম্না তৌফম খঙদনা কঙাওনরিঙৈ ইনকোয়ারিগী মতম লোইশিল্লক্তুনা মতম খরগা অমুক শাংদোকহনবিনবা চে থাখি । হন্দক্তি শাংদোকপা য়ারক্তে । চিয়ারমেন কৌখৎলকই ।

হোমগী পোর্টফোলিওসু পায়রিবা চীফ মিনিস্তরনা " ওনরেবল চিয়ারমেন্না হৌজিক ফাওবদা ফংলিবা এক্যুজ অসি কনানো ? "

চিয়ারমেন্না, মানা থিজিল্লকপদা ফংবশিং শম্পৎনা " ড্রাইভর তোম্বোই, য়ুঙাওবা অহঙাউ, য়ু য়োনবা তোমচা, স্কুল ওজা, সরকার, প্রজা ... ।"

সি. এম. না মরক থৎনা " ঙাইখো, বস অমা মৈ থাদুনা মনুংদা য়াওবা মী কয়া হাৎপদা সরকারদি কমদৌনা ? "

থিজিনবদা ফংলকপা ইনকোয়ারিগী রিপোর্টশিং শন্নপ্পা থম্মী । মদুদা য়ানিংদ্রবা সি. এম. না " ওনরেবল চিয়ারমেন্না হায়দৌরিবসি বাইওস্ফিয়ারসিদা লৈরিবা পোৎলম খুদিংমক লোইনা মরাল লৈদৌরি ? চাক্লুরিবা মৈদুগীদি মরাল লৈত্রা ? মৈদুদি করি মরাল পীদৌরি ?"

চিয়ারমেন অচৌবা তৌফম খঙদনা মমিৎ উইশিল্লগা ঙাইহাক লৈরুরবা তুংদা "সার, ঐবু ঙাকপীয়ু । সরকারনা ঐঙোন্দা পীবিখিবা ইনকোয়ারিগী শেনফমদু ঐ লোইনা সরকারদা অমুক হন্দোকচরগে । ঐগী ইন্‌কোয়ারি ককপিরো । ঐ সোই তৌজরগে । চপ চানা মরাল লৈবা মীশক পুথোকপা ঙমদবগীদমক্তা ঐ ইশা ওইনা জেলদা থাজিনবিরো । ঐ মায়থীরে । চুম্না থিজিল্লমদ্রগদি ঐ মায়থীরম্লোই । "

ইনকোয়ারিগী রিপোর্ট থাগৎপ্রে । অদুবু মদুদা য়াওরিবা রিকমেন্দেসনশিংদু থবক ওইনা পায়খৎপগী পাউদি প্রজা মীয়াম্না চহী কয়া উবা ফংখিদে ।

জানুয়ারি ২, ২০০০

# কদোমদনো লম্বীসিবু ?

ইম্ফাল শুগুনু চেনবা গাড়ীনি । বস মনুংসিদা তোংলিবা ময়ামসে ফমিন-ফমিন্নরিবশিংদু অমগা অমগা ওক্সিন্নদুনা জাৎ জাৎকী ৱাবী কয়া শেখনরি । ইমুং মনুংগী থুম মোরোক্কীদগীনা অমেরিকাগী স্তার ৱার ফাওবা যাওবি। ইঙা ইঙেনগী নুংশানিনা জক লাউবীনি । নোং নুংশা ওইনা তৌবনবা করিনো নহানঙৈদগী খরা হেন্না শাবগুমসু তৌই । মাঙ্গোলদগী শূমাঙ ফাওবা থোকপা ঙম্মদবা হায়বদু য়ৌরবজাৎনি । মরমদুনা গাড়ীসিগী থোংনাও মিংশেলমখৈসু হন্দ্রেদ পার্সেন্টদা হাংদোক্লরি অইংবা নুংশিৎ খরতা ওইরবসু লীৎশিল্লক্লবা । ইম্ফালদগী অয়ূক্কী পূং তবা মখায়দগী পাইথরকপনি । হৌজিক নুংথিলগী পূং অমা তাশিল্লক্লে । বস মনুংশিদা তোংলিবা নুপামখৈদি মফি ফুরিৎশিং লৌথোক্লরগা মোজা ফুরিৎ অমমম্তং লীৎনরগা ফুবিৎশিংদুনা হুম্মাই ওইনা হুম্লরি । ঙসাইনা য়ৌবা য়ারপোৎনি । মী নীফুনিথোইগী শিৎতমক থাবা গাড়ীসিদা তোংলিবসিদি হুম্ফুতরামুক্লি । করিনো খাম্বশিনা খাম্বশিনবু মী অমত্তা উবা য়াদে খান্নগা হাপকদবগী হোৎনরিবা । গাডীগী মীশিংনা ঐখোয়সে মী ওইনা উবিবজাৎ নত্তে, লুপা কুন চৎপী, কৃস্না চৎপী ওইনা মমিৎশিংদুদা উবজাৎনি । মী হায়বসে পেনবা সুক্লাই নাইদবজাৎনি ।

মীগা চিনবনে শাগা শাবনে লৈশাবী মচা অমা লেপ্লিবদুদি য়েংবদা কাবক ফজরে। মশাগী শোকহন্নিংদবা কয়াৎশিংদু কঞ্জনবা ফনা কন্না লৈথোক লৈশিন তৌদুনা হোৎনজরম্বনি অদুবু ঙম্লক্রবরা করিনো শেন্নখিদ্রে । শেন্নদবদুগী খুদোংচাবদু মমাঙদা লেপ্লিবা পাখংমচাদুনা ফৎখিদ্রবা সরকতুদা গাড়ীদুনা চোংলকপগী মিংদা চাল হেক হেক লৌশিল্লিবদু য়েংবদা মমিৎ নারক্লবরা করিনো বিরেন হৌগৎলগা লৈশাবীদু কৌশিন্দুনা মাগী সিৎতুদা ফমমহল্লগা মশানা হৌগৎলগা ইন্নরিবদুদা য়াওশিল্লি । খল্লি, মসিগী নুপামচাসে গাড়ীদুনা চোংলকপগী তাঞ্জাদা সিৎকা পাননা অমুক্তা ওইরবসু চপখায়গে ।

লেপখৎপদবু ঙায়রি । গাড়ী খামখ্রে । উমাথেল য়ৌরন্নে । হেন্দিমেন্দুনা " নুপামখে লোইনা কুমথরকখো । খরা থুবিয়ু " হায়না লাউরকই ।

মথং-মথং কুমথনরকই । বিরেন্না মখা হেক য়ৌবদা সিফাই খরা লৈরম্বা উই । মমায় ওম্বোক্লগা কোয়না য়েংলুবদা উরকই নক্লা-থাপ্লা চোইনা, অতেনবা অশাংবা, অখিনবা ... মখল কয়াগী নোংমৈ জাৎ জাৎ। বা ঙাওবদাময়াদগী হেন্না উদবা শিফাই ঙাক্তনি । সরক মতাইব্রাইদুদা অচৌবা কোম অমসু লৈরি । মদুগী মনাক্তনা মনীংগী শরুক্তু ইশে শেগায়বা ত্রক গাড়ী অমসু লৈ ।

সরক্কী মখারোমদুদা নুংশাদা মায় ওন্জিলহল্লগা ময়ামদু পরেং শানা খুৎ থাংগৎহল্লগা লেপহল্লি, চৈতন্যনা হোরিবোল লাউবদৌনা । শিফাইশিংদুনা নোংমগী রুটিন ওইনা গাড়ী অহুমদা পেট্রোল্লিং চৎলিঙৈদা, ঙাইহাক্কী মমাঙদা বোম পোখায়খিবগীনি হায়না চিবোন চিবোন ঙাঙনরিবদু কয়া ময়েক শেংফাত্তনা তায় । বিরেন্না খল্লি মদুদি বোম্বনা য়াওল্লোয় খরনা পোখায়হল্লগা ইম্ফাল্লোমদগী গাড়ীশিদা ময়ূম য়ৌনবা লাকচরিবা প্রজাশিংশি নুংশা মরকশিদা মখুৎ থাংগৎহল্লগা চেক তৌবদা করিবু ফংগদৌরিবা ?

পরেংদুগী মতোন অমরোমদগী, শিফাই অহুম্না, চেক তৌরগা করি-করিনো হং-হংদুনা পঙফুদা ফৃজিল্লি । অদুগা ফৃরিৎ খোঙগ্রাউদু লৌথোকহল্লগা অন্দরবয়ার মতৎ অমমমদুদগা, ঙা ঙৌবা য়াবমখে শারবা কোইলাস মথক্তু দা লোংনা হীপ্পা হৌহল্লকই । উপহনবসু য়াওই । খাঙঙমদদুনা ফ্রঙ ফ্রঙ চোংবদুদা, লেঙই হায়দুনা শিফাই খরনা চঙশিল্লক্লগা হীপহল্লিবশিংদুগী মথক্তা কাখৎতুনা হীদাকমনা নেৎপগুম নেৎলি । খরা হেন্না লেঙবশিংদা খুনিঙদুনা অমুক মুকসু দক দক শুথবি । অসিদা নত্তনা পায়রিবা শম্বল মখোঙদুনসু পীশিনবী । য়েংহৈবজাৎ নত্তে । তাঙজনিঙবজাৎনি মিৎশিংসে । প্রজাগীদমক্তা শান্তি ঙাকপনি হায়দুনা লাক্লিবা মখোয়না অসি য়ৌনা তৌরিসিবু শান্তি ঙাক্লিবরা নৎত্রগা শান্তি চাথোক্লিবরা খঙদ্রে ।

মথং-মথং লাকপদুনা নকশিল্লক্তুনা বিরেনগী মনাক য়ৌশিল্লকদৌরে । মখোয়না হংবা, অরেপ্পশিংদুনা খুম্বদু মযেক শেংফাত্তনা তারক্লে ।

করবাইন্দুনা মথবাক্তা নম্লগা " তেবা নাম ? "

" মেরা নাম মেরা ।"

" তেরা এড্রেস ? "

" তেরা ।"

" মেরা তেরা ভানচুৎ" হায়রগা নোংমৈগী বৎতু থাংগৎলগা পীশিনখি । শল্লগা তাখি নুপাদু । অতৈদুগুম্না মফি লৌথোকহল্লগা কোইলাস মথক্তা ওলহল্লি ।

শিফাইদুনা থংনরিবা তোল্লমুদা অমুক হিন্দিদা করিগুম্বা খরা হংখি । মদু তোল্লমুনা মণিপুরীদা খুমখি । শিফাইদুনা " হিন্দী বোলো ।"

" তোল্লমুনা " হিন্দী মালুম নহি ।"

ব্রাদু ঙাঙবা লোইফাংত্রিঙেদা শিফাইদুনা মণিপুরিদা "নঙনা ঙাঙলিবদুদি করিনো ? হিন্দী নত্তবরা" হায়রগা ফাক-ফাক ... ! লৈরগা চেপকৈদা শাংদোকখি তোল্লমু । মনাতোন্দুদগী অঙাঙ্বা মহী ব্রাঃ!

মথংগীদুদা অমুক হংলকই " নহারোল কদোমদা চেল্লমদৌ মাল্লি ? "

মাগী পাল্লি তারক্লবদুদা, ইন্টিলিজেন্স দিপার্টমেন্টদগী রিটয়ার তৌরগা লৈরবা তোম্বনা খুমজে "অব্রাংলোমশিদি লৌবুক লন্মাং অমা লৈবনিনা মখারোমগী খুনসি ফাওরগা চীংলক অসোমদা চেল্লম্বা য়াই ।"

" এক্সত্রিমিস্ত শৌগৎপা ! নঙ মখোয়গী এদভাইজর শোয়দনমক্কী ওইরমগনি । অদুনা মখোয়গী অরোন অথুপ কয়া খঙলমগনি " হায়রগা ফুরা ফুরগা মখোয়গী গাড়ীদুদা লংখৎখি ।

মথংগী পালিদুদি থম্বৌগীনি । মাগা হিন্দীদা ঙাইহাক ব্রারী শানৈ । মতুংদা মাসু তোম্বগীদুগা হাইরপ মান্ননা গাড়ীদুদা অদুম ... ।

মথংদা অব্রাংথংবগী শামুগী পালি য়ৌরকই । হংজিনখি " নঙ এ. রা নৎত্রগা ইয়ু. রা এ. ওইরগনা অদুম লেপ্পু ; ইয়ু. ওইরগনা ফম্মু ।

অনীমক অমত্তা নত্তবদুদা, চলাক লৈবা শামুনা হীপথখি ।

শিফাইদুনা য়াম্না শাউনা " করিগীনো নঙনা হীপ্লিবদি ?"

" ব্রাহংদুগী মতুংইন্না ঐদি লেপ্পসু য়াদ্রে, ফম্বসু য়াদ্রবদুদা হীপ্লিবনি ।"

" ঐঙোন্দবু উশিত্তদুনা করেম কথাইনবা " হায়রগা ঙংলগা খোঙ্গপ বুত্তুনা নোং নোত্তুনা পীখিববু, চীংথক্তুগী উ বিম ইম্বুবকপদু মঙায় । উপাইদি লৈতবনিনা 'ঐয়ো' হায়বফাও মখোন থোক্লা হায়জবা ঙমজদে ।

মথংগী চহী নীফুরোমগী নুপাদুদা অমুক ওন্সিল্লগা মশাদু মাদুনা চেক তৌই । ফুরিত্তু তাখৎলকপদুদা লুগুন্দু উরদুনা হংজিল্লকই " সীদি করিনো ? "

" লুগুন্নি ।"

" লীক শিগেদি হায়দ্রদুনা নঙদি মসি করিগী শিরিবা ? "

" মসি ঐখোয় হিন্দুশিংগী লীক্লি । অদুগা লাইমিং লৌরবদি মসি শিদবা য়াদ্রবনি ।"

" হিন্দুনা লাইমিং লৌরগা করিগী চন্দনদি থিন্দবা " হায়রগা খুবাক্তুনা শেং শেংঃ! নুপাদু মখারোমদা লৈরিবা খোংবান্দু তম্না ঙাউপাই পাইশিনখি অদুগা য়ুংশিনখি । ঙাইহাক লৈরগা ইরোই ওল্লগা ফাওগৎলকই ।

মথংদনা লোইতোংবম ইমোচাগী মচানুপা সনাতোম্বগী পালিনি । এস. এস. বি. গী ত্রেনিংককাক্ চৎচরম্লবনি । অদুবু থবক্তি ফংদদুনা লৈরিবনি ।

হংজিনখি " ছাত্ররা ? "

" নত্তে ।"

" অদুদি কর্ম্মচারিরা ? "

"নত্তে ।"

"করবাববালাবা ?"

" অদুসু নত্তে ।"

" অদুদি নঙ লালহৌবশিংগী মতেং পাংলগা মখোয়দুনা পীবকপা শেলনা নথীবোংদু চারগা হিংবা নত্রা " হায়বগা লোয়ননা খূবাক্তুসু অদুম মমায়দুদা পাইশিল্লে । সনাতোম্বনা ফন চোংথোরক্লগা থাবক্লিবা মখূত্তু তাপ ফাখি । শিফাইদুনা মাগী নোংমৈদু মখূৎ নাম্মনা পায়রগা সনাতোম্বদা নল্লগা বুত্তুনা বক- বক্ ! সনাতোম্বা ফন-ফন চোংথোক্তুনা পালহন্দে। অদুদগীদি শিফাই মগুা তরুক চঙশিল্লক্লগা কোয়শিনদুনা ফায । সেবা থাজিনখি মখোয় ময়াম চঙদুনা । কবিগীনো হংলুবদনা " নোংমৈ মুনদৌগী তৌবকপগীনি " ।

হাইফেৎ চংনবা য়ানা নৈগ্রবদুদদি সনাতোম্বদু শাববা কোইলাস মথক্তুদা শল্লগা তাবি অশীবগুম । চঙশিল্লকপশিংদুনা অমুক মুকসু কাওথংলম্মী । অমনা অমুক কোন্না চঙলক্লগা নোংমৈ মক অমা উংলগা " মসি কবম্বা নোংমৈগী মকনো ? চুম্না খুমদ্রবদি নঙ ঙসিগী নুমিত্তা নপুক্লিদু লাস্ত ।"

সনাতোম্বদু মকদুদা মুন্না য়েংলগা " ৩০৩ বাইফলগীন ।"

" নোংমৈ মকগী মশককাক ফজনা খঙলিবা নঙনা লালহৌবা ওইবমদবা হৌনদে" হায়বগা মকোক্তগী হৌনা অমুক নৌনা থীৎপা হৌবকই ।

অমনা অমুক লুমাংগী মশমদু পাযদুনা চিংখৎলগা " নঙনা অদুক যাম্না স্মার্ট ওইবিবা অমদি নোংমৈ মকগী মশক অদুক মুন্না খঙলিবা কবিগীনো ?"

" ঐ হান্না এস. এস. বি. ... ।"

ব্বাদু লোইফাৎত্রিঙৈদা " লালহৌবা যাওননবা তোকথোবকপা নত্রা " হাযদুনা কাববাইনগী বৎতুনা মথবাক্তুদা চক্-চকঃ! হৌনা ইশম শম্লববা খোঞ্জেলগা লোয়ননা লোংনা হাইথখি সনাতোম্বা ।

ককচিং খূনৌ কোলেজদা ওজা ওইবা কোৎ লীৎপা নুপাদুগী মনাক্তা অমুক চঙশিল্লক্লগা হান্নগুম্না হংবা হৌবকই " হিন্দী খঙব্রা ?"

ওজাদুনা, খঙই হাযকবগদি অতৈদা তৌখিবা অদুগুম্না মঙোন্দসু তৌবিবকপা যাই খন্দুনা অমদি খঙদে হাযবতনা ফববনি হাযনবদুদা "খঙদে ।"

" ইংলিসতি ?"

" খঙদে ।"

" নশাসু নান্না উই । কবি থবক তৌই ?"

" কোলেজগী ওজানি ।"

" কবি ? কোলেজগী ওজাসু ওইবগা হিন্দীসু খঙদবা, ইংলিসসু খঙদবা " হায়বগা খূৎনমদুনা থেৎ থেৎ ! মফি লৌথোকহল্লগা শৌদোক্লবা কোইলাস মথক্তুদা ইবোইহল্লি

অদুগা মনমগন্দুদা কাখৎলগা থ্রিল হৌখি ।

শিফাই অমমুক চঙলক্লগা বিরেনগা হেক থংনবদুদা “ নখোয়' মণিপুরগী নহারোলশিংশিনা লাললৌরিবসি করিগীনো ? ”

য়াম্না চম্না উবা খোঙ্গুপ সেন্দলফাও তোংদবা, খুনিঙকাক ঈকায় কায়বা, মমিত্তা লাইরিক ময়েক উরক্লবা চাউনুনা “ সাহেব ঐদি থোইদোকপা খঙজদেবু ? ”

শিফাইদুনা য়াম্না শাউনা “ করি ? মণিপুর মচা ওইরগা অদুফাও খঙদবা ” হায়রগা অকায়বা খুনিঙদুদা খোঙ্গুপ খুটকী মচীন্দুনা বক বক ! করি ওইরমদৌ মাল্লি খুনিঙগী লৈত্রকশিংদুদগী চেঙ্গমক্লিবা অঙাঙবা মহীসে !

মথংদদি মাগী পালি য়ৌশিল্লক্লনি বিরেন। পুম্নমক্ক উবদা পাখৎপগা লোয়ননা মমিং উইশিন্দুনা থাঙই । মশা পারিবা খুৎপাদুদা অতৈদা শেখখিবা খুৎশেখদুগুম্না শেখরক্লদি মপাংগললগা খরা শোনবনে মহাক ঙসিগী নুমিৎসিদা মাগী খোয়রেন হায়বদু ফংবা য়াই খন্দুনা, তি. বি. পেসেন্টনি হায়রবদি পীশিনবীরমদবসু য়াই খন্দুনা মশাদু তি. বি. পেসেন্টনি হেক্তা হায়রগে খল্লে ।

শিফাই অমা চঙশিল্লক্লগা “ হাই, নঙনা অদুক য়াম্না নীক্লিদু করিগীনো ? হূরানবা নকোক্তা তৌ হৌই হায়বদু নত্রো ? ”

সাহেব নত্রসু সাহেব কৌশিল্লগা ফগদৌবোই নীংদুনা “ সাহেব, ঐদি তি. বি. পেসেন্টনি । য়ারগদি ঐবু ফৃবিনু ।”

“ তি. বি. পেসেন্ট নঙদি মফমসিদা তি. বি. শন্দোকপা লক্লিবরা ” হায়রগা মনাহ্মদুদা ফাক ফাক ! ...

বিরেন্না জ্ঞান তারকপদা ফীডৌ শেৎপী, তুবি অঙৌবা উপ্পী খরনা মশাদু চেপখৎ চেপথ তৌদুনা মোলোম তৈরল্লি ! মখুৎ খুদাংদনা অয়ানবী ! নুমিদাং ওইরল্লে । মুন্না য়েংলুবদা খঙলক্লে মদুদি মফমদো হোসপিতালনি । অসুম কোয়না য়েংলকপদা মাগীগা খল্লাংননা থারিবা ফমুংদুদা হীপ্লিবদুদা ইন্টরভিউ লৌবল্লি । পাউচেগী পাউমী ওইরমাল্লে । মাসু তানিঙলদুনা মনাকোংদুনা চিংবা ঙম্নবা হোংনৈ ।

“ ... সিনা কমদৌনা ? ”

অশোকপদুনা মাগী ব্বারীদু লীথরকই “ ঐখোয় মী তরাহুমদোই মীওই অমগী লৌবুক্তা ফুট তান্দুনা কোম হায়গত্রা নংত্রগা পুস্ত্রী হায়গত্রা তৌজবনি । মহাজন্দুনা অয়ূকী চাক্লেনগী চেঙদু নুংখিল পুং অমা তারমদাইদা, থোংনবা ইলাং য়াওদনা পীরকখি । অদুদা থবক শূমিন্নরিবা কাংবুদুনা ঐবু খুন্দা কাখৎলগা ইলাং অথোংবা খরগা হীদাক্তা লৈরুনবা থারকপনি । ঐনা দোজর অথোংবদু খরগা প্লাস্তিক ময়োম খরগা লৈরুরগা হল্লকপদা মহাচন্দানগী শিফাই ময়ামদুনা কোয়শিল্লগা ঐবু ফাবিরে । প্লাস্তিক চেখাওগী ময়োমশিংদু ঐঙোন্দগী মুনখ্রগা মখোয় মশেল বরব চুপ্লদৌনা অমমম্ চুপ্লরগা ইলাংদুনা অদুম মারিথোকত্রে । মদুনা নিশা পানখৎলক্লকাক্তা ঐঙোন্দা ওন্দিল্লগা মখোয় ময়ামদুগী ওক্লনবা পুরক্লিবা করিগীনো হায়দুনা অচঙ অচঙ হেক্তা নেৎলবগী ব্বানিনে । মনাং

তাণ্ডে কজনা নৈখ্রে। ঐনা জান তারক্পদা য়োংকী ফমুং কজবশিদা হীপ্পল্লিসিনি। পাউমীশা ঐ করিগুম্বা অমতা হংজহৌগে মদুদি মণিপুরদা লাক্লিবা শিফাইশিংশিগী মথৌশিবু অউ অউবা মী কার কারগা নেংপরা ? নংত্রগা কাপথংপরা ?”

পাউমী অমনা নোক্লগা “ মণিপুরদা শান্তি লৈত্রিবসে শান্তি হঞ্জিলহল্লক্লবা মণিপুর সরকারনা হায়জরম্বদগী ইন্দিয়া সরকারনা থারকপনে ।”

অশোকপদুনা “ শান্তিদি শূক্লে লৈররোইনা ! খজিক্তং লৈরম্বদুসু আর্মি মখোয়না ছবীনা উরু চীপদৌনা লোইনা চাথোকখ্রে । সি. আর. পি. শিংনা অমুক মুক পূম্না পূম্না মীশিং খংহন খংহন হম্বহল্লগা শান্তি লৈহন্নবা হেক হেক হোৎনরিদনা । আর্মিগী মকোক থোংবা ওফিসার কয়ানা মণিপুরদা লাক্লম্বা খোঙচং কয়াদা ‘ মণিপুরগী লালহৌবগী ঈরাং অসিদি শিফাইগী নোংমৈনা নম্থবা গুপ্লোই ’ হায়না কয়ারক হন্না হায়রল্লগা মখোয়না হনগ্লগা অমুক আর্মি হেন্ন-হেন্না থাজিল্লক্লিসিবু, নত্তে মণিপুরদা লৈরিবা প্রজা ঐখোয়সি লোইনা লোইশিলহল্লগা মখোয়গী নিউক্লিয়র তেস্ট তৌফম ওম্বোক্তৌরিব্রা হায়মী ?”

“ মকোক খরগা বাংলগা লৈরবা কাংবুদুদা অসাম এন্দ মণিপুর আর্ম স্পিসিএল এক্ট ১৯৫৭ পাস্লিল্লগা অপাংপদা হয়ীংগী ফার্ম তৌবনিনে ” হায়না মথংগী ফমুংদুদা লৈবা অশোকপা অমদুনা হায়রকই ।

বিরেন্না য়াওশিল্লুই “মসিগী এক্টসি ওইরে ঐনা পামজবা ! মীবু চিংনৈ হায়দুনা হেক্তা ফাবা, কাপ্পা, ময়ুম মৈ থাদোকপিবা য়াহল্লিবা এক্ট ! মসিগী এক্টসি লৈরবনিনা মণিপুরদা ফেমিল্লি প্লানিংগী দরকার লৈত্রে। দিপার্টমেন্টশিদা থাথরিবা শেনফমদুনা লৈকাই লৈকাইদা শীংগা টয়ারগা লৈনবা ওইনা থাথবিরো । মংদি এম. পি.গী লোকেল এবিয়া দেভেলপমেন্ট ফন্দগী খুথাংদা হান্ননা শারগা থন্নেদনা । শিফাইশিংনা দাক্তর অদুগা মখোয়না পায়রিবা নোংমৈশিংদুনা মীশিং হম্বহন্নবা সেরিঞ্জ ! ত্যুবেক্টোমী, ভাসেক্টোমীগী নো দরকার । লান্দবা নত্রো ইবুঙো পাউমী ? ”

মখা তাথরক্তনবা পাউমীদুনা “ ঐখোয়দি পাউ খোম্বা লাকচবনে, ব্রা তানবা লাকপা নচদেয়ে । বারৌবিনু । অচুম্বা ইরুবা জর্নেলিস্ত কয়া নোংমৈ চীন্দোন্দা চংহনখ্রেদনা !”

“ ফরেনে অদুদি আর্মি, সি. আর. পি. না পাউ লৈহন্নবা হোৎনবা অদুগা নখোয়না পাউদু খোম্নবা হোৎনবা ! লৈবাকসে য়ারেহে ।”

পাউমীদুনা শাউরংননা “ করিনো হায়বিরিদুবো ? ঐখোয়না তৌরিবসে ময়ামগীনে । মখোয়না কা হেনবা নিতি চংপদু ঐখোয়না ফোঙদোক্লগা মখোয়গী মরী লৈনবা অথোরিতিদা য়ৌহন্দুনা কা হেনবশিংদো মতুং অমুক তৌদনবা তৌরিবনে ।”

“ শিফাইশিংনা হৌজিকফাওবদা কা হেনবা নিতি অমত্তা চংখিদ্রিবনরা নংত্রগা নখোয়না ইদবনরা নংত্রগা মরী লৈনবা অথোরিতিদা পাউ য়ৌদ্রিবনরা ঙসাই ঐখোয়দা অমুক নেংলিদো ? ঙসিগীসিনা ঐগী পুন্সিদা খূংনেৎ অহন্নক শুবনি । ঐনা শুম খনবদা হান্ফ ব্রেন ওইদবশিংদি শিফাই ওইবদগী দিসক্কালিফাই তৌরমদৌবু মানশিল্লক্লে । নুপীদা নত্তনা নুপাদফাওবা ইজং মাঙহনখ্রেদনা ।”

" খওদ্রেনে দিল্লিগী ফম্নাইবশিংশি মমিং তাণ্ডবা, মনা পণ্ডবা, বুদ্ধি শোইরোম্বা ঙাক্তা ঙায়রবজাংলা " হায়রগা পাউমীদু মকোক হোত্তুনা খাওই ।

তাঞ্জাদুদা বিরেন্না হংজিল্লকই " অদো ঐ বা অমত্তা হংজহৌগে । নখোয়দি কোয়না চংপনিনা খণ্ডলম্বসু য়াই । মদুদি আর্মিনা ঐখোয়দা হেক হেক নেংলিবসে মখোয়গী পামজবদু ঐখোয়না তৌদবা অমদি মখোয়না খুমহন্নিংবা পাউখুমদু ঐখোয়না খুমদবননি । অদুওইরবদি ঐখোয়না তৌগদবনা করিনো অদুগা মখোয়না হংলক্লকাক্তা খুমগদবশিনা কবিনো হায়বদু অমুক্তা তাকপিরম্মু ।"

পাউমীদুনা খুম্লকই " এঃ! মদুগী পরাদুদি ঐসু ফাদ্রি ।"

তাং ৮/২/২০০১

# কোর্ট

ঙসাইথৈ ঈরাঙ লাঙলম্বদগী পুলিস্ ওফিসারদুনা ইবুঙোহলবু পুশিল্লক্লগা দোক্তা হেক কাহনখিবদগীদি ময়ামদু, কাদুদা সাউন্দ বোম্ব লৈরবদৌনা তুমিন তুমিন চীকথনখি। মথংদা মাগী মাসেল অনীনা চপ্লগা চঙলক্লুনা জজদু মাগী খিনফমদুদা খিল্লরবদা ময়ামদু করি হায়রক্কদগে হায়না তাগদবগী মশা মশাগী মাইক্রফোনশিংদু স্পাই সেতেলাইট্‌কুম্না মীকৃপ নাহুম শিংনা লৈনগ্রে।

জজগী মমাঙগী দেস্কতা ফল্লিবা ওফিসিএল স্তাফশিংদুনা ফাইল অমা জজদুদা কাখংহনখি। মদু জজদুনা লৌরগা মখোন থোক্তনা পাবগুম তৌরি। ওফিসিএল অমনা ইবুঙোহল অমদি পুলিস আই. ও. দুদা ভাগবত গীতা অমুক মুক পায়হল্লগা অচুম্বতা হায়গনি হায়দুনা ব্রাশকহল্লি। ঙাইহাক লৈরগা চীং লেল্লবা কোর্টসিগী জজদুনা কেসতু হৌবা য়ারে হায়দুনা ইংগিৎ পীরক্লবদা, প্লেন্টিফকী উকিলদুনা কেসতুগী থৌদোক ব্রাথোক্তু মীংনা উবা পাউদম ওইনা রেকোর্দিদু থাদোরকই :

“... হায়রিবা নুমিত্তুগী নুমিদাং পুং মাপলমুক তাবগী অদ্বাইদা ইবুঙোহল হায়রিবা রত্নাকরগুম্লবা লূটরশিনা লুচিংদুনা মখোয় অনী নন্দোবাবুগী য়ুমদা চঙলকখি। মখোয়না হান্নবা দিমান্দ তৌরকখিবগী মতুং ইন্না ইমুংদুদা লুপা লীশিং য়াম্খে পুখোরক্লবা অতুম্বা ব্রাহেনা থুম্না য়ুশিল্লক্লম্মী। মদুদা নন্দোবাবুনা ব্যবহারদা, হায়রিবা শেনফমদুদি লৈতে। লুপা লীশিং মঙাদং দান তৌজগে হায়বদা য়ানদদুনা খোন ব্রাউখংনরকখি। মতমদুদা ইবুঙোহলগা লাকমিন্নবা শিগ্রবা দাকুদুনা নোংমৈ অমা শস্তোক্লগা নন্দোবাবুগী ময়াদা নমশিন্দুনা কাপকনি হায়দুনা হাইগংতনা থাউ তৈখংলক্লম্মী। ফীভমদুদা নন্দোবাবু হায়রিবা মীওইশিনা য়াম্না জ্ঞান তানা, মাগী ময়াদা নমশিল্লক্লিবা নোংমৈগী মতোন্দুদা মরৈনা মাদুনা য়েংবদা নোংমৈগী বেরেলদু মখুল হুত্তবনি হায়বা খঙলক্লদুনা ‘ইচাশা নোংমৈ বেরেলসি মখুল

হূত্তবনি, কৈদৌরি' হায়না লাউরক্লুনা মচাশিংদা ঈ কাপশিল্লকখি । ৱাহৈদু তাবদগী মচানুপা য়াঙ্গমদুনা মনাক্তা ঙাদুনা লৈরিবা থোঙলোঞ্জেদুনা নহাদুগী মকোক্তা হাইজিন্দুনা লৌথখি । অদুগা লৈকাই তানবা কোয়রাও লাউখি । পীশিল্লক্লিবা খুৎপীদুনা নানমনগ্লবদুদা লৈমায়দা শল্লগা শাংদোকখি নহাদো । অদুদগীদি লৈকাইগী মীয়াম চেলিন্নরক্লুনা নহাদুদা অক্রমন তৌদুনা নেৎপগা তাবগদা মথ্বায়দু খুদক্কুমক্তদা যমলৈবাক্তা ত্রাকফয় থাগ্রে । ইবুঙোহলবুনা মখোঙসিদা পীচৈনা সেবা থাজিন্দুনা পোপথোকহল্লগা ফাখি । অদুগা তুংদা পুলিসতা খুদোল তৌখিবনি ।”

জজনা দোক্তা লেপ্লিবা ইবুঙোহলদা “ ইবুঙোহল, হায়রিবশিংশি চুম্লা ?”

ইবুঙোহলনা জজদা অমুক, মাগী কেস পায়রিবা আই. ও. দুদা অমুক, প্লেন্টিফফকী উকিলদুদা অমুক কিরুপ কিরুপ য়েংলগা ইথা থাজদনা নান্দানবা শীংচেপ অমা থাজিল্লকই । “ অচুম্বনি জজ সাহেব । ৱারীসিমক চুম্মী হায়য়ু হায়দুনা ঐবু ফাদুনা পুরক্লিবা থনা বাবুসিনা ঐবু মাগী লোকপ্তা মনাং তাঙৈ নৈগ্রে । ৱাইনু শাঙৈ থাংগক্লুনা লেপ্লিবা ইখোঙশিনা শাক্কিনি । মসিদা ৱারীদুমক চুম্মী হায়হৌদ্রগদি মানা ঐবু হোরেল থীংকদবা খুৎথীত্তু ঐ মাঙজৌননা খঙজরে । শূক্লা, তল তকপদৌনা তক্কে হায়ররনি । মরমদুনা মখোয়না লীরকপা ৱাবী পূম্বা লোইনা চুম্মী হায়দবা য়াদবা । ”

ইবুঙোহলগী ৱাহৈশিংদুদা ইথা থাজদনা জজগী মমিত্তু মমায়দুদগী ফনা য়াম্লা ইম্হোবক্লগা ইবুঙোহলদা অমুক, পুলিস ওফিসারদুদা অমুক ঈঙক ঙক্লা য়েংদুনা লৈ ।

তাঞ্জাদুদা প্লেন্টিফফকী উকিলদুনা মকম্থি ফুদোক্লুনা, মরকথংনা হৌনা খোংগৎলক্‌ই “য়োর ওনর, হায়রিবা পূম্বা মীনম্বা ঙাক্তনি । ফত্তবা মীদি মরূনা য়ূই । মসিদি মরূনবু নক্ত্রে, মতোংনফাওবা য়ূবা মীনি । অদুনা ইবুঙোহল হায়রিবা হূরানবসিনা করিসু মরাল লৈজদবা, চুম্লা মথৌ তৌজরিবা পুলিস ওফিসার আই. ও. সীবুসু কোন্সিল্লগা মশাদি করিসু খঙজদবনি হায়বগী ভাবতা মশাবু তুলসি মনা শাদুনা লৈথোক্লবা লৈতোন শরূ পান্দে মতাগুম পঙঙাঙ ঙাঙলিবনি । ( অতোপ্পা দোক্তুদা লেপ্লিবা আই. ও. দুদা অমুক ওন্সিল্লগা ) আই. ও., লুটরশিনা হায়রিবসি কদায়ফাওবা চুম্মী ? ”

পুলিস ওফিসারদুনা য়াম্লা ঙক্লা মখূত্তু মরেঙ মরেঙ চৎনা হায়রকই “ য়োর ওনর, করিনো হায়রক্লিসিবো ? স্পোট মফমদগী মীয়াম্লা ফারগা পুলিস ঐখোয়দা শিন্নরকপনি । মদুগী চে চাংসু হান্নরা সবমিং তৌজগ্লবদুনি । হূরানবসিনা অথোরিটিবু অয়ৌবী থাক্তা মবাল শীরগা মশা নাম্হোকখিনবা শেমজিন শাজিল্লগা পঙঙাঙ্ ঙাঙলিবনি ।”

উকিলদুনা ৱাদু তারবা তুংদা ইবুঙোহলদা চাথোক্কদৌবমখৈ য়েংলুরগা অমুক জজয়োমদা ওন্সিল্লক্লুনা “ মথংদদি মচীন চুমদবা লুটরসিনা জজ সাহেবফাওবা কোন্সিল্লকপদুম য়ারি । মরমদুনা মাগী হূরানবগী ৪২০/১২০-বি./আই. পি. সি. গী মথক্তা তোঙানবা ক্লোজ খরগী দণ্ডি ফংহল্লোইদবগী মরম সূক্লে লৈতে । নত্রগদি জুদিসিয়ারিগী মগুণ করিমত্তা য়াওরক্তবা য়াই ।”

“ ওরদর ওরদর ” হায়রগা জজনা মাগী নুংথংদুনা তেবলদুদা থীন্দুনা চরাঙনরক্লিবদু ফাথৈ । ঙাইহাক্কী ওইনা কোর্টতু উন ৱাইমুক চীকই । অদুগা হায়রকই “ পুলিস ওফিসারসিনা

নঙোন্দা হান্না ফনা কিহনগ্রবসু হৌজিক্তি অকিবা অমত্তা য়াওদনা অশেংবা ৱারীদু লোইনা লীয়ু । নংনবু চুল্লবদি নঙবু খুদকশিদা থাদোক্কনি । মীনা ইজিনবদুদি অমত্তা লৌগনু পন্সু পল্লক্কনু মফমসিদা । মসি কোর্টনি । অশেংবা অচুম্বা ফোঙদোক্লগা অচুম্বা ৱায়েন ফংফম !"

ইবুঙোহলনা মাগী আই. ও. দুগী নাক্তনগী পিস্তোল য়ানফমদুদা মুন্না য়েংলগা, য়াম্না নোল্লুক্লা "সাহেবনা অদুম্না তাকপিরবনিনা ঐ অচুম্বশিংদু খরা হায়দোকচরগে । ঐনা অচুম্বশিংদু লীথোকচরিঙৈদা পুলিস্ ওফিসারসিবুদি জজ সাহেবনা খরা কন্ট্রোল তৌবিয়ু । নত্রগদি ঐ খুৎশি ফজদৌরিবা ।"

জজদুনা ইবুঙোহলদা মুন্না য়েংলগা " মফমসে কোর্টনি । নঙনা অচুম্বা হায়বদা কনামত্তনা নঙোন্দা অকায়বা পীরকপা য়ারোই । মদুগী প্রোটেক্সন মতীক চানা লৈ ।"

" অদুদি জজ সাহেব," হায়রগা ইবুঙোহলনা মাগী ৱারীদু য়াম্না নে-না তানা অমুক লীথবা হৌরকই " উকিলসিনা লীখিবা ৱারী পুম্বা লোইনা চুম্মী অদুবু নুমিত্তুগী নোংমৈদু মখূল হূত্তে হায়বদুমদি ন, ন বোলে । পুলিস ওফিসার অমদবু বেরেল হূত্তবা নোংমৈ ইসু তৌনব্রনে ? অসোমগী দোক্তা লেপ্লিবা ওফিসারসিনা মরূদি কাপথোকখিবা য়াদে হায়বদুদা কাম্লীখিদবগী ৱানি । নত্রগদি ময়ামদু সর্বনাস্ ! নোংমৈদা থোঙলোঙৈদু থমবু থমখো, থাঙফাওবা চঙখিদবগী ৱারী য়াম্না লৈস্রে । জজ সাহেব, ঐ ইথত্তা অসুম খল্লু খল্লুরগা ঐ য়াম্না নীঙল্লক্তরে । ঐঙোন্দগী হেন্না পঙবা মী সংসারসিদা লৈরমগনি হায়ববু থাজরক্রে । মরমদুনা ইরাল লৈরবা দাকু ঐনা, ঐনা তৌজখিবা ইরাল অতৈদুসু ঙসিগী বেল অসিদা পুথোকচদুনা, ঐবু লম্বীসোমদা পুশিনবিখিবা মস্তর ব্রেন মখোয়দুবুসু মতীক চাবা দণ্ড পীবিনবা হায়জরি । ঐনা লুট তৌখিবসি হৌজিক হৌজিক খন্নরিবা কেস অসিদা নত্তে হায়না ইশানা ইশাগী ইরাল য়াজরি । মমাঙদসু নোংমৈসিগী মপান্না য়ুম কয়াদগী সনা লুপা কয়া লৌত্রবনি ।"

মরক থৎনা প্লেন্টিফকী উকিলনা মৈ হৌবমখৈ শাউনা " য়োর ওনর, পুন্নমক ওইথোক্তবা মীনম্বা ঙাক্তনি ।"

জজনা, নূংথংদুনা তেবলদুদা থীল্লগা " ওরদর, ওরদর " হায়দুনা ময়ামদু ফাজিল্লবা তুংদা ইবুঙোহলদা " নঙ মদুগী মতীক চাবা শাস্তি সাবোন মতীক চানা পীবা ঙমগদ্রা ?"

" করিগী ঙম্লোই, জজ সাহেব । নুপানা শাস্তি লৈরোইদৌবা থবক তৌবা হৌনদে" হায়রগা মায়থোঙ মকা লাম্না মঙত্তু মী খঙহন্দনা নোম্মী । " ইথাপ থাপ্তুনা য়াম্না নক্লা লৈরে " হায়রগা মরৈ কন্না য়েংলিবা প্লেন্টিফকী উকিলদুদা ফল্লপ্ য়েংলকই । অদুগা জজরোমদা অমুক ওল্লিল্লক্তুনা " ঙসাইদগী মরৈ য়াম্না য়েংলিবা, মমিংমক্লা উহৌবগী পাউদম পীখিবা উকিল সাহেবশিদা অমুক্তা তকখৎপিয়ু । অকৃপ্পা মরোল পুন্বা মঙোন্দা লোইনা লৈরবনি । হায়বদি থোঙ্গালদা মী য়েংহৌবদো মানি । অদুনবু মানা ৱারী পুম্বা মরীক চুম্না খঙলিবনি । হূরানবা মকোক্তা তৌ হৌই হায়বগুম্না মশাগী মরালদু ঐনা লোইনা হায়দোরক্লনি হায়না পাখত্তুনা ঙসাইদগী মকত্থী ফৃদোক্তু না ঙাঙলিবদুনি । জজ সাহেব, বিচার চুম্না তৌবিয়ু । তিন্নবতনা মরুপ হাংলি হায়বদু ঐঙোন্দা থোক্লরে । মমাঙদা ঐনা হূরাল্লুবশিংদুদি মখোয়সু চপ মান্নবা কান্নমিন্নখিবনি " হায়রগা করিসু থৌশাদনা দোক্তা লেপ্লি ইবুঙোহল ।

তাঞ্জাসিদা কেস তারিবা মীয়ামদু করিনো খঙদবা ৱাহৈদা অমগা অমগা ওল্লিন্নদুনা

মূরুম মূরুম শোন্নদুনা মীনিল অমা ফাওরকই ।

জজগী নুংথংদুগী মখোল তাবকপদগীদি ময়ামদু অমুক তুমিন তুমিন লৈনখি ।

মরকথংনা প্লেন্টিফকী উকিলদুনা " য়োর ওনর। একুজসি মখা ব্রাহং পাউহং তৌবিদনা খূদকসিদা জজগী রাই পীবিরগা জেলদা থাজিনখিবনা হেন্না ফরগনি । নত্রগদি মীওই কয়ামসু কোন্সিল্লকপা য়ারি ।"

" জজ সাহেব, য়াম্না পাখংনবা মী য়াওরে । অচুম্বা বিচার ফংবদা লুররোই " হায়রগা প্লেন্টিফকী উকিলদুদা শংতোক্লগা য়েংই ইবুঙোহল । অদুগা মখা চীক্লগা ঙংলদুনা মখা লৌথবকই " নঙ তুল্লসি মনা শাখোদনা হায়বা ! নঙনা ছত্রংগী পো চংঙৈ চংলগা মীনা দৃষ্টি থৌজিল্লক্লকান্সিদা ইথন্তা শিযু হাযদি কদাইদগী য়াগনি ? ঐদি অশেংবদু লোইনা হায়দোক্কনি, নঙনা শাউগে শাউজৌ ।"

উকিলদুনা মখোযদৌ বৃ-বৃ শাউগৎলদুনা ককখায়শিল্লকই " নঙ ঙসি কোর্ট মনুংসি নৎলমদ্রবদি ঙসাইনা খঙলল্লনি । হূরানবা " হায়রগা জজরোমদা অমুক ওন্সিল্লকুনা " য়োর ওনর, মসি হূরানবদা নত্তে, মহা পাপিসুনি । মানা মী খূদিংমক কোয়শোক শোক কোয়মাঙ মাঙথোক্তুনা কোর্টসি মখীবোং উঙে মথক মখা ওন্থোক্কদৌরে । মরমদুনা মঙোন্দা অমুক মখা ব্রাহং পাউহং চত্থবিদনা জেলদা থাজিনবিখ্রো ।"

কন্দ্রং চঙলদনা, করিসু থৌশাদনা ইবুঙোহলনা খপথরকই " য়োর ওনর, মাগী কোষ্ঠি ফাকপা হৌবকপসিদা উকিল সাহেবসি মথম্মোয়দা মোরোক শিংলাই হৌরব্রা নৎত্রগা তাল্লাইখোম্বী চুরব্রা অমদি তৌবে । মথবাক্তা খোন থীল্লে । লাইদি মখে ফংলগা পেল্লি হাযনৈ ; মীওইবদি মখে ফংলগা তৌরক্লিসিনি । উবিরেদনা ।"

জজনা ইবুঙোহলদা ওন্সিল্লগা মখা তারকই " অদুদি লুট কয়াদগী ফংলকপা সনা লুপা ময়ামদুদি কদাইদা লৈ ? নীংশিংবা ঙল্লিব্রা ? "

ইবুঙোহলনা মোন্দ্রং অমদা তাউরগা " লোইনা নীশিংজরি জজ সাহেব । ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদা, লাইবক্তা তন্নকখিবা ' নোংমা নিংথৌ অমনা কৈশুমশঙদা চঙলগা বন্দিশিংদুদা মথং মথং মবাল হংলকপদা লায়রবা নুপা অমনা অচুম্বা মরাল হায়দোরকপদা নিংথৌদুনা পেনবিরদুনা লায়রবা নুপাদু মরাল কোকপিরগা থাদোকপিখিবা' গী অদুগুম্না ঐসু ঐগী অচুম্বা ইরালশিংদু লোইনা হায়দোকচবদা জজ সাহেবনা নুংশিবিদুনা ঐগী ইরালশিং কোকপিবকপসু য়াই খঞ্জদুনা ইরাল পূম্বা ইশানা হায়দোকচদুনা ইশানা ইশাগী ইরাল য়াজরি। মদুদি লুটতগী ফংলকপা শেলশিংদুদি চৎমিন্নরুবিবা অমদি মস্তর ব্রেন শানবিরিবা ঐখোয় ময়াম য়েম্থোক্লখি । ঐগী শরুক্তুদি চরা হেন্দুনতা লৈরবা ইচাশিংগীদমক ঐগী নুপীনা চেঙ ব্রানবদা শীজিন্নখ্রে । খবনা ঙসিগী পুলিস ওফিসার অসিনা, মানা নহারোলশিংদগী ফাগৎলকপা নোংমৈ অমা লোন্না লোৎশিলহৌরগা ঐঙোন্দা পীগনি হায়দুনা লৌখি । শেন্দা চোপ্পগী ব্রাদি থনা হায়রেদনা । হায়রিবা নোংমৈদু পীদ্রিফাওবদি মাগী সার্ভিসকী নোংমৈসি মরক মরক্তা হেক হেক শীজিন্নগে হায়রসু শীজিন্নৌ হায়বদুদা অপঙবা ঐনা মাগী নোংমৈসি শীজিন্নরুবদনি ঐবু ফাম্রিবসে । মতুংদা মানা কোর্টসিদা মখুল হুত্তবা নোংমৈ অমা পুথোরকপগী ব্রানি । মখুল হুত্তবা নোংমৈ পায়রগা লানফমদুদা কনানসু

চঙবা হৌনদে । ঐসু মীনি, বাখল খল্লি, শিদৌবা মকমদা চঙনিংবা হৌনদেনে জজ সাহেব । খম্বিয়ু জজ সাহেবসু ।"

" সনা লুপাদুদি ? "

জজগী বাহংদু তারগা ইবুঙোহলনা মরু লুকথরগা য়াম্না নীঙমদনা, তম্না খুমদোরকই " সাহেব, করি হায়দৌনো খঙজদ্রে ননাই ঐ । করি খুমজরোগে ? হন্দক্কী মতাংসিদি খরা লুনা থোক্কদবা মাল্লে ।"

জজনা থৌরাংনা মখা তাথরকই " অচুম্বদু হেক্তা দঙ-দঙ হায়দোকউ ।"

জজগী নাকন্দা নুপী অমনা মমিং খুমজিল্লগা সের ফলা থাংগত্তুনা লেপ্লিবা মুর্ত্তিদুদা চাথোক্তৌবমখে য়েংলগা, জজদা অমুক মীংয়েংদু লৈশিল্লকুনা " অচুম্বদু হেক্তা হায়মু তাকপিরবনিনা হায়জবা তারে । বারৌবিবা য়াদে । সনা লুপাদুদি জজ সাহেবনা, সাহেবকী মেম সাহেবুগী লীক লৈ শাবিরগে, ঐগী কেস থোরকপদা অরাফমদগী কনবিগে হায়দুনা লৌশিনবিখিবদু কাউমন্নসু কাউমল্লিদা সাহেব ।"

জজ সাহেবতু মমায় খংমক মকশিনখি । মখা তানবা ঙমদনা পুলিস, উকিল অমদি অতৈ ওফিসিএলশিংদু ইবুঙোহলদা তঙক তঙক য়েংনদুনা লৈ । চেক মোক লাউনদে । অনৌবা পাল্লিনবা য়াবা আই. পি. সি. শিং নীংশিংনৈ ।

ইবুঙোহলনা মখা শমথরকই " সাহেব মী মশক খঙনা থবক তৌবিয়ু । ঙসাইদগী সহেবনা পঙতক্তা তকখংপিরমদ্রগদি পুম্নমকসি ময়াম মাঙসিদা লোইনা হায়দোক্লমদবা ময়াবনি । অদুবু সাহেবনদি লোইনা শেংনা হায়দোকউ হায়না অকনবা য়াথং তৌবিবদুদা ঐসু তঙায় ফদনা লোইনা হায়দোকচদ্রে । মদুগীদমক সাহেবনা হায়বা ইনবা ইপুকশেল শেংবা মীওইনি খনবিরগা ঐবু ঐগী ইরালশিংদুদগী ঙাকপিদুনা থাদোকপিরগনি খঞ্জে । ঐনা হায়জরিবশিংসে কয়াম্মুক পুকচেল শেংগে হায়বদু থবক তৌমিন্নখিবা সাহেবনা খঙবিরবা নত্রো ?"

জজ সাহেবতু বুখি ফকচিল্লগা ঙাঙ্ফম তৌফম খঙদনা মমিত্তু য়ুংখৎলগা ইঙক ঙক্লা "করিনোনে ঙসি তৌরিসিবো ! মঙলনে মসিবু ? "

মতমদুদা মায়থোঙ মকা লাম্না ইবুঙোহলনা " সাহেব, মসি মঙ নত্তে, তাইবংনি । সাহেবকী কোর্টকী রুম । অচুম্বা বায়েন পীবিয়ু । দন্দি পীবনি হায়দুনা পীবিবা তারবদি ইথন্তা পীবিগনু । মন্তর ব্রেন্দি নখোয়না তৌরকপা ঙাক্তনি । ঐনা য়াথংদু পাঙথোকচখিবতনি। সাহেবগী বায়েন্দা পেন্দ্রগদি ঐদি সুপ্রিম কোর্টতা চৎচনি ।"

ময়ামদু ইঙক ঙক্লরিঙৈ, ঙসাইঙৈ বা মচেৎ অমত্তা ঙাঙলক্রিবা ইবুঙোহলগী ডিফেন্দর উকিলদুনা " ঐ ঙসাইদগী তাগে হায়দুনা তারকপনি । নখোয় মশেল নকোক চুংশিন্নদুনা হূঙৈ হূরাম্মিন্নরগা, জজসু নত্তবা ডিফেন্দরগী উকিল ঐনা কমাইনা বিচার তৌদোইনো " হায়রল্লগা ফুক হৌগৎলগা মপাল থোকখি ।

... বায়েল লোইদ্রি । ✍

মার্চ ১৯৯৬

# অনৌবা লায়নাগী অনৌবা লায়েং

" অশংবী, অশংবী, ... হোয়ার ? ঐনা শাহ্বরক্লিঙৈদা নশানা খঙনা গো টু নপাম। ঐসে য়াম্না ফৃগনবা তাহনগনুকো। সেকেন্দ হেন্দদগী কান্নবদি ঐগী তুম্বাশিনা খঙবদা আটিশতনি। নুপী সেকেন্দ হেন্দদি, চন্নদবদগীনে" হায়না কোথ কোথ ঙাঙ্দুনা, ম্লো মোসন্দা, মখোঙদু জীক জাক্তা থাংদুনা থোঙ্গাল্লোমদগী মংলগা কাপশিল্লকই ইবোতোন। লুহোংলুবা নুমিৎ মরীনিতা ঙায়রি, চাকৌম্রি। বি. এ. পাস তৌরবা মতুংদা লৈকাইদুমক্তদগী লৈশাবী অমা চেনবোই-ফাবোই তৌরুবদা, য়েংবদা মীংলী নাবা মরমচত্তুদা নুপী মপাদুনা পীবগী ব্রাফমদু বোয়কোট তৌগ্রবদা ইকাইখাঙদগী লম খরা থাপ্লা মফম অমদগী অশংবীবু খৃদক্তা হায়বোই-ফাবোই তৌরুরগা লুহোংখিবনি।

লোদ সেদিং নুমিৎনিনা মখুত্তা কেন্দল অমা পায়রগা থোকচরকই অশংবী। লৈহাউ চিল্লরুবা মপুরোইবগী খোজেলদু তাবদা মথম্মোয়দু কাতুপ কাতুপ চাকচরবসু মচীনবান অনীদুনা ফাজিনদুনা খাঙজে। তৌরক্লিবা মশক্তু উরুরগনা অশংবীগী থম্মোয়দু পুরা বিক্কা ঙনগ্রে।

" নঙবু লৈশাবীনি হায়বদাইনে ? "

" নঙসু পাথংনি হায়বদাইনে", হায়না লৈথক লৈখা শান্নবা হৈগ্রবা মৌ অনৌবীদুনা করিসু লুনা খঙ্করুবা তৌরুদনা চীং লেম্না ম্রো-ম্রো হৈদোরকই।

" ব্রাহংসে ঐনা হানবনে।"

" মীনম্বসু, নত্রা ? ইশানা য়ারম য়াফাংত্রিঙৈদা নঙনা ঐবু কিদনেশ তৌবিরকখিবা নত্রা ? অদুগী হায়রুরবদি নঙসে ... । ব্রাহৈনদি ফোঙদোক্লিংদ্রে। লাকও, অথেঙবা

অহীংসিদা মপান্দা ফজদে । শেকমাই ইনর্জি দিপোত্তগী তেঙ্কি ক্ল হান্নগা পাইরকপা চেক্লা কোকিলগী রিপিটর তোনদো অতৃম্না মীগী মাইক্রফোনগী দাইএক্রাম চাক্লরম্ননিয়ে ” হায়দুনা শন্নগা তোঙানবা তৃস্কম কাদুদা চেনশিনখি অশংবীনা ।

ইমুং য়ৌরবদা ইবোতোন, লময়ায়দা ফত্রাক !

ফমুংদুদা মখোঙ য়াম্বদুনা ফম্নগা “ ঐবু ফারুরে হায়বসি নঙোন্দা কনানদি রিলে তৌরকই ? ”

“ থাংগত্তুনা মংমিন্নরগা লৈয়েং ফাইনা কোথনফম, ইনর্জি দিপোত্তা তাদবা পাউ লৈতবনি ।”

মপুরোইবদা মুম্না য়েংলগা অশংবীনা “ সীবু করি কায়রগে, নঙসু পাখং নত্তবা, ঐসু লৈশাবী নত্তবা ! ঐনা বদনাম লৈতবী ওইরম্নবদবু ফুট মরীরোমদং ৱাংবা য়েন হাপসন মানবা নঙনা হায়রকপদা ঐনা এগ্রক্ষ তৌরম্নি খনব্রা ? অদুনা ঐনা লৈশাবী ওইরম্দবসে নঙগীদি নরাইবত্তুদা থম্বাল শাংপনি । থম্বাল হায়ববু সনাগী ” হায়রম্নগা কাঙখলদু হাইদোক্লগা ফৈজুপ চিংখৎলগা শাংদোকখি । লময়ায়দা লোথরিবা ইবোতোন ঙাইহাক লৈরগা নাখোকপগী স্তেরিও ম্যুজিক থাদোরকই ।

নুমিত্তুদগী মখোয় অনী কয়া পাউ ফাওনরত্তবনা ঙসিদি থা মঙা হৌদ্রে । মমা মপানা তোঙানসু পীজরে । ইবোতোন লাইশ্রম তোম্বনা খাইনরক্লবী রাখেগী প্লাস্তিক খাউগী অমৃতদো চিংবদা লুহোংবগী ফুজবদা হাপ্লা দান্দুফাওবা কোংকাক ! মনা শিকি লৈত্রে । মনা থোকপা থবক্তি শূদবনিনা পূকচাক্তা নত্তনা য়ুথকশেল ফংনবা উপাই কয়াগী মরমদা রিসার্চ তৌবা হৌগাইরকই ।

অহানবদা সরকারদগীরা নংত্রগা বেঙ্কদগীরা লোন লৌরগা মরেপ থুম্না থক্কায়নবগী আশাদা মথাদু লুম্বু লুম্বু শাগংহন্নি । অদুবু করি প্লান তৌগে হায়দুনা লোনগী দরখাস্ত থাগনি ? নুমিৎ কয়ানি মকোক তুমশিনঙে খন্নুরগা, সরকারদগী লোন লৌদ্রবসু কোম্না শেন থোক্কদবা ফার্ম মখল অমা হৌদোক্লবগী প্রোজেক্ট অমগী মরমদা প্লানিং লোইরে । মদুগী অহানবা ফেজ ওইনা য়াওল্লোয় শারগা ভান অমা কিদনেপ তৌরুরে । রং কোক্তা অমা লৈরগা নম্বরদু প্রীনা আইটতা, ৱাম্না ফোরদা ওম্মোক্লে । চে চাংদসু ।

হৌজিক গাড়ী অমা নেংলকপসিদা মানা খনবা হৌরকই “ নুংঙাইবা হায়বদু অসুম্মাইনা তৌবোইরে । ঐগী প্লান অসি চাদা তরামঙা মায় পাকপা হৌরে । খোঙ চোংলগা চীন চোংলি হায়বদুনি ।” অদুবু, ইথা থাজদনা ভানকক্কাক তোংখায়রকপসিদা লৈকাইগী মীদি লায়রদনা য়াম্না হেক্তা পাখংচরিবসি মাগী নুপী অশংবীনি । মমঙদা ফাওবা মিহুন্দু চেনগা চেনগুম্নে । মরমদি ইবোতোম্না থাউ তৈবা, কেঙবগী চাংসি হান্নগীদুগী ক্ষোয়ার ওইগ্রে ।

অশংবীনা ভান্দু শেংল শেংলদুনা “ মসিবু কানগী গাড়ীনো ? মপুদা পীথোকখিবনা ফরক্কনিদা ! ফানরক্লদিনে, ঐবু ফত্তেদি হায়জনু ।”

ইবোতোম্না খোন্দু তোন ৱাংনা লৈখংলগা “ হাই, খুনুং নুপী ! সীবু মীনা তৌনদবা

থবক্রো ? চৎখ্রো চৎলো । নশক্তু উবদা মীৎসে থুগ্গনা লোইরে । ঐগী মিহুন অপাইবীদু গিয়ার পাগ্গক্রদি নঙ, নখূৎলা নখোঙলা অমদি নশাদগী বিদাই পীজনি ।”

অশংবীগী মোসন্দু ইবোতোনগী মনাকোংনা বোয়কোৎ তৌরগা থৌদোকখ্রে । খরা মহী হোম্বা ইমুং অমদা মানা হান্না য়াওগ্লোয় শারগা দিমান্দ তৌখিবা লুপা লীশিং য়াথেদুগী অহানবা ইন্সতোলমেন্ট ওইনা লুপা লীশিং তরা লৌরগা গাড়ী থাউদা নত্তনা মশাগী থাউসু হাপ্লরে । অদুদগীদি লায়না শেন্ তানবগী ফোরমুলাদুনা অতৈ মীওই কয়াদা নেটবার্ক ওইনা পাকথোক চাউথোকহনখ্রে ।

হৌজিক ইবোতোন, লৈকাইদুদা নৌনা শেল পায়বা মীওই অমা হায়বদু ওইখৎলক্নে । মশাসু নানবা য়াবা মখৈ নানখৎলক্নে । কোৎ সুটনা মরোল মরোল ! খরশা পরশা জম্ জম্ ! শগ্না হায়রবদা কলেজানা মাগী ফুরিৎখাউদা রিফুজি ওইররে ।

ঙসিদি ডি. এম. কোলেজগী কান্টিন্দা থৌজিল্লক্নে । করিবু থোক্লগবা ! কোয়শিন্দুনা অচাপোৎ চারল্লিবী মহেরোইবী খরদুগা ওজা লৈশাবীদুগগী মনাক্তা ফমজিল্লগা ময়ামদুগী আলু চোপ পূন্না কৌই । মদুদা ওজা লৈশাবীদুনা ইবোতোনবু সাইন্স, আর্টস্, কম্মর্স নৎত্রগা টিচর এদুকেসনগী করম্বা মহেরোইবনো হায়না হংবগা লোয়ননা করম্বা ক্লাসতা তল্লিবগে হায়না হংলকপদা ইবোতোন্না “ ওজাগী মীৎয়েংদুনা ঐঙোন্দা হান্না এতেক্ তৌবিরকখিনু । মকম মতম চাদ্রি, দিফেন্সকী ইন্টিলিজেন্স রিপোর্ট ফংজদ্রি, থম্মোয়সিগী মেনিফেস্তো কোঙদোকচখিরোই । অদুবু চাউরাকপা এপ্বিস্ন্দি ওজাগী পার্সোনেল রোমান্টিক এফিয়ার্স সেক্সন্দা এদমিদ্ তৌগেদি খঞ্জরি ।”

ওজা লৈশাবীদুনা মরক থৎনা “ ওপসনল সবজেক্তি কোক বেরা, মথা খরাব, প্রাক্তিকেলনা রাঙ্খি জেল, নত্রা ?”

“ নশুংলাংগীনে ।”

“ ওহো ইশুংলাংগী ওইরে । নুংশিনবা হায়বসিদি অমনা হায়বদু অমদুনসু ইয়াদা য়ানৈ হায় । অদুনা, ঐখোয়না থক চাবগী লূখাক চগুমসি নীংথীনা শেংদোক্লগা খরা চামথোকপিরুরো । লোইরগা মিঠাই অমা লৈবিগে ।”

“ মদুদি ননাউ'মা নংগী কমপলসরি সবজেক্ট নত্রো ?”

তাঞ্জাদুদা মহেরোইবী অমনা ফেঞ্জিলকই “ তামো, নঙ নত্রো শজিব্বা জেলগী সাইকিয়াত্রিক সেলদগী অমা নাম্থোকখ্রে হায়বদো ? ওজা মসে থেল্লগা পুরসে অদুগা পুলিসতা পীসিল্লুরবদি প্রাইজবু ফংনিনে । তামো, কোয়থোক্লুসি ? ”

“ ঐ মদুদা য়াদবা তৌজরোই । তৌবদবু নখোয়গী ওজাসিদি ঐগী আশাগী মীসাইলগী তরগেট ! মীসাইল হায়ববু ক্রুইজ্ মীসাইল মিক্স ফংদ্রিফাওবা তান্নরগা মনমগন্দা নপ্পগা পোখায়মিন্নবা ! মহেরোইবী নখোয়নদি ঐবু পান্মীককাক হায়রক্নু । নখোয়দদি অপান্বা য়াওদে ।”

ঙসাইদগী বা লান অমতা ঙাঙলক্তিবী মহেরোইবী অমনা ইতপ তপ্পা মখোল খোক্লা শোল্লকই “ অসি য়ৌরবা মচাসিবু লায়েংদদুনা থাদোরক্লিবা মমা মপাদু কয়া মথোঙ

চাবদি ওইরম্মি থাজদেবু ঐদি ! নংত্রগা হীরিদিতরিগী ওইনা লোইনা তৌরবজাংলা ? ”

ওজা লৈশাবীদুনা খোন নেমথরগা খেমজিল্লকই “ ইবুঙো, মফম মতম খঙদনা নহানি হায়দুনা ঙাউশিন্নুনে । বারকপিনবনা বায়েন কাতি ওল্লগা মফম খূদিং নুংশিত্তৌনা কোয়পাই পাইদুনা লৈরবা মতমসিদা, জ্ঞান তাউনে নঙবো । ইপ্পাগুম্বনিনে নঙসে ।”

“ নপ্পা ঐননি চেচে নঙবু শেখনিংলিবসে ।”

তাবা লোইফাত্রিঙৈদা, মরকথংনা শাউগংলগা ওজাদুনা “ হো য়ারে ইবুঙো, লেঙথোকপিব্রো ।”

ফুক হৌগংলগা মেনেজররোমদা নকশিনখি ওজা লৈশাবীদু । ওজাদুনা হৌগংগ্রবদা মহেরোইবী ময়ামদুসু য়াংখংনরকই ।

য়াম্মা উশিত্তনা শায়রগা নোক্তুনা “ অদুম্মা ঙসাইনা হায়য়ুদনা ! অদুবু চহেরাদু হাউরগসু লোন্না লোন্না নচীন্দুদা অমুক মুক পেরালাইসিস লাক্লিবদু থম্মোয়দুদা পোল্লুসন থোক্লি হায়বগী লাইওংনি ” হায়রগা ওজাদুগী মতুং ইন্নরক্লগা মেনেজরদুগী মনাক্লোমদা কাপশিল্লকই ইবোতোন ।

ওজা লৈশাবীদুনা মেনেজরদুদা লুপা চাম্মা চংশী অমা থাথরগা “ খুরা, অসিগুম্বা জুগী মেম্বরশি কার্টিনসিদা এগ্রি তৌহনগনু । নত্রগদি ঐদি প্রিন্সিপালদা রিপোর্ট হেক্তা তৌজনি ।”

মেনেজরদুনা “ ওজা, ময়াম চঙলকপদা য়াওরকপনিনা খঙজহৌদ্রে । থোকহনগ্রগে ।”

ইবোতোন্না য়ানশিল্লক্তুনা ওজাদুগী মতুংদা য়াম্মা নক্লা য়ুংলরগা মাইক্রফোন্দুদা চীরোলশিল্লকই “ কলেজারো ” হায়রগা চহেরাদু চেপখংলকই । শমথরকই “ ঐখোয়দি কলেজাসি নুংতিগী অত্তৌবা ওইনদা লৌখংলে । হোটেলদগীসু স্পেসিএল ওইনা ময়োম ময়োম লৌরগা হেক হেকসু মারিথোকই । লফূ, পার্লিয়ামেন্ট য়েকপীদু পায়বদি তনবু তল্লেদা । য়াই চাইনবনি । নোংমগী খরচ ওইনবা গান্ধী য়েকপীদু কে. জি. মুক করিমুক ফূরিংখাউসিদা কূলহল্লগা লোইরে ।” অমুক মমায় লৈশিল্লক্লগা “ ওজাবু রেগুলররা নংত্রগা এদহোগলা ? ভান য়াওবিয়ে, কোয়খায়রুসে । ঐখোয়গুম্বনা হায়বিরকপসে শাথিনা নরাইবক্তী ফরবজাংনিকো । হৌজিক মতমদা মণিপুরশিদা নুপা ফংদদুনা নুপী য়াম্মা তারগা লৈরবজাংনিহে !”

ওজা লৈশাবীদুনা ইশি শিনা নোকথোক্লগা শেমদংলকই “ ওঃ, ঐদি মওন মওনবু খল্লুরে । তেক্সি ড্রাইভর ওইরে !”

তাশিন্নদবা শারদুনা লৈথোরক্লগা ফূরিংখাউদগী চূরুট উপু অমা চিংথোরকই । মচৈ অমা চিংথোরক্লগা কাঙমৈম্বুগংলি । পেন্না শক্তু কংগ্রেংননা চিংলগা শাংনা কামথোরকই অদুগা মতূ মচাদা হায়বদৌনা “ হাই, কিংচন দুতি লোইরম্লব্রো নঙবো ? ”

ওজা লৈশাবীদুনা ব্যবহারদা য়ূশিল্লকই “ হো লোইজরম্লবনে । হূই হৌদোঙনা শোক্তনবা বোরানা কূপ্পগা উরোং শুমজিংনা নন্দুনা লূখাককোমদা ফৌজরম্লবনে ।”

মমিং লাওথোরকই ইবোতোন। তুংলোমদা খোঙথাং অমা বেক তৌরগা "লিজতিল্লা নচীনবান্দু পূমঙাঙ ঙাঙ্‌হল্লবসু সেন্দ পেপরগী দরকারদি অদুম্মক মরেরিনে হাঃ ? "

" ওক্কোন্দনা ফম থারল্লবনে ।"

মথম্মোয়দা তাবলা থীল্লক্লবরা করিনো " নচীন্দু শূৎচেপশিনা য়েন্দেম থরাক শোইবগুম শোইদোকপা তারেনে ওসিদি " হায়রগা কাওনয়েনগী স্তাইলদা মশোংদু ফনগৎলগা হাইজিল্লকই ইবোতোন। অক্রমন তৌরকপসু য়াই খন্দুনা মহেরোইবীশিংদুনা ওজাদুবু সার্কুলরদা হুস্ কোয়শিল্লি । অদুগা অমনা " মাল্লে । নঙনবু হেল্লা মাল্লে । নোংবাল্লা, য়াবনলা ? "

নৌনা ওইরক্লিবা অবস্থদুদা মনাকোংদা নত্তনা মমিংসু য়াওনা হাক্কচরবা মেনেজর অহন্দুনা " হাই ইবুঙো, হোঃ নুংশিহীদাক তৈবা ! " হায়রগা য়াম্না ঈ কানা তকথরকই "নঙ য়াম্না থুনা থোকল্লো । নশানা নশাগী খোয়রেন্দু থুনবা খোই চোপকনু। মতমসে ফত্রবনিনে । নৈরগা মহী থকপীনবনা অসুক মরাঙ কায়রবা মতমসিদা শূৎকেঙ চুমদনা কথায়গনুনে ।"

ইবোতোম্না, করিসু থৌশাদনা উশিত্তবা মীনোক অমদা শেখরুরগা য়াঙ্গরকই " য়াঃ ! নুপী মাঙ পাম্বোম তিংবা, খৈনা য়াংকোক শেগায়বা ! শজি অকনবীগীদমক লমহুই অকনবা অমনা নোংশা অশোনবা অমদা ঙংখাইরিবনিনে নঙগীদো ।"

মমিত্তা ঈ কারবা অহন্দুনা " নঙ ঙসি সিংহারা হৌবগী খাংজাউসিদা পূম্না থাথরগা তাউথোক্লদনা য়া থোক্লরনিসে ! মশা হান্ফ ব্রেন ওইবতা নত্তনা তংখাই অমদি থাউ ওইনসু তৈরেনে ।"

খোন্দু য়াংখৎলগা " হে অহলঃ! নঙগী কান্টিনসে নশাগী চিতা ওইবা ঙম্নবা নঙ কন্না হেক্তা মহোৎনরেনে ? মৈ কোয়রক্লগে " হায়দুনা অরোইবীদা লৈখৎলকই।

ঙাঙলিবদু লোইফাত্রিঙৈদা " কোয়রো কোয়রো " হায়রগা মতুংলোমদগী করিগুম্বা মচীন খরনা য়ুশিল্লকই চক চক ! হন্না য়েংথোকখিবদা লেপ্লম্মী কেমোক্লেস্কী য়ুনিফোর্ম শেৎপা মহাসাধু খরা ।

ইবোতোন, মিহন্দু চেনগা চেনগুম্লে । উবাক বাগা মানবা খূবাক অমনা মমায়দুদা শেৎচিল্লকই ফাক ফাক ! ঙাইহাক উঙজা পুই । অবাং কদোমদনো লেপ্লবা হোৎনৈ অদুবু ঙমদে । ত্রাই ত্রাই এগেন বৎ এট লাস্ত ফেল । ইবোতোনসে ফুটবল ওইনা উরুরল্লা করিনো মখারোমদগী পাইখৎহল্লকপা বুত্তুনা খূরাইদা মচী ফেঙলে । নুংশিং চেম্না পাইরকপা ফ্লাইং কিত্তুনা মথবাক্তা হুম্ফাক ! হূত্তুনা পাইশিল্লকপা কিন্দুনা মনাতোম্দা জবক ! অঙাঙ্বা মহী য়াঃ! খূনিংদুনা এইংঃ এইংঃ ! লাওরম্বা মমিং তন্দক্তনা বেঙ্ বেঙ্ ! গাড়ী মনুংলোমদা ফদ্রাকঃ! নোংমৈ বটশিংদুনা চূক ঃ চূকঃ! চোংখৎলক্লগা মখোঙশিংদুনা ফক ফক ! অদুগা কোম্না হায়রকই " থোক খপচিল্লকউরো ? অতৈদগী ফাগৎলকপদা লোৎশিলহৌবা অমা শো তৌরগা লোইরে । নমিং ? খোইহী নঙবুনিনে ? "

"ইবোতোন ।"

" মচা লায়েংনি খণ্ডদবা নপা মহা শীদুগী মমিং ?"

তাঞ্জা অমা মদোম মখোঙনা থোংনা চেনশিঞ্জরক্লবদুদা থৌ-ব্রা ইশা শাদনা ব্রাংখংলগা কাপশিল্লকই " নখোয় অদুফাও খণ্ডদবা ? ঐগী ববাদি মণিপুরগী হোম মিনিস্তর... ।"

পাউখুমদু সেন্টেল ফাম্রিঙৈ, মরক থংনা কমান্দো অমনা ইপা পাখংনা " হাঃ! হোম মিনিস্তর ! " হায়রগা ব্যবহারগা লোয়ননা " ইহে ঃ! অদুদি ঙসাইনা তাকপিবা য়াদ্রো ? ইসঃ! নুংঙাইখিদ্রেদা ! শাউবা য়াদেকো ইবুঙো । ইনাওনসু হান্না ঐখোয়দা তাকপিদেদো । অদো খণ্ডনদবদগী থোকখিবনি হায়না খন্দোকপিরো । ইনাওগী গাড়ীরো ভানসীবো ? "

" উম!"

" অদুদি, ইশাগী গাড়ীসিদা লেঙবিখিদ্রা নংত্রগা শজাই য়ৌনবা থিঞ্জরম্মো হায়বরা ? মাই স্পেসিএল রিক্বেস্ত ? "

" য়ারনি । ইথন্তা, অদুম ... ।"

" অদুদি লেঙথবিরসিদো ।"

ব্রাহেদো হেক তাবগা, কদাইদগী ইনর্জিনো খণ্ডদে, তৃকথরম্বা মশাদু ঙীংগংখি । ফন চোংথরকই । পুলিসকী গাড়ীদুদা মতীন শীংচিল্লি । মখা চাক্লগা মকম্বী ফৃক্তোক্লনা গাড়ীগী মনীংদুদা হাইজিন্দুনা মখোঙদুনা পীশিল্লি বক বক ! চোংথোরক্লগা, মখোঙদু ফর -ফর হাইরগা সুগত্তুনা খাঙই । হন্না য়েংথরুবদা খোক্তুপ খুদোলদু পুল্লপ ফক্কায়রগা ঈনা পৃমঙাঙ্ ! তপ্না ফমথরগা মাদুনা য়েংলুই । খোঙবীগী খৃজিন্দু ফক্কায়রক্লিবা খোক্তুপতুদা পক্লগা লৈরম্মী ।

উপাই লৈতনা শেকৌ শেকৌ লাক্লগা মাগী গাড়ীদুদা মশাদু খুংহূন অমুক্তদা হৃজিল্লগা আইতিদা নেত্তুনা পাইখি ।

হৌজিক মতমদা নহারোলশিংশিগী য়াম্না কমন ওইরিবা চংনবীদি মায় পাকপগীসু য়ু, মায়থীবগীসু য়ু; নীংবা থুংবগীসু য়ু, নীংবা কায়বগীসু য়ু । ইবোতোন লমখাঙদা, রাধেগী ইনর্জি দিপোত্তা হাইজিল্লগা কমান্দোশিংদুনা মুলহৌবা ইনর্জিদু কৃপখংনবা মখৌরি য়ৌনা হাজিল্লি মহৌশাগুম । তপতাঙৈ ব্রাংখংলগা মংলগা থৌজিল্লকই থোজাল্লোমদগী । থুম য়ৌনা য়াক্লবা দৃশ্যদু দর্শন তৌরুবদা অশংবীগী মমিং অনীদু খণ্ডহৌদে নোংজাবী থোকখিবা! খণ্ডহৌদনা মচান্দুদগী পাইথোকহল্লকই " ওঃ! অসুক নুংশিবা ইপুরোইবসি হূ মখায় অমগীফাও লৈরগা পীজবা ঙমদদুনা পাপ্ পুদৌরবনিনে, ঐসে পাপ্ পুদৌরবা " হায়দুনা মথবাক্তুদা লৈয়ে থাবগুম থাজিঙৈ বাক বাক !

চিংলদুনা লৈয়েং ইফাই ফাইনা " খণ্ডলে । ভোলুমদো লৈথৌ । ঐগী মাইক্রফোনসে ফেল ওইদ্রি ।"

অশংবীনা মপুরোইবগী মমায়দুদা মুন্না য়েংলগা " নমায় নাম্মা সনজীংদৌনা ঙাংশং ঙাঙলগা ব্রাংখংলিবদুনা করিগী ? সরক কোইলাসনা মথক্লোমদা পাইখংলক্লগা

লৌখিবগীরা হায় ? ”

ইবোতোম্না মকোক্তু লূম্না হাইরগা “ নত্তে । পীশিল্লকপগী ।”

“ কনানা ? ”

“ অসঃ! মখোঙসিসু ঈমক্তা ! অদুবু ব্বারক্লকপগীরা হায়বা ? এ. কে. নরা করবাইনরা ? ”

“ মৈরা পায়বীদা পাউ পীরগা খবরদা প্রেস রিলিজ থোকহল্লুরগেরা ” হায়রগা মাংগোল মচিদুদা কাখৎলক্লগা ফদ্রাক ! ইকান কান্নদনা, মাগী হৌনবী নাখোকপগী স্তেরিও সাউন্দ ... ।

ঙাওরগা লোথখিবদুদগী হিংগৎলক্তুবদুনা, খীৎলক খিবগী চৈনাদুগনা নোংঙাল্লকপদদি মশাদু নুংঙাইরে । পূমতেক ! মখূৎ অমদি চায়রুংদু লূক লৌখৎপফাও কৰ্ফিউ । নুংশিবা মপুরোইবনিনা, খোইহী চেনবা চেংলৌদু হন্নফাওবা দর্শন তৌনিংখিদ্রে অশংবী । অসুম্না নুমিৎ মরি মঙানি ইবৌ লৌখৎলক্ত্রবদুদদি ব্রাখলদু গোর হল্লুদ্রে । মীকূপ খূদিংগী শোল্লক্লে “ রাধে রাধে ... ।”

ও, লাই থাজখিদ্রবা মীওইবসিসু ঐয়ো নাহেদুনা তৌরাংফক্তা ওল্লকান্দদি ঈশ্বব নুংশিরক্লবোই ! জগৎকী মপু শ্রীকৃষ্ণগী কৈনো ‘ রাধে ’ শোল্লকপদুদদি ব্রাখল খরা তেল্লিল্লক্তুনা অশংবীনা অব্রাংথংবগী লৈকাই মাইবা চাউতোন্দু কৌদুনা য়েংহল্লি ।

“ ইবো, নঙগীসিবু, মীহুনদি অদুক দিসক্কালিফাইদ তৌরক্কদবগী সো কোজ নোটিসককদি ইফং ফংদেনে । অদুদা নঙনা ঈশ্বরগী নামককাক শোল্লকপদুদদি, তুমিন্না লৈবা ঙম্মদ্রেনেহে । কমদৌরিজাংনো ” হায়না মিহুন য়েংনা য়েংনা মাইবদুনা হংলকখিবনি।

“ খুরা, ঐনা শেল্লিবা ‘রাধে’ সে জগৎকী মপু শ্রীকৃষ্ণগী মপোৎ মরন রাধেদু নৎচদে।”

“অদুদি করম্না মখলগী রাধেনো ? ”

“ লাইশ্রম তোম্বোইনা লৌরম্বী, হল্লকপী রাধেদুফাও খঙদ্রববো খুরাবো ? ”

“ করিগী ? ”

“ মাগী খোয়থুম্নরবা অমৃতদু গর্ভসিদা তারক্তবা কুইরবদো ... । ”

ঙাঙলিবা ব্রাদু লোইফাত্রিঙৈদা মাইবদুনা মনাক্তা লৈরিবা , মানা অমুক অনীরক্তং চিংখ্রিবা চা অশাবদু ইবোতোনগী মমায়দুদা জর ! অদুগা কবিমফাও হায়রমদনা হৌগৎলগা অদুম শানখ্রে মাইবদো ।

পোক্তুনা ফ্রঙ ফ্রঙ চোংদুনা লৈরিবা মপুরোইবদু মুম্না য়েংদুনা লৈ অশংবী । তৈথোকপগী ব্রাখল খনবগী মহুত্তা মপুরোইবগীদমক অরুবা ব্রাখল অমতং খল্লি মদুদি অনকপা কনাগী দুকান্দা হূ য়োল্লি নৎত্রগা থাউ য়োল্লি ? নুপানা মু ঙাওরকপা, নিশা মখল কয়া চারকপা, থবক শূদবা নৎত্রগা মশাদা ফূবীবদুফাও খাঙবা ঙম্মী নুপীনা । অদুবু

হল্লকপীগা শক্ত তৌবসি ওইহ্রে নুপীগী মথম্মোয়দা মোরোক শিংলাই হৌবিসি।

গাড়ী মখোল অমা তায় হায়দুনা হন্না য়েংখোকখিবদা পুলিস খরা চঙশিল্লকপা উই। বা অমত্তা ঙাঙদে। চা অশাবনা পোকপগী ঙাওরিবা ইবোতোম্বু চিংখোকখি। অশংবীসু হংহৌদে, হংগেসু খল্লে। য়াগী মমিত্তা মপামগী ময়ূমদু উদুনতা লৈস্রে। য়ূমসিসু লায়রবগী লাইনা একাদশীগী ইউনিফোর্ম শেংলগা চাকখূমদা কর্ফিউ ঙাক্লকপা নুমিং হুম্রি শুজিল্লক্রবনি।

অশোমদনা কমদৌরি ? করিমত্তা ৱাহং পাউহংদনা ইবোতোম্বু গাড়ী মনুংদা ফার্ষ্ট দীগ্রী ইন্স্রোগেসনগী খুৎথীৎ ফাওদি লোইরগা সেকেণ্ড দীগ্রী ইন্স্রোগেসনগীদমক ইন্স্রোগেসন সেল য়ৌরক্লে।

পোকপগী মমায়দুসু মকু খরা কেনথ্রবা ইবোতোন্না চনীং চয়াঙ শন্নদনা " নাদুনা ইয়ূমদা য়াতাজরিবা ঐবু ফাদুনা পুবিরক্লগা করিমত্তা ৱাহং পাউহংবিদনা তীল্লাইখোম্বী তাশুম তাবিরিসিবু ... ? "

মমিত্তু ঈগী মচুনা লৈতেংলগা, মচীনবাম্বু য়াথক য়াখানা খাবক লাক্লগা " নঙ নহান হোম মিনিস্তরগী মচানি হায়বদাই ? "

" সার, ওন্নরে। ৱাহৈদুমক ইচিনসিনা পঙ্খিদেকো। ঐনা হায়গে তৌজবদি ঐগী ববাদো মণিপুরগী 'হোম মিনিস্তরগী মচাগী মমান্নবগী মচেদুবু লৌবা নুপাদুগী মনাওনুপাগা তিন্নবনি' হায়গে তৌরকপদা সাহেবহোয়না ঐগী ৱাদু লোইফাত্রিঙৈদা, ভাবনা শাজিল্লগা 'হোম মিনিস্তরগী মচানি' হায়না ৱাখলদুনা হেক্তা মারিখিদুনা ঐবু থাদোকপিরকখিবা নত্রা ? থবক চেকশিনদবদি সাহেবখোয়নি। সাহেবকা ঐগা লোন ফাওনদ্রে। মীতৈ মচা অনী মীতৈরোন্না ৱারী শানবদা পাউ ফাওনদবা হায়বসে কয়াদি লুরগেদো ! "

নোৎফূ নোৎফূ ফূজিল্লগা " নঙবু থা শিগদবসু মৱাংলি। "

য়াম্না ৱানা চৈনা খাঙলগা " সাহেব ! কয়াম ৱাংলি ? মদুগী মখাদি লৌথবিরক্লনু। কস্তদিদা শিহনবগী সাহেবখোয় হীউমেন রাইট্‌স কম্মিসনগী কোর্ট কাহৌবা তারে। "

" আই. শী. ফজনা চাকইনে মসে। "

" তুম্বাগী আই. শী. চাক্লিসিবু ঐরা সাহেবলা ? "

" সিদসু নত্তে, নঙনা তোংলিবা ভাম্বু কনাগীনো ? "

" ঐগীদি নত্তে। মপুদু মশক মমিং, লৈফম খঙদে। উরগদি নীংশিংলকপসু য়াই। স্নাইদা লৈত্রা অমুক্তা য়েংগে। পীথোকপিগ্রগে। খল্লু খল্লুরগা ঐ নুংঙাইরক্লে। "

" নঙদি কমাইনা লৌরুরিবা ? "

" মোরেগী তোই পিস্তোল অমগী মশান্না। "

" কৈদৌনবা ? "

"ফার্ম অমা হৌগৎনবা। "

" করি ফার্ম ? "

" নুপীগী ।"

" কমদৌনা ? "

" থাদা তলব লুপা লীশিং ১৫/২০ চাবী নুপী কৃষ্ণামুক লৌদুনা লুহোংলবদি মখোয় কৃষ্ণাদুনা থা খুদিংগী লুপা লাক্ক লাক্ক পুশিল্লকুনা ঐঙোন্দা পীরদৌরিদু সাহেবসু খরা খঙমন্দে । অদুদগীদি ঐ দলান মখোল ১০০/২০০ বাংখৎপদি বায়খৎ মখোঙ ! "

" মদুবু মায় পাক্কনি খল্লিব্রা ? "

" ত্রাই ত্রাই এগেন । করিগী পাক্রোই ? পাক্কবনে ভানককাক হায়জেক তৌরগা কোলেজগী লেকচরর অমা কোয়খায়বা হৌবিসে । ফার্মসিবু মায় পাক্কদি সরকারদগী লোনসু লৌবা য়াদৌবিনি । "

শাউনা " ঐনা হায়রিসিদি তাদ্রে । মদুবু হৌজিক শূকশোয় শোয়দনা মায় পাকখিদ্রা?"

" হৌজিক্তি কদাইদগী মায় পাক্করনি ? সাহেবনা গাড়ীসু মপুদা পীথোকপ্তনি । খবব নুংবরদসু ফার্ম অনৌবসিগী নমুনা ফোঙনরক্কগদবনিনা মী অতৈসু মতৌ তমদুনা পায়খৎনবকপদা কৃষ্ণামুক ফংবদা খরা বাররনি । হায়বদি মণিপুরসে পংচাউ চাউদে ।"

" শক্তা নঙোন্দবু করম্বা নুপীনবু য়াবিবক্কদৌরিবা ? "

" সাহেব, জগৎকী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণদুবু কয়াম কুচু কুমেন ফজবা, হূবান চীপ্পী তৌদবা জীবনোনে " হায়রগা মমায়দু তপ্না লৈথোকখি ইবোতোন ।

"নঙ গঞ্জা হোৎনব্রা ? "

" নো । বৎ য়ু ।"

" কদাইদনো মসিনা চাকইসিদি " হায়দুনা চিন্তা তৌদুনা খল্লি কমান্দো ওফিসারদু। তাঞ্জাদুদা ইবোতোন্না মাগী মকূ হুববা মমায়দু তপ্না মারগা য়াম্না মথ্বায় চাক্লা " সাহেব, তূ ইরোনবা ফৃৎপগী ঙামু মকূ হুবা মাল্লবা ঐনা অসীমতং হৎগৎচরি মদুদি কমান্দো নখোয়না অদুক য়াম্না খোইহী চেল্লিসিবু করিগীনো? "

কমান্দোদুনা জ্ঞান খৎতা তারক্কগা " হাই গধা ! শকশিদবু কখায়জগে হায়দুনা কমান্দো ওইবিবনিনে । নত্রগদি হীমালয় চীঙখোঙদা নহান্না লাই নীংবা চৎলম্লোইদ্রো ?"

অমুকসু ওনখৎলগা জাৎ জাৎকী দুনিয়াগী বাহং পূম্না পঙহংদা হংজিল্লকপদুদা " মসি পাপ পূরনি । কান্নররোই । ঐগী শাউনিংবদু খুৎশিনা মঙোন্দা ফোঙদোক্কবদা লানথোকপ্তগা ঐদুম ওইনা জেলদা চঙলবনি " হায়দুনা মখা লৌথখিদ্রে ।

নোংঙাল্লগা কোর্টতা পুথোক্লে । জজনা কেসতুগী মেরিটগী মতুংইন্না লায়েংনবা জেলদা থাজিন্নবা বায়েল পীরে ইবোতোন ।

তাং ৯/৬/১৯৯৬

# মমা

ওরাংগী নিশা হুন্নিংঙৈদা খোমগী অঙাং কক্শ্রন্দুনা ৱাঙ্থ ৱাঙ্থ য়াকায়রোল শকচিল্লকপদুদা নিদ্রা দেবীদু হুত্তুনা পাইশ্লমাল্লে, থম্বৌ তঙায়ফদনা য়াকায়রক্লে। করিগী অঙাং খোংহল্লিবনো হায়দুনা মখূত্তা মশাগী সেন্দলদু পায়রগা পীননবা লোন্না চঙশিল্লকই থম্বালগী ফমুং তম্মা। থম্বাল লৈরমদ্রে। ফমুংদুদা মচাদুদং মশাগী কৈনো মরক্তুদা ওন্দুনা লৈরম্লে। মপান থোক্লগা কোয়কৌ কৌদুনা থি। ফংদ্রে। অদুদি থম্বাল কদায় চংখ্রে ?

ওরাং অহীং মংলগা হুঞ্জিল্লকপদা মচাদু রোক ম্যুজিক শকহল্লি হায়দুনা মপুরোইবা থম্বৌনা ইন্ট্রোগেসন ইচং চখরম্দনা পীশিল্লকখিবগী মনমগন্দুসু খূবাক্কী ছাপা মমি, ঙাকথোক্লবা খুজেংদুদনা চন্দোনজে মমি তাখিবদু ফনা ময়েক শেংখিবনি থম্বাল। চুবা অনীদুসু নাম্মদি ঙাংশং ঙাঙ্না ফনা চোম্থনা উখি। পীশিল্লকখিবগীনি। মতৈনা খাল্লমদ্রবদি চাকখুম হৈল্লাংদুনা মপুরোইবদু ওরাংমক যমলৈবাক্তা ৱিথ পোস্ত ত্রান্সফর থাবগী ওরদরদুদা সহি তৌথোক্লম্বা য়াবনি। অদুবু মতৈ 'বুঙোগী ব্যবহারগী য়াকা য়েংদুনা মদুমক্কী কনভে ওরদরদুফাওদি থোকখিদে।

পুম্নমক খঙলব্রা করিনো হৌনা হৌনা খোংলিবা মচাদু লৌখৎলগা কৈনো কৈনোদু ফি অমনা তৈথোক্লগা পোখত্তুনা থেম্মী। অচাপোৎ অমা পায়হল্লগা চীকহল্লি।

ওরাং নুংদাংসু মংলিঙৈদা লৌখৎপা কাউদুনা লৌখৎহৌদ্রবনিনা, ওফিস কাদ্রিঙৈ, চখোম অমতং চীনমেনখিনবা থম্বৌ, পীক্রিবা পুমশিন ঙাক্তনা লৈতেংলবা খোমগী অঙাংদু নাকন্দা মাইরেনগুম খিল্লগা শুপর ফাইনগী চেঙদু ফৌমান খল্লি।

তাঞ্জাসিদা, খোমগী মথক ননাউদু, নিংথমথাগী ঈংগ্রবা অয়ূকশিদা য়াকায়রক্লগা বরব চাগে হায়দুনা খোইমুদৌনা ভুং ভুং ভংলদুনা ইমুংদগী স্লোগান ঈশৈ শকথরদুনা খোরকই। অদুগা য়াংকোক্কী মমাঙদুমক্তদা ফমজিন্দুনা সিট ইন প্রেটেস্ত তৌররি। খরকাক

চখোকউ য়াবজাৎ নত্তে ।

থম্বৌ অহানবদা মচাগী কমপ্লেন্দু খোইদোক্লা মনাদুদা হাপ্পুদ্রবসু কুইশিল্লক্লবদুদদি মাগী ঈদু ঙরাংগীদুগী নিশা হন্দ্রিদ্বঙেদুদা অমুক রি তৌদুনা শাগৎলকই, ঙসিগী হাঞ্জিল্লদ্রগসু। বোইলিং পোইন্ট য়ৌরদুনা মনিল খোরকই “ হাই, লন্নেমগী মচা হিংচাবা ! হৌজিকপু বরব চানিংব্রা হায়ববু নঙ ইচুম তাফমসিদা তেল্লিল্লগা সৃপব্রেক নাব্রেক তাজনি ।”

ননাউনা কপঙাঙদা মাগী অলতিমেতমদু লানখৎলকই “ ঐগী মঙদা মাম্মনা বরব লৈবিগে হায়দুনা কৈখেলদা পুরম্মী । বরব লৈরমদাইদা নখোয়না অঙাং কপহল্লকপদগী মীকপ খোরকপনা হান্দুনা ঐ বরব চাবা নংহৌদ্রিবনি । অদুনা ঐদি বরব চাদবা সুকয়া য়ারোই হায়রিসিনি । নখোয় কনানা অঙাং কপহনবিয়ু হায়গে ? ঐ বরব চাদবা য়ারোই ... বরব চাগে... ।” হায়দুনা হেন্না ধরনা কনশিল্লকই ।

থম্বৌনা ননাউদা “ হৌজিক্তি ঈংলি । অদুনা বরব য়োনবসু লাকখিরোই । হয়েং শাগৎলক্লকান্দা চাদৌনি ” হায়দুনা ধরনাদু তানখায়খ্রে ।

ঙাইহাক লৈরগা ননাউদু, মমাগী ফনেক্কী কেম্পিসনা পূময়োম য়োন্নবা পোম্ফ্রিদু ইনবোই চিংবোই তৌদুনা পুখোরক্লগা মপাগী মনাক্তা তেম্বুরে । অদুগা রিমাইন্দর ওইনা “ ববা, ঐ হৌজিক ঈংদ্রে । শাগৎলে । বরব চারগে । বরব লৈবিরো ।”

ফৎ লৈখোরকপদা মনাক্তা তৌরন্নিবা দৃশ্যদু উবদা মমিৎ নারদুনা “ মী’ মমাঙদা ফদী শারবা পোম্ফ্রিসিদি কনানা নঙোন্দা পেকিং তৌ হায় ” হায়রগা চৈরোঙ মানবা মখূত্তুনা ননাউগী মনাহুমদুদা থৌগল থাজিল্লি । থৌগলদু ফজমনবদুদা ননাউ পোম্ফ্রিদু হন্দোক্লন্নগা মাংগোল ময়ায়দুদা তীন্থোক য়াংদৌ চোংবদৌনা মথন্তা জিম্নাস্তিক তৌদুনা প্রাক্তিস তৌজে । ভাবক অমদি জজ অমত্তা য়াওজদ্রবসু অরৈবা স্তেমিনা পূম্বা ফূদোক্তুনা গেমদু ব্রেক লৈতনবা ফজনা মখা চখুরি ।

অমুক মখা চীক্লগা “কপ্পু কপ্পু । কপ্লিংলদি কপ্পু হায়বা ।”

মপাগী ওরদবরা নোটিশরা খঙদবা অপিলদু কিমনম্রদুনা ননাউ খোংলম্বা খংতোক তোক্লগা ইংখোল মতোল্লোমদা তুর চৎখ্রে । চেঙ খৈবা লোইরদুনা থম্বৌদু চাকখুম চঙখ্রে নোংমগী কায়বা য়াদবা উসব হৌনবা ।

চরুদু মৈ থাগত্তুনা চাক থোংগৎপদবু মঙায়বি, ননাউ শী-শী কামদুনা হোংচিল্লক্তুনা “ ববা, হন্দমুক্তি শাবনা লোইরে । ঐ বরব চারগে ।”

ঈতপ তপ্না থম্বৌনা “ করি চারুরগে নঙনা অদুক য়াম্না শারিদুবো ? ”

ননাউনা মতৎ মতৎ শীশ্যা শীশা তৌদুনা “ অদুবুরো মমাঙদা হৌবা উচিমোরোক পাম্বীদুদা পানবা মোরোকশিংদু লোইনা শায়রক্রে । বরব কদায়নো ? ঐ শাবনা লোইরে।”

মচাদুনা বা ঙাঙবা লোইফাত্রিঙৈদো, মমিত্তু মমায়দগী ইঙ্কি অনীমুক তোঙথোক হল্লগা “ মমিৎফাও কাক্তিবা মোরোক্তুদি নমানা মারিউ ভাক্রস্না ” হায়রগা ননাউ তম্না পাইশিল্লকই । চি থুংলুবগী পূমশিলমুক্তা ঙায়রবা মচাগী লুমাংদু তাপ্‌ পায়রগা খূদক্তা ফ্রীকেল্লি ব্রাংনা য়ুহার হাহল্লি । রিক্তর স্কেলদা কুম্লাগী মথক্তা হাবনি । মদুগী ইপিসেন্তরনা

ননাউগী লবাই লেম্ফুমক্তদনি । বল্লনা খায়থগ্রবা ননাউদু লৈমায়দা শান্তিদা শাংদোকন্রে ।

অখাক অরাও তাপ্রবা তুংদা, ওরাংগী নিশা হুনবোই-হুন্দবোই, থম্বৌ হাইরং তুরংননা মচা অনীমক্তু নাক নাক্তা য়েগ্তুনা পুশিল্লক্লগা তুনা ফমুংদা শুম্মী । অকল্লদুনা মখা তাথরক্তনবা কর্ফিউ জারিশল্লি ।

মচাশিংদুনা তুমথগ্রবদা, থম্বৌ, বোরা শেগায়বদা য়েলাও নম্বগুম্বা মবুক চাউবা মচাদু পেন্না অমুক্তদি হাঞ্জিলহল্লগে খন্দুনা মাগী একাগাড়ী টাটাদু তোংদুনা হোটেলদগী অচা অথক বরব, রস্‌গুলা, মিংনচিংবা লৈথরুরগা হল্লক্লে ।

ফমুংদগী খোমগী অঙাংদুদি কর্হা ? মানা খোজ্জাল্লোমদগী হাইজিল্লকপদা, লাপতক্ল া উহৌবদা, মনেনা পোরগা থেমদুনা চংখিবদু শূকশোয় শোয়দনমক্কী ওইরনি হায়দুনা মদুগীদি থৌশারুদ্রে।

ফম্মাণ্ডদুদা পুথম তেংগোৎ অমদি চেদা হাপ্লগা লেম্নদুনা অচাপোৎশিংদু লোইনা থল্লগা মচানুপাদুগী মনাক্তা ফল্লগা য়াকায়রোল শকই ।

হেক য়াকায়রকপগা, মপাশা ননাউদু নে তানা পেনাগী শৈরোল্লক্তা ময়েক হাপ্তুনা মাগী হৌনবী নোংজু ঈশৈদু শকথরকই । " ঐনা তুন্নিবৈদা নখোয় কনানা ঐগী খোঙুপ্তু লৌথোকপিয়ু হায় ! ঐদি য়ারোই হায়রিসিনি । খোঙুপ তোংদ্রিবৈদা মঙ মঙশিল্লক্তুনা তিংখং মরক্তা চংপদা তিংখং থোমথৈ য়ূশিনখিদুনা খোঙসে নাবনা থাংবা য়াদ্রে । প্রপ-প্রপ্ পো হায়রিসিনি । নত্রদি ঐ য়ারোই হায়রিসিনি । ... "

মচাগী অচা অথক লৈবা চংলুবদা অমুক নৌনা হাঞ্জিলকপা ইনর্জিদুনা তেক্লন রাংখৎহল্লক্তুনা হৌনা খোংগৎলকই " অদুবু মুন্না মুন্না য়েংলগা চংপা য়াদ্রো ? নমিত্তু লায়থূং থুংগুব্রা হায়মী ? "

ননাউনা মখা তানা ওংথরদুনা "নখোয়না ঐগী তুম্বদা উপনবা আনোক লৈবিব্রা ? আনোক য়াওদববুদা উদদুনা তিংখংদু নেৎলুদুনা য়ূরকইবা । সীবু ঐনরো ? "

থম্বৌ ফাগি ফাগিদগী ঈ কারক্লব্রা করিনো " মসি অঙাংসি ওসি লোন্না ইমুংসিদা ফুল্লৌ লৌথোক্লগা মারিথোকউনিশে ! পীশিল্লক্লগে ? "

মমিৎ নোইরদুনা, মখোঙ কাওরদুনা ননাউনা য়ানিংদবগী সিন্বোলদা " তল্লি, পৈশা পীরসু তোকওই ।"

অসুম কপ্লম্বদগী মমাওদা পৈরিবা অচাপোৎশিংদু মীৎয়েং শাংখৈরুরমাল্লে, কপ্লা খংতোক তোক্তুনা মমাওদা পুল্লপ চিংশিল্লগা মখূৎ অনী চঙদুনা ময়াদা থাজিল্লি । মখূৎ অনীগী মান্দু মখয়াত্তুদা চন্দ্রবদুদা য়াদ্রে হায়দুনা অমুক কপখৎলকই ।

মশ্বায় প্রোক প্রোক চাক্লবা মপাদুনা শৈরেং অমা ওইনা থীদোরকই " ওঃ! অসুক নুংশিপ্রবা ইচাসে উচি হীদাক পেকেট অমা ফাওবা পীজবা ঙমদদুনা মপা ঐসে পাপ পুদৌরবনিসে ! "

কপ্তৈ কপ্পুরগা করি খল্লুরবনো খঙদে, কপ্লা খংতোক তোক্লগা অচাপোৎশিংদু অমুক তকখায়রকই ননাউ । মখৌরি য়ৌরক্লবদুদা মখা তানা হাঞ্জিনবা য়ারক্লে । মদুবু

উরগা মপাদু পেঁৱে । অদুবু ননাউদু মুম্না করিওম্বা খরা খল্লুরগা ইথা থাজদনা অমুক মাগী ঈশেংগী মখা তাবা অন্তরাদু লৌথরকই ।

থম্বৌনা নোক্লগা অমুক হংলকই "অমুক কপ্লক্লিসিনা চাশিনবা মাদবগীরা ? চাও, অদুক য়াম্না নথীবোং লাওবা নওদি লোইনা লৌখৎলুনে । লেমহৎনগনু। লেমহল্লবদি নমিৎতুদা নমদৌরিনি ।"

ইথা থাজদনা অমুক খোংগৎলক্লে । কপ্লা কপ্লা সেহনাইগী মরোলদৌনা " ববা, ঐনা তুম' হৌগৎলকপসিদফাও অসুক য়াম্না লৈরম্লিসিনদি, ঐনা তুম্লিঙৈদা নখোয়না অহাও অহাওবমথে খন খন্দুনা লোইনা চাথোক্লম্লনি । ঐদি য়ারোই হায়রিসিনি । নখোয়না চাথোকখিবা অহাওবশিংদু অমুক লৈজৌ হায়রিসিনি ।"

উপাই লৈত্রমাল্লে থম্বৌদু ৱাম্ব-ৱাম্ব খপথরকই " হাঃ হাঃ হাঃ ... "

নোক্লিঙৈদুদা মনেদুনা মচা অতোনবদু থেম্বা ঙমদ্রে হায়দুনা অমুক শীশিল্লে ।

উপাই লৈতে থম্বৌ । মকোক গ্রো গ্রো হোৎলগা ইকাই ইকাইনা মনেদুদা, মপাম চাক চারুরনি হায়দুনা তুব চংশ্রবী থম্বালদু ঈশিংখক থকহল্লগা চাক চাম্রিঙৈদা লৌবীরুনবা, ৱানোম্শিল্লকই । ॐ

তাং ১৬/৫/৯৬ ; ৱাঙ্খু

# তন্বিমল্

অফ্রিকাদগী জিমি মন্দেলা, দি. এ. ভী. কোলেজ, দিল্লিদা গ্রেজুএট অবোইবা চহীদা তল্লি। কোলেজ হোস্তেলদা লৈবদু বেলেন্স দাইট ফংদে হায়দুনা লনাই ফ্লেট অমদা অচৌবা কা অমা ব্রায়দুনা মকোন শারি। লৌখৎ চিংখৎপদা অমেরিকান ভী. আই. পি.। মাগী মপাদু সাউদ্ অফ্রিকাগী সেন্ট্রেল সেক্রেটবিএত্তা ব্যুরিক্রেট ওফিসার অমা ওইনা থবক তৌরি। অপান্বা মখলগী প্রোটিন মবাং কায়না য়াওবা মখল কয়াগী চীঞ্জাক চাং নাইনা লৌখৎলি। অদুবু লাইবিক্কী থবোইগী লমজেলনি।

থা ৩/৪ অসুম্না ফ্লেটসিদা লৈরক্লবা তুংদা থোমাস গাঙ্গুলি কৌবা বেঙ্গলি মচা অমা মাগী কাগা থংনবা পীকত্রবা কা মচাদুদা মকোল শারে। নো কাংথোল। পীকত্রবা মোম্পাক অমদা মখোঙ কোল্লিন্দুনা হেক হেক শাংদোকই। রসন লাওলমদাইদনা মোম্পাক্কু কোল্লিলগা হেক হেক লাওই। লৌখৎপা লোইরগনা স্তোভ অমদি কোল্লীক্তু মথক্কী গাডীদুদা লেঙখৎহনত্রগা মাগী লাইবিক্তু অদুম মশোল্লি। মাদি ক্লাস ইলিভেনতমক তল্লিবনি।

নোংমা নুমিদাংবাইরম অমা মন্দেলানা গাঙ্গুলিগী থোঙজিন্দা লেপ্লগা "নঙনা শেল অদুক য়াম্না পৌল্লিবা করিগীনো? ভরা খবা হোঙবগীদমক অসুক পীকত্রবা কাংথোলসু য়াওদবা কাখূসিদা নখোঙ তেল্লিন্দুনা শাংদোক্লিবা করিগীনো? মনা মথুমদা খূয়ৌনবা লৈবগসু ঐ অদুম মতেং পাংগে।"

গাঙ্গুলিনা করিমত্তা থৌশাদনা মোমোন নোক্লগা শান্দুম শানশিল্লকই "ঐদি মফমসিদা হনিমুন লাকপা নত্তে, মহে তম্বা লাকপনি। মজাগী ফমুংদা শেখরবদি মুস্থখিদুনা পঙশাঙ শাংদোকখিবা য়াই। মদুনা লাইবিক পাবগী লম্বীদা তীল তারকপা য়াই। অদুনা ঐনা তৌবিবসি শাংদোকপা ইয়া য়াদদুনা অহীং ফাওবা বুক ব্রার্ম ওন্দুনা লাইবিক পাননবনি।"

গাঙ্গুলিগী থীওলোজীদু মন্দেলাগী তুম্বাদুদা ও. কে. তাশিল্লকই। নহানমখৈ মানা

লাইরিক ইপা পানিংদনা পঙপত্তা পং, পঙপুমদা পুমদুনা হেক হেক শাংদোক্লিবদু নুংঙাইবা কমুংদা য়াতাবননি হায়না দিসকেভর তৌরে । মরমদুনা মহাক মজাগী শাংদোকফমদুদা শাংদোক্তনবা সেল্ফ দিসিজন লৌরে । মোম্পাক্তু লৈমায়দা নেমথহল্লগা অহীংদুমা হান্তোকপা হৌরে । অদুবু অহীংদু মহৌশাগী মহৌশাদা অদুম শেখখিদুনা লাইরিক্তি, হায়নিংদ্রে ।

নোংঙাল্লগা বারীদু মন্দেলানা গাঙ্গুলিগী মাইক্রফোন্দুদা হাপচিল্লি । মদুদা গাঙ্গুলিনা " নঙনা অহীং শূকহিং হিংগন্তবমখৈ শিরিদু নখোঙ শাংদোকপা য়াবননি । ঐগীদৌনা শাংদোকপা য়াদবা ওইরম্লগদি নঙ শোয়দনা অহীংদু লাইরিক পারমগদবনি ।"

অহীং অহীং লাইরিক পানিংবনা ঙাওরবা মন্দেলানা কৈজিল্লকই " অদুদি নঙগীসিদা ঐ শিরগে, ঐগী শিফমশিদনা নঙ অমুক্তা হিংবিয়ু ।"

কন্না হেক্তা মতকশিল্লক্লবদা গাঙ্গুলি তঙাই ফদনা য়ানিংদা য়ানিংদনা য়াবে । অহীংদু মন্দেলানা, মখোঙ শাংদোক্লগা তূম্বা য়াদবা ফমুংদুদা অদুগা গাঙ্গুলিনা মন্দেলাগী নুংঙাইরবা ফমুংদুদা হনিমুন্দৌনা ... । তূম্বা ময়াদ্রবনিনা মন্দেলা লাইরিক পারে অদুবু মকোক্তা অমফাও তূংহৌরে । অসুম্না হপ্তামুক মচংথবক্লবদুদদি মন্দেলা হোসপিতাললনা খূংলাম তোয়না কৌরক্লে ।

নৌনা ওইরক্লিবা অবস্থদুদা বা য়াম্নরকপা তারে খঙলদুনা গাঙ্গুলিনা মাগী মাগী কাদা অমুক হীপ্পরসি হায়না হান্নগী য়ানখিবা বাফমদু বিদ্রো তৌবক্লে । মদুগী মরমদু মন্দেলানা হংলুবদনা " নঙগী কাসি ভূং থোকই । মবমদুনা ঐ লৈবা কি " হায়না ভূংকী নুংগী ওইবা অকীবা কয়াদু কাস্তিং পী । মন্দেলা, অদুঙৈ মানা য়েংখিবা হোবব ফিল্মশিংদা উখিবা ভূংশিংদু হেক হেক রিমাইন তৌরক্লুনা কাদুদা মথন্তা লৈবা ঙমশিল্লক্লে।

মশা নাশিল্লকপনে, ভূং থোকইগা হায়বদুদা মন্দেলা মাগী কাদুদা মথন্তা অহীং তূম্বা ঙমদদুনা গাঙ্গুলিদা পূন্না লৈমিন্ননবা হায়জরে । হায়জবকপদু তঙায়ফদনা য়াদবা য়াদদুনা গাঙ্গুলিনা য়ারে । মদুদা গাঙ্গুলিনা শর্ত্ত অমা থাংজিল্লকই মদুদি চাবা অমদি ফ্লেটকী খরচ পূম্বা মন্দেলানা পুগদবনি । মদু করিসু লৈবা পোং নত্তে, বায়খূ মখোঙনি হায়দুনা য়াম্না লায়না মন্দেলানা অয়াবা পীথোকস্রে ।

অসুম্না মতম খরা পূন্না লৈমিন্নরক্লবদা নোংমা মন্দেলানা গাঙ্গুলিদা " Bengal's today, India's tommorow হায়নরিবসি বেঙ্গলীশিংগী শিংবগী মগুণদু ফোঙদোকপনি । বেঙ্গলী নখোয়না অসুক য়াম্না শিংলিবসিবু করম হায়না তৌরিবজাংনো ?"

য়াম্না সেরিঅস ওইবা বাহংদুগী পাউখুমদু মতম খরা ওংলৈ পালৈ তৌদুনা মদুগী চপচাবা পাউখুম পীরমদে । অসিগুম্বা বাহংদা ইরায় লায়না পাউখুম হেক্তা পীথোক্পসি মহৌশানা বেঙ্গলীশিংদদি চংনদে । মীশিংগী হৌনবীনি । অপঙবা মীশিংদদি করিসু লৈতবনি খন্দুনা বাহং খূদিংমক্কী পাউখুম খূদক্তা দোঙ দোঙ হেক্তা হায়দোক্লে । অদুবু অসুম পূন্না লৈমিন্নরগা নুমিৎ কয়ানি গৃ-গৃ হেক্তা মতকশিল্লক্লবদুদদি, নোংমা " ঐখোয়না শিংলিবসে

চাবা থকপদা শা-ঙাগী মরূ খন-খন্দনা চাবা অমদি লৈরিবা কাবু য়াম্না হায়জিন্নিক ওইহনবননি ।"

মদুমক মন্দেলানা লাস্ত পোইন্টদা থাজরদুনা, মহাক মশাবুসু হেন্না শিংগৎলক্নবনি হায়দুনা মথৎগী নোং হেক ঙানবদগীদি নুমিৎ খুদিংগী কাদু য়াইরম শীন্তোক্নুনা লূনা নান্না থম্বতা নত্তনা কোল্লীক ফেঙবা মাগী শরুক ওইগ্রে । মশানা শা ঙা থোংলগা মদুগী মরূদু গাঙ্গুলি উড্রিঙৈদা লোন্না লৌথোক্লগা হেক হেক মারিথোকই । চামিন্নবা মতমদসু মানা মরূ খরা য়াওরম্বদু প্রেমদা " নঙদি হান্না শিংদুনা লৈরবনিনা মতোংশিদা চারো । ঐ মরূদু চাগে " হায়দুনা হেক হেক মমল য়াংনা চাবা ফংজে ।

অসুম্না মতম কয়া হৌখ্রবদা নোংমদি বেরা কানরক্লনি হায়বা খঙলক্নুনা গাঙ্গুলিনা " মরূমখৈ নঙনদা চারে । ঐদি চাবা শূকফং ফংব্রে, মতোংতা চারে । অদুনা ঐ অমুক পঙশিল্লকপা তারে । ঐসু মরূদু খরা খরদি চাগে । নথন্তনা লোইনা হেক হেক চাবদুদি ফত্তেদনা ।"

ইথা থাজদনা য়াফমদু গাঙ্গুলিদগী তারকপদুদা মন্দেলানা মদোম খঞ্জে মদুদি মহাক্কী ট্রেনিংদু শূকশোয় শোয়দনমক্কী পাস্ তৌরগনি । মরমদুনা গাঙ্গুলিনা নৌনা পুখৎলক্লিবা য়াফমদু মখোয়নিগী এগ্রিমেন্টদা য়াওখিদবনি হায়দুনা সুকয়া য়াখিব্রে । মরক মরক্তা গাঙ্গুলিনা মরূ মচেৎমা করিমা লোন্না চাখিবা থেংনরগদি মদুদা মন্দেলানা এগ্রিমেন্ট থুগাই হায়দুনা য়াম্না থীনা হেক হেক ঙাঙই ।

হৌজিক মতম শাংনা মরূ মরাং চারকপনা মন্দেলাগী য়ারী য়াখোঙদু ফজখৎলক্নে । চাক হেক তোকপগা পিন, ফোরসেপ পায়দুনা শেংদোক্লবদি য়ানুংদা থারা ১৪৪ গী অথিংবা লৈশিল্লক্নে । হৌজিক মশানা মশাবু পঙশাওদা শাউবসু হৌরক্নে । তাঙ্গাশিদা নোংমদি মখনাওদা ঙা মরূ অমা ফৈনা পন্দুনা লৈথোকপ্রে । লৌথোক্লবা ফনা কম্না হোৎনৈ অদুবু নো সকসেস ! ময়ারক্লবদুদদি ঈ কাখৎলক্লব্রা করিনো গাঙ্গুলিদা ওল্লিল্লগা অরোইবীদা ঙংলগা " নঙনা ঐবু শিংনবনি হায়দুনা নুংতিগী ঙা মরূ পীজবা ! অদুগা নঙনা মতোংঙৈ হেক হেক চাবা । মসে ঐ য়াররোই । শিংদ্রগসু ঐ পঙলগা অদুম লৈজরগে ।"

মন্দেলাগী অশাওবদু করিসু থৌশাদনা গাঙ্গুলিনা " তো, তোঃ! নঙ খরা শিংলক্নে । খরগা হেন্না শিংনবা মরূদু মতম খরদংগা চাখো । নঙনা মরূ মরাং চারমদ্রবদি অদুম হায়না শিংলকদ্রো নঙবো ? মীঙোন্দদি হায়দোকউনু ।"

মন্দেলা, মচীন্দদি করিমত্তা ফোঙদোক্তনা মথন্তা খঞ্জরকই " হৌজিক ঐসিবু পঙলিব্রা নৎত্রগা শিংলব্রা ? "

মে ১৯৯৮

# এয়ার ক্রাস্

তোমাঙ্গী মাঙ্গোলদা থারিবা নেমফুন্নবা মোরা মাচাদুদা নীঙাইদনা ফল্লদুনা ইংখোল লৈবা য়োনবগী দলিলদু লেম্না থুগ্লগা যুরিংখাউদুদা তপ্না হাপচিল্লদুনা বিং অমদা হৌগৎলকই মানাওতোন। মথাইনা মিতাজবা ইংখোলদু লায়না মমল খরতদা ফংবদুদা মথম্মোয়দা হুল্লিবা মিহুৎদুগী ইবাঙদুদি, মেগ্নিফাইং গ্লাস নৎত্রগা সাইকোলোজিষ্ট অমতা য়াওদ্রবসু মায়থোংদুদা য়াম্না লায়না উরি। পৈশাদি হান্না মচীৎ-মচীৎ খবা-খরা লৌশিনখিবনা ঙসাই থীজ্রিবদু পংয়ামদি য়ামখিদ্রে। মসিনি ইনাকখুনবনা লায়রবশিংদগী লৌবা পোংলৌ। অফাওবা কবি অমগী ফনা ফজবা খোয়থুম্নববা ব্রাহে ব্রাতা কয়া শীজিন্নদুনসু অদুম্মক পেলহৌবরোইদৌবা তোমালদা চংনবীনি শারদুনা মথায় নুংঙাইতবা তৌদনবা হায়রল্লগা নুংদা ঈশে ঙংলগা কাপথোরক্লে মনাওতোন। অহুমশুবা খোঙথাংগীনা লোইশিল্লকপা অদুগা মবিশুবগীনা হৌরকপমক্তদা খংপ্রেক খংনা মরিশুবা খোঙথাংদু তুংলোমদা হল্লকই।পুমঙক ঙক্লা মুম্না য়েংলুবদা মীরা, য়োংলা নৎত্রগা শাওল্লা মথোঙ মরম খঙদবা অমনা "মাম্মা, ফম্বিখো। নুঙাইবা ব্রারী খরা শাখিসি। ... ঐবু খঙবিদ্রববো ?"

মমায়দুদা চংশিন্না পাল্লিবা মমিং অনি, তোংখোক্লা পাল্লিবা মনাতোন, ইন্তৌ ঙৌনা উরিবা ময়াদু নত্তনা অতৈদি মকোইহনি খঙদে, মশাম্না খঙদে জঙ্গলদৌনা পুমশুক! সোসিএল সার্ভিস তৌদবা ফনা কুইবমাল্লে। মনাওতোম্না খল্লি মসিবু তশেংনমক্তী মীরনে ? নৎত্রগা মীওইবসি য়োংদগী ওল্লকপনি হায়নৈ। মসিনা অচুম্বমক ওইববদি মসিগী মীসে ওল্লকপা কুইদ্রিবা মাল্লি। অদুগা ব্রা ঙাঙলিবসিনদি অমুকসু ...

শকখঙদবা জিবদুনা ময়াদু ইন্তৌ ঙৌনা, এদভরতাইজ তৌবদৌনা, নোক্লদুনা "মাম্মা, নমাক নুপা অঙৌনে। ডাক্তর অঙৌ"।

মনাওতোন মশাদু হুমাং অনম্নী কারগা মমায়দুদনা থাউজুম কাবমখে মথন্তা

দিঙ্খোদৌনা নীক্লগা অন তাবা শারদুনা " ইবুঙো , নঙনদি ঐবু মাম্মা কৌরিবা , ঐনদি নংগী মাম্মদো নত্রিবা ! মান্নবা ওইরমগনি । ঐগা মান্নবা মী খরা স্বাইদসু অসুম খরা মরৈবনি । ঐদি স্বাইদগী নত্তেনে । ইবুঙো আঃ মাঙ্গোলগী ফিদা অসোমদা লেঙশিনবিহৌখো । ঐদি মান য়াম্না থানিংলবদো " হায়রগা মখাথোঙদু মখুৎ ওঈদুনা মেল্লগা চেন্নবা ফৈজোমদুগী নামৈ তাখৎপা হৌরকই ।

নিপাদুনা য়াম্না নোক্লিংনা নোক্লগা " মাম্মা , করিসু নত্তবদা অরেম্বদা বি. পি. বাংখৎহনগনুদা । স্ট্রোক থোক্তননে " হায়বগা মাগী মখুত্তা য়াল্লক্লিবা ব্রিফ কেসতু লাগ্লগা মাঙ্গোল মচিদুদা থম্মী ।

শাওং শাদাদদি য়াম্না মানবা, মশক চুম্না লাকশিনবদি ঙমদ্রদুনা , মাঙ্গোলদা ফল্লিবা তোমালনা মমিত্তু চোংথোকখিদৌবগুম্না মমায়দগী ফুৎমুক ইছোক্লগা অনিদুগী দ্রামাদুদা মীৎয়েং শাংখৈবি । মথংদা মমিৎ জুবা অহুমদো অমনা অমদা অমুক-অমুক ওন্সিন্নদুনা অমনা অমবুসু ইচিং চিংননমা য়েংনদুনা লৈশ্রে । মথংদা অমনা অমবু কিবা পোক্লবকই । মখোঙ্শিংদো থাংদোকপসু ঙম্ন্দ্রে, চঙশিন্নবসু কিনরে ।

অদুদগী মনাওতোন্না তোমালদা ওন্সিল্লক্লগা য়াম্না শাউনা " ঐনা নহান্না হায়ব্রো নঙবো ! হন্দক মরকসে লৈখিদ্রবা নঙগী নচাদো মঙ-হাদা তোয়না উই । চফু চাকমায়দগী চদুম অহুমদং লৌবগা লা লাতোন অমদা হাপ্লগা অৱাং ওন্দুনা অমুক্তদি থাদোকউ , থাদোকউ হায়ব্রো ? হৌজিক্তি ফবিনিনেসে- মঙসু নত্তবা নুমিদাং অমম্বসু নত্তবা নুংথিল পোবোপসিদা ভূৎ ওইনা দাইবেক্ট হেক্তা ইবানিগী মাঙমকসিদা সো তৌররে । হৌজিক্তি ঐখোয়নি কমদৌদৌরি ? ....... হে ইবুধৌ, ননাইদি কবিসু খঙজদবা জিবনি । ননাইশিংদা অসুম্না নুংথিলমক্তদা ইবুধৌনা হেক- হেক এদভবতাইজ তৌবিরগদি জিব পানবা ঐখোযদি কবম্না হিংবা ঙমগনি ? ননাই ঐদি গুরু শিদবদা কমপ্লেন তৌজনি । ঐগী শরুক আঃ মাঙ্গোলদা ফল্লিবসিদা ওইনা ... " হায়রম্লগা চেনবা হৌই ।

শকখঙদবদুনা তান্নবগা মনাওতোন্দু ফারগা শাংথনা নোক্লকই । মনাওতোন নাছোক্পদি ঙমদ, ফ্রিঙ-ফ্রিঙ চোংদুনা তীঙ্খোক্তৌনা গ্রীং গ্রাং ... ।

কপঙাঙদা তেংথারকই " হে ইবুধৌ ! ননাইদি করিসু খঙজদবনিনে । চাক্তো ননাই ঐনা ওইনা হোরেলসে হেক্তা কখোক্চবগে । ননাই মনাওতোনবু মফমশিদগী রিলিজ তৌবিরোদো । ননাই ঐ ইচা চাউদ্রিনে । তৌবিনু ননাইদা... " হায়রম্লগা ফদ্রাক- ফদ্রাক তারগা অদুম শাংদোরক্লে । মনাওতোন শিরমাল্লে।

ইশি শিনা নোক্লম্বদগী ইপা পাখৎনা শকখঙদবদুনা মনাওতোন্দু ফৈবম্নরগা পুশিল্লক্তুনা ফমেনগী ফক্তুদা শাংনা য়াতাহল্লি । অদুগা মাগী ব্রিফ কেসতুদগী স্থেথোস্কোপতুগা স্ফাইনোমেনোমেটরদুগা লৌথোক্লগা বি. পি. চেক তৌই । অদুগা গুলি অমা লৌথোক্লগা মানাওতোনগী লৈখাদুদা ইন্সিন্দুনা থম্মী । তৌরিবদুদা তোমালদি নুংগী মুর্ত্তিদৌনা সুক্লেঙ লেঙদনা মীৎয়েং তাদুনা অদুম লৈশ্রে ।

ঙাইহাক অসুম্না তুমিন-তুমিন্না লৈনববা তুংদা মনাওতোন্দু হিংগৎলক্লমাল্লে,

লখাদগী গুলিদু ফ্রু কামথোরকই । মমিত্তু তপ্না পাঙথোক্লকপদা মনাক্তা ফমদুনা মিহুন-থেংদনা তৌবল্লিবদু অমুক উবদা খোনগাইদা " হো ইমা ! ঐদি লোইরেদনা ! ভূৎনা ... থেংলে ! হাই তোমাল হায়বা মীনাই মচা ! নঙবু কৈদৌরিগে ? নঙগী লৌরী ...ইনবা তবাউ শংগাইদুনা মঙকসিদা শেখ্রবকও হায়মী " হায়রগা লোংনা খপচোং-... দা লোংহন হুন্নবা ত্রাইয়েল চখ্রবকই ।

নিপাদুনা মনাওতোনদু মখূৎ অনি চঙদুনা নমশিল্লগা " মাম্মা, ঐ নমাক ...তৌনে । ঐ এম. এস. লোইরগা থোরক্লবনে । ঐ ভূৎ নত্তেয়ে । মাম্মা কৈসু ...বাইয়ে । নম্মাক ডাক্তব লৈবিসিদি " হায়দুনা থেমজিল্লকই ।

ইপা পাখৎনা " নঙদি নহান্না শিগ্রবনি । শ্রাদ্ধ কর্ম্মদি লায়বদুনা ফীরোয়ফাও ...লাইখ্রবনি । অদুগা নঙনা ঙসি অমুক মীবল্লেনসিদা ভূৎ ওইনা কাস্তিং তৌরক্লিসিবু ...গী কবি নথৌ নঙম ব্রাৎলিবগে হাঃ ?"

নোক্লদুনা ইতপ তপ্না হাযবকই "ব্রাৎলি । ঐগী ইথৌ য়াম্না ব্রাৎলি । অশোন ... কয়া লায়েঙদুনা সেবা তৌখিদৌবিবসিদি !"

পাখৎপদু হল্লবা তৌদনা "হাঃ অশোন অনা কয়া থি থিদুনা নঙনা মেৎল-...লগা লৌশিনগদৌবিবা ? মদুগী খুৎলাংফমদু ঐঙোন্দগী কৌবা হৌববা ! ননাইনা ...মপোক্তা ইবুধৌদা কয়ামুক লঙজখিদুনা ননাইদগী খুৎলাঙফম কৌবা হৌরিবা " ...দুন প্রার্থনা তৌখৎলকই । অদুবু মাশাদা হাবিবা য়ুহারদুদি বিকটব ষ্কেলদা হল্লবকপা ... তৌদে । মদুগী ইপিসেন্টবদি থবাক্তগী নোংচুপ্লোমদা ইঞ্জি অনীগুম্না চৎলগা ...বা থম্মোযদা ওইবা য়াই । হৌজিক থোক্লিবসিনা অফটরসোক্লি ।

ঙসাইদগী অখিনবা নূংগী মুর্ত্তিগুম্না লেপ্তুনা লৈরিবা তোমালগী নীংশীংলোনগী ...থদু দৃশ্যাসিনা হুমজিল্লকই মাগী মীৎমাঙমক্তদাঃ

তোমাল মচা অনীখক্তনি । অহলদুনা নিপানি, অদুগা অমদুনা নিপীনি । ...ল মচা অমা ফল্লগা য়াম্না কোম্না হিংজবনি । মখুত্তা শেল অদুম ফজনা থোকই । ...পা অহল অঙৌদু গোভর্মেন্টকী সেলেক্সন ফংদুনা গৌহাটিদা এম. বি. বি. এস. ...লোইবগা মণিপুবদা থোবক্তুনা মতম খবা রিম্সতা হাওস্ তৌদুনা লৈরল্লবনি । ...ংদা থবক্তা ফংদবদুদা কোলকত্তা মেদিকেল কোলেজদা পি. জি. তৌরকপসিদদি ...গা দুকানদুফাও চেক্লগুম্না পাইখ্রে ।

ঙসিদি তম্বা লোইববা মচানিপাদু ওকননবা তুলিহল এয়ারপোর্ত্তা মশানে, ...লায়নবী অমদি মচানুপী নলিনিনে মখোয় অহুম এরোপ্লেন পাইবকপা ঙাইদুনা ...লোব । মীৎ তরুক্তুনা থোইদোক্লা উচেক পাইরকপসু উই, লৈচিন্না লশিং মফোলগুম্না ...কপদুসু অদুগা অহাঙবা অতিযাসু । অদুবু এরোপ্লেন পাইরকপতদি মউদ্রি । ঙসিসে ...ফলদা ঙাইবম্মু হায়দুনা ঙরাং নুমিদাং তেলিফোন্দা হায়রকখিবনি ।

তাঙ্গাসিদা এনাউন্সিং বুত্তগী লাউথোরকই " অব্রাবনি ! হৌজিক পূং মাপল ... যাঙখৈদা মফমসিদা লেন্দিং তৌবগদবা আই. সি. ৭৩৭ বোইংদু হেক পাইখৎপগা

লৈমায়দগী মিটর ৬০০০ ৱাংবা মফমদা পোখায়ম্রে ।" মখাতাবা ওইনা হিন্দী অমাদ ইংলিসতা লাউথোবকপদু ইথা থাজদনা তাবকখি ।

খণ্ডহৌদে মরোল লৌবা ওমদ্রবা খোঞ্জেলতনা তুলিহল এয়াবপোর্তু ৱাংলবা মৈবী ওইনা চাকখৎলকখিবা ! মৈবীসে কনানসু মৃখৎনবা হোৎনখিদে, হোৎনবব, ওমসু ওম্নবোই । মদুগী মতুং ইকান কান্নদনা নুংশিৎপ্লু কবেম কথাইনরদুনা পাইবম্ন। ফীবালদু ফীবাল মখোক্কী তংখাইদা কুমথম্রে । নোংসু মংদনা লেন ওাক্তা তাবকপদা। তোমালগী লোয়নবীদুদি মীয়াম্মা শেন্নদুনা নীঙায়দনা এম্বুলেন্সতা য়াতাদুনা হোসপিতালদা। খোঙদোইগদৌরিবশিংগী মনুংদা যাত্রিক অমা ওইবা ফংজরে । হোসপিতাল হেক যৌবণ দাক্তবশিংনা মিহুন থাহুন খবা য়েংলবা তুংদা মথক্তুদা অঙৌবা ফিনা কুপশিনবিম্রে

নুমিৎ নীনি ছুম্নি লৈবগা অঙৌগী হকচাংনি হায়দুনা মৈনা কাথেক্লবা ডন্দা। মচেৎ খবতনা য়োমশিনবা শক মচেৎ খবা লৌকবগা চৎনবীগী মথৌ মঙম পাঙথোব লোইম্রে । লোয়ননা এক্স গ্রেসিয়াসু ফংলে ।

মবুংগী ফীবোয় লোইববা মতুং মতম খবা লৈবগা নলিনিসু ময়ূম পান্দু ফংবিহৌনবা মপৃসু মথক্তা ওায়ববদুদা লৈজবা মাল চাং অয়াম্বা লোইনা যোম্থোক্ল। নলিনিগী লুহোংবদা হাপতোকম্রে । অদুগা মানা লৈজবিবা যূম অমদি ইংখোল। যোম্থোক্লগা হিন্দুশিংগী চৎনবী অমা ওইনা বৃন্দাবন্দা পুন্সি লোম্নবগে হায়না লেপ

মনাওতোনবু শেন্নবিবা শকখণ্ডদবদুনা মনাওতোনগা তোমালগনা মাবু থাদ । ওমদদুনা ভূৎনি হায়দুনা অদুম পাখত্তুনা লৈগদৌবে হায়বা খণ্ডলদুনা শকখণ্ডদবদুন। মশা মমাঙথক্কী ৱাবীদু বিতোল তৌবকই ঃ

ঐ, সবজবিদা এম. এস. লোইশিল্লদুনা সার্তিফিকেটনচিংবা লোইনা লৌথোব লোইবগা যূমদা হন্নবা এয়াব ইন্দিযাগী টিকেট লৌদুনা ও. কে. তাবে । ঙাসিদি যৌবগনি । এবোদ্রোমদা ওক্লম্নবা পি. সি. ও. অমদগী ওবাং নুমিদাং যুমদা পাউ পীনা । মতমসু ঙাইহাক ওল্লি হায়দুনা অমত্তা লৈজবী ইচন্নুপী নলিনিগী ফিবোল খব দং খবাদা চঙ- চঙদুনা য়েংলি । দুকান অমদগী অমদা মথং-মথং লাকপদা ইখঙ খঙ ঐগী কোক্তা অকনবা চৈনা অমা ফাওবকখি । অদুদগী ঐ কমদৌখিবগে হায়বা অদুম তাখিদ্রে ।

ঐনা জ্ঞান তাবকপদদি ঐ কা অমগী মনুংদা থৌবীনা চৌকি অমদা য়াম্না চেৎ পুন্দুনা লৈবম্মী । নাম্থোকপদি লায়বদনা লেঙ লাকপা ফাওবা ওমজখিদে । পৃথ্বীন থাদোকপিনবা কনা লৈবগে হায়না কোয়না য়েংলকপদা মীওই অমগী মমি অমা ফক্লপদ তাবিবদু উবা ফংখি। মহাক অশোকপা মাল্লি । মকোক-মক ইফা ফানা উই । হুমাংলা মপিবা নৎত্রগা ঈবা খঙদবা দ্রোপ দ্রোপ মকোক্তগী মবক-মবক্তা তাবক্লিবদু থাপ্লপ্লা লৌবব। দ্রেশিং তেবলগী মিংশেলদুগী মখাগী শকক খজিক্তংদা মমি ওইনা উই । ঐ মদুবু উবগা। য়াম্না কিবা অমা ফাওবকই । কিমল্লকপদগী মায়সে খবা লৈথোকপা হৌবকপদা মমিদুসা

ঐগা চপ মান্নবা লেঙই । ঐ মদুনা হেন্না কিরকই । শাউবোই করিবোই মমিদুদা তিন শিংটিল্লুই । মমিদুনসু ঐঙোন্দা অমুক ... । ওঃ মসি করিসু নত্রে , ঐগী ইমিনি । অদুদি কোক্তগী তারক্লিবশিংসি কবিনো ? উম ! ঐ খঙলে । মসে ঈনি । ঈ । অদুদি কদাইদগী ? কমদৌনা ? মারগা য়েংনবা হোংনৈ অদুবু অহেনবা চৈনা ।

ঙাইহাক লৈরগা শকখঙদবা মীওই অহুম মখূত্তা নোংমৈ মচা, ব্রিফ কেস, চে খরা পুদুনা চঙলকই । অমনা কাতি অমা লৌথোক্লগা ঐগী য়েৎথংবা শরুক্কী লবাইগী তুং ওইরপ্না শম কক্লরি । মদুবু য়ানিঙদদুনা হেক লেঙলুবদা অমদুনা নোংমৈদু হেক্তা মমায় ওক্সিলকই । অসঃ! কয়াদা নাপ্রবা চৈনানো ? অদুদগী তৈরিবা ঈদু অচোৎপা লশিং মচেং অমনা তকথোক নাম্থোক্তু না তৈথোকপিরে। মদুগী মখাতাবা ওইনা য়েক্তুম ফোবসেপ পায়দুনা ফোৎপা হৌরকই । ওঃ মফমসে ঐগী অশেক পা মফমদু ওইরম্বা তাবে ।

অচীকপদু থুগাইরগা ঐনা " ঐগীসি কয়াম থীনা শোকপনো ? অদুগা ঐনা লৈবিবা মফমসিনা ... ?"

ব্রা ঙাঙ্বা লোইফাৎত্রিঙৈদা অমদুনা মাগী নোংমৈদু য়াদা নমশিল্লক্লগা ব্রা ঙাঙবা য়াদে হায়বগী ঈঙ্গিৎ তৌবকই । অদুগা ঐঙোন্দা পুল্লিবশিংদু লৌথোক্লগা নাকন্দা থারিবা ফমুংদুদা থাংবোই চিংবোই তৌদুনা পুশিল্লগা হীপহল্লন্নগা মখোয় অহুমক থোকস্রে । মপান্‌দগী থোঙদ্‌ শো লোক্সিনখিবগী মখোল তাবকই ।

অসুম্না কাদুদা নুমিৎ কুন্নিমুক হৌখ্রে । মসিদা মতম চান চান কোক্কী অশোকপদু হীদাক লাংথক হাপ্পগা অনৌবা দ্রেশিং তৌবিবে , গুলি পীজবে , ইঞ্জেক্সন কাপ্লে , অয়ুক্কী নুংথিলগী চা , চাক হেক-হেক পী । ইশা ডাক্তবনিনা ঐনাসু নিঙথিজনা অমদি থুনা ফনবা হোৎনবগনা হৌজিক ঐগী অশোকপসি ফবক্লে ।

ঙসিদি মহৌশাগুম্না ব্রিক ফাষ্ট পীবৈ । অদুগা ইকান্ কান্নদনা কার্টুন বোক্স কয়ামকম পুশিল্লকই । মনুংদুদগী ওপবেসন ঠিয়েটৰ অমদা লৈগদবা খূৎশু-খূৎলাই কয়া লৌথোবকই । মসি নত্তবা অচৌবা খূৎলাই কয়ামকম পুশিল্লকই । মসিগী মতুংদগীদি নিনি হুম্নি মবক্তা নোংমৈনা পানবা , বোক্স মচেৎনা পানবা মীওই কয়া-কযা পুশিল্লক্তুনা ঐবু লায়েংহল্লি । মতম পুম্নমক্তা ঐবু নোংমৈ পায়বা অনীনা কোয়শেন শেন্নৈ । ব্রা ঙাঙবা য়াহন্দে, মপান থোকহন্দে, পাউচে ফংহন্দে। ঐনা লৈবিবা মফমসিসু ইশাদা খঙহন্দে । শম্না হায়ববদা মপানগী সংসাবগা মবী সুক্লে লৈনহন্দে ।

অসুম্না মতম খবা হৌশ্রবদা কাদুদা ঐগুম্বা ডাক্তব য়ুরোলোজিষ্ট অমগা এনাইএস্থিতিক্সিয়ান অমগমুক থাজিল্লক্লে । ডাক্তব ঐখোয অহুম কাসিদা পুন্না লৈমিন্নহল্লে । বাবী-ব্রাতায় শান্নদুনা পাউ ফাওদোক্লহন্দে ।

মতম খবা লৈরগা ঈনখৎলক্লিবা নুপামচা কয়া ফাবগা পুশিল্লকই । অদুগা ডাক্তব ঐখোয় অহুমদা নমদুনা কিদনি নামা-নামা লৌথোকহল্লগা মদু নীং থিনা শেম-শাববা প্রিজার্ভেটবদা হাপ্পগা হেক-হেক অমুক পুথোকখি । মতৌ অসুম্না চহি অহুম্লোমদুদা পুন্না নুপামচা চাম্মগা য়াংখৈমুক্তগী মশানা য়ানবু নৎত্রগা য়াদনবু ওইরবসু নমদুনা কিদনি নামা-নামা লৌথোকপিখি । কাইনথংদা ঐখোয়সু মখোয়দো ইন্টবনেসনেল কিদনি স্মগ্লরগী

গেং কাংবুনি হায়বা খঙলকই । অদুবু বন্দি ঐখোয়না কৈদৌরুবদি ঙমগনি ।

অসুন্না মতম খরসি হৌগ্রবা তুংদা নোংমা গেং কাংবুদুগী মরক্তগী অমা পুলিসনা ফাগ্রবদা মফমদুসু পুলিসনা রেদ তৌররনি হায়না চিংনদুনা খুদক্কী ওইনা মফম অমদ'মুক হোংদোক্লে । অদুগী মতুংদা ঐঙোন্দা লুপা লাখ তরা পীরগা ঐগী য়ুম য়ৌনবা ইম্ফাল ফাওবগী এরোপ্লেন টিকেট অমগা লোয়ননা মফমদুদগী মীৎ খুল্লগা গাড়ী অমদা হাপতুনা পুরকখি । গাড়ী মনুংদুদা মখোয়না ঐবু ফাবগী মরমদু লীরকখি মদুদি মখোয়গী করবারদুদা হান্না থবক তৌমিন্নরম্বা মীওই অমা লোন্না চেনখি । মহাক্না চেনখিবদু ঐখোয়গী ব্রস্তেট লিস্তগী নম্বর লৈবা শেঞ্জাও পায়বা ডি. আই. পি. অমগনি । মখোয়নিদু নঙনা তোংগদৌরিবা ফ্লাইটতুমক্তদা য়াওগদৌরি হায়বসি খঙলবদা নঙোন্দগী টিকেত্তু তঙাইফদনা লৌরগা ঐখোয়গী সুইসাইদ কেদর অমা ফ্লাইটতুদা য়াওহনম্ব্রগা নোংথক্তা পোখায়হন্দুনা ঐখোয়না পামলিবা মীওই অনিদো লোইশিন্দুনা ঐখোয়গী করবারসি লোন্না অদুম্মক চথরকপা ঙম্লকখিবনি । নঙ নশামকসু ডাক্তর অমা ওইরমদুনা নঙগী নপান্না ঐখোয়গী করবার অসি অমুক্তা হেন্নসু মপুং ফাহনবগীদমক্তা নঙোন্দা লুপা লাখ তরা পীরবনি । কোন্নসু নয়ুমদা খরগা থারকখিনি । অসুন্না নোংমগী লম্বী গাড়ী শিন-শিন্দুনা পুরক্লগা এরোড্রোম অমদা থাদোক্লম্লে । ঐনা মফমদুদা , খুন্নিবা মীৎখুম ফিদু লৌথোক্লগা কোয়েং য়েংবদদি মফমদু কোলকতা ওইরম্লে ।

ঐ মফমদুদগী পি. সি. ও. অমদা চঙদুনা য়ুমদা তেলিফোন তৌই অদুবু মদুগী নম্বরদু লৈত্রে হায়দুনা কম্পুটরনা পাউখুম পীরকখি । মতুংদা ফ্লাইট টেক ওফকী মতম য়াম্না নকশিল্লক্লবদুদা ঐ অদুম এরোপ্লেন কাখৎলে । অদুদগী তুলিহল এয়ারপোর্ত্তা হেক থুংলবগা তেক্সি অমদা য়ুম তান্না লাক্লিসিনি ।

ৱারীদু তারবদা তোমালনা ডাক্তর অঙৌদা চোংশিন্দুনা কোল্লগা কপ্পু কপ্পও, চুপ্পু চুপ্পও ; থাদোকউ হায়বা সুকয়া য়াখিদ্রে । মপামচাগী মীৎ মরীদুদগী চেম্বুরকপা ফোঙ-ফোঙ শাবা মহীদুনা হকচাং অনীদুগী কারক্তুদা নলাগী ঈশিংগুম্না লেপ্তুনা চেম্বুগ্রে ।

ৱারীদু তাঙৈ তারগা মনাওতোন্না অঙৌদা য়াম্না চিংননা য়েংলগা হংলকই " ইবুঙো, নঙগী ৱারীসে শেংদি শেংলেকো ?"

অঙৌনা চিনবান্দু হাইফেত্তং কাখৎলগা নোকমিরদুনা " মাম্মগা পাবুংগদবু ঐনা অমুক ফাগি তৌখিদরো ? তৌবদদি ঐগী ঙসাইগী অরোনবা ৱারীশিংদু মীঙোন্দদি লীথোকপিখিনু । পুলিসনা খঙগ্রবদি, ঐনবুদি লাল্লোই হায়ববু, কোর্ট কাথোক কাশিন্দু, ঐ খরা ওইওইনদৌ মাল্লি ।"

" অদুদি নঙ অমুক্তা চুম্না লেপ্পু , নখোঙ য়াওব্রা, মাম্মা য়েংগে ।"

অঙৌদু নোক্লগা মনাওতোনগী মমাঙদুদা চুমদ্রিং চুম্না লেপ্লি ।

মনাওতোন্না মুম্না য়েংলগা "উমঃ! চুমদৌদি মাল্লে" হায়রগা তোমাল্লোমদা ওশ্লিল্লক্লগা "অদুদি তোমাল, নচাশি শিরে হায়দুনা শ্রাদ্ধদা ঈশৈ শকখিবা পালাশিংদু কৌরগা মখোয়না শকখিবা ঈশৈদু অমুক হন্দোকহনগদ্রা শীদি ? ঐনা মাগী ঈরোয়দা চাখিবা চাক্তুবুদি ঐ শিংজরগে । বামন্না পুখিবা কাংথোল, কোল-লিকশিংদুসু অমুক

লৌশিল্লুবা তাবনিনে ।"

তোমাললনা ইচম চাম্না হংগৎচরকই " তাধন মদুবু য়াগদ্রনে ?"

"অদুবু লুরিবা অমনা, নচানুপাসিনি হায়দুনা ঐখোয়না পোৎলোয়খিবা মীদুগী মরী মতাশিংনা অমুক, ' নখোয়গী নচানুপাদি হিংলম্লবনিনা ঐখোয়গী ইচাদু শীবিরো হায়দুনা কেস তৌরক্লবদি মদুনা কমদৌবা ? পোৎলোইবদু ঐদি য়াওখিদেকো ।"

" কদাই-কদাইদগীনো তাধন্না পুথোরক্লিবশিংশিবো ?"

"সিবু হান্না খন্নহৌদবা য়ারিবা পোৎলা হায়মী ? শ্রাদ্ধদা, নঙোন্দা শীনরম্বা পোৎয়েৎশিংদুসু 'নচাসে শিগ্রে হায়জিন্নরগা মীয়ামদগী খদ্রক তৌদুনা শেল খেল্লিবনি ' হায়দুনা মৈরাপায়বী ময়াম্না পোৎয়েৎদু অমুক হন্দোকহল্লগা লৈকাইদগী নঙবু বোয়কোট তৌদুনা তাম্থোক্লবসু য়ারিপোৎনিনে তৌরিসে ।"

সেপ্তেম্বর, ২০০০

# তৎখ্রবদা লীপূন্না

ওজা তোম্বা স্কুলসিদা চৈতেক্কোংশীগুম কোংলগা লংলকপা কুইদ্রি। মানা হান্না লৈরম্বা ওপন ঠিএতব ওল্লবা স্কুলদু খরদা ফাওবা য়েংশিনবিদে হায়না লমদমদুগী এম. এল. এ., মন্ত্রীসু ওইরিবদুদা য়ুনিভর্সেল ক্রথ খবা, লেপ্পং পঙশিনখ্রবা মনাকোংদুদা য়ৈহল্লুবদগী লংলকখিবনি। মসে হৌজিক মতমসিদা অচুম্বা ঙাঙবা য়াদ্রে হাযবগী খুদল্লা খঙপোত্রেদা! অদুগা মশাগী তলবতগী থা থাগী ওইনা তুংশিঙ্গবা জি. পি. এফ. কী শেনফমদু অচীনবা মতমদা খবা লৌথোক্লগা শীজিন্নগে হায়বদসু সেক্রেটরিয়েৎগী মী মানবা য়োংশিংদুনা মখোয়দা হান্না চবান থাদোক্তবগীদমক্তা ফাইলদু কূলহল্লিনে। মনা পায়দ্রে হায়দুনবু লৌথোক্কে হায়বনি। মখোয়দা হান্না দক্ষিনা তৌনবা মনাদুবু লৈরবদি লৌথোক্রুসু য়াই হায়দুনা এপ্লিকেসনদি থাজিনখ্রগা মখা তানসু শাদানলুদ্রবনি। অদুগা অমনা চহী কুম্ল্লা হেন্না ওজা ওইরক্লবা মাদি গাড়ী মচা অমা ফাওবা নেৎপা ঙমদ্রি। অদুগা, কৈসু লৈতবা, ঙরাংতা থবক চঙখিবা, সেক্রেটরিয়েৎ, ত্রেজরি, পি. দবলিউ. দি., এফ. সী. এস. তা পুবা ক্লার্কশিংদি গাড়ীবু নেৎপও, ময়ুম্বু ঈনখৎলকপও, মচাশিং মপান লমদা মহৈ তমহল্লবা থাবও, ...। তলবসু মখোয়না হেন্না ফংবা নত্তবা। সীবু করি লৈবাক্লো হায়বা? ইঞ্জিনিয়ার দাক্তরশিংগী ময়ুমশিনা করিনো লৈশৌপুংদৌনা জর জর ৱাংখৎলক্লিবা! ঙরাংতা মন্ত্রী ওইখি, ঙসিনা ময়ুম শাবা হেক্তা হৌগৎলি, লৈগদবগী দুকান প্লোট হেক্তা থি। করিগুম্বা সী. বি. আই. না নিয়ম চুম্নকাক থিগৎলবদি ক্লার্কতগী হৌদুনা মন্ত্রী ফাওবসি অপাইবা দশা ফংলোইদৌবসি পঙয়াম য়াম্লি থাজদে। মসিদা অচুম্বনি হায়দুনা লৈজরিবা এৱার্দ কয়াসু ফংখ্রবা ওজা তোম্বহোয়গুম্না চম্ফুৎ খরতনি লীথহৌগদবা।

অদুগা অমনা, ওজা তোম্বগী মথম্মোয়দা পিং লাউবী অমনা সরকাবগী স্কুলশিংদা তল্লিবা মহৈরোয়শিংশিগী গার্জিয়ান ওইরিবা, য়োংদগী ওল্লকপা কুইদ্রিবা গধাশিংদুনি। মরমদি মখোয়না মখোয়গী তীন কাঙ, খোংবাল্লাই তীংখাক ময়ামদু ঙা তুংহনবীদৌনা

নোংখোং খূদিংগী কোক্লগা, মখোয়দা য়েত্তনবা হায়দুনা তরজানগুম্বা ফি মতৎ অমমম্ য়েংশিল্লগা স্কুলদা চৎলো হায়না হেক্তা লংখোয়রকই । মহৈ তম্লুনবা থারকপা নত্তে । মচাশিংদু কদাইদা করি ব্রাংলি, করম তৌরি হায়দুনককাক্ য়েংবিরকপজাং নত্তে । ওজা তোম্বগী মত্তা, মখোয়দুগী মকোক্তুদা য়াওরমগদৌরিবশিংদু খনবদা লাম্বা কংবজাং নত্তে। পরিক্ষা ফেল ওইরকান্দদি ' ওজা মশানা ক্লাসতগী হেনখিগদৌরে । ঙরাংদগী লূক লৌখৎত্রি। হুন্দমুক্ত দি ... ।' অদুগা লনাই স্কুলশিংদা তম্বা অঙাংগী মমা মপাশিংনদি মচাশিংদুবু মতম চানা করিদা ব্রাংলি হায়দুনা অব্রাৎ অপা য়েংশিনবিরগা প্রোগ্রেস রিপোর্ট চেক তৌরগা নুংতিগী স্কুলদা থিল্লি । লৌবা লাকই । মখোয়দুদি শেলসু পায় । সঙ্গসু লৈ। মখোয়দুগী মচা মশূদুদি হুয়েং মহৈ মশিং তম্বা লোইরকান্দা মহৈসু মত্রীক চানা অদুম হৈয়েনি । অদুনা থবক ইন্থাংদা খঙদে, করিগুম্বা হীরম খূদিংমক্তা, শারেংসু থোংবা থাউসু থাক্লবনিনা, অদুম মহেনখিবা তাবা !

সঙ্গসু লৈতবা, মরলসু পায়দবা, মহৈ হায়বা মরিল হোত্রোং হোবা য়োংকোক য়োংনাউ তরজানশিংশিনা অমা তৌরে মায় পাক্ত, অমা তৌবে হেক হৈতা, থাঙ তেন, নোংমৈ পায়রগা মীগী মপোৎ মচৈ হূরানবা চৎপা তাবা । অদুদগী খরা লৈরগা মোর্গতগী লৌনরুরগা পোৎলোইবা তাবা ।

হুন্দক্তী ওজা তোম্বনা শাউরিবসি মমা মপাশিংদুতা নৎলক্রে । সরকারদসু য়াওরক্রে। অচুম্বা হায়রুবদা তৌগে মতাগুম কোত্তুনা লংবিরক্লবনিনা অরানবা ঙাক্তা তৌনিংখৎলক্রে। অদুবু মদু থবক ওইনা পাঙথোক্লগে হায়না হেক তৌরকপদদি হেক্তা মঙল্লক্তে ।

হৌজিক মানা লাক্লিবা স্কুলশিদা ওজা ফনা য়াম্মা লৈজরবসু নোংমতা ওজা সুনা কারক্তে । কারকপা খরদুসু ছত্রং, খরনা জুব্বার, খরনা নুংশা য়াইদুনা তাইম্ পাস্ তৌখিনবতা মহোৎনবা । তলব নুমিত্তদি রোল কোল তৌরল্লগা হেক্তা হোত্তুনা মচেন্নখি । মসিদা তলব হেনগৎতে হায়দুনা স্ট্রাইক তৌজবসু শারি ।

ঙসিদি ওজা তোম্বনা ব্রেক বোর্দগী নাকন্দুদা অপাকপা মেপ অমা য়াল্লগা ক্লাস আইটকী ভূগোল তাক্লি । খা ভারতগী তুরিষ্ট সেন্তরশিংগী মরমদা মফম কয়া থিন থিন্দুনা তাক্লি ।

তাকপা য়াবমখৈ তাক্লগা ফার্ষ্ট বেঞ্চতা ফল্লিবা অমুথোইদা " অদুদি নঙ হায়রো । কন্যাকুমারি হায়বসি কদাইদা লৈ ? "

ঙসাইদগী ফান্দা ইদুনা শান্নরম্বা অমুথোইনা থৌনা ফনা " ওজা ইম্ফালদা লৈ ।"

ওজা তোম্বদু হাইজিন্দুনা শাউগৎলক্লব্রা করিনো " হাই ভূৎ ! হৌজিক্তা ঐনা করি তাকখি ? বাইওগ্যাস শুংনবা নকোক্তু দা নথী পৈশিল্লগা থম্লা হাঃ ? "

ওজাদুগী ব্রাফমদুবুসু য়ানিংদবা উৎলগা অমুথোইনা " ওজা, অশেংবনে । ঐখোয় চেচে কন্যাকুমারিদি ইম্ফালদা লৈরগা দি. এম. কোলেজদা লাইহরিক তল্লিয়ে ।"

" মসি অঙাংসিদি কোক ফজনা চাকএহে ! মথং "

ঙসাইঙে থংনরিবদুগা মুরুম মুরুম শোন্নদুনা রামায়নগী ব্রারী তৌথায়দুনা লৈরম্বা কাওবনা ভাব করিমকাও তানা হংদুম হংজিল্লকই " ওজা কন্যাকুমারি হায়বসিবু শা অমগী

মমিংলা নৎত্রগা চীং, পাৎ, তুরেলগী মমিংলা ?"

মাগা ঙসাইদগী রামায়নগী অধ্যায়শিং ফাকমিন্নরক্না তোম্বুংনা কাওবদা লোন্না খূজিন্না পীজুনা, বেক চেন্নগা নোং পীশিন্নকই "কন্যাকুমারি হায়বদি অফাওবা ফিল্ম ষ্টারিং অমগী মমিংনি। নহান টি. ভী. দা লাকপা অরীবা হিন্দি ফিল্মদুদা কূপ্নীদুনে বুদু। মুম্বাইদা লৈ হায়যুনে হাই থুম মোরোক থাক্তবা চন্ফুৎ !"

মদু তাবদা চাউনুনা তোম্বুংদা "কদৌবগী খঙসু খঙদনা নঙনা কাতু কারল ক্রেসন নম্বর লান্না পীশিল্লিবনো ? কন্যাকুমারিদি গান্ধীগী মমাদুবো।"

বাহংদু উরু উরু লৈদুনা কাদুগী অতে মহেরোইশিংদা চৎলুরবগী তুংদা নলিনিদা থুংলরে। নলিনিনা মরৈ কোল্লদুনা নোকফেৎ তৌনা কেথরগা " ওজা মযূমদা লৈরি। ঙাইহাক লৈরগদি ময়াম্না বরগী ময়ূমদা থিনগ্নি।"

মখল মখা কয়াগী তিংখৎ তিংখত্তুনা চুন্নবা পাউখুম কয়া তারুবদগী বুখি শোইরোমশিল্লরুবা ওজা তোম্বদু মকোক শ্রো শ্রো হোৎলগা ঈঙক ঙক্না " কদোমদগী হুমজিল্লকপা মলয়ানো নঙগীদুনা ? নঙগী তুম্বাদুদা অদুগু স্বদু কয়ামদি য়াওরি ?"

নলিনিনা য়াম্না ঈঙনা হৌগৎলগা মাগী পাউখুমদুগী অর্থদু রান বাই রান্দা মচা তানা হঙ্গরকই " ওজা, কন্যা হায়বদি লুলোংলিবী নুপী, কুমারি হায়বদি মচানুপী। হায়বদি নুপীদু হৌজিক লুহোংফমদগী বরগী ময়ূমদা থিন্দ্রি। লুহোংবদু লোইরগদি নুপা ময়ূমদা থিনগ্রগানিদনা।"

ওজা তোম্বদু নলিনিদা চাথোক্তৌবমখৈ য়েংলগা " ইবেম্মা, নঙগীদো কনানদি হেক মতারুকই ? "

নলিনিনা শুক্মৎপা মীনোক'মদা হায়নোক্লরগা " ঐখোয়' ওজাশিংনা।"

" হায়রিসিনদি ঐসু য়াওরেনে ? ফরে। ফম্মো। ঐবু, মঙলাক্লদ্রিঙৈসিদা কনানো'মনা অমুক্তা হৌদোকপিরক্লদি ফগ্রনিসে " হায়রগা উপাই লৈতনা মখূত্তু তুংবুন্নরগা নাক য়েত্তা থারিবা ফালশিংদুগী মরক্তা রা অমত্তা ঙাঙ্দনা চিন্তা তৌদুনা তূ এন্দ ফ্রোদা চৎলি। অসুম্না খোঙথাং মঙা তরা চৎলবা তুংদা মাগী মহেরোইশিংদুদা খঙহন্দবা শূকয়া য়াদে হায়বগী মতাগুম হিন্ট ওইনা কাস্তিং পীরকই "কন্যাকুমাবি হায়বা মফমসি টুরিস্ট সেন্টর অমা ওইবতা নত্তনা হিন্দুশিংগী অশেংবা লাইফমশিংগী মরক্তা অমসু ওই। অদুদি নাউবা, নঙ অমুক হায়রোদনা।"

ঙসাইদগী মনীং মমাঙ চিংদুনা য়ুহার হারুরিবা নাউবনা ফাক্লি ফাক্লিবা মমিত্তু নোইর নোইরদুনা " ওজা, করি ... ?"

ওজা তোম্বদু নৌনা মাগী গ্যারদু অমুক চোংশিনগ্রবরা করিনো " ঐনা ঙসাইদগী তাক্লিবা, হংলিবসি, ননাকোং চক্রগী দাইগ্রামদু অশোয় অঙামদি য়াওদেকো ? অয়ুকশিদা ঈথক হৌদুনা লৈরল্লিসিবু ঙরাং অহীং যণ হুরানবা চৎলুবা নত্রা ? ফৈ নঙগীদুদি শোয়দনা মহে চারগদবা শিনফম্নি। লাইরিক তম্বসিদি মহে চাবদি লায়রদনা পরিক্ষা পাস্ তৌনি তৌরোইসু খঙদ্রিদনা !"

মমিৎ মনা শিংদোররুগা " ওজা ঙরাং নুংদাং পূং তরামখায়দা ডি. ডি. তুদা না

দানবা হিন্দি ফিল্ম অমা লাকপদুদা তৃমদবমখে কোক থাথরুরবা ।”

মথংদা ওজা তোম্বনা, ফান মতাইদা য়াম্না স্মার্ট ওইনা ফমগায়রিবা অব্দুল সলামগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা, মনমগন্দুদা য়াম্না নুংশিনা পোপ পোপ থাবোই নানবোই তৌরগা “ নঙ অমুক হায়যুদনা ।”

অব্দুল সলাম্না সহ হৌগংলগা মৈকাম্নীদৌনা কাপথোরকই “ ওজানা হৌজিক হায়খ্রিবা তৃগী মতুংইন্না কন্যাকুমারিসি হিন্দুগী করিনি । তৃদা মুস্লিম ঐয়াকখোয়না চংলুদৌ লৈত্রে হায়দুনা মুন্না তাজিলহৌদ্রবা । তৃদি অতে হিন্দুঙৈসিদা ওইনা করি তৌবিরো ওজা” হায়রগা ফমথরো হায়রকপা ঙাইরি ।

হন্দক্তি ওজা তোম্বগী মিহুন্দু শায়ে হৌরক্লব্রা করিনো, মথা চীক্লগা “ লাইরিক তম্বদা জাৎ বিজাৎ খায়বগী রাখল্লোল পুশিল্লু হায়বদি নখোয় নপানা হায়ব্রা হাঃ ?”

“ তৃবুরো, ববানা নত্তে, চচা মৌলভীনা ।”

“ হাই, নঙ য়াম্না থুনা ফমথরো । ঐগী মচিং অরাংবীদু য়াকায়রক্লদি নঙ ঙসি কবরদা হিংনা চঙগনি ।”

উপাই নহি ওজা তোম্বা । মমিত্তু মথক্তা ওনখৎলগা সুন্তরংদা য়েংদুনা লৈ । মিরাং থুরবা সন্দংগা, মহুৎ মহুৎ হোরগা তিনগী য়ুমথক্তু ফাওদোক্লুনা মালংদু উবরা য়েংই । উদে । কাঞ্চিগী উদুদা শূম্না হূত্তুনা চাবগী মকুমদু নুংশিংনা হুমজিল্লকপদা খরা খরা তারকপদু মমিত্তা চঙখিবসু য়াই খন্দুনা মীৎয়েংদু তপ্না অমদি শাংনা য়েংদুনা চিংথরকপদা মনীং ঈথং থংবা ফান্দা ফল্লিবা অত্তৌবদা গ্রোং রাইরুই । অদুগা থাজিল্লকই “ পারা ফাদবা মহৈরোইশিংদি মহৌশানা মনীং ফান্দা ফমগল্লি । মদো ওজানা হংলক্তনবনি । ঐখোয়সু তৌরকপা ! অদুবু ঐদি অদুম লোইনা হংগনি । হাই, তুংগী ইরাঙ রাংবা নঙগী পালিনি । নঙ খুল্লোদনা ।”

অত্তৌবদু কোল্লগ্না রাংখৎলগা য়ারত্তা ঙংলকই “ কাসিদা মী চাম্মা হেন্না নমশিল্লে । সেল্লন্দি খায়দোকপিদে । হুমাংনা হুমাং শৌবনে, খ্বাইগী তুংশিদগী খ্বাইদগী মাঙদা য়ানবা পীকখ্রবা ময়েক্লা ইরিবদুবু কমাইনা পাবা থোক্তৌরিনো ? ঐগী মীৎশিদা দুরবিনসু য়াওদনা ! ফজনা উবা মাঙগী ফানদা ফল্লিবশিংদুদা কোক হংগেদি হায়ব্রদনা ?”

“ হাই, থরোই চম্ফুৎ ! গধা । মেপশিদা য়েংলগা খোংঙু হায়বা নত্তে । ঙসাই ঐনা তাকখ্রিবশিংদু নীংশিংলগা খোংগদবা । খঙলব্রা ? হাই ফুরিং অরাংবা লীৎপা, নঙ অমুক হায়যু, কন্যাকুমারি কদাইদা লৈ ?”

চাউথোইনা মশাদু য়াম্না বোরিং চুনা লেপখৎলগা “ অব্রাং ভারত্তা লৈবা ঐখোয়গীফাওবা লোইনা খঙদ্রিঙৈসিদা কদোম্দগীবু লামশিল্লকইনো ওজাগীদুবো ? ”

মখোয়দৌ শ্রী শ্রী শাউগৎনা, তাইনফম খঙদনা মথক্তা শোঞ্জে “ মখোয়শিংশিবু শারক্লিবা ঈশ্বরদু কয়াদি মথোঙ চারল্লোই । গল্লা থকপগুম্বা ওইরম্বা য়াই । নৎত্রগনা কয়াং অতৈদি লোইনা এলাইন্টমেন্ট তৌরক্লগা কাউদুনা মথাদি হাপ্লত্তুজাংলা ? নৎত্রগা য়োংদগী ওল্লকপা কুইদ্রিবজাৎতুরা ?”

তেবলদগী লাইরিক্তু পায়রগা খোঙথাং অম্না অনী চৎলি লূকথরগা ।

মমায়দা নোনখৎলকপদা তান চানরন্দুনা তোম্বীনৌদা " ইবেম্মা, নঙ খঙব্রা ?"

" ওজাবু ইকাইজে " হায়রল্লগা য়োং ইকাই খীবী শারদুনা মমায়দু ফান মখাদা রিফ্যুজি ওনখি ।

" মথৎ ? "

য়াম্না খঙ হৈরবগুম মনিমচানা যৃক হৌগৎলগা মীতে নূপীগী থৌনা লিংজেল উৎলগে মতাগুম কাপথোরকই " ওজা, কন্যাকুমারি হায়বসি ঐখোয়গী তন্নিবা তেন্স বৃক, ভূগোলশিগী লমায় ৩৭ কী অন্বাইদা লৈ ।"

" নঙদি মদু কমাইনা খঙলিবা ? "

" লাইব্রেরীকী মনীংদা য়াওরিবা ইন্দেক্সতা ইরম্বসিদগী খঙবনিদা ।"

" ইবেম্মা, নঙ ফজনা য়ারেহে । জোলন হাওকিপ, নঙ অমুক হায়য়ুদনা ।"

য়াম্না তন্না হৌগত্তবা য়াদে হায়বগী মতাগুম্নাহৌগৎলগা ইহৈ হৈনিংদনা নাশোন্ননা "হৌজিকপু কন্যাকুমারিগী লৈফম খঙলগা করি তৌদোইনো ? মতম মাঙনবনি । ঐদি আই. এ. এস. ত্রাই তৌদৌরিবনি । ওজা মখাদুম তাকথবিরো ।"

ওজা তোম্বদু জোলন্দা মুন্না ঙাইহাক য়েংলগা " ইবুঙো নঙদি ঙরাংদগী ঙসিনা খংহেন হেঞ্জিল্লেবু । সীদি কমদৌনি ! মাইবা দাক্তর কনানদি লায়েংহল্লি মহাশয় নঙবো ? নশক নতৌ ইফ ফজনা অঙাং ইওই ওইনা শোইনাইবা হায়বদু হেক ওইদা । নুংশিদা । ঐসু অফবা মাইবা, দাক্তরগী মমিংককাক তারবদি অদুম মতারক্কে " হায়রগা জোলন্দা মমিং কৃপ্তবমখৈ য়েংদুনা লৈ । কাদু পূমচীক !

অদুদগীদি ওজা তোম্বা মশানা মশাবুসু অমুক চিংনজরক্তুনা মওন মওন অমুক খল্লকই " ঐসিবু ঙসি ওক্লরিবা হায়বদুরা ! অদু ওইরবদি মখোয় তরেত্তং উগনি । অতোনবীদুসু অপশরাগুম্না ফজে হায়নবনি । মখোয় ময়াম মরমকসিদদি অদুগুম্বদুসু য়াওদে । মশীংসু মান্নদে । সিদা লৈরিবা খোংবাল্লাই তীংখাক ময়ামসিগদি ! অদুদি করিনো ময়ামসিদি ? নৎত্রগা লন্নেমনা চেনবা হায়বদুরনে ঐবো ? তাঞ্জাসিদা মোইবুং অমুক্তা খোংবিরক্লদি নুংঙাইগ্রনিদা ।"

তাঞ্জাসিদা ছুটি থাবগী বেল খীংলকপদা জ্ঞান খংতা তারকই ওজা তোম্বা । ইথা থাজদনা মথন্তা হায়দোকচরকই " বনাতে বনাতে বন্দর ।"

য়াল্লিবা মেণ্ডু লামদুনা লৌথরগা ক্লাসতগী থোরকই ।

স্টাফ তম্না ভেরন্দাদুদা লাকপদা কা অমতদা মহৈরোই অমফাও লৈরম্নে । হেদ মস্তর য়াওনা স্টাফতা ওজা অমফাও লৈরম্নে । বেলদুদি ঙাইবদা ব্রাশিল্লক্তুবা চৌকিদারদুনা করিসু শাউনিংদনা য়ৈদবা ওইরমদ্রে । পূং মরিদা ছুটি থাগদবদু , কনামফাও লৈরম্বদুদা চিংনরক্তুনা কয়াম থেঙত্রিবজাৎনো হায়দুনা খূদাং ঘড়ীদু য়েংলুবদা নুংথিলগী পূং অমা 'ফাও হেল্লম্নে। মদুদা ইখঙ খঙহৌদনা ময়া লাওনা কাখত্তুনা পেন্না করিসু নোকথোকখিদে ওজা তোম্বা। মতৌদুদা পূমঙক ওল্লা করিসু য়েংলকখিদ্রে চৌকিদারদুনা ।

তাং ২২/১২/৯৭

# লমহুই অমসুং স্নিপর দোগ

মুহম্মদ মুহম্মজান এলাইজ ষণ মহাজন কদর য়াম্না কৃংবা নুপা অমনি । মহাক্না মণিপুরদগী ষণ লৈবগা অসামদা গাড়ী মপোং মপোং পুদুনা হেক হেক থাবসি মাগী চানজববা শিনফম্নি । মচা লাইরিক তমহৌদবা, লৈকাইগীদা নত্তনা লৈবাক্কী চাউর চাউববা থৌদোক ৱাথোক য়াওকদবগী নুংঙাইতবা মাগী তুম্বাদুদা থোইদোক্না চঙদে । কবিগীনো হায়ববু মদুগী অফ ফত্তগী মরমদা খল্লুবা শংদবা । অদুনা অল্লাহগী রসুল মুহম্মদ সলল্লাহু অলৈহী ৱসসলমগী সুন্নৎকী মরমদা থোইদোকপা কোক লৈতে । অদুগা দুনিয়াদতা নত্তনা আখিরৎতসু জন্নৎ ফংহনবিনবা অমদি মৈগী অযাবতগী কনবিনবা অল্লাহদা থোইদোক্না মকোক নোল্লুবসু লৈত্রি । মবমদুনা মাগী হৃকচাংদু দষখকী মৈদা হবাম ওইগদ্রা নৎত্রগা ওইবোইদ্রা হায়বদু মশামকফাও খঙজদবনা মৌতকী ফিতনাহদগী কনানা কনবিগনি হায়বা খঙদ্রবনি ।

পিশক পিক্লিঙৈদগী হৌনা মীতে মচা খরা গুন্দা ফদা ওইনা তৌবা মকোক ৱাংখৎপা, নুংশিহীদাক তৈবগা লৈখৎপা খরগী মতুং ইন্দুনা য়েন কাওনবা চৎলক্লবনি মুহম্মজান । অদুনা পাঙন কদর, মীতে কদব পুম্নমক সব জন্তা । য়েন লোইদুনা য়েরুম য়োল্লকই । অয়ূক অঙনবদা খ্বাইরম্বন্দ বজারদা চৎলগা ললোনবীশিংগী এলাং নাপী ময়োম থাদুনা শেল তানবগী মহাও নীংথিনা খাঙলক্লবা মহাবেবাগী মীনি । মফম কয়াদা চেনবা বসগী হেন্দিমেন ওইদুনা লম থুংলুরে । মতমদুদগী হৌনা মহাক্সে সব-জন্তাগী মী হায়বদু অদুম ওইবকখ্রবনি । খুন কয়াদা চৎলগা ফি, শেন্দল, নুপীগী মমায় রিপ্যাবিং তৌনবা মপোং মচৈ, উচী হীদাকনচিংবা পোং কয়া য়োন্দুনা শেল তাল্লক্লবনি । মখল মখা কয়াগী করবার তৌরকপনিনা মানা য়ৌদবা লম লৈশিল্লক্লে । মানা য়ৌরক্তবা লম্না লাইরৈবাক্তনি, তৃন্নক্তবা মফম্না কবরখক্তা ঙায়শিল্লক্লে । লৌখৎপা য়াইবু হায়ববদি মানা লৌখৎলক্তমসি অপাইবদনা

এরোপ্লেন, মখোঙ মরি পানবদনা হৱাগাড়ীগা কাংখোলগদা মণ্ডায়শিল্লক্রে। থকপা ! মানা হেক থঙ্ক্রিবসি হূদমক ঙায়শিল্লক্রে। হূদুসু মানা খোয়দৌ শাউগৎপা নুমিত্তদি থক্লগে হায়নকাও খনখিবনি অদুবু হূ লৈনবা পৈশাদু পাম্মুমনখিবদগী থকখিদবনি। পৌগ্রপোৎনি। অপীকপা চীন পাঙ্গবসু অপৌবা ৱা শায়রগা ঙাঙ্ই ; অপীকপা কোক পাঙ্গবসু অচৌবা থবক থনা তৌজনিংই । চামঙা চৎপী হায়গদ্রা নৎত্রগা মদুদা য়েক্লিবা গান্ধীদু হায়গদ্রা মদুদি ইকাই খুম্নবা ব্যবহার য়াম্না থম্মী । অদুবু মখূত্তী পৎ তৎলি । জুৱারগী দুরি পোইন্ট শান্নবদা মক্লাপতা থম্বাল একা অমা কুলহল্লগা শেল লৌননবা তৌরবগী হাক্তক্তা অতে শান্নরোয়শিংদুনা খূৎচেপ্না পীশিল্লকখিবদুদা য়ামাঙ অনীদুদি মঙোম্দা বিদাই পীরল্লগা অদুম পাইগ্লবনি ।

হৌজিক্তী মুহমজানগী কদর, মণিপুরদগী হেন্দোক্লুনা অসাম য়ৌরক্রে । অসামগী ষণ য়োনফমদুদসু মহাবেরানি । ষণদুগী মমিত্তা শংত্রিক শংবা সন গ্লাসকী আনোক, নাউরি মরীনা পুন্দুনা হাপ্পী । মদুদা ষণদুনা অকংবা ব্রাউথাংনবা চরুদু শংনা উরবনিনা অশংবা শজিক্তৌনা পংলৌ লৌশিলহল্লি । মখোঙ খূজিল ফত্তবা ষণদু লৈখোমদা পুজিল্লগা মখোঙ খূজিলদু লৈখোম লৈনাং তৈশিনহন্দুনা কন্তমরশিংগী মমিত্তা ফোংনা লোক চলান তৌই । ময়া তাদুনা হন্নুরবা ষণদুদনা, মীদৌনা অহাপ্পা ময়া হাপচিল্লগা নহা ময়া তাদ্রিবা শাদুনা য়োল্লি । ময়াং কংবা ষণদুদনা, ওক্তা পীজবা মোরেগী গুলীদু পীজদুনা নুমিৎ ১০/২০ নিদা পীৎ পীৎ নোয়হল্লগা য়োনখি ।

মুহমজানগা হেক য়ূমথংনরিবা অমেরুদিন হায়রিবা মীওইসিসু বি. এ. পাস তৌরগা দিয়ৌবনদা মৌলভী তম্বনি হায়দুনা চৎগ্রগা ত্রা লোইশিন্দনা জুৱারদা মখূৎ তৎলগা হল্লকখি হায়দুনা মীয়াম্না মাবু মৈ মৌলভী হায়বা উপাধি অমা পীরবনি । মীওই খরনদি মাবু কদর মৌলভী হায়নসু খঙনৈ । অদুবু মহাকসি অল্লাহগী রহমৎ ফংনবা মানা তৌজরিবা আমলদগী থাঙ্গেশেংনমক মগফিরৎ অমসুং সহি-সলামদ ফংহনবিবগা লোয়ননা গুনাহ খূদিংমক্তগী কোকপিনবা অদুগা অফবা থবক খূদিংমক্কী সৱাব ফংহনবিদুনা জন্নতি ওইহনবিনবা পরবরদিগারদা নোংমগী নমাজ পাঙথোকপদি লেপ্ত । মাগী শিনফম্না ইঞ্জিনিয়ার, ওফিসারশিং খল্লুরগা মখোয়না পাম্বা লম উচেক্লচিংবনা হেক হেক চবান থারগা ঠিকা মচা মচা লৌরগা হিংলিবা মতমসিগী শ্বর হোল্লিবা মীশক অমনি ।

ষণ মহাজনগা মৈ মৌলভীগা অনীসি ইংখোল থংননা লৈমিন্নবা, মপা মপা পোকমিন্নবা মচীন মনাওশিংনি । নঙনা করিদা হেল্লিবা হায়দুনা কলেজা অমমম্দা হিংনরিবা মরৌ লৈবা শা ঙাক্তনি । অচম্বা শা অমতা নত্তে । লৈকাইদুদা লৈমিন্নরিবা অতে মীয়ামদুগুম্ন া হমাং তানা শূবা মীওই অমত্তা নত্তে । কদর ফাদরনতা চারিবা ঙাক্তনি । অদুনা মখোয়নীমকসি কনানা রহমৎ ফংবা য়াবনো হায়বদুদি মপু মাতনা খঙলমগনি ।

নোংমদি মখোয়নী, ইংখোল নঙনা হৃঞ্জিল্লি/ হেঞ্জিন্দে হায়না চীক্লরক্রে । মথম্মোয়দা ওমদুনা থরুম্নরকপদি কুইনরবজাৎনি । ঙসিতা খোংদোক্লরকপজাৎনি ।

মুহমজান্না হায়রকই " হাই নহাতোম্বা, নঙগা ঐগা ইংখোলসি চাউবা চপ মান্নগদবনে । তুদা নঙগীনা খোঙকাপ ৬০, ঐগীনা ৫৫তনি । নঙনা খোকাপ্ অনীমখায় থাদোকউ ।"

কদয় মৌলভীনা মমিত্তু তিংখত্তুনা ইহ্লেক্লগা " দহন্না লাইরিক লাইসু হৈরম্লবদি ইংখোলসিংগী ময়মদা করিসু এৎনকম লৈয়ম্লোইদবনি । লাইরিক হৈবগা হৈত্তবগা ভাঙনবসি লোন ফাওনদেনে, খুদাই কসম । অদুনা দহনদি নবি সৈয়িদিনা মুহম্মদ সলল্লাহ্ অলৈহি রসলমগী হৌজদগী হাউরবা শর্ব্বৎতুনসু দহনগী অরাম খৌরাংবদু মতম পুম্নগী ওইনা কোকহনবা ওন্নরোইনে ।"

" তৃদি করম্না ? "

" সাইলনা করি হায়রি — পোৎ খুদিংমক শারগদি চাউথোরকই, ঈংলগনা পীজিল্লকই । মসি সাগিহিনশিংনা ঐহাকওোন্দা তাকপিরকখিবা ফতবা অমসুনি । তৃননি ব্রা হায়ববু । ঐগীসিদদি নোংমগী জুব্বার শানরোইশিংনা হেক হেক করি তৌরি । দহনগীদি করিবু তৌব্রনে হা ? অসঃ ব্রা হায়ববু মখা তারক্লনু " হায়দুনা ব্রা নমশিন্নবা হোৎনৈ ।

" করি ? লাইরিক হৈবগী পিতানা কমদৌবা, হৈহৌদবগী পিতানা কমদৌগদগে হায়বদু নওগী সাইলনা নহাকওোন্দা কন্মাইনা হায়রকপা ? তৃ তৌনু । বি. এ. পাস তৌরগা দলিল অমফাও ইবা হৈতবা হৌজিক্কালগী বি. এ. চম্ফুৎশিংসিবু মুহমজান ঐনা করিদা কল্লকপিদোইবা ? হাই, দলিলগী মরোলদু চীনফা থীনসিরো ? তৃফাওবা ওন্বা মুহমজাননি ঐসে । চরুনা হেন্না তাওবা নওগী বি. এ. গী সার্টিফিকেটতুবু ঐনা করিগী পামচরুনি ।"

মকোইদু শাংনা অমুক্তং নাম্ব্রগা য়াম্না ইংথনা মৈ মৌলভীনা শেৎচিল্লকই " দহন, শাউখিনূ । দহনগী তুম্বাদু বেরা লৈরে । কোকসে সোসিএল সার্ভিস তোয়না মতৌব্রবদি ঐনা মহেল্লে হায়দুনা অসুম চৎখিদুনা মমৈদা শরক য়াম্না তাগনবনি । ইরোও চেশবদা মাইবা অফবা অমা লৈ হায়বনি । মাবু অমুক্তা য়েংহল্সি । দক্কিনাদু ঐ তৌজগে । খোদাই কসম । ফরকান্দা কোন্না ইংখোলগী ব্রাকরক্তু ভাঙ্নরসে । তৃ নৎত্রদি দহনবু কসব-কমাইগী অমাংবা কবরগী অযাবতগী কনবা ওন্লোই । "

মুহমজানগী ঈংথম্রগুম নীংলুরবা মিহুন্দু অমুক পিক অপ তৌরকই " ঐগী তুম্বানা বেরা লৈ হায়রিতু নওোন্দগী শন্দোক্লকপনিনে ওকপী। মসিদা হান্না লায়েংবা দরকার ওইরিবসি কনানো ঐ খওদ্রে । ব্রাচোই ভাঙনরুদুনা অরেম্বদা ইনর্জি মাঙনবনি । চেঙ কে.জি. দা লুপা ১৪ য়ৌরপোৎনি । মৌলভী, নওনা দুনিয়াগী লোল লোল্লবদি ইচিন ইনাউ য়েৎনফম সুক্লে লৈতে । ফরবসু ফৎত্রবসু ঐনা নওোন্দগী নুমিৎ থা উবা হাল্লি । তৃনা খরতা ওইরবসু কোক লৈফম থোকই । নও খোকাপ অনীসি থাজন্মু ।"

মৈ মৌলভীনা ইথৌ থৌশাদনা অমুক থুম্না য়ুশিল্লকই " ঐদি ইমা ইপানা বিলদিং মনুংদতা থল্লগা য়োক্লকপনিনা নুমিৎ থা হায়বদু উববু কুইদ্রিনে । দহন্দি তৃ নখোয়গী শেগায়বা য়ুমদুদা চাউরকপনিনা, নুমিৎ থাদা নত্তে, করি, থবাম্নিচাক্তুসু ঐওোন্দগী হান্না উরমগনি । উবু উদ্রনে ? "

ব্রাতাদুদা মুহমজান্না মখোয়দৌদু চক্ চবোনগুম শৌগৎলগা য়াকশিল্লকই "হাই ওকচাবা ! ঐনা হায়রিসিগী অর্থফাও খওদবা, থুম মোরোক থাক্তবা বি. এ. চম্ফুৎ !

নঙনা ঐবু তুক য়াম্না উশিংত্রিবদো, নমাঙদা লেপ্লিবা ঐসে জিলা তরামরিগী ঈশিং থক্লকুবা করিনিনে। হৈবোং মনুংগী তৃমীং নঙনদি করিবু খঙলুনি!"

করিসু যৌশাদনা "তৃ ঐ খঙই। কোইশিনা শাক্তি! ঐবু নঙনা করিদা লৈবা করিনি হায়বতুবুদি হায়টৌ। তুদা, থম্মোয়দা নুর ফংলবা মৌলভী ঐনা শাউবিগদবা নত্তে। তৃগা নঙনা জিলা ১৪ গী করি থক্লবনিককাক মৃকচরিদুদি, নঙনা মীঙোন্দগী পোং, ষণ ঈরোই শোংলুবা, শেল পূরুবা, হাংলুবা ময়ামদুগী শেনবুশিংদুনা শেন যৌবা লাকপদা থেংনদনবা লোংপাদা জিলা ১৪ দবু ওইরল্লোইদা, কুনবু শুরল্লনিদা। শুবু শুরদ্রো?"

হন্দমুক্কী ৰাদুদদি মিহন্দু নেমযৌ হায়বা য়াদ্রমাম্লে। লোংত্রিদু তাখংলগা খৃত্তুম শীংলদুনা চঙশিল্লকগা "নঙ ঙসি হংলগে।"

ৰাহৈদু তাবদা মৈ মৌলভীনা মখুৎ থাংগৎলদুনা "অসসলামু অলৈকুম! খুৎ য়াওনরোইসি। নঙনা ঐবু হংত্রগদি নঙনা ঐগী লন থুম ময়ামসি নঙনা হূরানবদা লোইখিনি। তৃগা ঐনা নঙবু হংলগনা, নহাকঙোন্দা শেল যৌবা লাক্লিবা মহাজনশিংদুনা মখোয়গী শেনফমদু মাঙবা য়ারোই, ঐহাকঙোন্দা শিংদবা য়াদে হায়দুনা নমশিল্লকুবা নঙনা শীল্লিবদু ঐ, হোত্রোং হোনা দুরবিন্দৌনা উবজাংনি কাফির নঙগী করিদুদি।"

মুহমজান্না "তৃম্না কাতু কারল ঙাঙদৌ শরুক তশেংনা কি হায়যুদনা।"

"কিচৈ, কিচৈ। তশেংনা কিচৈ। মমল য়াওদবা অঙাও অফৈগা মান্নে হায়দুনা মীয়াম্না ঐবু করিনি হায়দুনা নোক্লরক্কদবদু ঐ তশেংনা কিচৈ। মন্ত্রী ওফিসারগা খংনরবদি লেমগদবা" হায়রল্লগা করিসু যৌশাদনা থোজাল্লোমদা থোকখি।

অনীসিগী অচুম অরান মপূ মাতনা খঙজরবসু কনানা অতোঙবা লেপখিবা হায়বদু খম্বরুরগা তৌফম খঙদ্রবা মুহমজান মমায়দু ইশং কারগা ইমুংলোমদা চঙখি।

এপ্রিল, ১৯৯৭

# লৈ অমসুং মৈ

" হান্নদি উশ্রবরা ? "

" ইমিৎশিদা অমুকফাও উখিদ্রি ।"

" অদুদি কমদৌনা খন্দোক্তৌরিবা ? "

" উবু উরদি হেক্তা খঙগনি ।"

ৱারী শান্ন-শান্নদুনা মেদিকেল কোলেজ অসিগী ওর্থোপেদিক লেবোরেটরিগী এতেন্দেন্টে অঙৌতোন্না শোদু হাংলি । ছূটি মতম নকশিল্লক্লবদুদা " ইবেম্মা, ঐগী মত্তদি নঙসে, জেলদগীদি থোকপ্রে হায়রগা থেংসু থেংনদে, য়ুমদসু য়ৌরক্তে হায়দুনা ইমুং মনুংগী মীশিংনা কোইথি থিনরমগনিদো । অদুনা হয়েং ওইনা পেল্লা য়েংহল্লিংইবু " হায়না ঙাঙ্ ঙাঙ্দুনা মাঙ থাদুনা চঙখ্রগা সুইটস্তু মেত্তুনা ইলেক্ত্রিক বল্বতু থানগৎলি । অদুগা শরূ পোলাং ময়াম লৈরিবা মফমদু তম্না চহী অনীমখায়রোমতা ঙায়রিবা মচানুপাদুগা মখোয় অহুমদু চঙমিন্নরক্তুনা শরূ পোল্লাং অমদা মথূৎ থিন্দুনা " সীরা ? "

" নত্তে ।"

" সীদি ? "

মঙক হাইরগা " নত্তে ।"

" থংনরিসিদি ? "

" অদুসু নত্তে । মাদি ফুট তরুক্তা ইঞ্জি অনী ৱাংবনি ।"

" অদুদি নশানা চঙল-চঙলগা অদুম থিজরোনে । খরদি থুবা তাবা ।"

য়াথংদুনা মনাকোংদুদা হৈজিল্লকপগা তমুবী শরূ পোলাংশিংদুগী মনাক্তা চঙ চঙদুনা অমমম্তা ওইনা নান-নান্দুনা মমিৎ কূপ্তুবমখৈ য়েংবা হৌরকই । অসুম্না অসুম মথং মথং য়েংলকপদা অনী অহুম্তা ঙায়শিল্লক্লে । মশাদা পাখৎপা অমদি চিংনবা অনীমক তূনা

ফাওরক্লে ।

" ওহোঃ! দদা সীনি " হায়রগা ফুনগৎলুরবা হৱাওবগী অচৌবা শ্বর অমা শাংনা হোন্দোরকই । মতৌদুদা ইঙুক গুরুবা অঙৌতোম্না মীৎকম হোংদনা তমুবীদা য়েংলগা "মশাদা উলা মচেৎ অমফাও পক্লবা, অমগা অমগা লাগথোক্লখিদুনা কেনখিদনবা তরা মচা অমদি স্কুলশিংনা ফাজিন্নদুনা থল্লবা শরু পোলাং ময়ামসিদগী অতম্না অমবু খন্দোক্লগা নঙগী নপুরোইবগীনি হায়রিবী নঙবু, কোক্তু থোইদোক্লা অথোই অহেন লৈবী ওইরন্লোই হায়বসি ঐনা করম্না থাজগনি ? "

করিসু থৌশারুদনা অঙকপা ব্যাবহারগা লোয়ননা " দদা, মঙোন্দা অমুক্তা মুন্না য়েংবিয়ুনে । মাগী ওইথংবা খোঙগী খূরাইগী তুংথংবা শরু —ফিবুলাগী ময়ায় চবুকমক্তদা তেক্লুরগা অমুক শৌজিন্নরকপগী তাংবোম নাইরবা শক্তম ; ওঈথংবা নারুমগী শরু — ওসিপেতেল বোন; য়েংকী চূবাগী শরু — তেম্পোরেল বোন; খূৎ ওঈগী শয়েঙ মব্দ — মেপুলাদা লৈরিবা নোংমৈ মরুগী অহোবা মখুলশিং অমদি য়েংথংবা থবাক্কী অনীশুবা শরু —রিবতা অকায় অতোই শোয়দনমক্কী লৈরমগনি । থাজদ্রগসু য়েংবিরা লাউ " হায়দুনা য়ৌপেন্নরবা থম্মোয়দুনা মোমোন্নবা মীনোক্তা কৌশিল্লকই অঙৌতোনবু ।

মখুম হাংদোক্লগা মনাকোংদুদা ক্লো ক্লো হৈজিল্লক্কিবা অহংখূদম (?)শিংদু অঙৌতোনগী মকোক মনুংদুদা পাইশিল্লক্লগা উরুরু উঙখায়রুরবা তুংদা অঙক খূদম (!) ঙাক্তা ওহোরক্লবদুদদি উইরুম উইরুন্নুরবা মমিৎ অনীদু খংলাও লাওথোরকই । লোয়ননা ময়াসু । চঙশিল্লক্লগা, য়াল্লিবা শরু পোলাংদু লৈ- লৈদুনা য়েংই । ইভরিথিং ও. কে. ।

ঙাইহাক মমিৎ থীংনা ওন ওন্দুনা য়েংহল্লবা তুংদা অঙৌতোম্না " অদুদি ইবেম্মা, থোক্লসিদো । ওফিস মতমসু লোইশিল্লক্লবনিনা, ইবুং থোঙ লোল্লগেনে ? "

মপি ঈরা চেন্না " দদা" হায়না মবুংদা মবুংদৌনা মিংগৌনরগা " ঙসিগী ওইনদি ওফিস অব্বারসু লোইরবনিনা, হয়েং অয়ূকফাওবদি মফমসিদা কনামত্তা চঙলক্লবোই । ঙসি অহীংসিদদি ইমাইচা মফমসিদা লৈহন্দুনা ইপুরোইবগী সেবা ফংহনবিয়ু । মপান্দগী শো লোনশিনবিরন্লো । হয়েং ওফিস অব্বারগী মাঙওইননা হাংদোকপিরকউ " হাযবগা ফীরৈদগী লুপা চাম্মা চৎপী অমা লৌথোরক্লগা অঙৌতোনগী ফুরিৎখাউদুদা নমহাপ হাপচিল্লি ।

মদু য়ারোই হায়না অঙৌতোম্না ফনা কন্না থেমজিঞ্জে । অদুবু ময়াদ্রবদুদা মপান্দগী শো পানশিল্লল্লগা ময়ুমদা হনগ্রে ।

তমুবী অঙৌতোনগী মতুং ইন্নদুনা থোঙ তম্না থোরক্লগা থোঙগী মনুংগী চিক্লিদু পানিসন্নবা তৌরি । অদুবু চিক্লিদি য়াওরমদ্রে ।

" ফরে । মপান্দগী শো লোনগ্রববু " হায়দুনা চিংনবা য়াওদনা লৈশিল্লক্কে তৌরকপদা তুংলোমদগী সনাতোম্বনা সূপবোন কোক্সিল্লকই । থোংলবা হকচাংগী কয়াৎশিংদুদা সনাতোম্বগী খূৎশা তরাদুনা কোয়না ব্লাঙ্কিং চৎতুনা মিহুন থাহুন য়েংবা হৌরকই । য়াম্না পেঞ্জনা, তমুবীনা, মকোক্তু কেনা হাইবকপদা সনাতোম্বগী মায়থোঙদা চাইশিল্লকই

কীষুরক্লবা অমুবা শন্নাংদুনা চেঙই মনম পুরদুনা। অদুগা সনাতোম্বগী নাপদা চীরোল্লকই " নরম্নি খঙলবমক্তদা বেদ হেক্তা কুম্নিঙলকপ্রা ? "

" করিনোনে নঙনা ঙাঙ্লিদুবো ? ওন্নাঙথাগী নুমিৎনা বায়খৎলক্লবদা মৈশা খাঙ্-ঙমদ্রবা ইরোইনা লৈয়োমকোমদা ওন্দনা নুং কংক্রিং মরক্তা ওন্নুদ্রনো ? "

" ও, চুমদুনতা লৈরবা ঐসে নঙনা লালহন্নদুনতা হেক্তা তোকহল্লি।"

" নখোঙনা চৎকনু। বাগনি। ঐ থাংবিগে " হায়রগা অঙাং মচাগুম সূপকোন কোল্লগা থাংগত্তুনা তঙাংলবা তমুবীগী মখজাই অনীদুদা ওন-ওন্দুনা চুপ্লি সনাতোম্বা।

তমুবী নোকফেৎ তৌরগা সনাতোম্বগী মখৌরিদা মখূৎ অনীদুনা চেজেৎ কোন্দুনা তাদনবা য়াল্লি। মমিৎ তক খৎলগা মখজাই নাম্মা পৈরপ্লা চিংলপ নোক্লগা " অসিনা অদুম য়ারবা নত্রা ? "

শাউরপ্লা " কদাইদগী য়াদোইবা " হায়বগা ফমুং তান্না থাংজিল্লকই অদুগা খৎথা থাথৈ। শুগত্তুনা চৈনা খাংজে তমুবী।

পেরুম পেরুম শাউনা " হিংচাবা, ঐ শিরে।"

সনাতোম্বনা করিসু থৌশারুদনা " চারিবুদি।"

" ঐনা করিগুম্বা শিপ্রগদি নঙনা তৌরিঙসে কনাদা তৌহৌদৌরি ? "

" ও, অদুনা নঙসে শিবা সূকয়া য়ারোই হায়রিসিনি। তঙাই ফদনা শিদবা য়াদে হায়রসু ঐনা নঙগী নহুৎ শিনগদৌরিনি।"

"ইমা, ঐ য়াম' কিরে" হায়রগা ননাউনা তুংলোমদগী মখূৎ পায়রগা চিংলকপদা শ্বাই লাউই তমুবী। লোইশিনফম খঙদনা মাঙখি অমুক্তসু ফংলক্লিবা কয়াদা পাম্মুজরবা মঙলান অমা। ননাউগী মকোক্তা তপ্লা নাম্বিরগা " ইমাগী সনা মতুম ! কৈদৌবগী কিদোইনো ? ববানে ববা। অতৈশিনা ববাগী মমাল্লবশিংনে।"

" নম্ভে কৈসু। অসিদি মী অশীবগী শরুদ পোলাং ঙাক্তসিবো ! ইবান্নিনা জেলদা লৈরিঙৈদা জেল্লর সাহেবনা মাগী কাদা তি. ভি. কাপ্পদা থোরকপা ভূৎতুনি অসিদি। নঙনা ঐঙোন্দা, জেলদগী হেক থোকখিবগা ববা উনরুনি হেক হেক হায়বদো অসিগী ভূৎসিরা ? অদুদি ঐসে ভূৎকী মচা তারেনে " হায়দুনা মমাদা নিংঙাই তৌজে ননাউ।

তমুবীনা নোক্লদুনা " অঙাওবশিদি ! কদাইদগী শরুদ পোলাংনোনে ! ববানে ববা। ববাগী থোন থোন লাউবা খজাই, হুৎলগা উঙম্বা মীৎম্না অনী, জুম-জুম লাউবা শম, অলত্রা সাউন্দ ফাওবা লৌশিল্লগা তাবা ঙম্বা নাকোং, নাতোন শূমাঙগী অমুবা কোই, তুম্লপ তাবা নতোন, ... " হায়দুনা শীঙথারগা নোক্লিংদনা কংনা নোক্তুনা " শীবু সরুদ পোলাং ! ফজত্রা ? চীনবান ময়াদা লৈরিবা শম্বুশিনা ইমা ইচাবু উরগা নোকফেৎ তৌরিবসি উদ্রা ? "

ননাউনা মমাদা চেজেৎ কোন্সিল্লগা, " ইমা, ঐ য়াম্মা কিরে। শরুদ পোলাংশিগী

য়াথক য়াখাসে ক্রক ক্রক চাল্লগা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলকএ । ইমা, অসে ভূৎনে । নোংমা জেল্লর সাহেবনা লীখিবা বারীদুগী ভূত্তো মাল্লে ।”

তমুবীনা মায়খোং হজিল্লগা “ উম ! চুম্মীনে । নঙদি ববা খঙলল্লরোই ” হায়রগা শরু পোলাংদুদা মুন্না য়েংলগা “ নচাশিনা খঙদ্রে । নঙনা খরা কৌবিয়ো অমুক্তা । সেঃ! নচানুপা ননাউনে । কৌশিনবিয়ো । অহাওবীকাক অমত্তা লৈত্রবয়ো ? (শাউরপ্লা) অঙাংদা ফাগি তৌরনুসে । মমঙ মহাদা কিদুনা কপ্লবা । হেক্তা পমখৎপিয়ো । হো, কোত্তো ঐ হেক্তা শূজগে । তৈগে তৈজসনু ।”

“ সীবু ঐগী ইচা ! ... ?”

“ ওঃ চুম্মীনে । নঙদি নচাসে উখিত্রিনা ” হায়না শোল্লগা ননাউরোমদা তপ্পা লৈশিল্লরুগা ননাউগী মকোক্তা তপ্পা নাম্বুবী । মমিত্তগী পি অরৎপা লৈতনা চেম্বুবক্লি । অশাংবা মীৎয়েংনা মশাগী মকোক মনুংদা চঙলক্লুনা নৈখাইরকই ঃ

তমুবী ঙসাই য়াচঙলকপা মতম অদুবাইদগী মশা ঙল্লক্তবনি । অদুবু তোখাইবা কা মচাসিদা ফি মচা অমতং থারগা মঞ্জুনরবা কম্বল শেগায়বা অমনা থুংবোই থুংদবোই শূপ্পগা ওন থোইনা মৈচাক খাঙলি । য়ৌনা মশা নুংঙাইরক্তবদুদা মথমোয়দা মমাবু কৌদুনা তেংথাজে । অদুবু মরোন্দি থোক্তে । নিংথমথা অহীংগী নোংঙাল্লমদাইগী ত্রৎ ত্রৎ চিংশিনবমখৈ ঈংলবা মতমসিদা মশাদা অইংবা ফাওজিল্লক্ত্রে । খঙহৌদনা ফনেক্কী ময়ায়দা ঈ ফাওরক্লে । অদুদগীদি খাঙলম্বা চৈনাদু খোঞ্জেল ওইনা ওম্ভোরক্লে । তোয়না জ্ঞান মাঙবগী চাং হেনগৎলক্লে। মতমদুদা মপান্দগী থোঙগী শো হাংবগী মখোল অমা তারকই। ঈখঙ খঙহৌদনা মচান্দগী খোন্সিদা থোরকখি “ ইমা ইচাগী থবায়তদি কনবিয়ো ... ” অদুদগীদি অদুম মখা তারকখিদ্রে । উকক্ অমগুম তাদুনা লৈপ্রে তমুবী । ... ”

“ লেঙগনু, লেঙগনু ... ” হায়নবদু মঙওই হাওই তায় তমুবী । মশাপূম্বা অফা অপুন্নে । জ্ঞান তারকপসিদা মমিত্তি পাঙথোক্তনা খল্লি মথন্তা “ করিনো ঐঙোন্দা তৌরিবসিবো ? ঐ কৈদৌরুরে ?”

লাইহৌ থারকপগী ওমচাক্লরম্বা মৈশাদু থাদোকখিনবা ফৈজুপ অথাবদু ঈম্বুখিনবা মখূত্তু তপ্পা থাংগৎলকপদা মনাক্তা লৈরম্বা মীওই খরনা মখূত্তু খংফা ফাখি । তূম্ফমদু পূমচোৎ চোৎলে হায়বসিসু মশানা খঙজরকই । মনমগন্দুসু শাবনা মৈবা হৌরে । তপ্পা মমিত্তু পাঙথোরকপদা নাকচেক্লনা উরকই ড্রীপ মরী অনী । মদুগী অরোইবদু মমিংনা লীদুনা য়েংলুবদা উরকউ অমুক, মনুং ফাওনা উবা ওম্বা অরংবা লীক্লি অমগা, মনুংদা অঙাঙবা মহী য়াওবা লীক্লি অমগা । মীৎয়েংদু হাইরপ শাংদোক্লগা কোয়না লৈরকপদা খঙলকই, ওঃ মফমসি হোসপিতাল ! ফমুং অমদনি লৈরিবসে । লৈরক্লিবা মাগী মীৎয়েংদুবু ওক্লদুনা নর্স অমনা ফি ময়োম অমা লাল্সিল্লরুগা “ কৈসু তৌররোইএ । খোম ইনবিরো । নুপানি । ”

করিসু মখা তাবা ঙমদ্রিঙৈদা নুপা অমগী খোঞ্জেলনা " ঐসু হায়কম খঙস্ত্রে ইবেম্মা, নঙনা জেলসিদা হেক চঙলকপদা, থা মঙা শুজস্ত্রবসু হোসপিতালদা চৎলগা এম. টি. পি. তৌদুনা মাঙহনস্ত্রসি হায়রসু নঙনা য়াখিদবনিনা উপাই লৈখিদে । নশাসু লৈশাবীনি হায়বদাইদো ।"

ওঃ, এসিস্টেন্ট জেল্লরনি । তমুবীনা পাউখুম পীরকই " সাহেব, এ চৎনবীগী মীৎয়েংদা লৈশাবীনি । অদুবু অচুম্বা মীৎয়েংদদি মৌনি । অদুনবু ঙসি মমা অমা ওইরক্লিবসিনি । ইচানুপাসিগী য়ূম্মাক্তা ওক্রমনি । থাজবিদ্রগসু হংবিরক্লসো । চপ মান্নবা পাউখুমতা ফংবিগনি । ঐখোয়নি ইশা ইশা য়ানদুনা চেনখিবনি । অহল-লমলশিংনা মতম লেপ্পদুনা লুহোংবা নোংমা হ্রাংলিঙৈদা হৈজিংপোৎ পুখি । হৈজিংপোৎ পুরকপী নুমিদাংদুদনি মাবু শাহীং চাবা শিফাইশিংনা ... " হায়রগা অরৎ অখম লৈতনা কপথোরকই ।

ময়ামদুনা " ঈ নৌরিঙৈদা অদুম্না কল্লা ফত্তে " হায়দুনা কন্না থেমজিন্নরকই ।

"মদুবু ওইথোকপা য়াব্রনে " হায়দুনা নাকন্দা লেপ্লিবা সনাতোম্বনা হংজিল্লকই ।

তমুবী খংপ্রেক খংই । সনাতোম্বা ফৎ লৈশিল্লক্লগা " ঐবু করিমত্তা থাজবিদবগী হ্রাবা ? "

" নঙদি মফমদুদা কবিগী ?"

"ঐ, নশুংলাংগী মীহাৎপী হায়বদু ওইরবীনি হায়বশি হৌজিকফাও খবিরমদ্রি !"

সনাতোম্বনা য়াম্না পাখৎনা " নঙবো ?"

তম্বা ঙমদবা, খুৎশেমগী থৈজিল্লকপা, ঈথেং অমদগী লৈখিদ্রবা সনাতোম্বগী শ্রাদ্ধ মতুং থা অহুম হায়রক্লে । লৈশাবীদা শাদা, মৌরা মৌদা, য়াম্না হাক্তচবা পুন্সি মরেল অমদা লোম্বোক্তবী কাওশিঙ্গুম পুন্সি ঈচেলগী লৈবাই ময়া অমদা হুন্দ্রু মরকসিদা পল্লি তমুবী । ময়োল্ থোবক্লিবা সনাতোম্বগী ঈদু কাঙখুলদা কংহনখিনবা মমা অমদি মনস্মনা ফনা কন্না তক্লবসু — থেমদুনা থোৎ নৌদুনা, কিহন্দুনা, মখল মথেল কয়ানা ... উত্তা ঘী হৈরক্লি তমুবীদি ।

ইগা থাজদনা ঙসিদি, লাইমিং লৌদনা লম্বোইরবীসিগী মনাক্তা ইনে খোমদোনবী চঙলক্তুনা ফন্নরি । সুর য়াওদ্রবা ঈশৈনা তমুবীগী নাপদা ঙংলরি । মন্ত্রী নহা ইবোহলগী ময়েক্লি । ময়েক্তদা তমুবীগী নাপদা চঙগদবা ছন্দ, মাত্র অমতা য়াওদে । অদুবু তমুবীনা, ময়েকশিংদুবু লেংলিবা লংদু থদৎলগা লোইনা চাইথোক্তুনা তুম্বাদুদা ফোলাগুম তোৎলগা য়েংই নৌনা । অপেনবগী ঙকশমদা শিবিবদা তৎলোইদবা পরেং অমা ওইনা লেংশিনবা য়াগদবা মাল্লক্লবদা " অদুদি ইনে, ঐ মশাগা হান্না অমুক্তা ! নুপি অনীসু লৈরবা মন্ত্রী মানবু ঐঙোন্দা ... ?"

" করিনোদা ইবেম্মা ; নোংগৌবীদা নোং চোৎপবু ! "

" অদুদা, মাগী হুইনাউ য়োংনাউশিংদু য়াওরক্লগদি,... "

ইনে খোমদোনবীনা কংনা নোক্লগা " ইবেম্মা, দাইবেতিক পেসেন্টকী চাদা চিনি থাক্লত্তনবা দাইস্বদুদি ননে ঐনা লৌবা তারেদনা " হায়রম্লগা চৎখ্রে ।

তমুবীনা মদোম খঞ্জহৌই " ঐগী নুংগী ফিভমসে ইনেদি খঙদ্রিবোই । তাঞ্জাসি নাম্থোকত্রগদি অসিগুম্বা খুদোং চাবসি অমুক হন্না লাক্কনি হায়বসি থাজদ্রে ।"

চয়োলমুক হৌদ্রে । ঙসি, ময়ুম পান্দনা লুপ্লাবী ওইহৌরবী তমুবী, মানা চাউজরকপা মপাগী য়ুমদু অরোইবা ওইনা পেল্লা য়েংলম্লগা অরোইবা খোঙচৎ ওইনা থোরক্রে, ইনে খোমদোনবীগী মরানয়াই তম্না, ইনে খোমদোনবীনা পীল্লকপা প্রোগ্রামদুগীদমক্তা । মানা তৌগদবা প্রাক্তিকেলগী ওইথোকপা য়াবা য়াদবগী প্রোসেদ্যুরদুদি হপ্তাসিমা চঙনা শেম শাবা লোইশ্রবনি । হৌজিক লম্বীদা নীংশিংবা নত্তনা অনৌবা অমমুক লাম্লুদ্রে ।

মকোক শমজেৎ হাত্তনা থা অনী অহুম মিরাং থুরুরবগী তুংদা ঙসি মানা হৈজবী অরোইবী থাক্তা কেরগা থোকখিবদুদা ইমুং মনুংদদি ৱাহংগী উপু শো ফক্কায়নহৌই । থিনহৌই করি মচু ?

তমুবীনা ইনে খোমদোনবীগী য়ুম য়ৌরকপদদি য়ুমদুদা ইনে নত্তনা কনামত্তা লৈরমদ্রে । ইনেগী পো ওইরমাল্লে । থোঙ্গালদা ঙাইরম্বা ইনেগী তুং ইন্দুনা চঙলকই তমুবী । এল. সেপকী য়ুমদুগী ইম্থোরক্লিবা কাদুদা খোমদোনবীগী মতুং ইন্দুনা চঙখি । কাদুদা মখোঙ হেক থাংজিনখিবদা মাগী মনাতোন তম্না হুমজিল্লক্লিবদু অতৈ করিসু নত্তে, করি ওইবমদৌ মাল্লি ? সোফাদা ঙাম্থোইরম্লিবা মস্ত্রী ইবোহলগী মশক্তু হেক উবমক্তদা, ইকাই নুংশি য়াম্মনা নোকফেৎ তৌই । কৈদৌবগীনো ? নীংবা থুংলগনি খল্লুবদগীনি । মায়োক্লবদা থারিবা অহাঙবা সোফাদুদা ফমথরগা ইনে খোমদোনবীদু মপান্দা মী য়েংলুনবা থাদোকখ্রে ।

" কয়াম কুইরে " হায়না হংলগা ইবোহলগী মনাক্তুদা চঙশিল্লক্তুনা ফমজিল্লে ।

" হংলক্লনু মদো । মহৈরোই ওইবিঙেদগী । নশানা খঙলিদু 'ঙায় ।"

"ঐদি ঙসিসে লাক্লরোইসিরদুম খল্লুরবনি ।"

" করিগী ? "

" ইতিক ইপা চাদবগী ইকাইজবদো ।"

" তৌশিল্লক্লনু নখোয়' হৌনবীদো অমুক ।"

" ইচে ওইগদৌরিবী অনীদুনদি ঐবু ফৃদি ... "

ৱাহৈদু লোইফাৎত্রিঙেদা " নো । ময়াং অশীবী মানবীশিংদুদি ঐনা মশা মশাগী পোষ্টতগী নমদুনা ফোর্স রিতাইয়রমেন্ট পীথোকপ্লগদবনি । পোষ্টতি হাঙবা য়াদবনিনা নঙোন্দা, ঙসিমক পার্মেনেন্ট বেসিস্তা এপোইন্টমেন্ট ওরদরদু হকথেংননা পীজনিংলবনি । য়ারবা নত্রো ?"

মচীনখক্তদগী মোমোম্নরগা " ইচে অনীদুদা পীবিগদৌরিবা ফোর্স রিতাইয়রমেন্ট অদুগুম্না হয়েং ইনাওনুপী অমা অমুক পুশিল্লক্লকান্দা ঐঙোন্দা অমুক ওরদরদুমক ...।"

" নো নো। ইপা ইপুগী অহমসিদগীদি খক হেনবা য়াদ্রে।"

তমুবীনা ইবোহললগী মমায়দুদা নাকচেল্লনা য়েংখৎলল্লগা " অদুদি, পুক্লি হায়বসি য়াগদবা নত্তে, নুংঙাইথোক্কদবনি। ঐনা ইনেদা হায়জখিবদুবু ... ? "

য়াম্না হরাওনা " ও. কে.। অনীদুম পুরক্লবনি। অমদি নঙ ঙাইনা ঙাইনা খরদুম কায়থোকপা হৌরবনি, য়ারী শাবা নুংঙাইনবা হায়দুনা। অমদি তূঃ চেনা য়োল্লিবসিনি " হায়দুনা মখূৎনা থিল্লি তেবল মখাদুদা।

তেবলদা থিল্লগা লৈরিবা মচু ঙাংলপ চঙবা বোটলদু লাল্লগা মখূৎ হেক তিংথোরকপমক্তদা ইবোহলনা মমাঙদগী গ্লাসতু লাক্সিল্লকই। মদু তমুবীনা থলহল্লগা লাক্সিলকই।

" এঃ! অদুদি হেনমনগ্রেদনা ! মমায়দু তোঙ্ঙে হায়মী। ঈশিং য়ানকম... ।"

খঙহৌদনা হুমজিল্লকপা নোংহৌগুম শাউবংননা পৈথোক্লগা " ঐগী পুক্লিগী অহানবা ওইনা গ্লাস অসিমতং লাঞ্জবসিদা ঐবু ইকাইবা পীবিরবা নত্রা ? হায়া পার্টি অমুকফাওসু য়াওরক্লিবনিনা চৎনবীসু খঙজহৌদ্রে। অদুনা খুন্নুং নুপী ঐদি অদোমগী লোয়নবী ওইবদা ইতিক চাররোইদা " হায়রগা হৌগৎতু না থোকখিগে তৌই।

য়াম্না পাখৎনা মখূৎ ওঈদুনা তিংথোক্লনা তমুবীবু খাল্লগা মখুৎ য়েত্তুনা গ্লাসতু থাংগত্তুনা ময়াদা পুল্লপ ওইনা খূৎহৈ অমুক্তা পূন্না হৈজিনখি।

হাঙলবা গ্লাসতু তেবলদা গোক লাউনা থল্লগা মমিত্তু উইশিন্দুনা মকোক্তু হাই। শ্বর চাউনা-শাংনা অমুক্তং হোন্দোক্লগা " নঙদি পায়রোইদ্রা ? "

মমিত্তু মশাগী কোক্লুংদুদা ঙাইহাক চঙহল্লুরগা " নঙনা হৈবিরবদি অহানবা ওইনা খজিক্তং ! "

" হোয়নে, য়ারী নুংঙাইনবা " হায়রগা ইবোহলনা লীক্লীদু থাংগত্তুনা গ্লাসতু পিক থন্না হৈ।

" পুক্লিগী ওইনা অহানবমক্তদা মদু থাংগৎলবদি ঐদি খূদকসিদা লাস্ত ওইবেদনা ! য়াবৌবিনু। মদু অদোম্না ওইনা অদুম ঙমশিনবিবদি ? ঐগীদি ইশানা ঙমগদবা চাংদা হৈজবগে।"

গ্লাসতুমসু ইবোহলনা হাত্তোক্লনা হাঙহল্লে।

গ্লাস মনীংদা তপ্তং তাহল্লগা থাংগত্তুনা থকই। মবুক, মথবাক চাকপা শাবদুনা ময়াদা পুল্লপ উমদুনা লৈরিবদু পূন্না অমুক ওথোকখি।

অসুম্না অনীশুবা লীক্লীদুসু হাঙজিল্লক্লে।

" হাই, ঙস্মরোইহে। ওভর। নঙনা লাক্সিল্লকপদুদা তঙাইফদনা থাংগৎপগী য়ানি।"

"তামোনা মসিদগা লোইশিনবিরবদি, ঐ ঙসি তামোনা হায়রিঙে লোইনা য়াজরে। ইকাই হংগোইদনা হায়রবদা উপ্লূ উপ্লে, লোংঙ্ক লোংঙে ... "

নোকফেং তৌরগা ইকাইনা মমায় লৈথোকপ্রিবী তমুবগী মখুত্তু লাল্লগা পায় । মখুৎ য়েংনা লীক্লীদু থাংগৎলগা " অদুদি চেল্লদবী ।"

" ঐবু অদুক মীচেন ওইনসু উবিনুদা " হায়রগা অমুকসু মমায় লৈথোকখি তমুবী ।

থাংগত্তুনা কোংগোল প্রক-প্রক কাবমকে মচীন্দুনা চুপ্পকই লীক্লিদু হাণ্ডব্রিফাওবা । লীক্লিদু গোক থল্লগা তমুবীগী মনাক্লোমদা নকশিল্লকই ইবোহল ।

নকশিল্লক্লিবদু মখুৎনা হাইরপ খন্দোক্লগা " হৌরেল খৌনাউ কংলোইদ্রো ? চা খরা থাংগৎলমখিগে । অদু ওইরদি চোকথবসু ফদৌ' ওইরমগনিদা " হায়রগা হৌগত্তুনা চাকখুম তম্না থৌজিনখি তমুবী ।

ইবোহল সোফাদুদা ফল্লগা লোথহৌরি ।

ঙাইহাক লৈরগা তমুবী লাক্লুনা " ঐ মখোয়গী গ্যাসকী ষ্টোভসি থাগৎপা হৈত্রে । লাইতরদু মৈ থোকউ হায়বা সুকয়া য়াদবগী য়ানি । ঈশিং হাপ্লগা কোন্দি থাংগৎচবল্লবনি । ইনেদা হায়গে হায়রসু অসিফাও হৈতে, চন্নরোই হায়রক্লদি শিবনা ফরে । তামোনা অমুক্তা থাগৎপিয়ুবা । ঐ ইনেদা চা চিনি থম্ফম হংলুখিগে " হায়রগা মাংগোল্লোমদা থোকখি । ইবোহলসু হৌগৎলগা মফেলদা হাইরগা চাকখুল্লোমদা নোমশিনখ্রি ।

শূমাঙ মতোন্দা লেপ্তুনা মী য়েংলিবী ইনে খোমদোনবীগী মনাক্তা চঙলক্লুনা তমুবীনা হায়রে " ইনে । মানা চা থকসি হায় । চা চিনি থম্ফমসিবু ? "

খোমদোনবীনা নোকফেং তৌরগা " ঙসিদি ইমৌগী খূৎ ... " য়াহৈসি লোইফাৎত্রিঙৈদা "আঃ !!! " হায়বা অহৌবা খোঞ্জেল অমা তায় । য়েংশিল্লকপদা চাকখুমদু মৈবীগী মৈবী ঙাক্তা ওইনা উই । অদুদগীদি পোকখায়বগী হৌরবা খোঞ্জেল ! "

মীয়াম অমদি ফয়ার তেন্দর কয়া চঙনা কল্লবগী তুংদা খোঙ্তোরক্লিবা শেন্দাং অরৌবা ওল্লবা ইবোহলবু উবগা মথম্মোয়দা শোল্লকই তমুবীনা " করি থোক্লে ? ফাইনেল তাথ্রিঙৈ, য়ার্নিংদা থূপ্চিল্লেদনা । পীখোদনা শিফাইদা শাশিন্নবা পাউ । হৌজিক্তি ঐ শিরসু য়ারে । ইপুরোইবগী লমন খুল্লে । "

" ইমা, কবিগীনো নঙনা নখা চীক্লগা মূক্লম মূক্লম শোল্লিদুবো ? অদুমাইনা তৌনো, ঐ য়াম্না কিজে হায়বা ।"

মচানুপা ননাউনা থক-থক নোল্লকপদুদা মঙফাওনরকই তমুবী । মফি শেমজিল্লগা " ননাউ, নপানা ঐবু কদাই চৎলুই হায়না তকখৎলিসি তাদ্রো ? নহানঙৈ ঐনা থোং থাক্লুনা পীজরদে হায়দুনা মখা চীক্লুনা শীং-লিসি উরেদনা । ননাউ সিদগীদি ঐখোয়নিসু চৎলরোইসি ববা য়ারৌদনবা ।"

" ইমা, নুংদাংশি থেঙলে। য়ূমদা চৎনি হায়বদো চৎলসে ।"

" কদাই হন্দোইনো ? ববানা লৈবা মফমসি ঐখোয়গীদি লাইশংনে । সেঃ ইমা পোবিগে । তূম্মো । ঐ নপাগী চাক্তাক থোংদ্রিনে ।"

ননাউদু তমুবীনা পোশিনবিরে । ফি মচীদুনা সনাতোম্বগী মখোঙ (শরূ পোলাংগী)

অদু শেংদোক নাম্মোকই ।

খণ্ডহৌদনা সনাতোম্বনা লাউরকই “ ঐয়ো ... ।”

মথক্রোমদা য়েংখৎলগা “ কৈদৌরে অদুক কম্না লাউরকইদি ?”

“ নঙগী ষ্টুটরগী কিক্লা লৌথত্তুনা থুদেকখিবা খোঙ ওইগী খূরাইগী তুং থংবা শরূ মচা ফিবুলাদুদা অদুক কম্না তক্রক্লিবা করিগীনো ? ”

ইলেক্ট্রিক মঙাল্দুদা মুম্না য়েংলদুনা নাম্লি ফিবুলাদুদা । উই, তাঙবোম নাইনা শৌজিন্নরিবদু । মমিত্তুগী চেম্বরক্লিবা শাবুং শাবুংবা মহীদুনা খূৎনমদুদা ফোঙ ফোঙ শানা তারি । নাম্না নাম্না “ ঐবু ঙসিফাওবদা ঙাকপিদ্রিবরা ? ”

মণিপুর য়ুনিভর্সিটিগী লাইব্রেরি । সনাতোম্বা রিএক্ট মরক্তা লেপ্লদুনা চিংথোক চিংথোক্নুনা অপাম্বা লাইবিক থিরি । ফৎ লৈথোরকপদা তমুবীদা গ্রোং ! তমুবী য়াম্না ইকাইনা মফি মরোল লোইশিঞ্জে । অদুগা মরু লূকথরগা “ মীত্তু শোক্লে হায়রদি ইশানা খঙনা লেক্ত শীজিন্নবিগনি । শেল থুমগী নাতে চাদবা লৈরগসু অদুম তেঙবাংজগে ।”

সনাতোম্বা, মমায়দু ঙাংশং ঙাঙনা “ এক্সকুজ মী । বুথিদু ত্রাফিক্লা লান্না সিগ্নেল পীগ্রমাল্লে । শোয়খিবনি । ঙাকপিগনি ।”

“ লৈশাবী ঐঙোন্দা, অচীকপা মফমসিদা, শোয়খিবগী মিংদা চাক্ত লৌবিহৌববা নত্রো ? নুপানিদনা ।”

মদুমক্তি য়ৌনা লান্না লৌম্নখ্রে হায়বগী ৱাখলদা মখূত্তু থাংগৎলদুনা “ ওঃ ৱাখলদুমক্তি ... ।”

ৱাদু লোইনা তাদ্রিঙৈদা মতুংলোমদা মথন্তা খংচোং চোংথোকচরগা “ হায়রিমক্তদা শাংদোরক্লিবা নখূত্তুনা অমুকসু শোয়হনবিদৌরিবরো ? মশাগী ইজৎ কিবদগী থৌদোক ৱাথোক পূম্বা লোৎশিন্দুনা থম্বী নুপীদু ঐদি ওইরোই । লাউরগে ? ”

“ মদুদদি ঙাকপিয়ু ঐ নঙোন্দা খুরুম্নসু খুরুম্জরগে ” হায়রগা তৌফম খঙদনা স্বর চাউনা হোন্দোকই সনাতোম্বা ।

“ অদুদি, মহেরোই ময়াম তিনখৎলকপা মতমদা হিউমেনিতিজ ব্লোক মমাঙসিদা ফোংনা খুরুম্বা তাবা ।”

“ অসঃ! মদুদি ” হায়রগা মংথখি । মথন্তা শোঞ্জরকই “লাইফ সাইন্স দিপার্টমেন্টতা লৈরিবী মানা অংকগী সেক্সনশিদা কমদৌনা ? ”

মানা শোল্লিবদু তাগ্রমাল্লে তমুবীনা ওক্তুনা “ লাইব্রেরিসিদি মীয়ামগীনে ।”

“ ঐগী অশোনবা তাঞ্জাসিদা অমুক মখা তানা অৱাবা পীবিরনু । অদোম্না পীবিবা দণ্ডিদুমা ঐ য়াজরে । সরেন্দর ।”

নোকফেৎ তৌরগা তমুবীনা “ চাউবঙ ! নঙ ঙসিগীদি নচে ঐনা ঙাকপিরগে। অদুবু কান্টিন্দা করিনো খরদি কোংবা তাবা !”

' নচে ' হায়বা ব্রাহ্মেদুদা মথম্মোয়দা ফনা হাক্তচজরবসু, ইকাইখাওদগী " অদুদি থোক্লসি " হায়দুনা কাপথোকমিন্নরকই ।

কান্টিন তাবা ফুট পাথতুদা চৎনা চৎনা তমুবীনা " হয়েংঙৈ থেংনবদা ব্রামলি ব্রেলকম । কো, ইপ্পা ইবুঙো, লায়রবা খব্বা ! "

কান্টিন্দা, মেনেজরদা ওম্লেট অনীগা কোফি অনীগা ওরদর তৌরম্লগা কেবিন্দা ফম্লুই । হাক্তচবগী চাংদি অসুম হেনগৎলকই । ব্রা ঙাওনদে । মীৎ মরিদু অমুক্তসু মীৎচানদে । অদুবু সনাতোম্বগী অশোনবা তাঞ্জাদু লৌরগা তমুবীনদি হূরান হূরান পেন্না য়েংথোকখ্রে । ব্রেটরনা কোফি, ওম্লেট পীররে । মদু সনাতোম্বদি, মথমোয়দা নত্তনা মমিৎসু য়াওনা টুরদগী হল্লক্লিবনিনা খঙবিবজাৎ নত্তে । তমুবীনা মখূৎ ওঈনা মাগী কোফিদু পায়রগা য়েত্তুনা অতোপ্পা গ্লাসতু লাম্লগা পীবা শারদুনা তেবলদা লৈরিবা সনাতোম্বগী খূৎনমদুদা খরা হৈজিল্লি । তস্ পোক্রে । কমদৌই মোন্দ্রংদো । খংদুনা খংচোং চোংলকপদা তমুবীগী মখূৎ ওঈনা পায়রিবা অশাবা কোফিদু সনাতোম্বদা জোর ... । কোত্তু ফজরে ।

" করিনো অহৌবা লৈবিব্রা ? থা শিগদবদি ব্রাৎলিদা ?"

মমায় ঈ-মুক ঙাওলগা সনাতোম্বনা " সোরি । "

মথক্তা মুন্না খন্থুকবগা তমুবীনা " কোইজদদুনা, উশিৎপিদদুনা হন্দমুকসু ঐগী কোফি হৈদোকপিব্রবা নত্রো ? থাগৎচরি । ঐদি থক্তবা য়াদে " হায়রগা হৈদোক্তবা সনাতোম্বগী কোফি শকক্তু থাংগৎলগা চিংবা হৌই ।

সনাতোম্বা অরেঙ অরেঙ অসুম পূখরক্লবদুদা মখা তারুদনা মফিদা শক্লিবশিংবদু রুমালনা তৈথোক্লি ।

তমুবীনা ওম্লেটতু মচেৎ অমা শেৎলগা " ওম্লেটতুদি অদোমগীনে । অদুসু চাবা হৈতে, খরা ইনবিরকউ হায়বক্তদৌবিববা ? "

" য়ারে । ঐ চাজবরোই ।"

" হায়রিবসিনদি ঐবু য়াম্না লাওবা তাহনবিদৌরি ।"

" অদুগী নচদে ।"

" নত্রগদি য়োমশিল্লগা ইচাগী য়ুমদা পুবিদৌবিবরা ? অদোমগী ইচাগীদুদি ঐ লৈজগে।"

মমায় ঙাওনা নোকফেৎ তৌরগা " মমা লৈজদ্রি । "

" অদুনদি, কানটিনগী শেল পীদনবা ... । খঙজরে অদোমগী কলেজা " হায়রম্লগা ফুক হৌগৎলগা হোত্তুনা চৎখি সনাতোম্বনা হায়বা করিমফাও তাদনা । মেনেজরদা শেল পীখ্রে । অমুক চঙলক্তুনা সনাতোম্বগী মতুংদা লেপ্লে । সনাতোম্বগী কোর্টতু লৌথোকহনবোই মুনবোই তৌদুনা লৌখ্রগা ব্রা অমতা ঙাঙদনা কাপথোকখ্রে । ঙসাইদগী পূখদুনতা লাক্লবদুদা করি অমুক হায়রক্তদগে হায়না কিরদুনা করিমত্তা হায়দনা অদুম য়ুংদুনা লৈহৌরে পাংগল শোল্লবা মাঞ্জদো । পাংগল শোনবদো ! তনবা য়াবমখৈ তন্না ।

নোংঙাল্লগা তমুবীনা সনাতোম্বগী কোত্তু মনুং ফাওনা উবা পোলিথিন খাউ অমদা হাপ্তুনা পুখৎলক্লগা মমাঙদা হেক হেক চৎলি । পীদি খক পীদে । ' পীরল্লো ' হায়রবসু 'সৃদ্রি ' হায়রগা হেক্তমক মচৎখি । সনাতোম্বগী অয়ৌবী অচাকপীদুনি মানা শানরিবা লীলাসিনা হেক হেক খুদোল তৌরিববসে মহৌশাগী মহৌশাদা । মমান্নবীশিংনা হৎলক্লগাসু 'সনাতোম্বগীনি ' হায়না শেংনা অদুম মহায় । পাউদু সনাতোম্বনা মমান্নবী খরদগী দাইরেক্ত ওইনা হেক্তা মতারক্লবদুদদি নোংমা "ঐগীসু ইচন লৈ। খোবীসু । কদাই পীরকও ।"

তমুবীনা ফৎ লৈশিল্লক্লগা " থবক য়াম্না চিল্লবদো । অদুই মথক্তসু কাউরবদো । অদুম্না নুংত্তিগী হেক হেক নীংশিংলকউ । শূবিনিদা । ইম্বাগীবো ! নচে ঐ লৈরিসিদি ! "

ইকাইখীবা সনাতোম্বদু মথম্মোয়দা মোরোক শিংলাই হৌরগতা লৈহৌই । অদুবু "ঙসিদি করি হায়সিগে ? করি তৌসিগে ? করম্না কোত্তু থৌরুনি ? মানা পুরিবা খৎপু, মমান্নবীশিংদা শারিবা য়ারী খৃৎশা ! কয়া লুদ্রে । মসিনা অসুম মচৎখরক্লবদি ঐবু য়ুনিভরসিতি লাকপা ঙমখিগদরা ? "

য়াখলশিংশিনা মাগী মকোক্তুদা তৌবরি। ক্লাস য়াওদবমখৈ ঙসাইদগী হিউমেনিতিজ ব্লোকী মখাথংবা লম্ফাংশিদা নিংথমথাগী সোলার ইনর্জি এবজোর্ব তৌনা তৌনা অমম্বদা অঙানবা থিরি । মনা অমমম্তা ফোয়বতদা তিংগোইদু শগোল অমগী নোংমগী নোংখম্নবদি য়ারক্লদৌরে ।

" করি তাম্ভবগে তিংগোই ফোয়দুনা থিরিবদুবো " হায়রগা নাকন্দুদা দক ফমথরকই তমুবী। অদুগা মখা তাথরকই "শিকি অমা তাখিবদা লুপা পীবা কেন্দল অমা থাল্লগা তুমদ্রিফাও থিবগী ফিলোসোফিদুরা ? "

খংপ্রেক খংনা মমায়দু খংলৈ লৈথোক্লগা " ইবেম্মা, নঙনা ইনাক্তা নকশিল্লকপসে ঐ শৌবিং শৌবিং হেক্তা লাউই । "

" ওঃ, ডি. ও. তাদুনতা লৈবা থম্মোয়দুনকো ? য়াম্দরফুল ! সনাতোম্বা নঙনা তুবৎ-তুবৎ হায়দোরকপসে ঐগী নাকোংসে কয়াম লৈহাও চেল্লি খঙলব্রা ? নহান নোংমা ঐঙোন্দা থেংগাইবিরকপদুদা ঐগী থম্মোয় মচেৎ অমা হেক্তা নীংখায়খিবগী য়ানে । মচেত্তো থিবা অদুম খঙখিদ্রে । নঙগী ফুরিংখাউদককাক হেঞ্জিল্লকপ্রা হায়দুনা অমুক্তা য়েংবিয়ুনে । প্লিজ ।"

" তমুবী, নঙ মহাদেবগী সেবাককাদি পায়রক্কেকো ? "

" করিনো ইরন মাঙপ্রে হায়দুনা থিবা লাক্লগা ... । নত্তে, সনাতোম্বা নঙসে সুম য়েংবদা তুম্পক তুম্পক ঐদি পংনুংদা নুংঙাইবু ।"

"করম্না ? "

" ময়াম্না হায়নরিবা ইবানিসে মরী লৈনৈ হায়য়ে । সীবু চুমদৌরিরো ? ঐদি নঙোন্দা তানরুগে হায়দুনা ননাক্তা চঙলক্লিসিনি । কমদৌবা ? "

" সুমদৌবনিদা " হায়রগা তমুবীগী মনাক্তগী খাউদু তাপ লাক্লগা মাগী কোত্তু লৌথোক্লগা লীংশিল্লি । অদুগা গপ গপ চৎখি । তমুবীদি য়াম্বঙৈ নোকহৌরি । খৃৎনোক

চানোক অমা তৌবদুদা ' করিনো, করি তুংদা পক্লজাংনো ' হায়দুনা মখুত্তুনা মতুংংলোমদা মারুবদা কোত্তু নগন্দা হোত্রোং হোবা থেংনরকই। লৌথোক্লগা য়েংলুবদা ট্রিগী মমায়গা লাওবা মান্নবা পুল্লপ চাকথেক্লগা হোত্রোং হো!

ফুরিত্তু লৌথোক্লগা, য়াম্না ফিংশাউননা চঙশিল্লক্লগা " সীদি নবাদুদা হেক লীংহল্লুয়ো" হায়রগা তমুবীগী মমায়দুদা কোত্তু লংশিল্লকই ।

মতৌদুদা তমুবীনা শিথ-শিথ নোক্লগা " ইবা ওইদৌরিনি হায়দুনবু নঙোন্দা লীংহল্লিবনিনে বুদু " হায়রল্লগা ফুক হৌগংলগা চেনখি তমুবী ।

উপাই লৈত্রবা সনাতোম্বদু তমুবীদা অমুক য়েং, তাহৌরবা মাগী কোত্তুদা অমুক য়েংদুনা লৈরম্বদগী লীলাদু মীনা দর্শন তৌগ্রবজাংলা হায়না কোয়না মী য়েংলকই। কনাসু লৈবা উদবদুদা চঙশিল্লগা কোত্তু খুনগংকে হায়না মখুং তিংথোক্লবদা " হুয়েংবুদি লীংলনিয়ে, মহুৎ অহনবা অমা। ঐনা থোঞ্জগদৌরিবদুগী দেলিভেরি দেথনে হুয়েংসে, লায়রবা খল্বা " হায়না তমুবীনা লাপুক্লনা হায়রকপদু নাদগী থোপ য়ৌরকই।

তমুবী স্কুটর অমা তোংলদুনা য়ুনিভরসিতি তম্না পাইশিল্লক্লি । সনাতোম্বদা খুদোলখিনবা তূরবা কোত্তু য়াওরক্লি। বাখলগী নুংঙাইবগী ঈপাক্তা মথুম-মরাঙ হৌরবা থম্মোয়দুনা ঙানু মচাগুম ঈরোইদুনা ঈথক্কী তাহাদুদা জগোই শারি । হোরেল কোত্তু পীবদা সনাতোম্ববু করম্না শানশনশিগে হায়না মঙ মঙদুনা লাক্লিভৈসিদা লাপতক্লা তান চানরুবগুম লাপুক্লা চংলিবদু হেক উরক্লবদা মঙদু ফিল্ম তারকই। য়েংলোমদা হেনগংলি — অতূম্বা থম্মোয়দু হৌদোক্লবা। নো চান্স। অদুদি সাইদ লাম্না ওঈরোমদা হেনগংলগে। ঙাথু থেংথুদুনা বগল লৌই। সনাতোম্বদু খংবোই পাখংগোই খংচোং চোংথোকখি। য়াম্না ঈ কানা " নোয়োম্দুবু য়ূরব্রা ? নত্তে, সাইদ মথোঙ মরম খঙদবীসিদবু ড্রাইভিং লাইসেন্স পীনি হায়দুনা পীরক্লিবা ত্রান্সপোর্ট ওফিসারদুগী মকোক্তু ফিদ বেক মেকানিজমদা এলাইনমেন চেন্নরল্লোই হায়বসি ইচিনশিনদি হায়বা ঙমজরোই। ( মখুংনা ফুরিংখাউদগী কলমদু লৌথোক্লগা ) হেল্লো ড্রাইভর। সী করিনো ? ".

" কলম।"

" হেদ লাইটফাওদি চাক্তি " মথক্তা লুখম গ্রো গ্রো হোংলগা তৌফম খঙদনা " করিদনো মানা শোইরোল্লিসিদি ? নমায়দা করিনোমা পক্লে।"

তমুবীনা মমায়দা নাম্বুরগা " য়ারব্রা ?"

" য়াম্রি। থোঙদো অমুক্তা তক তক কাওবিয়ু।"

মথোঙদু কাওরগা " করিনো নঙনা ঐবু শানরিসিবু ? "

" লিংলি নাউরিসু অতং অরাক য়াওদে " হায়রগা শ্বর চাউনা হোন্দোরক্লগা অমুক " কোক্কী আই. সী. ফেল ওইরবজাংলা ? । বারৌবিবা য়াদে। সুপ্পাক অমতং ... অনী অনী মঙা।"

" নো। মরি।"

" হাই, আই. সী. সু য়ারিবা মাল্লি । অদুদি কদায়দনো মানা শোয়রিসিবু ? নঙগীসে কয়াংশিংগী কোলাবোরেসন্দা এলাইনমেন্ট অমা ইচা শাশিন্নদবগী ফিদ বেক মেকানিজমদা নেগেতিভ রেস্পোন্স লাকপা মাল্লি ... ।"

" অদোম্বু থাগৎচনবা ঐগী লোন, ইশানা হৌজিকফাওদি খঙজদ্রি । পৃথিবীগী গ্রেভিটিনা চিংশিন্দুনা লৈমায়দা তারক্লিবা পোত্তুগী মরাল ! ঐ সূকখেঙ থেংনখিদ্রি । সেঃ" হায়রগা কোত্তু পী ।

" শিংলিবা হায়দুরা ? "

"ঐসু, নত্তেদি হায়খিদ্রি ।"

" আঃ ... আঃ... " হৌরবা খোঞ্জেলদুদা জ্ঞান খংতা তারকই তমুবী । পূমঙক ঙকই । হাইরপ লৈথোক্লগা হন্না য়েংলকপদা য়েংলোমদা, সরক ময়ায়মক্তদা শল্লগা তারি সনাতোম্বা । সাইদ লান্না হেনগৎলকপদা কিক্লা চেনখ্রমাল্লে হায়বা মথন্তা জ্ঞান তাজরকই ।

"ইমা । ইমা, নঙনা নশা থক থক নীক্লিদি কৈগীনো ? ঐদৌনা নঙসু কিরব্রা " হায়বা মচাগী খোঞ্জেলদুনা মঙফাওনহল্লি তমুবী ।

" কৈসু তৌদেদা । তুমদ্রিবরা ? তুম্মো তুম্মো । ঐ, বারৌগনবা নপাগী সেবা বাংলিনে । ফমসু থাদ্রি । বা ঙাঙদ্রিবসে উরেদনা । বারৌগনখ্রবা ।"

থক থক লোমদুনা, ননাউগী নীংদুদা পোপ পোপ য়ৈবিদুনা থেম্মী । ইলেক্ট্রিক বম্বতুদা য়েংলগা " থা থা, থাবুংতোন, নচা মোরানবী পোবিগে ... " গী নাউশুম ঈশৈ শকপিরি ।

" মফমসিদা, মতমসিদা নঙবু কনবিনবা কনাসু লাক্লরোই । হৌজিক নোংয়াই মতুং পূং অমা । নশানা খঙনা । নথ্বাইগীদমক হকচাং পোলাংদো ওপন ! "

খংপ্রেং খংনা য়েংথোকখিবদা এতেন্দেন্ট অঙৌতোন্না মখূত্তা অরংবা থাঙ মচা অমা পায়রগা মতুংদুদা ইরাপ লাপ্তুনা মুক্তুনা লৈরম্মী । তমুবী পাখত্তে — মরমদি মদু নুপানা নুপী অমবু খুদুম চন্নবা হোংনবগী মহৌশাগী ধমকিনি । অদুদি কমদৌনি ? হৌজিকপু হিংনবা খম্বদবা য়ারিবরা ?

ঙাইজবা মীকুপ্তু ফংলবগুম, কামনা শুক্কাংলবা মীনোক অমা ময়াদি কাখত্তনা নোক্লগা " দদা, থাঙদু করি মথৌ পাঙথোকহন্দৌরিনো ? তঞ্জব্রা ? তাঞ্জাসিদবু ফংনবা খৌরাংনা ঙাইজরম্লগা ! ঙসাই দদানা হৌদোকপিরকখিদবদুগী বারৌদুনা লৈজরম্লিবনে । ঙাইঙমদ্রবী ঐবু মখা তানা খৌরাংহল্লনু । লাকও " হায়রগা নোকফেৎ তৌই খৌগংলবা মীয়েংগা লোয়ননা ।

মানা খল্লম্বগা তৌথোরক্লিবদুগা পূমওন ওন্নরবদুদদি পূমঙক ঙকই অঙৌতোন । খনফম খঙদে, তৌফম খঙদে । করিনোনে তৌরিসে ? মঙলনে সীবু ?

মচাদু তেবল অমদা শুমজিল্লগা শেংলি লীংলিবা মশাগী ফিশিংদু তপ্না তপ্না

লৌথোকপা হৌরকই ঋীগাশিং নত্তনা। অঙৌতোনসু।

চঙশিল্লক্লুনা অঙৌতোনগী মনমগন্দা নানবা হৌরকই । অঙৌতোন্না ফং লৈথোরকপদা " ঙাইখো মুলহনখিসি ।"

" অদুনা ফগদ্রা ? "

" ইপুরোইবসিনা হেক লৈখিদবদগী ঙসিফাওবদা ফংলক্লুবা ইন্দ্রিগী ইখৌ লাংবশিংদু ঙসিদি কোক্লগনিদনা। নুপা অমদা য়ুম পান্দুনা কোক্লগদবদুসু সমাজসিনসু ঐবু ইম্বোক্লুনা থম্বীবতা নত্তনা জেলদফাওবা থমজিনবিখিবনি ।"

" করিগী ? "

" ঐগী ইপুরোইবসে দ্রগ এদিক্ট! এইদস্ পেসেন্ট ।"

"হাঃ! " য়াম্না ঙকপাখৎনা মথন্তা হায়দোকখি অঙৌতোন ।

" মহাক্না ঐঙোন্দা তম্বিরম্বা খুদোলদুগী মহৈনি ঐবুসু মীয়াম্না জেলদা থম্বীখিবদু। অদুবু ঐনা হিংলিঙৈসিদা লায়েংবা ঙম্লে হায়দুনা ফিজিক্সিয়ানশিংনা হীদাক লাংথক পুথোক্লরকপসু কনানা খঙগবা! অদুম্নবু এদভান্স ওইরক্লগদি ঐসু দদাগা পুন্সি তোম্লোইনা হিংমিম্নগনিদনা।"

মমায় খংমক মকশিল্লবা অঙৌতোন্দু চেন্নবা মফি মরোলদু লামদুনা লৌগে তৌরকপদা তমুবীনা " ইন্দ্রিগী ইখৌলাংবা কোকহল্লমদনা দদা নঙ চেনখিবা য়ারোই " হায়দুনা শয়েঙদু পায়দুনা য়াম্লি ।

য়াম্লক্লিবদু লাক্লুনা কম্বোক্লম্লগা মথায় হিংজনবগী লম্বীদা হোত্তুনা চেম্বোকখি অঙৌতোন মশাদা ফি অমত্তা থোংদনা । করি মাল্লমদৌ মাম্লি ? মী হায়বসি য়োংদগী ওম্লকপনি হায়বসি অম্বায়দা চুম্নজাৎলা ?

মফি মরোল শেৎচিল্লে । শব্দ পোলাংদুগী মনাক্তা চঙলক্লগা " ইবুঙো, ননাউনুশীনা ইশাগী শক্তিম্ব ঙাকপা ঙমজনবগীদমক ইবুঙোগী মাংদবু ওইরসু তুংদবু ওইরসু লংজখিবা ইরাল পৃম্বা ঙাকপিয়ু। মরমদি য়েক্লববু খুদুম চনগে হায়রবদি ঐনা মনাক্তা নকশিল্লুদনা খক ঙম্বা হৌনদে । অদুবু মানদি ঐঙোন্দা হেক্সিম্না নকশিলহল্লোইদবনি । ননাইবু অমুক লৌখৎপিরো । হৌজিক ইবুঙোগী সেবা ফংহনবিরো ।"

চঙশিল্লগা শব্দ পোলাংদুদা কোন্সিল্লকই । মখুত্তুনা মা মাদুনা তল্লকই । ওসিপেতেল বোন্দা লৈরিবা নোংমৈ মরুনা ফাওদোক্লুনা চৎখিবগী অহোবদু থেংনরকপদা কোকচাওবী ফুং কারকই ।

চেম্নুরবগী তুংদা, ফাদোক্লদুনা লুহোংবগী মতম লেপ্লম্রে । হয়েংদি লুহোংবনি । ঙসাই অয়ুক হৈজিংপোৎ পুরকম্রে । য়াচঙলকপদগী হৈজাবগী লাঙলম্বা মমানবীশিং থেঙজিল্লক্লবদা চবা থকপসু লোইরদুনা হম্নম্রে । মথুম মরাঙ হৌজরি তমুবী । মাগী কাসিদা, পোলাংদগী কুন্দোদু য়াংকোক অমদা হৈদোক্লুনা পরেং লেংলি থম্মোয়গী সুরশিংগা

লোয়ননা । মরী মরী থোরকই চেন্দুনা ব্রাইথুংনখিবা নুমিৎকী দৃশ্যাশিং ... । মদুগী ফল ওইনা মতম হেন্দোক্লফাও চাকখুম চাং অদুম নাইরক্লবনি । মসিগীদমক মানা থোইদোক্লা খল্লুদ্রে । খনবা হায়ববু নুপা ওইরক্লবদি ফৈ অসিতনি ।

পরেং অমা লোইদ্রে । অনীশুবা পরেংশিসু লোইশিল্লক্লে । পরেং অনীদু পূল্লা সনাতোম্বদা মানা লৈ কোয়বা লোইরদুনা হূকই । অমনা মঙকশমদা খাকহৌরগা অমা লৌথোরক্লগা সনাতোম্বনা মঙোন্দা হূক্লদবগী মখূৎ থাংগৎলকপদা, কনাগুম্বা অমনা মাগী মখূত্তা তপ্লা পায়শিন্দুনা ফারকই । জ্ঞান খংতা তারক্লুনা য়েংথোরকপদা মানা লৈ পরেং লেংবা লোইরদুনা মচীন অনীদু কিশি কিশিন্নরগে তৌবদু মমান্নবী থরোশংবীগী মখূৎ অনীনা ফাবা ওইরল্লে ।

" থরোশংবী, থাদোকউসে, তৌহেদে । কিশিশিদং কিরগা লোইরে । নোংসু ঙান্দৌরল্লনি । ঙসি অহীংসে ইবান্নি তৃম্মিন্নরসি । থাদোকও হায়বা সে ।"

থরোশংবীনা মমিত্তগী মপী অর অর শিঙ্খরদুনা মখূৎ অনীদু থক-থক নীক্লিবদু উরকই তমুবী । তমুবীনা কিশিদু কিনবা হোৎনৈ, তমুবীনা ফানবা লাক্লে । মদুদা তমুবীনা নোক্লদুনা " নঙগীসে, ঐ লুহোংখ্রদি নথন্তা ঙায়হৌরনি । কোয়বা খোৎপদা নথন্ত ফরক তাহৌরনি। অদুনা ঐ লুহোংখিবা য়াদ্রি হায়বা নত্রা ? ইবানিসিবু নৌরিব্রনে ? নঙগীসু কুইহল্লরোইএ । অমুজাউদো ঐনা ময়ূমদা চৎলগা হেক্তা তক্লুরগদবনি । অদু ওইরবদি খূৎসি থাদোক্লোদনা হিংচাবী " হায়রদুনা পেন্না নোকই তমুবী । মানা নোকপদু হেক লোইশিল্লকপদা মপাল্লোমদা মমাগা মনম্মগনা খোঞ্জেল থোক্লা কপ্লক্লিবদু তারকই ।

ইঙক ঙকই তমুবী । তাঞ্জাদুদা থরোশংবীনা মতৎ মতৎনবা ব্রাহৈদা খোঞ্জেল নীক্লা " ঙসাই য়াচঙবদা শিফাইশিংনা ময়ূমদগী ফারগা পুথিবনি হায় ।... অদুদগী থিনরকপদা হৌজিক্তা পুলিস স্টেসন্দা ফংবনি হায় । শিফাইশিংনা থিল্লক্লম্বা । কাপ্লবদা শিবনি হায়রম্মী হায় । মাদি লালহৌবা য়াওবা মীদি নত্তে ।"

তমুবীনা শ্বর মপী চাউনা হোন্দোরক্লগা " ওঃ! তা'মুজাউ । নঙ থরোশংবীবু থাদোক্লল্লগা চৎলবকো ! "

থরোশংবীনা পেল্লা কপথোরক্লগা " তমুবী, মহাক নত্তেয়ে । সনাতোম... ।"

" হাঃ! " হায়রল্লগা তপ্লা ভুথরকই তমুবী ।

" নঙবু করি খল্লিবগে ইবেম্মা ? "

" ইনম্মা, করি পাউ তায় ? "

" ঐসু নঙবু শেল্লদুনা হোসপিতালসিদগী হেন্দোক্লবনিনা থোইদোকপা তাদ্রে । ঐনা তাবা হায়ববু মায়কৈদুগী মৈরা পায়বী, ক্লব সংস্থান ময়াম হৌদুনা লম্বীদা ফমজিন্দুনা হৌজিক হৌজিক লম্বী থিংলি । সরকারনা মরাল লৈবা সিফাইশিংদু ফারগা মীয়ামদা শিন্নদ্রিমখে মোর্গতগী অশীবা হকচাঙ লৌরোই হায়দুনা লৌদ্রি । চিফ মিনিস্তর উনরম্বদদি, অশীবদু লৌবিরো । লুপা লাখ অমসু শোরাৎ নংনবা পীরগে হায়রে হায় । ব্রান মেন

কম্মিসন অমা শেম্লগা জুদিসিএল ইনক্বারি তৌহল্লনিসু হায়নৈ " হায়রগা ফমুং মচাদুদা তুমিন্না ফমথরকই ।

" মথাদি ? "

" সনাতোম্বনা হিংলিঙৈদা মাগী মশাদু হান্না মেদিকেল কোলেজদা দান তৌথোক্লম্মাল্লে । মরমদি মহাক মেদিকেলগী সেলেক্সন্দা, অচুম্বা পাম্বদগী শেল পীহৌদদুনা এম. বি. বি. এস. তম্বা ফংখিদবদুদগী নীঙমদবা অমা লৈখিমাল্লে । অদুবু হৌজিক মাগী মমা মপানা নঙগী মত অমতং ঙাইরি ।"

পেম্না কপথোক্লরগা মতং মতংননা " ইনম্মা, মাগী অনীংবদু থুংহনখিবনা ঐগী অপেনবনি । অদুবু ইনম্মা, মানা শেংলম চারম্বা ফিরোলদুনা মাগী মহুৎ শিন্দুনা পোৎলোইহীমু । পোৎলোইহবদুদা ঐবুদদি মৈ কোয়বা য়াওহনবিমু হায়না হায়জরকই হায়না ইনম্মনা পাউ অমত্তা য়ৌহনবিখো ।"

" অদুথক্তরা ? "

"ইনম্মা, কৈদৌনি ? লোইরেদনা হন্দক মপোক্কদি ! হৈজিংপোৎ পুবগী অহীংদুদা ইখুৎনা লেংজরম্বা, কিশিদি কিরমদ্রিবা কুন্দো পরেংদো, কিশিদু কিশিল্লগা মাগী চিতাদা ওইনা হুকপা তারেদনা । ইনম্মা, ঐগী লুহোংবগী নুমিত্তা, মান্দব ময়ায়দা মীয়ামমাঙদুদা মঙোন্দা লৈ কোয়বগী মহুত্তা, তুরেল খোঙবান্দা মাগী চিতাদা ওইনা মৈ কোয়বা তারবকো ! " হায়রম্লগা কনানসু খাম্বা ঙমদনা পেম্না কপথোরকই ।

"ইমা, নঙনা কপ্লিবদুবু করিগীনো ? "

খংপ্রেক খংই তমুবী । হন্না য়েংথোরকপদা ননাউনা মাগী ফীজী পায়দুনা লেপ্লম্মী।

" ফমুংসু নত্তবা তেবলসিদা নঙনা ইথত্তা তুমহল্লম্লগা নঙনা হৌগৎলল্লিবা ? "

মপীনা পুমচোৎ চোৎলবা ময়ায়দু লোম্না তৈথোক্লগা " ননাউ নঙ' ববাসে মশক ফজদ্রা ? নুংশিদ্রা ? "

নোংঙাল্লমদাইগী লাইশংগী শরীক্লা কাং কাং হায়না খীঙলকপগী মখোন তারক্লবদা মচাদু পোখৎপিরগা কাদুদগী মপান থোরক্লে তমুবী ।

১—২১ জানুয়ারি, ১৯৯৮
মণিপুরী বস্তি, গুৱাহাটি

# পাউখুম

লমতাগী তবামরিনি পানবনি । নোংয়াইনি । থা মচা অমা ডিগ্রি ৬০ গী অহ্বাইদা থোক্লি । থাবলগী বাদি মথায় থায়নঙৈদগী হায়নরক্লেদনা । নুংশিত্তি লেংলি-লেংলি শীংলিব্রা ? শীংহল্লোই হায়রসু তোকও । হয়েংদি য়াওশংনি হায়দুনা লাওনবম্বা ময়ামদুসু লোইনা বাস্থনখ্রমাল্লে । য়াওশং কোয়বিব্রা হূরানবগী ট্রেনিং তৌরিব্রা, অওকপা অঙাং খবদি মথৌ চিল্লি । মবক-মরক্তা মকু অমতংদি খোংলক্লি । সী. আই. দি. রা ? মচী-মচী খরদা হুইশিংনা য়ৌ-য়ৌ খোংদুনা অহীংগী কর্ফিউ থুগাইবগী রিপোর্ট তৌরি । অঙাং খবনা কোবি ফুক্লবি, খরনা আলু খোংলি , খরনা তিলহৌ ফোয়রি, খরা অমনা বা য়াল্লদি মপুনা তাখিনি হায়দুনা অথৌবা থাওশিংনা বা ঈংলি, হোরাইনা লেল্লি । অয়াবা ঙাক্তনি । খরনা হবাই কুল্লিঙৈদা মপুনা ফাদুনা থীংলি । চরু শংপদা লুন্নম্বা মপুদু চরুগা কোন্ননা ওস্থরক্তুনা কোল্লগা রেষ্টলিং তৌনখিবা... অসিনচিংবা । মফম খরদনা মাইক পান্দুনা অমগা অমগা লাউশিন্নবা, গঙ্গাগী ঈশৈ শক্লবা য়াওরি । তূম্বা য়াদ্রবা মীওই খরনা নুংশিনা বর পীরি । লেপফং ফংহল্লিংদ্রনে নওবো ?

লৈকায়সিদা থোইদোক্লা কোক বাংবা থৌবা ঙন্তানা ফম্মুংদা শেখরুরগা হৌগংলক্তুনা মখুত্তা থাঙ্গোল অমা, কোটি থৌরী অমা অমদি বোরা অমগা পায়রগা য়াম্না জ্ঞান তানা কাপথোরক্লে । অসুম লাকপনা মংলেমথোয়গী মনা অমত্তা পান্দ্রবা, মশা ঙাক্তা ঙায়রবা, অদুবু য়োংচাক্লা তেকথঙৈ পাল্লিবা নেমতকপা য়োংচাক পাম্বীদুগী মখোওদুমক্তদা অতিথি ওইরে । মী কুরুপ কুরুপ য়েংলম্লগা য়োংদৌনা ফন-ফন চোংখংলদুনা পাইখংখ্রে । পুরা য়োংনিদা ! মতোন ওইরূপ তৌবা ফম্ফম নুংঙাইবা কারোংদুদা ফমগায়রগা, কোটি থৌরিদুনা হল্লগা কোংশিন-কোংশিন্দুনা য়োংচাক চরোংশিংদু লামশিল্লগা থাঙ্গোলদু মথৌ তৌহল্লি অদুগা বোরাদুদা হেক-হেক

পোখাহল্লি। মখুৎনা নাল্লুবদা থেংনরকপা তোঙলবা বোমশিংদু উবোই-উদবোই য়েংজরগা লৌখৎনিংবনা ময়াদুদগী মহী ওরো-রো থোরকই থৌবা।

য়াওশং কোয়বা অঙাংশিংগী চৌকিদার ওইদুনা মপোৎ মচে শঙলম্বা মপু মংলেম্মা, তৌরিবশিংদু মকোক্তগী হৌনা দর্শন তৌরম্বদগী মাগী হায় তেন্সনগী মিহন্দু ভোলতেজ ইহন হল্লো হায়বা ইয়া য়ারক্রুবরা করিনো য়োংচাক পাম্বীদুগী মনাক্তদা শহুম থোকহন্দনা চঙলক্লগা ব্রার দিক্রিয়ারগীদমক লানবন শঙ্গাখ্রে। মখুৎ ওইদুনা তোর্চলাইক্তু ঙাল্লা থৌবদা কাপখৎলগা মখুৎ য়েক্তুনা লীচৈদু পায়রগা এস্পুস তৌননবা এন্দো " থৌবা। নংদি মফমদুদা কৈদৌরিবা, হাঃ ?"

মথক্তুদগী ইতপ তপঙে খুন্নকই "শজিক ফানগে তৌবনিদা।"

"য়োংচাক মতোন্দবু নহোয় নপানা থারম্বা শজিক হৌব্রো ?"

" হৌদদনবু কুমথরক্লিবশিনি " হায়রগা শৃ-শৃ নাহুরকই।

মখা য়ৌরক্লবদা মংলেম্মা বোরাদু ফাক্লুবদা য়োংচাক খরা লোম্না কুলহল্লম্বদু উরদুনা ঈ কানা, অরোইবী ভোলুমদা "সি ' য়োংচাকসিদি... ।"

মংলেম্মা ঙাওলিবদু লোইফাৎত্রিঙৈদা " ইমানা কৈথেন্দগী লৈরকপনি। তামংলেমদা চরা'মা চাউ হায়দুনা পীরম্লবা পুরকপনি। তামংলেম থেংনবা য়াম্না ফরে। মসে খরা পায়শিনখ্রো। ঐ খরা থুরে, চঙসল্লরোই শাউ য়াদে " হায়রগা বোরাদগী য়োংচাকশিংদো লৌথোক্লগা পীশিল্লি অদুগা থুনা শানখি থৌবা, মংলেম্মা ইঙক ঙক্লিঙৈদা।

মখুত্তা পায়রিবা লীচৈদুনা অমুক্তা ওইরবসু লৌখজরগে খঙ্গরম্বা মংলেম, সঙ্কিগী সহি তৌনদ্রিঙে' তৌথোরক্লিবশিংদুদা, তৌফম খঙদনা তঙক-তঙক য়ুংদুনা লৈহৌই।

হেরো হুরানবা মানা লাকচহনখিবা য়ারোইদা হায়বগী ব্রাখন্দা " হাই, নঙ চংখিবা য়াখিরোই। ঙাইখো, ব্রা ঙাওনখিসি।"

তাঙ্গাদুমক্তদা খোঙথাঙগী ফ্রিকেক্সি হেনগৎহল্লদুনা থৌখনা " হয়েং অদুক উনরসে। হৌজিক্তি ঐ মান য়াম্না থানিংলবদো !"

"হাই, নঙগী মান্দু স্বাইদা অদুম থাউ। ব্রা ঙাওনদনা কাপখিবদি য়াখিরোই "

থৌবনা মফে অনিদু চপশিল্লগা খাঙঙমদনা "তামংলেম, ঐনা থানিংলিবা মানসে নম্বর ব্রান নত্তেয়ে, নম্বর টুনে, টু। নম্বর থ্রী, নম্বর সিক্স নৎত্রগা নম্বর আইট অচেম্নীশিংনা দর্শন তৌপ্রগা উশিত্তে, ব্যবহার লপ্তা কৎলি হায়দুনা ইখাজাইসিদা নম্বর ফাইভ ওইনা দক্ষিনা তৌশিল্লক্লোইদ্রো ? ঐ য়ৌরে। লোংমা অদুক উনরসে " হায়রল্লগা হোক্তনা পাইখি।

ব্রাহৎ খুদিংমক চুশিম্নরবা পাউখুমশিংদুনা মরম ওইদুনা মখুৎ থাবা ঙমস্রবা মংলেমগী মকোক্তু ইথা থাজদনা পোকখায়রকপদা অঙক খুদমগা, অহং খুদমগনা মায়কৈ সলাই খঙদনা পাইথোরকই,!!!???!?!?!?!?!??!

তাং ১৯/১০/১৯৯৪

# লালহৌবা অনী

য়ণ্ড-য়ণ্ড লাউখৎলক্লিবা উচী নহা অনী। কনামফাও কিবিবজাৎনি। চানিঙদবা, চীক্লিংদবা, থক্লিংদবা কুসি। লাং থাক্লদ্রসু চিং। মীওইবনা চৈনা থাজিল্লুদ্রসু ফন ফা, সীং-পা অদুদগী চিং। তোপ এক্সট্রিমিস্ট ব্রদরস্! গোরিলা ৱারফিয়ার! অদুবু মখোয়নীনা কিদবসি অৱাংথংবা য়ুমদুদগী হেক হেক ফুং ফা তুর লাক্তবা হৱাইমান্দুনি। মাগী মরমচৎসে করিসু ঙঁ কাদে। বেটচ অমতগী মচীন মনাওশিংদু মাগী মচীনগী মংফমদা করতে করতেদা লোইনমক লোইশিল্লকখিদ্রবনি।

"মাগী মণ্ডকশমসিদা শরীক অমতং থাংলবদি ঐখোয়নি হিংগনি।"

"অদুগী শিবগী ট্রেনিংদুদি নঙনা পক্লরোইদ্রা?"

"সাহেবশিংগী কোক পূন্নরিরা?"

"অদুদি, নঙ মাম্মা শৌক্লি ?"

শোং পেক লাউনা মখোয়নি তমদনা হুসঃ! ফন-ফা, চীং চা, তিংদাং-তিংদাং! হায়জম, লোংজম, মরাথোন রেস, উপহুন, লোংহুন ... ইভেরি থিং প্রাক্তিস্ ৱিথ কেপেবল ষ্টেমিনা! ফ্লাইং দশা! মায়গে শলাই পূমখণ্ড! খাদা ৱাংদা য়েঙ্ য়েঙ্!

হৱাইমান? কোম্বিং ওপরেসন। ওপরেসন তোটেল ইলিমিনেসন! নো সক্সেস্।

"মথংগী এক্সুস্তদি নখোয়নী খণ্ডনিদনা! শূকশায় শায়দনা ফৈনদুম য়োংকে।"

কৈসু তন্দনা, তিংখত্তনা হৈনিংনা, করিসু খন্দুনা, হনখিদ্রে ময়ুম্লোমদা হৱাইমান।

## ১

অমদি, খাওতপ নানা য়াওদ্রবা য়ুশুং খরাংদুদা শররর ...। ওলেম্পিক্কী স্বিমিং পুল। হান্নদি অসীগুম্বা প্রেক্তিসসি হেক হেক তৌরকপনিনা মহাক হৌজিক ফ্রী ষ্টাইল,

বত্তরক্লায়দা গোল লৈবা এরেনাদুদা করিসু ঈরোইদে য়ারগদি মখায়দু হিংদনবা । খরা খরা মীংশিল্লক্তে ময়াদা । মাসু মদু কৈসু থকই । থনকোক ! নিশা পানখৎলক্তে । ইনর্জি য়াওখৎলক্তে । অদুদগীদি গুসাইডে চোংখৎপদা করিসু গুন্নম্বদু হন্দমূক্তী খূৎচোঙসিদদি খরাং মপান্দুদা চপ লেপ্তুবগী য়ানিনে । উরুরু লৈরগা করিসু থিগৎলক্তে হুরাইমান্দো । অদুগা মখৌ পোঙনা করিমফাও লাউরক্তে " কদাই চৎখ্রে ? নুপী মানা কয়াম ফাওগে য়েংগেনে । ইদ্রুদুর নঙ নঙকু হিংথৎ থৎলগা ঈ চূপকেনে ।"

২

অনীগুবদু, গুরাংদগী করিমফাও লৌখৎলক্লবনি । মানা লোৎলূদবা মফমদা লৈরমদবা চাবা য়াদবা পোৎশি চীক চীক্কুনা য়েংদে । গঞ্জা ময়োম ! অস্ঃ!

" হুরাইমানশিনা মশাসি পীকশিল্লগা য়ু খরাং মপানসিদা ঐবু লুপ্লিসি য়েংঙু । ঐনা মফমসিদগী থোকসূ থোকপিরোইদবদা । তুরোই ঙাম্লোই চোংদুনসু কাতাসু চৎলিনে শঙ্কাসিগা !"

য়েংনা য়েংনা করিসু উইথরকখিদ্রে ।

অকায়বা থা মচেৎ ! কেল্লকদৌবে । তাঞ্জসিদা কদাইদগীনো তুরোই ঙাম্লোইদবা শাফদবা মখোয় অহুম য়েংনরদে 'থানি, নুমিৎনি, অমত্তা লৈতে' । অমনা তোর্চলাইটতু কাপখত্তে মচেৎসি তম্না । মশা করিসু হাইদবদুনা য়াথং তাউথরক্তে "তোর্চকী মৈঙানসিদা নপ নপ্পুনা কাখৎলগা অশেংবদু য়েংলুচো । য়াদ্রদি নথবাক শেগায়রগা ঈ চূপচনি ।"

মমিৎ ঙাঙ্ঘদবদুনা " তক্সি । ঐনা লমখাঙদা লৈরিঙৈদা নঙনা মৈদু মূথৎলক্লবদি তারক্কুনা শিনি ।"

ময়াদা কোংগোল করিসু কাদবদুনা হায়রকখিদে "পোৎপু ফংনি হায়রদি ঐ কাগেনে ।"

দিসেম্বর ২০০০

# কাইবিরমদ্রবা লূ

লূহোংবগী বার্ত্তম্নি মাংগোলদা ঙাম্লোইরম্লিবসি । ঙসি হকচাং কয়া নুংঙাইতবদুদা প্রেস ওফিসতগী ঙস্তানা হনস্লগে হায়দুনা হল্লকপদদা থেংনবনি মাংগোল মচীসিদা । মমাসু অঙাংশিংসু অমত্তা লৈরমদে । লমদম কৈদবু চেক্লা শাখপ তোয়খ্রিবজাংনোনে ? অঙাংশিংনা খূল্লগা পুথোকখিদ্রিঙৈদা থৌবু খঙহৌগে হায়দুনা খূনগত্তুনা মীৎয়েং থাথরুই বিনিতগণদুদা । অনীশুবদা ইরিবী মমাদুগী মমিংদু হেক উরুবদা ইশাদা হায়ফম খঙদবা করিগুম্বা অমা ফাওরকপগুম তৌই । তপ্না চঙশিল্লগা অলার্ম চিয়ারদুদা ফমথদুনা লোংলপ্লা শাংদোকই । ময়েক শেংফাত্তবা চহী কুনমঙামুক্কী মমাঙগী চেনা অমা হাইদোরকই ।

"কনা কনানো ? "
"ঐখোয়নে ।"
"ঐখোয় হায়দি ? "
"নঙনা খঙবিদবদো ।"
"অদুদি, ... কদাইদা ? "
"মফমদুদা ।"
"করিগী ? "
"... মরমদুগী ।"
"মরম হায়বদি ?"
"নঙনা খঙবিদবদো ।"

মাহৈদু হেক পল্লকপদা মানা নন্দিনিদা খুৎনিঙনা তক মাই । করিনো হায়বদি খঙদনা মূরূম মূরূম শোম্নদুনা য়ারক্কা নাকোংগী লিঙ্ক অমা সহু লেমখি । মখোয়গী কম্পুটরাইজ কোট লেঙ্গুএজদু ঐগী তুম্বাশিনা লামশিনবদা কমুনিকেসন ফেল ওই, থোইদোক্লা মথা

শোইরোম্নসু নত্তে । মখোয়না ঐবু শানরিবরা নৎত্রগা ঐনা খণ্ডমন্দবরা হায়বগী অশোয়বা অমদি য়াওরে ।

ঐ ক্লাসতা চঙলগে হায়না মায় হেক লৈথোরকপদা ওক্লগা নন্দিনিনা " কদাই চত্তোই নত্রো ? চঙঙো, মী' মচাদি স্বরসতিগীময়া ইবুঙোনিনা ননেম্পোক্কু না নথক্তা সেক্সন থমজিনখিনি । অদুবু খণ্ডবিরোইদবা অমনা ঐগা থোকমিন্নরক্লিবি কৈনো-কৈনোসে করিগীনো, কনাগীনো, কদাইদনো ? ঐসু খণ্ডদে । নঙসু খণ্ডলম্লোইনে ! কদাইদগী নকোক্কুদি শন্থি হাল্লগা ।"

অঙকপা পাউখোং চফূ অমা মখুম হাংদোক্লগা নাকোংসিদা ল্লো ল্লো হেক্তা হৈজিল্লক্লবদুদা ঐনা " নন্দিনি, ঐ পূমঙাও ঙাওরে । নঙগী তেলেগ্রাফিক মেসেজদু কনাদনো ? "

" ঐসু খণ্ডদে । অদুনবু নঙোন্দা হংলিবসিনি । ঐখোয় ক্লাসতা নত্তনা স্কুলসিগী মকোকসে নঙনি । নঙমক্লা খণ্ডদ্রগা ঐখোয়না কমাইনা খণ্ডদোইনো ? "

" য়ূমদা খল্লুখিগে । "

" কবয়া ? "

" খণ্ডদে । সংসারসি মরাং মরাংই ।"

" নঙসে মীনিকো ।"

" ঐসু নত্তেদি হায়খিদেদনা ।"

" তুম্বাদু সার্ভিশিং তৌথোক্ক্রগদি কমাইবনি । কমদৌনি ? "

" নঙনা খবা তৌবিবোনে ।"

" ইঞ্জিন্দুবুদি দাউন তৌবিরগে । অদো, মেকানিক্কুদি ঐ নত্তেহে ।"

" নঙগীদুবু অনুংসাবগুম্বা অমা হেঞ্জিন্দ্রো ? "

" অনুংসাব নত্তে । নরাইবক্কুদা চাঁন্দবিন্দুগী বিন্দি থেৎলক্লফাও খণ্ডলবোইদৌবগী সিগ্নেল উরক্লবদুদা কোংশিল্লকপা কোমা নত্তববো সীবো ?"

" এঃ! অঙাঙবা কূবাউ মপাল্লক্তা খোইনিং তোংলম্নিবোইবে সীদি ?"

খংপ্রেক খংই ঐ নুপা অমগী বাহৈসিদা । হন্না য়েংথোকখিবদা ফাইনাস্ সেক্রেটরিনা মরৈ তিংথোক্লগা পৈদুনা চৎখ্রিবদু উই ।

নন্দিনিনা ফাইনান্স সেক্রেটরিদুদা " হাই শমশাঙবা কবিনো নঙনা সাইদ লান্না থৌজিল্লক্লিদি ? "

তৌফম খণ্ডদনা মকোক খ্রো খ্রো হোৎলগা " মসিগী হৌদোঙ লম্বোইবসিনা অংগুব চারিঙৈদা য়ুনিয়নগী মিতিং মিত্রং ওল্লবদো ।"

" হঃ! " খণ্ডহৌদনা খংলাউ লাউথোকচখি ঐনা । নীশিংলকই, ঐনা পূং অনীদা প্রিন্সিপালগী কাদা স্টুডেন্স য়ুনিয়নগী মিতিং কৌখিবদো । মিতিং কৌরিবা জেনেরেল সেক্রেটরি ঐনা সোমদা লৈথোকপসিদা থিনবক্লিমাল্লে । মায়সি হাইরপ মচু ওনখি ।

নন্দিনিনা মঙোন্দা তক ঈল্লুবগা ঐঙোন্দা মীৎচিদুনা দং বাইশিল্লক্কুনা " ফবে । হৌজিকপূদি । থম্মোয়সিসু মথৌ খরা তৌহনবদি ফত্রা খল্লী । য়ারে । চৎলো । য়ুম্না

খল্লগা লাল্লা লাল্লা চৎলু ” হায়রগা নন্দিনিনা মাগী তুমখোকল্লবা মচীন্দু শৈখোক্লগা মাগা থৌদোকমিল্লখি । ঙসাইদগী বা অমফাও ঙাঙলক্লিবী মাগী মমায়দুদা চুমথাঙ, নত্তে ; নোংজাবী খোক্খিবরা করিনো । ঐসু য়ুনিয়নগী মিতিংগীদমক অদুম পাইশিল্লে । ইথন্ত চৎনা চৎনা খল্লি “ করিনো মখোয়না ঐঙোন্দা শান্নরিবা খুৎশানশিবু ?”

নোংঙাল্লে । ক্লাস তৌরম্বদগী ওজা হেক খোকখিবগা নন্দিনিনা অমুক্তা শিনগে হায়দুনা ঐগী বয়দু ফিদনেপ তৌখি । মতুংদা ক্লসসু ওফ লৈ, পুংদোল চারুসি হায়দুনা ঐগী মরুপ ফাইনাল্ সেক্রেটরিদুগা স্কুলশিগী মনীংলোমদা লৈরিবা পুংদোল হৈকোলদুদা ঐখোয়নিদং হনি মুন ...। থোইদোক্লা হৈকোল অসি গুদ গুদয় গুদেন্ত স্টুদেন্টশিংগীদমক লৈবগুম্না তৌই । চিরোমগী পুংদোল হৈকোলসি মহৈরোই ময়াম্না লভ স্তোরি পার্ক হায়নসু মিংগৌনে । ওফ পেরিওদশিংদা পুংদোল পান্নী মখোঙশিংদা ফম্নদুনা, হাকচীক লাংনবগী মিংদা বিলাটি ব্রারী কয়া হেক হেক মারিনৈ । মসিনা মহৈরোই কয়া পরিক্সাদা ফিফথ্ দিভিজন্দা পুথোকশ্রবনি । হৈশুদুনসু থোইদোক্লা মমল মন্তিক্রদে । অদুনা খোরকপদা মশা মশানা খঙনা মমল অদুম পীনরম্মী । অদুনা মসি থুনা লুহোংফান্দা ফম্মীনবা হায়বা সবজেক্টতুগী লেবোরেটরি অমনি ।

লেবোরেটরিসিদা প্রাক্তিকেল হেক হেক তৌনরিবসিগী হৌরকফমদি সিলিং থাদবা ফেন পান্দবা, এয়ার কন্দিসন নত্তবা, কালেন্দা হোত্তর কন্দিসন ওইবা স্কুলগী অবস্থদুনা নমদুনা ওইহল্লকখিবনি । মফমসিদা চঙলক্লিবা ঐখোয়গী পান্দমদি অতৈগীদগী তোঙাল্লি । ঙসাই স্পোর্টস সেক্রেটরিগী মথক্তা শান্নরোইশিংনা থাংগৎলকখিবা কনতেম্প মোসন্দু মী অতৈ খঙহন্দনা কৈদৌসিগে হায়না তাননবগীনি ।

হৈখোঙ অমদা ফমদুনা ব্রাতানরিঙৈ, অচীকপা কালেনগী কাশমিরশিদা তুরিস্ত খরগী ইনিল ফোং ফাওরকপদুদা ব্রারী লৎকক তৌনৈ ঐখোয়নী ।

“ য়াম্না চাক্লবদো ” নুপা অমগী লাপ্লপ তৌবা খোঞ্জেলনি ।

“ মৃৎনবা নমাঙদা লৈরিবা পৃস্ত্রীদুদা স্নান্ তৌবিয়ো ।” নুপী অমগী খোঞ্জেলনি ।

“ খৃমুত্তুনা য়ারোইদৌবদো । কোয়জনিংবদো ।”

“ ওহোঃ! কোলু শুম্বগী ষণ ওইরে ! চুহীদি ফংলরোইয়ে ।”

“ চুহী নত্তে, ইখৌ লাংজবদি, লৈহীনে লৈহী । নুংশিবগী থম্মোয়’ তোর্বন্দুদা ইদোম ফমদুনা লৈহীদো কোল্ড ড্রিঙ্ক ওইনা পাম্মুনা চুপচনিংবদো । ”

“ ওঃ, সিট লৈত্রবদো ।”

“ য়ুমদগী সোফা পুরক্লিঙবদো ।”

“ থাফম লৈত্রবদো ।”

“ থম্মোয়দুগী ভিজিতর রুমদুদা ।”

“ কসিদি নখোয়’ তামোদুদা মপোকসীমগী ওইনা লিজদা পীথোকশ্রবদো ।”

কদোমদগী হুমজিল্লকপা নামিবা মলয়ানো, নাকোংসি অসুক য়াম্না লৈহাও চেলহল্লিবসিবু হায়দুনা লেপখৎলগা লৈদুনা য়েংলুই । নুপীদু মহাক ওইরম্লে । ঐবু মমিত্তুনা হেক ফংখিবগা মমায়দু নুমিৎ তাশিল্লগা ইনোসেন্ট শারদুনা চেক্লা শাখপ তোয়খিনবা মশা

খল্লা হৌরকই। মতৌদুদা মরেঙ মরেঙ চৎলক্লবা ঐগী চীনশিনা থাথরকই " লৈরাং লৈশাং তম্লক্লবনিনা লৈপাম্বা খোইমুনা মথন্তা থিজরক্লগা লৈনাদা তোংলদুনা লৈহী ইনবিরম্লবা নত্রো ? ঐসে পোলুসন থোকহনবা পোলুটেস্ট তারে। ঙাকপীয়ুকো।"

ঐঙোন্দা হাইনোকশিল্লক্লুনা " পোলুতেন্ট নত্তবা, পেট্রোইট মীসাইল! করিগুম্বা অমত্তা হায়জগে। মদুদি লোম্ছোক্তবী কনাগুম্বী অমনা মীত্তাঙবা কনাগুম্বা অমদা আনোক হাপচগে হায়না থিহৌই হায়দুনা মীওইদু করিগুম্বা থেংনরবদি চানবিদুনা পাউসে মশাদা অমুক্তা খঙহনবিরম্মু " হায়রম্লগা নোকচেন্দা পাইথোকখি।

থা মখায়মুক হৌম্রবসিফাও নন্দিনিগী প্রদা মানা লৌখিবা বয়দুগা লাইরিক্তুগা মানা দেলিভর তৌরকপগী মমি করিমফাও উদবদুদা ঐনা ক্লসতা, লম্বী-লমখাঙদা উনবদা অকনবা ব্রারেন্ট ইসু ফনা তৌজপ্ত্রবসু তৌজে হায়বদু মঙায়রে। কান্নররোই খন্দুনা চিঠি ইখি। মানসু পীরক্লনি হায়দুনা চুম্না অদুম ইরকই। খূৎলা নেভর।

কান্নররোই খন্দুনা নোংম নুমিদাংব্রাইরম অমা ইমান্নবা অনীগা লোয়নননা মখোয়গী ময়ুমদা তুর চৎলুই। শাবুং শাবুংবা বেলকম ময়োম অমগা মখোয় মমানা শারিবা ব্রাটীন মথা অমগা পুথোরক্লুনা থম্মোয়দা হাপচীনবিরকই। নোক্লুনা খেদুনা ঐখোয় পুন্না লৌখৎমিন্নে। ঐগী অচেংবা তাঞ্জা লৌরগা মানা ঐঙোন্দা লোন্না এতেক্ট তৌরম্বা মায়থোঙদু কয়া চুমদে। মীৎয়েঙদুদি থুম্মী। মথম্মোয়দু থ্রেৎ হাওদৎপগুম্বগী মমি ফাউরপ তাই। মচীন্দু খংপ্রেক খংপ্রেক খংনা পেরালাইসিস অমুক মুক লাকই। মখূত্তু মবেঙ মরেঙননা লোন্না লোন্না ঐঙোন্দা হেক হেক জগোই শারকই। ঐ পূমঙাও! হার্ত ফেল ওইদৌই।

মখোয়গীদগী থোরক্লমদাইদা ঐগী বয়দুগা লাইরিক্তুগা পুথোরক্লুনা খূৎশীন্নরকই অদুগা মখূত্তু মখারোমদা লৈথরগা খূনমশিদা খূজিন্না ঔবাইশিল্লক্ই। চৈনাদু খাঙবদা চীনসি পেরেলেলোগ্রম ওম্ছোকখিবা খঙহৌদে।

যূম য়ৌরক্লবদা মতম খরা পারুদ্রবা লাইবিক্তু পানবা ফাক্তোক্লুবদা লাইরিক্তুগী ব্রাহৌদোক্লী মখাদা হাঙলিবা মচীদুদা ঐগী খূৎ নত্তবনা ইরম্লিবদু পারুই " অহূমশুবা মীত্তী লায়রদনা অনীশুবদুফাও পান্দ্রবা মীত্তুগী সিমনা খঙজরে"। ঐ স্ত্রান হৌজিক্তা লাক্লে মদুদি মানা ঙসাই লাইরিকসি পুথোবকপদা কলম অমনা মাংগোল মচীদা লেপ্পগা য়াম্না হাথু হাথু য়েকখিবদু শোয়দনমক্লী ওইরম্লগনি। ঐ লাইরিক্তু পাদি পাদনা, লোইবা ফাওবা ফাক ফাক্লুনা য়েংলুবদা মচী মচীদা ইরম্মী ' অতূম্বা থম্মোয় ' ; 'অশিবা মৈগী চীং' ; ' ঐদি লৈকঙলাগী অঙ্কী তূফান্নি ' ; ... ।

ফমুংদা শাংদোক্লে। মায়দা লাইরিক্তু কূপ্শিল্লগা লোংনা হীপ্তুনা থম্মোয়সিদা ব্রাখলনা নীশিংবগী শোদু হাংদোক্লগা ইতিহাসকী লাইব্রেরিদুদা চঙলগা করি করি লৈগে হায়দুনা রিএক্ট খূদিং ফাক্লুনা থি —ইথন্নতা, উপ্লম্বা উনা লোংদুনা, লোংলম্বনা উপ্তুনা। কাসি ঈহাঙ হাঙই। থোইদোকপা উদে। মীৎশীনরনে ? ওঃ, থংনবা কাগী পর্দাদু হাইগৎলুবদদি করিগুম্বা খরা লৈগুম তৌই। কাদুগী মৈ থানগৎতুনা য়েংলে।

জেনেরেল সেক্রেটরিশিপকীদমক্তা ঐ, মখোয়গী লৈকাইদগী কেন্দিদেৎ অমগা থেংনখিবনি। ঐদি কনাগী ম্রফমদসু ভোং খোমখিদে। অদুবু ঐগী মরুপ শামোনদি মচীন্দা

যোক্তকী সেল্লাফোন খোংদুনা "ঐখোয়দা ভোং পীগে পীয়ু, পীরোই তোকউ অদুবু ৱাখলদি খল্লু" হায়না কনাগুম্বা খরদদি খোম্মী । ঐগী কম্পিটিতরদুদি অয়ূক নুংখিল নুমিদাং অহীং খায়দনা কাদবা য়াদে মতাগুম খোমখিবদুদা, মাদি মাগী য়ুম্লোম্নবদুগী খোম্বা য়াওবগী মহূত্তা, মশানা শেল থুম লোইনা পুখোচদুনা ঐগীদমক হেক হেক খোমখি হায়বগী পাউ ঐঙোন্দা লাকখিবনি । ঐনা চাদা ৭০ রোমগী চাংদা ফংদুনা ভোং কারবদা মানা মিঠাই, অচা অথক লৈদুনা মীয়ামদা য়েন্দুনা কয়াদা হৱাওজখিবা, চোংজখিবা ... ।

ও, ঐ খঙলে । নন্দিনিগী মচীন তুল্লবা ৱাহৈশিংদুগা পুন্না থম্মিন্নরগা কমপিয়ার তৌদুনা য়েংই । উরক্লে মশেক মঙাল অমা । মদু তঙাইফদনা লোকহৌদ্রগদি ৱাখঙদবগী কোমদা পুথরগদ্রা খন্দুনা ইরে চিঠি অমা মীসাইল ওইনা কাপখিনবা ।

মখোয়গী থাবল চোংবা নুমিত্তু ঙসিনি । ঐ থাবল চোংফম য়ৌরে । ফুরিংখাউদগী মীসাইলসি করম্না কাপকনি কল্লুবদা থম্মোয়দা তল্লা থীনগৎলকই । ঐনা হাইরপ শাজিন্দুনা লৌরিবসিগা মানা খল্লিবদুগা কক্লদবা লৈহ অনী ওইনা লৈবল্লগদি কমাইনা তৌবা ! ফরে । ওইনিংবা ওইরসনু হায়দুনা ৱাখলনা সলামি ওক্লগা, থম্মোয়দুদা, থম্মোয় মহীগী কেমিকেল পুবা মীসাইলসি বাউন্দরি ৱাংমদগী হেক্তা কাপশিনখ্রগে হায়না দিসিজন লৌরে । নত্রগদি ঈরাঙ লৈরবা মাগী থম্মোয়দু লল্লানবা কনানা হান্না অক্রমন তৌশিনখিদুনা করফিউ জারিশনখ্রবদি তোংজরোইদৌরিবসি কনানো ? মবমদুনা মাগী মথম্মোয় কোনুংদুগী লানবন ঙাক্লিবা সেনাপতিদু ঐগী প্রাইভেৎ সেক্রেটবি ওইহৌবনা ফবগদ্রা !

ইন্টরভেল তাগ্রে চোংলিবা থাবলসি । ঙসাইদগী মহাক সুকয়াও য়াওরক্তবদুদা ময়াম অসুক ফজনা চোংলিবা থাবলসে অঙাং মচাশিংনা শানবিবোই খল্লক্লে । ইহেঃ! হন্দক্তি মহাক য়াওরক্লে । ইকায় ঈকি পুম্বা ফুবিংখাউদা শুপত্রেক নাত্রেক নমশিনখ্রগা চেল্লিন্দুনা এপ্লেৎ ওইমিন্নরুই এরেনাদুদা ।

রাউন্দ অমা 'নী চোংখায়মিন্নবক্লবা তুংদা ঐখোয়নীগী মবক্তা লৈবিবা অচীকপদু মচীন তুল্লবা ৱাহৈনা হনগায়রুই, থম্মোয়দা লেপ্তুনা ব্রীক দান্স তৌদুনা লৈজরবসু "ঐসে নঙনা ইকায়খঙদবা নোংবাল ওইনা লৌবসু য়াই । অদুবু নুংশিবা হায়বা ৱাহৈসিদি ঙসিগী নুমিত্তা নফমদা ফোঙদোক ...।"

ঐগী ৱাহৈদু লোইফাত্রিঙৈদা, মমায়দু ফৎ লৈশিল্লক্লগা কপ্লি কপ্লি শ্বব ইফুন ফুনগৎনা "নহানমখৈদি নপাদৌনা লৈব্রা" হায়বল্লগা মখূৎ ইখূত্তুনা পুন্না পায়শিনমিন্নবিবা মীশাইলদু চেৎনা পায়শিল্লগা পাইথোকস্ত্রে পোখায়খ্রবা বোম্বগী স্প্লিন্তবগুম । অদুদগীদি ঐসু হৱাওবোই, নোক্লিঙবোই এপ্লেৎ ওইবদুগী কেজুএল লিভ অদুম লৌরক্লে । অদুগা মহাদেবগী সেবা ফংলুরবা শিষ্যগুম নিশান্দা পুমতাউ তাউস্ত্রে ।

" করিগীনো নঙনা ঙসি নোয়োন্দু সূপকৎলগা নোকফেৎ নোকফেত্তা তৌরিদুবো ? শিবরাত্রিগী সদশ্য ওইরুরব্রা হায়মী ? নত্রগনা ওক্লরক্লব্রা হায়মী ? থুম্না খারে হায়দুনা ঐখোয়না চাদনা থল্লবা এক্লাংদু নঙনা চিংশিন চিংশিন লোইনা তকশিনলেনে " হায়দুনা হকচাঙ নোমদুনা য়ুহার হাহল্লকপদা খংগ্রেৎ খংই । ইতৈমনি । জ্ঞান তারকপদা চাকখুমদা ফমদুনা চাক্লক্তগী চখোম চাউনা চাউনা লৌখৎলপ্লি । খৌরী লানখৎলম্লে । কয়াদা ৱানা

হৌগৎলবা !

অহীংসিসু নিদ্রা দেবীনা য়েক্লবিরে । করিগীনো হায়ববু মোন্দ্রঙ অমদা হেজিন্না খৌরি লানখৎপমখে লৌখৎলুবগী অশীনবা খেগৎলকপা । পৃক্লুংদা অখাক অরাও থোরক্লনা মানখনাদা হেক হেক প্রাক্তিকেল চঙবা হোৎনবদা । নোংঙানবা ঙাইবদা খোয়দৌ লংখৎহল্লিবা অহীংসে হোকী অমা পায়রগা শেখনীংবনা লোইরে অদুবু ঐগী নোয়োনসিদা, মাগা মরী লৈনবা পৃম্বা লোইনা ঙঙ্খাননদা শংবানম্রে, মঙফাওবদা, ইথন্তা খঞ্জবা ব্রাখলফাওবদা ।

ঐ, লাইরিক পাফম রুমদা লৈরিঙৈদা অয়ূক পুং মাপল্লোম তারকপগী অদুব্রাইদা ইতৈমনা হায়রে “ নঙগী ভোত্তা কন্না চেনজবী, চকা নেপ্লীদো মনীং লৈকাইগী নবকাক্তদা ঙরাং থবল চোংফমদে পোস্ত ফৃল্লগা ত্রালফর তৌরক্লে হায়রিসিবু কমাইনা তৌরিজাৎনো?”

ঐ তু খ্যাউ চুংই । লব্রাই লেম্ফূ গী শমশি য়েংদৌ মরা মরামুক চাউরগা পাপেন্দিকুলার ওইখৎনরকই । থব্রাশ্নিচাক্কা তন্দনশিংগনা ঐগী মীৎশিদা পাইশিল্লক্কদবগী ত্রায়েল চখনরি ।

মতম খরা লৈরগা ত্রালফরদুদা অহল লমলশিংনা কনফার্মেসন পীগ্রে ।

মঙানি চাকৌবা লাকপদা, ঐনা কাপখিবা থম্মোয়বু ব্রারহেদ ওইনা পুখিবা মীসাইলদু য়েংদৌ পল্লিদা পন্দুনা লৈরম্বদগী খূল্লগা থম্মোয়দুদা বেকোর্দিং তৌক্লবা তুংদা মমিক্তুদগী মহী দ্রোপ খরা খীকথরম্মী হায় অদুগা মনমদুদা সোইজাউ অমা য়েকশিল্লগা ঐ য়ৌনবা স্পিসিএল পোস্তমেন অমদা থারক্কখি । ঐগী চিঠিগী মনমদু নত্রবদি মাগী সোইজাউদুগী খিনফম লৈত্রবজাৎলা খঙদ্রে ঐ ।

“ অদুগী লুহোংবদুবু চৎপীদৌবিববো ? ”

ঐ খংপ্রেক খংই । হাইরপ লৈথোরকপদা মমাইবেম্মা, নোকমি নোকমি তৌদুনা লেপ্লম্মী ।

খঙশিন্নদবা শাদুনা ঐনা খুন্নুই “ করিনোহে নঙনা হায়রিদুবো ? লাকপিয়ু হায়দুনবু বার্ত্তন তৌরক্লিবনি । চৎফৈদনা ।”

মমানা নাকচেক্লনা নোকফেৎ তৌরগা য়ূশিল্লকই “ থায়নগী লৈরাং অমনবী, এক্স. তুগী জেদ. নিনা ব্রাই. নঙদি চৎফৈদা ।”

ঐনা ঐখোয় মমাগী কোটি কোরাঙ ঙাক্তা ঙায়বা ব্রাঙাঙ্দুদা, করিগুম্বা খঙখিবা থোক্লবদি ইমায়সি রিফ্যুজি ওইনিংদদুনা থাংগৎলুই চুঙ্গোই “ করিনোনে নঙনা হায়রিদুবো ?”

নোকফেৎ তৌরগা খপুম খপচীল্লকই “ হো, মোয়’ পাবুংনা খঙহন্নিঙদ্রসু ঐদি কুইরেনা খঙবা । নোংমা থেংনবদা ঐদি ইচে হায়নদুম কৌথোকখ্রপোৎনি ।”

মায়থোঙ খংহন হজিল্লগা ইথন্তা খঞ্জরকই । ওঃ, ইতিহাস্ হায়বসি লোংপা য়াদবোইরে ! ”

তাং ২১/৬/১৯৯৬

# ফিয়ারবেল

চেক খরা লোন্সিল্লগা মৈ ঙরঙ্ ঙরঙ্ থারিবা মৈথক্তুদা লৈরিবা চাউগ্রবা খাংজাউদুগী মনুংদুদা গ্রীক গ্রীক শৌরি চৌকিদার মতূমশিংদু। মচু ? মনম ? য়ারে। মদুগী নাকন্দনা নাপী মথক্তুদা কোয়না ফম্লগা মাইক্রফোন চূপ্পরি সদস্য খরা। মারিবগী ফনয়াম্না কোথগ্রবনি। মতুংদুদা অহাঙবা প্লাস্তিক খাউ তরেৎ নীপাল য়াতারি। কোয়শিল্লিবদুগী ময়ায়দুদনা শংবানবা চেখাও খরা ফম্প্রেৎননা ফম্লি। লাদা লৈরিবা মতূমশিংদু লামদুনা লৌখৎনরি। মথং মথং লাকপা অথনবা গ্লাসশিংদু হাঙহল্লগা অমুক পীশিন্নরকই, মথংগী অমুক হৈখিনবা। য়ুহার কম্না হারক্লে।

" পোৎয়েংনিকো ঙসিগী ফিয়ারবেলসিদা ঐখোয়না তৌরিবা খরচসে।"

অমুচৌনা মশা য়াওনা মঙক্তু নোম্লগা " সোরাংফাও শোম্লক্লনু হায়রগা, পোৎয়েং! পোৎলোইফমদুদা তৌরগা ফুম্লক্লেরো ?"

" নঙবু কাউদনবা, হকচাং খাইবগীদুদা কতিং ওইনা খরা লৌথহৌরগা মারিরক্লে, হঃ ? ঐনা হায়বদি অরেম্বদা মৈ থাদোক্তুনা লোইনদি মাঙহনখিগুমসে।"

" গুদ আইদিয়া ! "

" অদুদি নশাগী অইবা ?"

" অদুদগী থাঙদু লাম্লকউ। খুৎসি পুন্না পীরক্লগে। নহোয়না ইনিংবা ইরগা মদুদা সহিদু রবর স্তাম্পদৌনা পংনমদা নমজরক্লরো।"

" থেঙ্ক ইয়ু। "

" থাংগৎলগা ইশানা হেক্তা চূপচরগে। পীরকউ। সীনদি শিবা য়াখিরোই। শিরোইদৌবা লৈরগদি, লোথরিঙেদুদা নুং অমগা লোয়ননা ঙসাই চৌকিদার হাল্লকপগী বোরাদুদা হাপ্পিল্লগা পুস্ত্রীসিদা হেক্তা লংথবিয়ু। "

" ঐখোয়না হাৎপনি হায়দুনা ঐখোয় অমুক ফারদি ? "

" ইশানা অয়াবা পীরমদৌরিসিদি ? "

" হৌজিক সহি তৌনবা চেদি কদাইদগী ? "

" আইঃ, ঐগী খুৎসে লৌহৌররোই হায়রিরো নখোয়্রবো ? "

অমনা তিংখত্তনা লৈখৎলক্লগা " নখোয়না ঙাওনরিবদো শূকয়া য়ারোই । নমাগী পোৎলোইবা অমুক য়াও, অদুদগী নঙ ফংঙে হায়দুনা নঙগী পোৎলোইবা অমুক য়াও সীনিনে নঙগীদো ? নঙসে সূকফং ফংদনবা লৈনুংদা লুনা তৌরগা ফুমজিনখিগদবনি নৎত্রগা নমাগা পূন্না অমুক্তদা মৈ থাগদবনি । অনীরক য়াওনবগী মতম শংদে ঐ । "

অমুচৌনা য়াম্না মথম্মোয় শেংনা " থেঙ্ক ইয়ু ! কলত্রক্তিভ সজেসন ! ঐনা শিবগী মেথতশিদা ময়ামগী করি মৎ পীনিংলি ? তৌবদদি ঐবু চৈনা ফাওহন্দনা হাৎপিগদবনি । নত্রগদি ঐ য়ারোই । "

তোম্বনা ঈরায় লায়না সজেসন অমা পুথোরকই " অদুদি পেত্রোল লিটর তরামুক দরকার ওইরোইদ্রো ? নশাদা হান্না কি খরা য়াম্নদি য়েংশিলহৌবা তাবা ! "

চাউবনা " দবল থেঙ্ক ইয়ু ।"

" মীচঙ মীখায় নাইবা, তৌবিমল খঙদবা, মীত্তাঙবা ঈশ্বরদুগী মরাইবক্তুদা ছাপা থিনবিনবা নখোঙদো স্বাইদগী থী নেংলগা পুখো ।"

" মানা চুম্না এদমিনিস্ত্রেসন তৌদবদগী নত্রো শ্বায়দা থোক্লিবা ময়ামসিবো ?"

" এদমিনিস্ত্রেসন হৈত্রবা ঈশ্বর মাদি মোবেল গ্রাউন্দা নহান্না মফম থাদোকপা য়াদ্রো হায়বা ?"

" ঙাইখো, অমুচৌসে ফিয়ারবেলগী চাক্রেনসি চামিন্নবা নংলরোইদ্রো ? "

জিপসি অমা থৌজিল্লকই । ফন-ফন চোংথরকই যমগী স্তাফ খরা । সছ কোয়শিল্লকই । অমনা মাঙ থারগা খরা চঙশিল্লকই ।

" নঙ নৎত্রা অমুচৌ হায়রিসে ? "

" ঐগী মিংদু কাউখিবা কুইরে । ময়াম অমুক্তা কনফার্ম তৌবিয়ু । "

" হাই ঙাওশিন্ননু । বোম্ব পোখায়বদা নমা শিরে । অশীবদু মোর্গতগী লৌরগা পোৎলোইগেদি হায়দ্রগা মোংশোং মরকসিদা হুই থোংদুনা পার্টি তৌখায় লৈরম্লিসিদবু কনানা নুংশিদোইনো ? নঙ পীশিল্লকউরো ? "

চাউবনা পুলিসতুগী মখোঙ পায়রগা খুরুমদুনা "সার । ফুবিগনু । কাম্লীরম্মু । মহাক ঙসিগী নুমিত্তা শিদবা য়াদে হায়বনি । মমাগা পূন্না পোৎলোইমিন্নহৌনবা । অদুগী ফিয়াবেলনি ঐখোয়না লাওজরম্লিবসে ।"

অমুচৌ পেন্না কপথোরকই । কপ্না কপ্না " ইথন্তা পোকপনি । ইপাদুসু শিফাইনা যুমদগী ফাবগা পুখিবদগী অদুম মথোঙ খঙদনা তোক্লে । থবক অমতং ফংনবা খয়োম লাক্‌পদা য়ুম ইংখোল য়োনবগী মমলদু দক্ষিনা ওন্থোক্লগা লোইপ্রে । শিদ্ধ পান্দ্রবনিনা হনবিরো হায়রুবদা শেল খায়বা লাকপনি হায়দুনা ফারগা জেলদা । মীগী ময়ুমদা ইমাইচা ভারাদা লৈরগা ইমানা পোৎফম ফন্নগা চরা অমমমৃতং চামিন্নরম্বদুসু ইমাদু বোম্ব পোখায়বদা শিরে হায়রে । অদুনা কনাদা তাইনরুদৌরিবা ? ঐ কনাবুসু য়ারৌবা তৌজদ্রে । হৌজিক ঐনা কনাগীদা লৈরগা ইমাগী শ্রাদ্ধ শোন্দৌরিবা ? শেলনা কদাইদগী ? "

" নঙবু নুপা নত্রো ?"

" নুপা ওইবদুননিনে ঙসিগী নুমিত্তা শিদবা য়াদে হায়দুনা ময়ামদা ফিয়ারবেলগী থৌরম পাঙথোক্লন্লিবসে ।"

তাং ২৭/৮/২০০১

# ঈৱায়ফম

ফূবগী চৈখোলদু অসুম অসুম তাশিল্লকপদগীদি চৈনা মোম্পাক কম্হোকপগী মখোল্দু ওইনা খম্দোরক্লে । অদুবু 'ঐয়ো-ঐয়ো' হায়দুনা চৈনা খাঙবগী মখোলগা নাহেৎবগী মখোলগদি ঈশিং ঈচাওগুম্না জর জর হেনগৎলক্লি । ৱাহং শূকহং হংদনা পাউখুম পীরক্তে হায়দুনা নৈবনি । অদুদগীদি ঐখোয় খরা খনগৎলগা মখোয়গী মনীং হাংদোকপী গাড়ীদুদা চক্ক হাপকুম নমশিল্লগা থৌরক্লে ।

শিফাইগী কেম্পানি । খামগ্রে । অমম্বসিদা, অমমম্তা ওইনা কৌথরগা মশা মশানা লীৎনরিবা ফূরিৎশিংদু লৌথোক্লগা মমিৎশিং খুমদুনা লোইনা মমায় মমায়শিংদু পুল্লিল্লে । অদুগা অমগী মবেংবান্দা অমা, মথং মথং পায়নহল্লগা কা অমদা পুল্লপ্লা হোইজিল্লে ।

ঙাইহাক লৈরগা অমমম্তা ওইনা কৌথোক্লগা ইস্ত্রোগেসন রুমদা পুশিন্দুনা থার্দ দীগ্রী মেথদতা ৱাহং পাউহং চংখবকই । অচুম্বা হায়দোক্লবদি খরা ফগত্রা খন্দুনা মাগী পালি লাক্লবদুদা শিং শিংনা লোইঁনা হায়দোক্লে । অদুদগীদি কৈদৌগদৌরিবনো খঙদে, অমুবদু মথক্তা কা অমদা তোঙাম্না থমগ্রে ।

ঙাইহাক ঙাইহাক লৈরগা কাদুদা মী অমমম চেনশিন চেনশিনলক্লগা মখোন হৌনা হৌনা ভুররিবশিংদুগী শহুম ফংই । মমিৎশিং লোইনা পুল্লিবনিনা মশক খঙনদে । মাদুনা য়েংগদবসু মখূৎ পুল্লিবনিনা উপাই লৈতে ।

নোং ঙাল্লে । মী চঙলকপগী বুটকী মখোল খরা তায় । কাওর কাওরগা পুথোকখিবগী মখোল ! চৈনা খাঙবা ! চিংথোকখিবা ! কাওশিল্লকপা লেপ্লা শূক্রে লৈতে। পূমচাক চাকই । কনামত্তা ৱা ঙাঙনদে । থীংখিবগী মশাদু লেঙবা ঙম্লদ্রে । অশীবদৌনা লোইনা তা তাদুনা লৈনরি । অমুবনা খরা লৈরকপদা থেংনবদুদি মশাদু ঈতিং তিংলগা ঈং ঈং লাউবা ফাওরে । খঙলে । কিরক্নুনা খরা খরা তক তক্নুনা ওয়রোমদা লৈথোরকই । ওঃ, মসিমসু চপ মান্নরবা ! অদুদগীদি মিহুনগী ক্রিক্কেজি হেনগৎলক্লে ।

সূপচিন্দুনা লৈশ্রে অমুবা । মমা লুখ্রাবী, মাগী লোয়নবী অমদি মচা অহমদুগা মীগী ভায়াগী কাদা লৈদুনা অয়ূক্তা নুংথিলগদনা অঙাং খবা খরা প্রাইভেট লৌদুনা ঈংনা হিংজবন্দু নীংশিংদবা গুমদে । অদুদগীদি প্রাইভেট কোলেজ অমদা অংকগী ওজা ওইনা পুবা য়াওবদগীদি ট্যুসন লাকপা মহেরোয়শিংগী চাং নোংমা নোংমগী হেনগংলকখি । অমুখসু মখনাউ খ্রক খ্রক কংবমখে তাক্তুনা হোৎনৈ ।

অসুম্না চহী তবা হেন্না শেল তাল্লক্লবদা মখূত্তা মনা খবা তুঙশিন্জবা গুন্নক্লে । মতমসিদদি, পীতৎ পাতংপা লবায় নুপাদা চেনখি হায়দুনা নহানঙৈ লৌবৌ লৌখৎপিদনা লৈরম্বা মাগী লোয়নবী অশংবীদু অওং অউন চাউনা তমদুনা লৌখৎপিবে । মচানুপা অহলশিদি চহী তবামখিদুম ফাবক্লে । পি. দবলিউ. দি. গী চিফ ইঞ্জিনিয়াব ওইখিবা মবাই ইবোচৌনা লোম্না ইংখোল অমা লৌরগা শাবা চাউরবা বিলদিংদুদা শঙবা ওইনা হোংজিন্দুনা লৈবে । মনুংগী অবোন অথূপ্তুদি মীয়ামদা খঙহনবা য়াদবনিনা মাগীনি অদুম মহায়বে । অউন লৌদুদগী চহী অমদা লাকপা লৌশানতনা চাবা গুমদবমখে হেক হেক পৈববে ।

হৌজিক অমুবগী মাংগোলদা শাবেং কাবক্লে । মীয়াম্না অমুবা হায়নখ্রবদি লোইবে। নহানঙৈ মানা ভাবাগী য়ুমদা লৈবন্নিবদু শেল তুংশিল্লন্নিবোইবে হায়দুনা মনিল ওইনদুম ওম্বোকপিশ্রে । অদুবু অমুবা অদুম মপেঙ্গে পীবিবক্লিবা শম্মান্দুদা । যেৎনকবা য়াবসু নস্ত্রে ।

নোংমা, মমাঙ শঙ্গোয়দা মহৈবোই ময়াম লাইবিক তাকপিবিঙৈদা নহা অনীথক লাক্লগা, কৌথোক্লগা সেন্দবদি য়াওদবা 'টু ' দমক থাবা চিঠি অমা পীবে । " লাক্লিবা থাংজ" হায়বা ৱাহৈসিতগা মহায়বম্মী।

মতম যৌশিল্লক্তুনা মহৈবোইশিংদু থাদোকপ্লবা তুংদা চিঠি খাউদু শেগাইবগা, চিঠিদু ফাক্তোক্লবদা অঙাঙবা থৱাম্মিচাকশিংনা ঙাম্বোইবা অন্দবগ্রাউন্দ ওবগনাইজেসন অমগী দিমান্দ লেটৰ ওইবম্রে । তাইপ্না নমদুনা মাগী মমিং থাবি । মদু মানা মথং মথং পাথবকপদা লুপা লাখ অমগী দিমান্দ ওইবন্নবদুদা মকোক্তু কৈনা য়ুংনা অমুক্তমক মচীংখি ... ।

ঙ্গান তাবকপদা, অমুবা, মাগী নুপী অশংবীগা মচা অনীদুগনা শমজেৎ তিংদঙৈ লংলবা লবাইদুদা ঈশিং থাবন্নি । লৈকাইগী মীওই খবনা মখোঙ মখূৎ থেক্তুনা লৈরম্মী ।

মথম্ভা মূৰুম মূৰুম শোঞ্জবকই " লাখ অমা ! লাখ হায়বসি লুপা লীশীং লীশীংদু চাম্মনি । "

শ্বৰ চাউনা অমুক্তং হোন্দোক্লগা তপ্না ঙ্গান তানা চেপথোকপ্লে । অদুদগীদি ময়ামদুসু 'তুমিম্না পোখাহল্লো' হায়নবন্নগা চৎথোক্লখ্রে । মথম্ভা মওন মওন খল্লি অদুদগী মওন মওন অমুক নীংশিংলকই ঃ

অমুবগী মবাই চিফ ইঞ্জিনিয়াব ইবোচৌগী মাকতি ভান্দু য়ু. জি. কাংবুনা য়াম্না তোয়না হেক হেক লৌই হায়দুনা মশেমুপা তোম্বনা ইঞ্জিন থাংথবগা য়াদ্রে হায়দুনা থম্মী । লৌগে হায়দুনা লাকপশিংদা মদু হেক হেক খঙহল্লি । অদুবু নোংমদি নহা খবা লাক্লগা গাড়ীদু নুমিৎ হুম্লিগী মনুংদা লোইশিল্লমদবা য়াবোই হায়দুনা অকনবা য়াথং অমা খিঞ্জিল্লমই । উপাই লৈতবদগী ইমুং মনুং তানবগা গাড়ীদু অমুক শেমজিল্লে । অদুবু হায়বম্বা নুমিত্তুগী

নুমিৎ হুম্নি শুবগী অয়ুক্তুদা অতোপ্পা কাওবু অমা লাক্লগা পীদবা য়াদে হায়দুনা হেক্তো মতক্করবদুদা ইমুং মনুংনা অশেংবা বারী লীজরবসু মন্নালৌবিদ্রে । য়ানদ্রে । অদুদগাদি করি খল্লক্রবনো খণ্ডদে, জোম জোম লাউনা লীৎলিবা ফুরীৎতু হাইগৎলগা তাইমর বোম্ব অমা লৌথোরক্লে । মদু চাবী থাজিল্লগা থোঙ হাংদোক্লুনা গাড়ী মনুংদুদা থন্নল্লগা করিসু যৌশাদনা হুই খোংলগা থোকখ্রে । বোম্বদুনা পোখায়রক্লবদি গাড়ী য়ুম কৈ লোইনা মাওবতা নত্তনা আর্মি-পুলিসনা তৌরগদবা ময়ামদু উরদুনা, নুপী অঙাং ময়াম্না থোঙ্গাল ফাওবা তান্নরগা মখোয়দুগী মখোঙ কোন্দুনা গাড়ীদু পুবিখিনবা কপ্পুনা হায়জখি ।

নোংঙাল্লগা, হান্না গাড়ী শেমজিল্লম্মু হায়বা কাংবুদুনা লাক্লগা ‘ গাড়ী মীগীদা লোন্না থৈদোকখ্রিবনি” হায়দুনা ইমুং মনুংগী মীওই লোইনা মনাং তাঙৈ নৈরমথিবগী থৌদোক !

অদুদগী মতম খরমুক লৈরগা মবাইগা মশেম্মুপাদুগা আর্মিনা পুল্লপ ফাখিবগী পাউ । হংনরুবদা, মবাইদুনা ঠিকাদারশিংদগী শেল পার্সেন্তেজদা কল্লগা লালহৌবশিংদা পীবা, অনৌবা সপ্লাই ওরদব অমদি থবক্কী ঠিকা কয়া লালহৌবশিংদা পীরম্বগীনি । মশেম্মুপা তোম্বা, কেসিয়ার ওইবদুনা কর্ম্মচারিশিংগী তলবতগী কল্লগা থা খুদিংগী পীরম্বগীনি । কমাইনসু মনা কনগনি ? নোংমৈ চীন্দোন্দা মথ্বায়গী মহুৎতা হেক হেক লৌখিবা সহীদুবু পীনিংনা পীখিবরা ? মখোয়না হায়বা য়াদ্রগনা ফারগা হেক্তো পুখিবা । ময়ূমদগী মরন্নাই শেল পুদুনা মীনীং হুন্নবা তোয়না হেক হেক থোকপা । সেক্যুরিটিনা খণ্ডলক্লগসু ফাগ্রিবসিনি । জেলদা লৈখ্রে । অদুদগীদি সসপেন্দগী ওরদরসু য়ূম য়ৌরকখিবা ।

নহান হায়রম্বা থাংজদু ঙসিনি । য়াবগদি থাংজ কৌবা ঙসিসে সূক্লাক লাকপিদনবা ফনা কন্না লাই খুরুম্বনি । য়াগদৌরিবরা ? য়াদ্রে । হান্ননা অসুম্না দিমান্দ লাকখ্রবা খণ্ডন-চানবা মীওই মঙা তরাগীদা চত্তুনা কমাইনা তৌগদগে হায়বগী মরমদা কয়ারক কোক চুংশিন্নরুরবনি । অদুবু খরতা ওইরবসু খয়োম লাক্তবা যারোইদৌবি। সোমদনা য়ান্নবা শেনফমদু কদাইদগী লৌরুদৌরিবা ? করিনুংগী ফজবা য়ূমশিদা লৈজরুরবনো হায়না মশানা মশাবু অমুক নিন্দা তৌজবকই । অদুক ফজগ্রবা য়ূমদু মমল অদুক চঙনা শাবদি ওল্লগা করিগীদমক শেনফম খরদং দাণ তৌবদি ওল্লোইদৌরিবনো হায়না হংজিল্লক্লগা করি খুম্বা ? হৌজিক মতমসিদা, লমদমসিদা তলবপু চারবা, দুকান খরা চাউনবু ফন্নবা, করবাব খরা চাউনা তৌরবা নৎত্রগা ময়ূম চেক্লবু শারবদি পার্টি কয়াগী অসিগুম্বা বার্ত্তনসি সূকশোয় শোয়দনা লাক্লরবনি হায়বসি ফনা ফজনা চুল্লল্লে ।

নুমিৎ তাশিল্লক্লে । হৌজিক ফাওবদি লাক্ত্রি । লাক্তবদি নুংঙাইগ্রনিদা হায়দুনা ঈশ্বরবু লেপ্তুনা খুরুমজে, নহানঙৈ কাউরুবসু । অদুবু মথম্মোয়দদি তপথবা ঙমদ্রি । পুথোরক্লো হায়রক্লবদা করি পাউখুম পীবা ! মদুদা মখোয়না পেল্লগনা করি তৌরমগদৌরিবা ? পেন্ননবা হায়রগনা কদাইদগী মচাক ? থৌরী য়াল্লগবু শিদোক্লসিরা ? শিগ্রগনা মতূ মচাশিংদু কনানা য়েংশিনবিহৌগদৌবিবা ? বাখল ময়ামসিনা মাগী তুম্বানুংদুদা ঙংদুনা উংলিঙৈদা ঘড়ীগী পুংশিঙ কাটানা নুমিদাংগী বারোবুসু ইকায়বা পীখিরম্লে । ঙসাই অয়ুক্তগী ময়াদা করি’ত্তা তারক্লবসু কবিগুম্বা অরাম থৌরাংবা অমত্তা পোক্তে ।

নুমিৎ হুম্নি হৌখ্রে । লাইবক ফবদগী হায়গদ্রা হৌজিক ফাওবদি লাক্ত্রি । অদুবু অমুবগী থম্মোয়দা কারক্লিবা খারদুদি খক হন্থবা লৈত্রি, লৈকংলাদা শীৎপা প্রলয়গী মশক

ওইৱবা তাইফ্রুন কৌবা নুংশিত্তুদুম য়াওশিল্লক্রে । ময়াং কংত্রিক কংশিল্লগা কুচু কুমেন্দু ইশং কারে । খঙনা চানবা মরুপ মপাং, মরী মতাদগী কোয়প্ পূরুদুনা লুপা লীশীং নীফূদি উচিন নাচিন্না শুরে । লুনা তিন্নবশিংনা তাকপিরকই মদুদি মখোয়গী খোঙজঙদুবু য়াম্না শৌগংপা উংপগা লোয়ননা থস্মোয় শেংনা পীরবদি অঙম্বা খরদুদা মখোয়না পেনবী । নত্তদুনা মুক্লরুরবদি খুৎৱাই থীবনি । অদুবু অমুবনদি মথন্তা খঞ্জে মদুদি লাখ অমা হায়রগা নীফূসিনবু হরাও হরাও য়াবিরকদ্রা ?

হায়রম্বা নুমিত্তুদগী মঙানি শুবনি গুসি । সাইকল তোংলগা নহা অনী চঙলকপা উই । অনীদু করিসু কোইদনা শূমাঙ তান্না থৌজিল্লকই । মীয়াম্না তাকপিরকপা ' দিমান্দ লাকপা খূদিংমক, চিঠি পীরবনা অমা, শেল লৌবা লাকপনা অমা ওইবনি ' হায়বদু ফজনা নীংশিংলগা শকখঙদবা নহা অনীদু স্মাইলিং ফেস্তা ব্যবহারগা লোয়ননা কৌশিল্লী । ৱার্ম ৱেলকম ইন ওল রেস্পেক্টস্ ।

" ইনাউশা, লাউ । খোঙ্গুপ্তু লৌথোক্লুরনু । হেক্তা কাখৎলকউ । কোইরুনু । ঐদি নহান্দগী নখোয় ঙাইবদা ৱারবনিনে " হায়দুনা য়াম্না ঙাইঙমদবগী মঙংদা তরাম তরাম্না কৌশিং দুনা ৱেতিং রুমদা ফমহল্লী । ইমুংলোমদা ওলিন্দুনা কোফি লোল্লক্লবা লাউখি ।

তঙক তঙক্লা লেপতুনা লৈ নহা অনীদু । ফমসু ফমদে । করিগুম্বা খরদি হায়নিঙবা মাল্লি । অদুবু মখোয়নীদুনা ৱা ঙাঙনবগী তাঞ্জা অমুবনা সূকপী পীদবদুদা অনীদু তৌফম খঙদনা লৈ ।

অমুবনা মথন্তা ঙাইহাক পঙলাংদা লাঙলবা তুংদা নহা অনীদুগী মরক্তগী অমনা "তামো, য়ুমসিবু ... ।"

ৱাদু লোইফাৎত্রিঙেদা, মরক থৎনা " মান্নে, ওজা অমুবা হায়বদো ঐ ইশামক্রে । অদো ইনাওশা, ঐদি শেল অদুক পায়দুনা য়ুমসি শাজবা নচদেদো । সরকারদগী লোন খরা লৌথোকচবা, নুপীগী অউন ইংখোলদু য়োম্থোকখিবা, মাগী য়াওরকপা সনা লুপাশিংদু লোইনা কায়থোকচরগা খরনা মখোয়গী মবুং মৌপ্পাশিংদুনা পাংশিনবিরক্তুনা য়াম্না ৱানা শাজখিবনি । ঐগী অঙাং ট্র্যাসন লৌবগী শেম্থোকসিনকাক শাখিবা নৎচদে । থাজদ্রগসু লৈকাইসিদা হংবিয়ু । ঐনা হায়রিবশিংশিদা অরানবা অমতং হেক য়াওরম্বদা নখূৎমক্তুনা কাপতুনা হাৎলম্মু । ঐ সহি তৌগে । অদো লাখতুদি ঐ লাঙবা ঙমজদ্রে । লীশীং নীফূদং কৎচগে । সীসু মীঙোন্দগী পূরুরিবা ঙাক্তনি । নখোয়না তৌরিবসে ঐখোয় ময়ামগীনি হায়বসি নয়াম্বসু খঙজে । লৈরগদি লাখ অমতা নত্তে, তরা কুন হেক্তা তেংবাংথোকপা ময়াবনি । "

নহা অমনা মরক থৎলগা " তামো, ঐখোয়না লাকচরিবসে ... ।"

ৱাদু লোইশিন্দ্রিঙেদা অমুবনা অদুম মখা শমথক্লে " খঙঙেনে । মীনাই নাইখাদা লৈরবা ইমা লৈবাক্কীদমক্তা নখোয়না চাবোই চাদবোই নারক মোংশোং, উরক-ৱারক্তা তূমিৎ কাঙ খাঙদুনা লৈরিবদো ইশামকসু য়াওনীংবনি । অদুদা, ইথন্তা পোকপনি । য়ূমসু পাল্লিল্লুরবনিনা নূপী অঙাংশিংশে কনানা য়েংশিনবিহৌগদগে খল্লুবদা য়ূমসে থাদোকপা ঙমদ্রবনি ঐ । অদো ঐগুম্বা পাঙদবশিংনা কখোকপা ঙমজদ্রগসু নখোয় ময়াম্না ইমা লৈবাক্কীনি হায়দুনা চোংথোরক্লিবসে লাইবক ফবনি । ঐসু ঙল্লকান্দা, নখোয়না হায়রক্লসু

ইশানা খণ্ডন খরা চাউনা তেংবাংজগে হায়নফাও খঞ্জরিবনি। ঙসিগীদি ঙীঙীং নীফুশিদং পুবিখ্রো হায়ববু ?"

" তামো, ঐখোয় শৈশাদু ... "

অমুবনা মরক থংনা " য়ামন্দে হায়বা ? চুম্মী, য়ামন্দে। মতীক্তি চাদ্রবনি। অদো ঐগীসে লৈমন্দদুনা তৌরবনি। নখোয় শাউখিনু।"

" মসিদি মহা বেরানিদনা " হায়রগা নহা অমদু শাউনা হৌগংখি।

শাউগ্রে খণ্ডদুনা অমুবনা হৌগংগ্রিবা নহাদুগী মখোঙদুদা তুশিন্দুনা খুরুম্মী। নহাশিংদুনা হায়রিবদু অমত্তা তাদনা, মমিত্তা শিরাং ইচেন চেন্না " নংত্রগদি নখোয়না ঐবু কাপ্লিরম্না তারবা! ইনাউশা, মদুদদি ঙাকশিয়ু " হায়না ওঃ খোংনা তেংথা ঙীশে শক্কংলকই।

মতৌদুদা নাকন্দা ফপ্লিবা নহাদুনা অমুববু কোনখংলগা " তামো, ঐখোয়না লাক্চরিবসে ... "

মরক্থংনা " ঐ খণ্ডঙে। ঐনা শোয়বনে।"

নহাদুনা খোন খরা কল্লগ্না " শেল খায়বা লাকপা নত্তে, বার্ত্তন তৌবা লাকপনে হায়বা। কোক্তো ব্রাংখংলক্লনো " হায়রগা ফুরিংখাউদগী বার্ত্তন চে অমা লৌথোক্লগা অমুবগী মখুত্তুদা নমশীল্লি।

" বার্ত্তন তৌবা লাকচবা ঐখোয়বু নমদুনা শেল খায়বা তাহন্দুনা পুলিসনা আর্মিনা নমদুনা ফাহন্দৌগী তৌরিনি। মাইক্রফোনবু সুকপী পীদে ; মতোমতনা পায়শিল্লগা থম্মী। মহা বেরানি। থীনা কোক চাকইহে সীদি " হায়রগা মখোয়নিদু য়াম্না পাখংনা থুনা য়াঙনা থৌদোকখি সাইকলদু তোংদুনা।

ইথা থাজদনা থোকপ্লিবশিংদুদা পূমঙক ঙক্লব্বদগী মখুত্তা পায়রিবা বার্ত্তনদু পারুবদদি মমান্নবা অমগী মমাগী শ্রাদ্ধগী বার্ত্তন ওইরম্নবদা তুমিন্না তুম্ফম কাদা চঙলক্লগা ফমুংদা কাখংগ্রে অমুবা। হৌজিক্তা থোকখিবা ঙাইহাক্কী ফম্বাক লীলাদু স্ক্রিনিং তৌজরগা মথক্তা মখোন্দি থোকহন্দনা লোন্না নোকথোকচরকই। থংনবা মীকুপ্তুনা, মখোয়নীদুনা মাগীদা দিমান্দ লৈরিবদু কমান্দো নংত্রেগা আর্মিদা করিগুম্বা খণ্ডহনখিবা থোক্লবদি মদুগী ওইরক্কদবা মহূ কাদৌবা খারবা মহাওদুনা কমদৌবা হায়বসিদা মথংগী নুমিৎ নীনিফাওবা ফমুংদগী কাংখল হাইদোক্লুনা হৌগংলক্তে। চাক্তি লায়রদনা চাফাও থকখিদ্রে।

নুমিৎ তরেংনি হৌখ্রে। ঙসিতমক ফমুংদগী থোরকপনি। তাঙ্গাসিদা কদোমদগীবু চঙলকখিবনো খণ্ডদে, নহা অহুম মাংগোল মচীদা লেপ্তুনা লৈরম্বদু উবদা ইঙক ঙকই অমুবা।

মখোয়বু উবদা ঙীথক থক্কংলবা অমুবনা হংদবা য়াদদুনা " ইবুঙোহোয়বু করি থবক্কী?"

খরা অহল ওইবা নহাদুনা " তামো, নহান্গীদুগীনি।"

মমিত্তু চপ য়ুংখংলগা " ইবুঙো, নহানগীদুগী হায়রিসিবু ! "

" তেঙবাংবিয়ু হায়দুনা থাজখিবা চেরোলদুগী।"

ব্রাহৈদু হেক তাবগা খোঙদগী লব্রাই লুতোল ফাওবা ইলেক্ট্রিক্লা চিংবদৌনা চিংঃ

লাউই অমুবা। করিমত্তা ঙাওদে। ঙাইহাক লৈরগা খ্বর চাউনা অমুত্তং হোৎশোক্লগা হায়রকই "ইবুঙো, নখোয় উসব-মেলা, শ্রাদ্ধ-কর্ম্মা, নাছুং-নারেংগী বার্ত্তন তৌবা লাকপদি নত্তেকো!"

খরা পিত্তক তৌবা য়েংবদা শক খরা কেংলপ চঙবদুনা " নিশা শানরিয়ো ? ঙাওশিন্নুনু অহল। ঐখোয়না লাক্লিবসিবু ফাগিরো ? "

ঙসাইদগী বা লান কয়া ঙাওদবা নহাদুনা মখোয় মশেজ খামজিন্নরগা অমুবদা ওশিল্লক্লুনা " তামো খরা থুবিবা য়ারোইদ্রা ? আর্মি কমান্দো লাকশিল্লবদি ঐখোয়সু তামোসু পুন্না দশা ভামিন্নগনি।"

" ইবুঙো নখোয় চুম্না অতে অতে থবক ইন্‌থাংগী লাকপদি নত্তেকো ?"

পিত্তকপদুনা " ঙসি হৌরক্তননে। ঐখোয়সিবু নঙগী শানফল্লো ? "

" শাউখিনু। হৌরকখিনু ঙাইখো হায়বা। নহানসু, ঐদি নখোয়নি হায়দুনা বারী শাঙে শারুরগা বার্ত্তন তৌবা লাকপশিং ওইরমদুনা কয়াদি চোপ্লে। নখোয়সে চুপ্লে, অশেংবনি হায়বগী প্রমাণদি করিনা ওইগনি ? "

ঙসাই ইহান হান্না বা ঙাওখিবা অান য়াম্না তাবদুনা " তামো, অশেংবগা শেংদবগা কৈদৌনুংদসু মান্নরোইদা। বঙাঙ্‌দা শঙাঙ্‌দা, মায়খোঙদা হেক্তা খঙবনিদা। তামোসু খরা খঙগন্দবা হায়বদুনি। "

" ইবুঙো, খঙগনলুবগীনিনে নহান নোং চুদনা চোংখিবদো।"

"অহলনা ঐখোয়বু অসুম ঙসাইদগী শান্নদুনা লৈরিবসি, অশেংবদু য়াম্না খঙনিংবগী বারা ? খঙনীংলবনিনা নখোঙদুদা খঙলো " হায়রগা য়াম্না তাখৎপা নহাদুনা নোংমৈ অতেনবা অমা শত্তোক্লগা অমুবগী মফৈগন্দুদা নম্মী।

য়াম্না পাখৎনা অমুবনা নোংমৈদু মখূৎনা তপ্না ইছোক্লদুনা " এঃ! খঙজরে, খঙজরে। অদুদি শোয়রে। করিসু খঙজদবা প্রজা ঐখোয়দা নখোয়না অসুম্না নোংমৈ মতোন ওশিনবিবদি হৌনদেনে, ইনাউশা নখোয়বো। নখোয়দি নখোয়নি হায়বগী আইদেন্তিটি কার্দসু ঐঙোন্দা উৎপা নত্তবনিনা নহাদৌনা মীশক ওন্নরম্মদি হায়দুনা ইয়াম্বনা তৌজবনি " হায়রগা মানা রিল্লো থৌরগা কোলেজ তন্নকপা, সেকেন্দ হেন্দগী ফিরোলতমক শেৎলকপা, মমানা লূকমায় পাল্লগা থাক্লকপা অমদি য়ুমদুদা মানা করম্না লৈরিবনো হায়বদু তশেং তশেংনা খঙহল্লি।

অশংবী য়াওনা ফনা য়াম্না ঙাওঙৈ ঙাঙনরগা, মানা মীঙোন্দগী পূশিন্দুনা থম্বা লুপা লীশীং নীফুদু পুথোক্লগা খুরুমদুনা লাইদা কৎপদৌনা কৎলে।

মপান থোক্লা শাউবদি ঙমজদা, ঈ কানা থোকপ্রিবা মখোয়দুবু মুন্না য়েংদুনা লৈহৌই অমুবগা অশংবীগা।

য়ুহৌবদগী কাখিবা হুদুনা নুমিৎ কয়ানি বা ঙাওনদে, লূক মপূং ফানা লৌখৎনদে। অসুম্না থা অহল্লোম হৌখিবদা মঙায়রি। অতোপ্পা পার্টি অমগী দিমান্দ অমুক লাক্লে। কমদৌনি ? হান্না পীখিবদুগী মীঙোন্দগী পূশিল্লুবদুফাও শিংদোকপা ঙমদ্রি। অঙাং কুন কুম্লাথক ট্র্যাসন তৌবগী লাকপা ফীদুনদি শামু মথুন্দা চঙশিল্লগা পেনা হৌনা খোংজিল্লুবা নংত্রিবরো ? তেন্দর অমা য়াওরগা অহৌবা নুমিত্তা য়াম্না মাঙনা লৌখোক্লে। মদুনসু

শুবা গুমগ্রি । অবাৎপসি কদাইদগীদি কোৎলুনি ? চেল্লগদি হিংগল্রা ? হিংবদি য়াই অদুবু কদাইদা চেল্লুনি ? ফজবা ময়ূমদা লৈত্রিঙৈদদি অসিগুম্বা দিমান্দশি অমুক্তসু লাকখিদবনি। হৌজিক মতমদা য়ুম্বু খরা ফজনা শারবা মদু দিমান্দ লেটর লাকপিরো হায়বগী এদভরতাইজ্ তৌবগা চপ মান্নরবনি । পুম্নমকসে অসুম খঞ্জিল্লুরগা ময়ূমদু অরোনবা মপূ ওইরিবা মবাইদুগী নুপীদুদা হায়রম্নগা হান্নগীগুম্বা ভারাগী কা অমদা লৈরুরসিরা হায়না চপ য়ুংনা খনগৎলক্রে।

মবাইসু থবক তৎলগা জেলদা লৈগ্রিঙৈ, য়ূমদু কনামত্তা লৈত্রগদি নহারোলগী মকোল শাজিল্লরনি হায়দুনা মচেনা য়ারক্তুবদা, মতৈ মনাও তানরগা লৌ শগুম অমা লুপা লীশীং কুম্থাদা বন্ধান থমদোক্লগা লীশীং য়াওখৈদুনা য়াবিরো হায়দুনা দগুবোৎ তৌদুনা কৎগ্রে । ইশং কাওঙে মকশিল্লুরবা মশাদু হৌজিক অমুক পূময়াং য়াংলে ।

অরুম্বা চীংদুম অমনা নম্বুবদগী নহানঙৈ তি. ভি. ফাও য়েংলক্তুবদু গুসিদি নুংঙাইথোকপা ওইনা মচা অহুমদুগা পূনা মখোয় মগা ফম্মিন্নদুনা সেরিএল অমা য়েংলি । তাঞ্জাদুদা মী খরা লাকপগী মীনিল অমা যপাল্লোমদা তায়। হৌজিক্তা তি. ভি. য়েংলম্বগী বিত্তু কদোমদা পাইখিবনো খগুহৌদে। ফুক হৌগৎলগা " ঐ লৈতে হাযযু। চিঠি পীরল্লবসু মশা লৈতে, লৌহৌবা গুল্লোই হায়দুনা লৌহৌকনু " হায়বল্লগা লোন্না মনীংথোঙ ফাওদোক্লগা লেত্রিন্দা চগুশিল্লগা থোঙদু চেৎনা লোনশিনখি অমুবা ।

অশংবীনা মমাঙথোঙ হাংলগা থোরকপদা শূমাঙদা নহা মবি লেপ্তুনা লৈবম্বদু হেক উবগা " ইবুঙো, নহোই তামোদি লৈতেনে । মশা লৈরকান্দা লাকওনে । হৌজিক্তি মশা লৈতবনিনা য়ৌগ্রোদো ।"

নহা অমনা য়াম্না তপ্পা " ইতৈমা, ঐখোয় ট্যুসনগী মতম শংলিব্রা হৎগে লাকচবনি । ওজা লৈতে হায়রবনিনা চৎলগে " হায়রম্নগা মমায় লৈথোক্লে তৌবকপদা অশংবীনা নংহৌররোই মতাগুম " এঃ অদুদি গুাইখো ইবুঙোশা । ঐ, মনীং ময়াদা লৈব্রা অমুক্তা য়েংলুখিগে " হায়বল্লগা থুনা য়াঙনা ইমুংলোমদা কাপশিল্লকই । মনীংথোঙদু ফাওদোক্লগা লেত্রিনগী থোঙদু থীল্লদুনা অমুববু কৌই ।

" ট্যুসনগী গুাঙনবা লাকপনি । থোঙ হাংদোক্লো " হায়দুনা ফনা য়াম্না হঞ্জিন হঞ্জিন হায়রফাওবদা অহম অহা হায়দুনা অমুকফাও যৌদেল্লক্তুবদুদা পাখৎলক্তুনা থোঙদু অরোইবীদা থীল্লি । সুক্তা মতারক্তুবদুদা অশংবী চেম্প্লোবক্লগা ট্যুসনগী হায়নবা লাক্লিবা নুপামচা মবিদু ফারুরগা পুশিল্লক্লে । কৌদুনা থীন্দুনা ফনা তৌববসু থোঙদু মহাংদোরক্তুবদুদা থোঙদু ফক্কায়রে ।

অমুবা ময়াদা কোংগোল গ্রিক গ্রিক কাবগা লেত্রিনগী কাচিন অমনা তুশিন্দুনা লৈবল্লে । হোসপিতালদা পুখৎলে । দাক্তরনা বি. পি. ব্রাংখৎপনি হাযদুনা ফার্ষ্ট এইদ পীবগা গুাইহাক পোত্থাহল্লবা তুংদা অমুক পুথরক্লে ।

ময়ূমদা অনাবা হৎবা লাকপা খগুন-চান্নবশিংনা ব্রাখল পীকশিন্দনবা পাউতাক কয়া কয়া পীরম্মী । ব্রাখল চাউথোক্লুবা দাক্তরনা প্রেসক্রাইব তৌরকপা সাইক্যাত্রিক্তা মবী লৈনবা গুলিদুসু চাং নাইনা চারে । হৌজিক অমুবা ব্রাখল য়াম্না চাউথোক্লা লৈরে । দিমান্দ লাক্লিংবমখৈ লাকচরো হায়দুনা ফল্লগা মূক্তুনা লৈপ্রে ।

থা অনীমুক্তা মগুায়রি । অনৌবা দিমান্দ লেটর অমমুক ফংলে । অমুবা করিসু

থৌশাদ্রে। করিসু লুনা খঙ্কক্রদ্রে।

হায়রম্বগী মতুংইন্না নহাশিংদুসু লাকুনা হৌজিক মাংগোলদা ফল্লরে। অমুবগী মওংদুদা শাউরবা নহাশিংদুনা, মখোয়না ইখিবা লুপা লাখ অমগা মখায়দুদগী সুক্তা তাররোই হায়দুনা মৃতুনা লৈগ্লে কাংবুদুসু। পীদৌবা মীনা মপীদ্রবদুদা কাংবু অনীদু খোন হাউখৎনরক্লে। মীতেরোন ওাঙ্বা মীতে মচাশিং মীতেরোন্না হারী শান্নবদা পাউ ফাওনদ্রবদুদদি "য়াদ্রবনিনা ওজাসু ঐখোয়না লেপ্লিবা পুক্তি মরেলসি অমুক্তং মহাও তংবীয়ু" হায়রগা গন পোইন্টতা নম্ফু শাফুদা পুপ্রে ওজা অমুবা।

হল্লকপ্রা হল্লক্ত, হুল্লক্গ্রা হল্লক্ত নুমিৎ হুন্নি শুগ্লে। ঈ-পাউ অমত্তা তাদে। হংঙুফমসু লৈতে। কদাইদবু লৈরমগবা! অদুদগী তরেৎনি, তরানি ...। পউচেশিংদনা মরোল অমা —অমা কাপ্পগা হুন্দোক্লপ্লে; অনী ফারে; কাপ্পবদা অহুম শিরে; নোংমৈনা পানব অশীবা অমা থেংনরে; কাপ্পবদা লালহৌবা অমা শিরে অদুগা মখোয়না ফাজিল্লগা থল্লম্বা অমনা থীনা শোক্লে; ...। শান্তিগী পাউ অমত্তা য়াওদে। পাউচেদা ইরকপা নুমিৎ খুদিংগী পাখত্তুনা মী থাদুনা মোর্গতা য়েংহল্লুই, পুলিস স্তেসন্দা হেক হেক হংহল্লুই অমুবা ওইরবজাৎলা হায়দুনা। মরাইনা থাদোকচরক্কনি হায়দুনা খল্লম্বা অশংবী তুমিন্না লৈতানা লৈথোকপা ঙম্লক্লে। মী নেক্কুনা, ফিল্লর থাদুনা থিহল্লে। মরী মখোঙ অমত্তা ফংদে। পুলিসতা খঙহল্লুরবসু কাংবুদুনা অমুক হাত্তোকপিখিগদ্রা হায়না কিদুনা খঙহন্দ্রি হৌজিকফাও।

নুমিৎ তরামঙানি শুজিল্লক্লে। উচিন নাচিন্না লংলা অমদি ফংলে। অদুবু শেনফমদি লুপা লাখ অমগা মখায়দুদগী তাবা য়াররোই। অমুবনা হান্না লৈখৎলমদ্রবদি তাথোক তাশিন খবদা ওইরবসু য়ারমগদবনি।

অতৈ উপাইদি লৈত্রবনিনা বন্ধানদা লৈবিবা লুপা লাখ অনী হেল্লগদবা অউন লৌ শঙমদু অশীৎপা লুপা লাখ অমগা লীশীং তবাদা য়োল্লে। বন্ধানগী লুপা লীশীং কুন্থা খাইদোকপ্লগা অৱাৎপদু মপাল্লোমগী অরৈবা সনা লুপা কায়থোক্লরগা শুনবা শাগৎলে।

তাঙাসিদা পুলিস খরা লাক্লগা অমুববু থিরে। হয়েং অয়ূক ফাওবগী মনুংদা পুলিস স্তেসন্দা মশা লাকহন্নবা অকনবা য়াথং পীরম্মী।

নোংঙাল্লগা মেদিয়েটরগী খুত্থাঙদা শেল য়ৌহনপ্রে। ঙসাই অয়ূক ফাওবগী মনুংদা মশা লাকহন্দে হায়দুনা হৌজিক পুলিস অমুক য়ৌরক্লে। অমুবা কদাইদা লৈখি, হৌজিক পুথোক্তবা সুকয়া য়ারোই হায়দুনা অরোইবীদা তকখৎলৈ। মদুদা "য়ুমদগী থোকখিবদগী হুঞ্জিল্লকখিদবনি" হায়বসি নত্তনা অখাঙ কনবী অশংবীনা করিগুম্বা লংলা লংজিন অমত্তা তাকথোক্তে।

"মী মাঙখ্রগদি পৃং ৭২ গী মনুংদা পুলিস ঐখোয়দা পাউ পীদ্রিবা করিগীনো?"

"সার, হা তাননবা মচীন মনাও অনী শুবসু নত্তে। নুপী ঐনা মদুগী আইদিয়াদু লৈরবদি নহান্না ইনফোর্ম তৌজরমগদবনি। হৌজিক্তি সাহেবখোয়না বুদ্ধি লৌশিং তাকপিরবনিনা তৌফম থোকপদু তৌজরগে" হায়না চক্রি ফত্তনা মরেশিল্লক্লবদা হায়ফম খঙদ্রদুনা পুলিসশিংদুনা "অদুদি, মিশিং রিপোর্টকী ফোর্মশিদা সহি তৌরো" হায়দুনা ফোর্ম অমদা সহি খরা তৌহল্লগা চৎপ্লে।

থা মখায়মুকসি নীংথিনা চা থক্লক্তবনা অশংবী মীবু মাল্লক্লে । কনাগুম্বনা অথেঙ অমম্দা থেংনরবদি পাখৎখিদুনবু লায়কন্নররনি । অদুবু মশাদদি করিমত্তা অয়াম খৌরাংবা পোক্কে ।

অমুক নোংঙাল্লে । শেল য়ৌথিবা নুমিৎ নীনি শুরকাওবা যুম য়ৌরক্ল্লি । থোঙ্গাল্লোমদা মী অমত্তা চঙলকপা উবা য়াদে, অমুবরা হায়দুনা য়েংনরিবা ।

য়াচঙবগীদুদা ওক্তো রিক্সো অমা থৌজিল্লকই । মৌপ্পা তোম্বগা মমাল্লবা অমগা কুমথরকই । মৈ পুথোরক্লবা লাউরকপদা মচানুপা অহলদুনা ইমুংদগী মৈখেৎ পুথোরক্লগা খেত্তুনা মৈ ওকই । অদুগা অশাংবা ফি ময়োম অমা থাংথরকই । ওঃ, ফি নত্তে, অমুবনি । মখোঙনা চৎপা ঙমদে । ফূ চৈরকপগীদি নত্তে হায়ববু মতম শাংনা চারক থক্লক্তবগীনি । চান থক্লবা পীদবদি নত্তে, চাশিনবা শূকয়া য়াদবদগীনি । করম্লসু চাশিবা য়াগদৌরিবা ? হৌজিক অমুবা ফজরে। তিন কোক্তা পুল্লপ থূপচিল্লুরগা অমুক কাবক কাবক য়েথোকপদু মঙায়রে ।

তাঙ্গাশিদা থোঙ্গাল্লোমদগী গাড়ী অমা থৌজিল্লকই । পুলিসকীনি । করিমত্তা য়াহৎ পাউহংদনা ফমুংদা শিরিবা অমুববু অমুক হাপকৎলগা পুশ্রে । অশংবীনা চাকশঙদগী চা পুথোরকপদা ময়ামদু মমায় থোঙ্গাল্লোমদা পুল্লপ ওন্দুনা লৈনরম্মী ।

অশংবী মশাগী মথম্মোয়দু ফৃক্তোক্লগা মোইবুং ওইনা খোংদুনা লৈবাক মীয়ামদা শাবাও লানবাও চেন্নিংলে । থল্লকই লৈবাকসিবু কনানা পাল্লিবগে ? প্রজা ঐখোয়সিবু কনানা ঙাকপী শেনবিরিবগে ?

নুমিদাংদুমক্তদা চেন্নদুনা খয়োম চবান লাক্লবা হোংনৈ । অদুবু চবান চাও হায়বা য়াদে । মৈবা পায়বী ময়াম্না মখূত্তা মৈবা পায়দুনা পুলিস স্টেসন মমাঙদা ঘেরাও তৌই । অদুবু গ্রহণদি থাদোরকপা লৈতে ।

নোংঙাল্লগা কোর্টতা পুথোরক্লে । পাল্লিবা কেসনা লালহৌবশিংদা মতেং পীরম্বগীনি । নুমিৎ তরানিগী কস্তদি রিমান্দ লৌথরগা লোক অপ্তা অমুক নমশিনগ্রে ।

ঙসি নুমিৎ নীপান্নি শুবনি । শেল মতীক চানা পীদুনা নুংতিগী কোর্টসিদা ঙাইহন্দুনা থল্লবা উকিলদুনা, অমুববু পুলিসশিংদুনা কোর্টতা পুথোরকপদা, পাইশিন্দুনা ইরায় লায়না জামিন লৌহৌরে ।

থা মঙা তকক হৌশ্রে । হন্দক্তি থোইদোকপা অপাইবা দশা লাক্লে হায়দুনা লৈরিঙৈসিদা, ঈখঙ খঙহৌদনা, য়াচঙবসিদা মনীংথোঙলোমদগী মশক মমিং খঙদবা নোংমৈ পায়বা মখোয় খরা চঙশিল্লকই । গেৎসু লোল্লিবনি। ইংখোলগী অকোয়বদুসু চেক্লা খাজিনবদুদা লানবন ওইনা শীজিননবা য়ারনি হায়দুনবু চঙলক্লিব্রা খঙদে । চাউর শাংলবা নোংমৈ অমা পায়রগা অমনা মথক কাম্ব্রগা সন্ত্রি তৌদুনা লৈশ্রে ।

মতৈ মনাও চঙদুনা চৎখিনবা ফনা কন্না হায়জে । কপতুনা, থেমদুনা, শাউদুনা, মূক্তুনা, তান্দুনা, ... পুম্নমক শামু মথুন পেনা খোংবা ।

অসুম্না অসুম লৈশিল্লকপসিদা, অশংবীনা দুকান্দগী শোৎলুরগা থোংবা চাক ইন্দাংদু কুমথরক্লগা লোইনা হেক্তা মচাথোকখি । কনাদা হায়রুরগা তাম্থোকহনগনি ? পুলিসতা নৎত্রগা অভোল্লা পার্টিদা খঙহনলুরগনা করি থোরকপা য়াবা ? উপাই লৈতে । মচাগা

মবানিগনা ব্রত ! মচা মন্না চরা হেন্দুনা শিগদৌরবনিনা অশংবীনা দুকান্দগী, ইমুংগীদা নত্তনা লৈরিবা মহাসাধুশিংদুগীসু য়াওনা হেক হেক শোংলগা থোংলে । তাঞ্জাসিদা লালহৌবা কাংবু খরনা নেসনেল হায়রেশিংদা গাড়ীশিংদগী টেঙ্ক য়াম্না চাউনা লৌমনবদগী মণিপুরগী মপাল লমগা শম্নহল্লিবা লম্বীশিংদা মান পুবা গাড়ীশিং লেপখিবদগী চান থক্লবা পোংলমশিং ফংনব্রে । অফংবা খরদুসু করবারয়ালাশিংনা শানদুনা লুপা তরা পীরম্বদুনা কুম্না য়ৌব্রে । পূন্না চামিন থকমিন্নবা হপ্তা অনীমুক ফাজিল্লক্লবদা ওসিদি, হান্নগী শেনশোং লুপা লীশীং তরেত্তু শেংদোক্লবদি মখা তানা চেঙ, হবাই, থাউ, থুম পীরয়োই হায়দুনা দুকান্দারদুনসু পোং অমত্তা পীরক্রে । চাক লাম্নসু মবুক্তু থবং তংলে ওজা অমুবা । ‘চাক লাম্লে, চাক চাগে ’ হায়দুনা মচাশিংদুনসু ঈশৈ শকচিল্লকই । চাত্তুনা ময়াওদ্রবনিনা থেম্নবসু থোইনা কান্নদে । অমুবা মাংগোলদা থারিবা মোরাদুদা মখদাং মেত্তুনা ফিলোসোফর ওইরি । খনবা য়াবা খল্লগা কোনথংদা উপাই অমা ফংলক্লব্রা করিনো মঙক্তু য়াম্না পেন্না নোম্লকই । অদুগা ফুক হৌগংলগা শূমাঙদা লৈরম্না বালতিন্দু য়াল্লগা মপান থোকব্রে ।

ঙাইহাক লৈবগা, পুথোকখিবা বালতিন্দু লুম্নপ্না য়াল্লগা নুংঙাইনা ঈশৈ ঙংলদুনা অমুক চঙলক্লে । চাকখুমদগী তেংগোং অমা লৌথোক্লগা বালতিন্দুদগী মহী অমা কল্ল-কল্লগা লৈমায় নত্তনা ইমুং মনুংদু শীন থুংনা চাইশিল্লকই । ফুরিংখাউদগী মৈখেং অমা লৌথোক্লগা খেংকে তৌরিঙৈদা, মাগী ময়ূমদুদা লৈবিবা নহাশিংদুগী মরক্তগী অমনা চেন্সিল্লক্তুনা মখুত্তগী মৈখেত্তু কম্থোকখি । অদুগা অমুববুসু সুপকোন কোল্লগা থমখি । যাম্বরিবা থোঙগী পর্দাদু লৌথোক্লগা ময়ুংদা শাংনা শাংনা শেগায়রগা মখোয় মরি মঙা চঙদুনা অমুববু পুনশিনব্রে । অমুবা উপাই লৈতনা লাউজে । অদুদসু মখোল থোক্লক্তনবা হায়দুনা অমুক চঙলক্তুনা মচীন পুন্সিনবিরবে ।

“ ... ননাদুবু কৈদৌনবনো ? থোরকউ হায়দি কোক থোরকপা য়াদ্রা ... ”

খোঞ্জেলদুগা লোয়নননা অমুবগী মনাকোংদুদা লুম্নবা চৈনা অমা ! খংপ্রেক খংই অমুবা । ওরাং ফুখিবদুদা পঙশিনখিবা নাদু ঙংদুনা লৈবনিনা তশেংনা শিফাইশিংদুনা হায়বকপদু তাহৌদবনি ।

মখূৎ নাম্মতং পায়রগা হূইনা ষণনাউ মচা চেনবদৌনা কাদুদগী চিংথোকব্রে অমুবা । অমম্না মবক্তুদা গাড়ীদা লংখংখ্রে । যৌব্রে ।

খবা থৌবগা খান্নে । গাড়ীদগী কুমথহল্লে । ঙাইহাক লেপহল্লগা লৈরিঙৈদুদা নোংমৈ কাম্লগী মখোল ৫/৬ লক তায় । মিহুন ব্রাংখংলকই অমুবা । মথম্মোয়দু ফাথবা ঙমশিল্লক্লে । মমায়দা খুন্নিবা, পুল্লিবা মখূৎ লোইনা থাদোক্লে । মী তাদবা লম্মাঙ অমগী তুবেল খোঙবান্নি । পঙ লাপ লাপ্তনা মাগী মমাঙদুদা করিনো’মা শাংদ্রোং শাংনা তাদুনা লৈরিবদু থাবলদুদা উরি। করিনো হায়বা লাকশিনবদি ঙমদে ।

“ ঐখোয়না তৌরিবশিংসে নঙ করিমত্তা খঙদ্রবা নত্রো ? ” নোংমৈদুনা অমুবগী মকোক্তা নম্লগা তুংলোমদগী হংলকপনি ।

ব্রাহংদুদা য়াওরিবা মরৌদু ঙাইহাক মথন্তা মুম্না খম্বুজে । করি খুমগনি ? খঙই হায়না খুম্নরগনা করি তৌরক্কদৌরিবা ? অদুগা খঙব্রে হায়না খুম্নরগনা করি তৌবা ?

করিনো খুমগদৌরিবসিবু ? মফমসিদা মাবুসু কাপথৎলগা হন্দোকপিরমগদৌরিবজাৎলা ? পূম্নমকসে মুন্না খঞ্জিল্লরগা পাউখুম পীবা ঙমদনা তুমিন্না লৈ অমুবা ।

অমুকসু হংজিল্লকই " নঙ করিমত্তা খঙব্রবা নত্রো ? "

ৱাহংদুদা য়াওরিবা কোচিংসুগী অর্থদু খঙলক্লদুনা, য়াম্না তন্না খুম্মী " সার, ঐ করিমত্তা খঙদে ।"

" নঙগী নয়ূমদা মখোয়শিংশি নঙনা লোত্তুনা থম্বা । শিফাইনা কোয়শিল্লকদৌরে খঙলবদা অরোনবা লম্বীদা নঙনা মখোয় খরা লোম্না থৈদোক্লগা মফম অমদা লোৎমিন্নবা। মদুগী মতুং, মথংগী অহীংদা নঙনা লালহৌবশিংদু অরোনবা লম্বীদা থিন্দোরকপদা সেক্যুরিতিগা খুৎথোক্লবদা মখোয় শিবনি হায়না পুলিস্তা, কোর্ত্তা মান্নবা পাউখুম পীরদৌবা নত্রো ? "

শিফাইশিংদুনা মঙোন্দা হায়হন্নিংলিবসি হায়রগে হায়না হায়হৌদ্রবদি মাবুসু মফমসিদা অদুম্মক লোইশিনবিরল্লগদ্রা হায়না চিংনরক্লুনা তঙায়ফদনা হায়দবা য়াদ্রবদুদা " মদুমক অশেংবা ৱারী ঙাক্তনি, সার ।"

" অদুদি, খুথোক্লবদা শিরবা, নমাঙদা তারিবদু পুরগা গাড়ীদা হাপকৎলু ।"

ওঃ, মাগী মমাঙদা ঙসাইদগী তারিবদু অশিবা মী ওইরে ? হৌজিক ঙাইহাক্কী মমাঙদা তাখিবা মখোল ৫/৬ তু মাগী মনাকোংদা নৌনা অমুক তারকপগুম তৌই । লৈবাক্না তাইনবদুদা মখূৎ নাম্মা লোন্সিন্দুনা থাংগৎলকই । অশিবা মশাদু চপ তিংই । পূমইং ঈংই । মথক্তা খঞ্জে হৌজিক্কী মরুদুনা পান্দুনা শিবা ওইরগদি মশাদু লুম্বু লুম্বু শাখিগনি অদুগা থনোপ থনোপকনি । অদুবু মসিদি মশাপূম্বা চৈদৌনা চপ তিংলিবসিনদি, হৌজিক্কী য়ামদ্রবদা পূং তরামুক্কী মমাঙদা শিবা শোয়দনমক্কী ওইগনি । অদুগা হংবা য়াবা অমনা, হান্ননা শিরবা মীওই অমবু মফমসিদা পুরক্লগা অমুক নোংমৈনা কাপ্পিশিনা করিগী ? মখোয়না চুমগদৌবা মওংদা কেশ ফ্রেম তৌননবা শোয়দনমক্কী ওইফম থোক্র ? মদু নত্তনা করি মরমদি লৈরি ? "

মরেংবান্দা হাপকৎলে । শিফাই অমনা মাঙ চিংদুনা গাড়ী লৈরিবা অদোমদা চৎলি । চৎনা-চৎনা অমুবনা মাদুনা য়েংলুবদা থেংনরকই অতেকপা মখাঙ, য়েংকী পাম্বোম মহাদুদা তেক্লিবা, মখূৎ অনীমক্কী খূৎশাগী শরুশিং শিংকুপ তানা কায়রে । পূম্নমক্তু অসুম থেংনরুরগা মশাদা পাখৎপা অমা পোক্লক্লুনা মখা অমুক মারুদ্রে । অদুবু অমুক মশক খঙনিঙলক্লদুনা মমায়দুদা লোম্না মাদুনা অমুক য়েংলুবদা হৌরল্লিবা কোইহৌদুদা থোইদোক্লা লুনা খঞ্জিল্লদ্রবসু ঈরায় লায়না খঙলে মদুদি অশিবদু, ঙরাং মাগী ময়ূমদা চঙলকখিবা ইরৈবাক কনবা লূপকী দিভিজন ৱান, য়ুনিট টুগী কমান্দর অতিয়া ঃ

" কাক্-কাক্ ... কাক্-কাক ... "

উমঃ থোঙদনি । কনাগুম্বা অমনা থীল্লকপগী মখোল্লি । থোঙ হাংদনবা ময়ামদু তুমিন্না লৈশিন্নে । মতম ফত্রবনিনা ইচিং চিংননবননি । অদুবু লেপ্তুনা থীজিল্লক্লবদুদা অশংবীনা " কনানো ? "

" হান্না চিফ ইঞ্জিনিয়ার ওইরম্বা ইবোচৌগী নুপীদুগী মৌপ্পানি । ইচেনা পাউ অমত্তা

হায়কচো হায়দুনা থাবকপনি ।"

মনম্মগী মৌপ্বানি হায়বা ব্রাহৈদুদা অশংবীনা চিংনবা পূম্বা থাদোক্লগা থোঙ হাংই । থোঙদু হেক হাংবগা মখোয় অহুম মবী মবী চঙলক্লগা লময়ায়দা লেপ্লে । খবা ব্রাংবদুনা চুকট অমা চল্লগা থকই, খরা নেম্বদুনা থোঙ পুনা পান্সিল্লি । অমদুনা য়াম্না স্মার্ট ওইনা মনীংথোঙলোমদা চংখি ।

চুকটতু চিংলগা মৈখু শাংনা কামথোক্লদুনা " কদাই, লীশীং হুম্ফু ? দিমান্দ লেটবদা হান্না ইখিবদো ।"

অমুবনা য়াম্না তোন্না খুন্নকই " ইবুঙোহোয়গী পার্টিনা লৌখিবদুবু থা মঙাবু শুদ্রিনে । অমুক লৌখিবনা চহী অমদি শুক্লাক লাক্লোই হায়বদাইনে ? অদুগা অমুক ... ।"

মঙক্কু চাউনোম নোল্লগা " তামোনা হায়বিবদো অচুম্বনি । অদুবু ঙসিদগী থা খবগী মমাঙদা লৌখি হায়বদু শোয়দনমক্কী শাশিন্নবা, কাউন্টব কাংবু ওইবমগনি । ঐখোয়গী ফাইনাল সেক্সনগী পার্টি দোনবশিংগী লিষ্টতা য়াওবল্লগবু অমুক হন্না দিমান্দ থাবকপা হৌনদে । অশেংবা ঐখোয়না লৌবগবু হৌজিক অমুক লাকপা হৌনদে । তামোসু অমুক্তা খম্মদুনা যেংবিয়ুনে ।"

" ইবুঙোহোয়না অশেংবনি, হান্না লৌস্ত্রিবদুনা শাশিন্নবনি তাকপিববনিনা শাশিন্নবশিংদু নখোয়না ফাগৎপিবদি ... ? "

" মদু অহর্লাশংগী ব্রা অমা তাবগা কোন্না থিগৎনগদবা ব্রাফম্লি । অদুনা মখা অমুক তাবক্লনু । ঐখোযগী দিমান্দ পুথোকপিবকলো । মদু হৌজিকমক পুদবা য়াদবনি । ঐখোয়গী কেদব অমা নোংমৈনা পান্দুনা শোক্লে । লাযেংনবগীদমক্তা, খুদকসিদা গাড়ী অমা ব্রায়বগা ঙসি অহীংসিমক্তদা মণিপুবগী বাউন্দর্বি লাম্থোকখিদবা য়াদবনি । মসিদা তামোনা দিলে তৌদুনা থেঙথহল্লবা, অশোকপদু শিববা নৎত্রগা পুলিসনা ফাখিবা থোক্লবদি পুম্নমক তামোগী দাইত্ব ওইবিগদবনি । হৌজিক ঐখোয় কুইনা লৈথবা য়াবা মতম নত্রবনি । পুথোকপিবক্লো । খবা থুবিবো ।"

অশংবীনা য়াম্না নোল্লুক্লা " ইনাওশা নখোয় ফিংখিনু । তপথখো । ঐখোয়সু লৈতবনিনা কোয়থি থিবা চেন্নবি । য়ুমশিসু বন্ধানদা লৈস্রবনি । ঐখোয়না পাউচেদা নুংত্তিগী শেল তিংনা হাপ্লিদুনি । নখোয়সু থেংনবমগনিদা । অদুবু ঙসিফাওবদা কনামত্তনা লৈগে হায়দুনা লাক্লি । ফিভমসিদা নখোয়না হৌজিকমক পীদবা য়াদে হায়বদুদি হায়গনু । মী মশেন্নি । মতম খজিক্তংদদি যেংবিখো কৈদৌবগে নখোযবো ।"

ঙসাই মনীংথোংলোমদা চঙখিবদুনা মথূত্তা নোংমৈ অমা পায়বগা চঙশিল্লক্লনা অবোইবীদা কেঙখৎলকই " ঐখোয়না তৌবিসিবু ইবন্নাইগীবো ? পীনিংদ্রগনা পীবোই হায়না হেক্তা হায়বীবো ।"

" পীনিংদবা নত্তে । য়াম্না পীনিংবজাৎনি । দান তৌনিংদবা মী কনা লৈবগে ? লৈতবগী তৌবনি " হায়দুনা অমুবনা থেমজিল্লি ।

" কাক্-কাক্... কাক্-কাক্... । থোঙসে অমুক্তা হাংদোকপিয়ো " হায়দুনা থোঙদা লেপতনা থীল্লকই মপাল্লোমদগী । ইমুংদা লৈরম্বা অহুমদু খঙহৌদে শৎ শৎ মাঙখিবা । কনানা কদাইদা লোৎখিবা অমতা খঙহৌদে । থোঙ হাংলুবগা নোংমৈ পায়বা

অতোপ্পা কাংবু ওইরমদুনা ইমুংদা লৈরিবশিংদুগা অমুক কাপ্পরক্লবদি হায়দুনা মিছনশিংদু চেনগা চেনগুরে। অদুবু খোঙদুদি হেন্না হেন্নদুম খীনবগী চাং হেনগৎলক্উ।

“ খোঙসে হাংদোকপিন্নবনিনা খুগাইজরক্লগে ” হায়খিবগা গোপ্রোং গোপ্রোং কাওখায়রকই। হুমাইদুমা পুল্লপ তুনা হাইথরকই। অদুগা নোংমৈ অতেনবা, অশাংবা পায়বা ময়াম হুপচিন্নরকই। কেমোক্লাগী ইয়ুনিফোর্ম শেৎপশিংশিবু আইন্না য়াবা কাংবুরা অত্রগা আইন্দুবু য়াদবা কাংবুরা অমত্তা খঙবা ঙমদ্রে। ইমান্দা মায়ে। লোইনমক পোজিসন লৌদুনা লৈনখি হায়নরবা তৌরন্দনা। অমনা য়াম্না ঙানবা তোর্চলাইট অমা কাপ্পুনা কোয়রেং য়েংই।

তোর্চলাইট কাপ্পিবা নুপাদুনা অমুবদা “ ঙসি য়ুমসিদা কনা কনা লাক্লম্মী ? ”

অমুবনা থক্কৎলগা খিনা “ কনামত্তা লাক্লমদেনা।”

“ কনামত্তা লাক্লমদে। তামোখোয়না কাউন্টর ইন্সরজেন্সিশিংদা শেল পীদুনা অহীং য়ারেকহন্দুনা হেক হেক তেঙবাংবিরিসিবু করিগীনো হায়বা ? তামোনা গেং কাংবু কয়াদা তেংবাঙ পীন্নবগে হায়বসি গেং কাংবু কয়া ফাগৎলকপদগী ঐখোয়না লোইনা খঙলগা মফমসিদা লাক্লিনি। ঐখোয়না শিফম নাফম খঙদনা ইমা লৈবাক্কীদমক লাছেংনরগা হুরানবা কাংবু কয়াদা তামোখোয়না নয়ুমফাও বন্দান থমদোক্লগা শেল চাউনা চাউনা পীদুনা মখোয়গী থবক্কুদা তেঙবাংবিরম্নি ?”

“ অদুবুদি চুম্বা, অদুদা অশেংবসু শেংদবসু খুলাই লোইনা পায়। শেংদবদুনা হেন্নদুম কি। মরমদি মখোয়দি অকক্লবা দিসিপ্লিন লৈতবনিনা খূৎলাই হেক্তা শীজিন্নরকনি। ঐখোয়দি অশেংবনি হায়দুনা পীখিবা ঙাক্তনি। মদুসু পীনিংনা পীখিবা অমত্তা য়াওখিদে। গন পোইন্টতা লাকপদুদা তঙাইফদনা পীখিবা ঙাক্তনি।”

“ মতমদুদা তামোদি ঐখোয়দা পাউ পীবিরকপা য়াদ্রা ? ”

“ নখোয়বু কদাইদা থিবগা কমাইনা খঙহল্লকনি ? মদুগী থিফমদুবু খঙলদি ঐ নহান্না লাক্কনিনা। লাক্লবগী মরম কয়া লৈস্রে ঐঙোন্দা। কদাইদবু লৈবগে ? ”

“ বাকমসি কোন্না থম্নবসি। হৌজিক ইমুং মনুংগী মীওই নত্তনা য়ুমসিদা কনা কনা লৈ ? ”

“ ঐখোয় অনী, ইচা অহমগা লৈরিসিনি। ”

“ অদুদি হৌজিক ঙাইহাক্কী মমাঙদা য়ুমসিদা কনা কনাদি লাক্লম্মী ?”

“ কনাসু লাক্লমদে। ”

“ কনাসু লাক্লমদে হায়রবনিনা ফরে। অদুদি ঐ চুরুট মচে অমতা থকচগে।”

অশংবীনা “ ইবুঙো ঐখোয় ইমুংসিদদি চুরুট থকপা মী অমত্তা লৈতবনিনা চুরুটতি লৈজদ্রে। লৈহঙ্গরক্লগে য়ানি। ”

“ চুরুট থকপা মী অমত্তা য়ুমসিদা লৈতে। মী অমতসু য়ুমসিদা লাক্লমদে। অদুগা মসিদা চাকপা লোইফাওনা মৈখু কাদুনা তারিবা চুরুটসিদি কদাইদগীনো ? ”

ৱাঙাঙদু লোইফাত্রিঙৈদা নোংমৈ মখোল অনী বাং-বাং ! কাঙখল মনুংলোমদা নোংথাং কুপ খিবা হায়রপ নাশোন্নরা উখিপ্রম তৌই। ময়ামদু লোইনা উপ্রাংননা তুনখি। মদু উবদগী অমুবগী ইমুং মনুংসু। অদুদগী খোঙজিন মপান্দা লৈবা নোংমৈ পায়বদুনা হাইরপ

মৈত্তাল উখিবা কমুং অদোমদা ওজিন্দুনা খপচিনখি দররররর ... । কমুংদুদা লৈবা কুপন্নবা মাগী মরম কাওবা চীথরমগনি থাজদে ।

মখোন্দু তাবদগীদি নোংমৈ পায়বা ময়াম মপান্দগী চেনশিন্নরকই । কমুং কানুং, কাংখ, কাচিন কোয়া কাক কাক্নুনা থিরগা ওসাই লোংখিবা অনীদু চিংথোরকই । অমুবনা তপ্না হৌগংলকপদা উরে —ওসাই নোংমৈ কাপশিনখিবা কমুং অদোমদগী লময়ায় তম্না অঙাঙ্বা মহীনা ঈনঙ নঙনা চেম্বরক্লিবদু ।

ওসাই বা য়াম্না ওাঙ্বা, নাতোন শূমাঙদা কোইতেক থাকপা অহল ওইরপ তৌবদু ওইগী মপান্মোমদু মখূংনা পায়শিল্লগা তপ্না হৌগংলকই । মখূং তুংবুন্নরগা লানকা ওইরিবা অহানবা চঙলকখিবশিংদুগী মনুংদা য়াওবা মীওই অমদা " নখোয় করি পার্টিগীনো ? এগীরা ?"

" মাপ্নি ।"

" অদুদি ডিভিজন নম্বর বানগী ইয়ুনিট থ্রীগী কমান্দর অতিয়া খঙব্রা ? "

" ঐখোয় মাগী মখাদা হৌজিক হৌজিক থবক তৌজরিবনি ।"

" অদুদি, নোংমা, মাগী হেরো হোন্দা অশংবদুদা মহাক মশামক্তা লোয়ননা তোংদুনা লাকমিন্নরগা লকৃপাং তেরাগী ইমুং অমদা চাক চামিন্নরগা পার্টি অনীগী মরক্তা চে চাং খরা সহি তৌনখিবদু ঐগনি। অতিয়াগী মখাদা নখোয় থবক তৌইসু হায়রি । ঐনা সুম নীংশিংবদা মদুগী মিতিংদুদা অদোম য়াম্না মানবা অমা উখিগুম তৌবা ? "

" মিতিংদুদা ঐ ইশা য়াওজখি । অতিয়াগী চে চাং পীথোক পীশিন তৌখিবদু ঐ ইশানি ।"

" শেংলেকো ?"

" অশেংবনি ।"

" অশেংবনি হায়রবনিনা, য়ারেনে ? হাই, কনানোমা চঙলকউ । হৌরো " হায়রগা মমায়দু লৈথোকখিবগা নেমফুম্নবা অমনা করবাইন্ অমা পায়রগা চঙশিল্লকই । বা অমত্তা ঙাঙদনা বুত্তুগী অহানবা চেনগাওদা শম্নগা তাখি । মখূং সুকয়াও য়াওদনা মখোঙুনত থৈনি নেইগুম নোইরকই । মনাকোংদগীরা, ময়াদগীরা নৎক্রগা মনাতেন্দগীবু তারকপরা, অঙাঙবা মহী'না মমায় মমিত্তু পূমতে । মমায়রা লূখন্না খন্দোককমফাও খঙদে । অশিবদৌনা কদ্রাক কদ্রাকই । শ্বর হোল্লিবরা ?

" নঙবু ঐখোয়গী মাঙদা লেপ্লিবা এগী ইয়ুনিট নম্বর বানগী কমান্দর অতিয়াসিগী মখাদা থবক তৌবনি হায়বা ? করম্বা মতমদা করম্বা পার্টিগা কমান্দরগী থাক্তা চে চাং ইনখিবা লৈ ? থোকখিদবা থৌদোক্তুদা নঙনা চে চাং পীথোক পীশিন তৌখি ? নথায়দু কনজনবগীদমক্তা অশেংবদু হায়যু ।"

য়াম্না বানা বা ঙাঙ্বা ওন্দোই ওমদবোই, মতং-মতংনবা বাহৈদা " থবায়তদি কনবিয়ু । অশেংবদু লোইনা হায়দোকচরগে । ঐ কমান্দোনি ।"

" নঙবো " হায়রগা মমায়দুদা বুত্তুনা বক-বক ! " নমিং ? "

" অলিমুদ্দিন । লিলোংদগীনি । অহল মমিংনা অলাউদ্দিন । নোংমৈনা পান্দুনা শিরিবসিনা তোংব্রম তোম্বা সিংহ । অপোকপা তোমাল । থৌবাল হাওখাদগীনি ।

লেপ্লিবসিনা জিতেন। শীংজমৈদগীনি । অহল মমিংদি খঙদ্রে । ঐখোয়না কোয়রুসি হায়শিন্নরগা পুরকপনি ।"

" নখোয়না শীজিন্নরিবসি কদাইদগী পোংনো ? "

" থা অহুম্মুক্কী মমাঙদা ককচিং খুন্নৌদা নখোয়গী কেম্প অমা ঐখোয়না থুগাইখিবদুদা ফংবা খুৎলাইশিংদুদগী লোন্না অসিমতং ... । "

" মরুদি ? "

" রেইদ অমুক মুক তৌবদা মরু তরা কাপত্রগা কুন কুপ্পা কাপগ্রে হায়দুনা থাগৎপা। অহেনবদু লোংশিলহৌরগা ঐখোয়না পাম্বা মফম অমদি মতম অমদা হেত্তা ... ।"

" নঙদি মদুগী আইদিয়াদু কদাইদগী ? "

" ঐনা হায়জরিবশিংসিদি ঐখোয়গী মবক্তদি অনৌবা অমা নত্ত্রে । ..."

ঝাহেশিংদু হায়বা লোইফাত্রিঙৈদা পঙলাপ লাপ্তুনা লাউরকপা মাইক্কী খোঞ্জেল অমা " নখোয় ফোংনা সরেন্দর তৌরকউ । নত্রগদি নখোয় লোইনা শিরগনি । হৌজিক য়ুমসিগী অকোয়বদা আর্মি অমদি কমান্দোনা মরোল মরোল কোয়শিল্লবনি । চেনফম লৈত্রবনি । য়ুমশিদা নত্তনা লৈকাইশিদা লৈরিবা মীওই খুদিংমকসু মিনিট তরাগী মনুংদা লোইনা মায়কৈ অশোমদা থোরক্কদবনি " হায়না অহীংসিদা হুঞ্জিন হুঞ্জিন লাউরকই ।

লৈরিবশিংদু পাকথনদুনা মাগী মাগী পোজিসন লৌনখি । অতিয়া হায়বা কমান্দবদুনা য়ুমদুগী মীওইশিংদু থোকখিনবা ইংগিৎ তৌবক্লবদা অমুবনা মচা য়াইমা, মাগী নুপীনা অতোনবদু পন্নগা, অহন্দুনা মাঙদা চেলহল্লগা চেপ্পোকমিন্নরকই । লৈকাইদুদা লৈরিবা মীওই কয়াসু লাঞ্জেন্নরম্লি । চেপ্পোক্রবক্লিবশিংদু শিফাই খরনা ওক ওক্তুনা ফুরল্লিবদু থাবলদুদা কয়া ময়েক শেংফাত্তনা উই অমুবনা । অদুগা মখোয়গী মমাঙদুদা লানবন শানা পুল্লপ ময়ামদু পুল্লপ লেপহল্লম্মী । পন্নক্লিবা মচাদু শেত্তোক্লগা লাক্তুনা হুন্দোকপ্লবা তুংদা অমুবদা পালি পীশিনবা হৌরক্লে । বুৎকা নোংমৈ বৎকননি । শা ষণদৌনা খোংদুনা খাঙই । অতৈদুসুনি ।

অসুম্না পূংখায় অমরোম মনাং তাঙৈ নৈরবা তুংদা নোংমৈ মখোল ! সুক্লেপ লেপ্তে । ইশম শম্নে । মায়কৈ খুদিংমক্তগীনি । বেরেল মতোন্দগী থোরকপা মৈঙাল খরা খরদুতনা মফমদু পুমঙান ঙানগ্রে। ময়ামদু স্বর হোনবা গুম্নরক্লে । কান্তৃক মনম্লি । মমিং থুগ্নরক্লে। ঝাম্বু ঝাম্বু লোক খুগৎনরক্লে। ফূবসু লেপ্লক্রি । উপহল্লগা মনমগন্দগী হীদাকমনা নেংপগুম নেংলক্পনি ।

হৌরবা মখোল খরা তারক্লে হায়দুনা মঙক্তু য়াম্না ঝানা খজিক্তং হাইগত্তুনা য়েংলুবদা য়াম্না ঝানা য়েংলুবদা মাগী ময়ূম বিলদিংদুগী মহুত্তা অঙাঙবা, অচৌবা মৈরী অমনা চেঙ্গুম মওং মান্না ঝাং চাউনা অতিয়া তম্না কাখৎলম্লি । মখা তানা য়েংবা গুম্নক্রমাল্লে অমুবা মমিত্তু উইশিল্লগা অদুম মশাদু ফদ্রাক ফদ্রাক তাগ্রে ।

অমুবনা অশিবদুবু মপুক্লিংদা ইকাই খুম্নবা উৎচৈ ।

গাড়িদুদা হাপচিল্লে। অদুগা অতোপ্পা অমমুক লৌথহল্লে । মদুমদি হিংলি হায়বসি মশা শোক্লুবদা নাহেরকপদুদগী খঙবনি । লৌফম খঙদবা ঝা খরা ঙাঙলকপদুদগী খঙলে

মদুদি মহাক অমুবগা লৈকাইদুমক্তদা লৈমিন্নবা হ্যমেন রাইটস এক্তিভিষ্ট চাউবনি । তাউথরকপা ওরদরদুগী মতুংইন্না, অমুবনা চাউববু লৈতোঙ অমদা ঙারগা ফমহল্লে। অমুবা কৌথোকপ্রে । শিফাই অমা চঙশিনখ্রে । মখোঙ নাম্মগী বুৎতুনা চাউবগী মখবাক্তদা নেৎলগা " মিনুংশি য়াম্না লৈবা নমা বেশ্যাগী মচা শমু পাংগনবা ! চৎলোনে অথৌবা ! হাঃ হাঃ ... " হায়না পেন্না নোক্লগা চাউবগী মমায়দুদা এ. কে. ফোর্টিসেভেন এসোল্ট রাইফলদুনা দররররর ...

মমিৎ উইশিন্দুনা খাঙই অমুবা । মদুমসু গাড়ীদা থাংগৎহল্লে । অদুগা থৌরক্লে । মখোয়গী কেম্প য়ৌরক্লে । গাড়ীদুদা অশিবা অনীদুগা অদুম লৈহল্লি । অমুবনা খল্লি " মখোয়নীদি অৱা অনা কোকখ্রে । হৌজিক ঐঙোন্দনা করি ? "

ঙাইহাক লৈরগা শিফাই খরা চঙলকই ইনাক্তা । অদুগা ৱাদি ঙাঙ্দনা চেদু কাক্তোক ফাক্তোক্তুনা করিসু ইদবা চেবাংশিংদুগী মখাদা সহি পংতৌদা তৌহল্লি । অনম্বা ফোর্ম খবদসু ।

" নঙনা কোর্ট অমদি পুলিসতা, ঐখোয়না হায়খিবদুমক খুমম্রবদি নঙগী ইয়ুং মনুং ফাওবা করি থোক্কনি হায়বা নশানা খঙজরবা নত্রো ? জবান চুম্না পীনবা অমদি শাক্ষি ওইনবা হায়দুনা নঙবুদি খাকশিরবনি ।"

নোংঙাল্লে । অমুবদি অশিবদৌনা অশিবা অনীদুগা পুন্না তাদুনা গাড়ী মনুংদা লৈরি। শিফাই খরা চোংখৎলই । গাড়ী থৌরে।

খরা থৌবগা খামখ্রে । পুলিস স্তেসননি । মখোয় খরা কুমথরগা চঙখি । চে চাং শিন্নবিমাল্লে ।

ঙাইহাক লৈবগা কন্সতেবল খরগা ও. সী. গা থোরক্লগা অমুবগী অশোকপশিংদু মার্ক তৌশিল্লি।

ও. সী. দুনা " দাক্তর পাস তৌদ্রগদি মসিদি ঐ লৌবা ঙম্লোই । "

অমুক কেম্পদা পুথ্রবদি শিফম নাফম খঙলরোই হায়না পাখৎলক্তুনা অমুবনা "ও.সী. সাহেব ! ঐ কবিসু তৌদে । শিরসু নখোয়গী নখুত্তা শিজরগে " হায়দুনা কপখৎলক্লে। ও. সী. দু মমিৎ হাইবপ চোৎলপ উই ।

কন্সতেবলশিংদুনা চপ্তুনা থাংলগা লোকপ্তা পুশিনখ্রে অমুবা । অশিবা অনীদুনা পুলিসকী গাড়ী অমদা বদলি তৌখ্রে ।

ঙাইহাক লৈবগা অমুববু হোসপিতালদা পুদুনা হাইরপ লায়েংলুববা তুংদা কোর্টতা অমুক পুথোক্লে । মহাক্কী মথক্তা কবি মরাল শীবিবনো হায়বদু অমুবা মশানা হৌজিকফাওবা খঙজদ্রি । খঙনীংবসু পোক্তুদ্রে । মরমদি মহাক মশা ঙাকথোকচনবা উপাই শূক্লে লৈরবোই হাযবসি মশানা খঙজে । অদুগীসু মথক্তা লানফম ময়ায় তাদুনা অনী অহূমগী তবগেৎ তাববা প্রজাশিংগী মরক্তুদা অমুক হন্নিংবা পোক্লে । মতূ মচা ফাওবা পুন্নপ কাউথোক্লগা মতম খবদং কৈশুমশঙদা ঈংনা পোখানীংলে ।

পুলিস আই. ও. দুগা জজদুগা কবিনো খরা ঙাঙ্নরবা তুংদা জজদুনা অমুবদা "থাংগৎলক্লিবা চার্জশিত্তা পল্লক্লিবা নবানশিংসি নশানা লোইনা য়ারবরা ? "

ঙসাই শিফাইদুনা হাযবকখিবদু খংনিং নীংশিংই অমুবা । হাইফেৎ ৱাখল তৌরুববা

তুংদা " জজ সাহেব। জজ সাহেবনা চুম্না বিচার তৌবিদুনা অশেংবা বিচারদুমক নাগরিক অমা ওইনা ঐখোন্দা ফংহনবিগনি হায়বগী আশা উত্রবসিদা, শক্তি পায়বা নোংমৈ চীংদা লাল অনীগী মরক্তা লেপ্লিবা ঐনা ইশা ঙাকথোকচনবনি হায়দুনা করম্না অশেংবদু হায়দোকপা ঙমগদৌরিবনো ? ঐবু হায়জৌ হায়রবদি অসিমতং হায়জনিংই মদুদি সরকার নখোয়সু প্রজা ঐখোয় লৈবগী নখোয় লৈরিবনি। প্রজা ঐখোয় মাঙহনগ্রগা সরকারনা কদাইদা লৈহৌদৌরিবা ? লালহৌবা নখোয়সু প্রজা ঐখোয়না ঈশিংনি হায়নরিবনি। ঈশিংসি তোয়না তোয়না মনৈখায়রবদি ঈশিংদুদা ঙা হিংবা ঙম্লরোই হায়বসি মাঙদা থম্লিবা কৈ।"

মতুংদা বা অমত্তা ঙাঙদনা তুমিন্না লৈগ্রে অমুবা। জজনা, পুলিসনা, উকিলনা কনা হংলবসু করিমত্তা খুন্নকখিদরে। তাসু তাখিদরে। বা ঙাঙ্ঙু ময়াগ্রবদুদা জজদুনা মাগী পি. এ. দুদা করিনো খরা হায়রগা তাইপ্ ফৃজিলহল্লি। তাইপ রাইটরদুদগী লৌথোরকপা চেদুদা সহী তৌরল্লগা হৌগংগ্রে জজদু। পুলিস অমনা অমুববু দোক্তগী কৌথরগা গাড়ীদা হাপকংলগা কদাইদনো পুগ্রে।

নুমিদাংবাইরমসিদা পুলিসশিংদুনা অমুববু মাগী লৈকাইগী তুরেল খোঙবান্দুদা পুরক্লগা, গাড়ীগী থোঙ হাংদোক্লগা কৃমথহল্লি। ফিক্তৌ শেংপা/শেংদী মীয়াম কপ্লদুনা লৈবশ্মী। খুন্নাইগী মীয়াম নত্তে, অঙকপনি, ঈপাক্লি। মাবু ফাখিবগী বানরম্বদু, মশা অমুক উরকপদুদা মপুক্লিং নৌথোক্লরক্তুনা কপ্লবা ওইরম্বা য়াই হায়না খল্লি। অদুবু কোয়না লৈদুনা য়েংলকপদা তুরেল খোঙনুংলোমদা, পোংলোইনবা নীংথিনা চনখংলবা চিতা ৭/৮ লৈবা উরে। মথক্তুদা অশিবা অমমম্সু ফি অঙৌবনা কৃপ কৃপ্তুনা লৈবা উই। মদু উরুবদা মতু খ্যাউ চুংই অমুবা।

পুলিস অমা চঙশিল্লক্লগা মখূৎ পায়ররগা " লাকও, মপুরোইবা ওইরিবা নঙনা লুচিংদুনা মৈ কোয়রবো।"

বাহৈদু তাবদা পূমঙাও ঙাওগ্রে অমুবা। খঙহৌদনা শাউনা, খোন বাংনা হায়দোরকই " মদো ঐতগী ইথৌ নত্তে। ইচানুপানা কোয়জনি।"

" নঙনা কোয়গদৌরিবা মৈসে নঙগী লোয়নবীদুগা নচানুপাদুগগীনে।"

অমুবা মমিৎ মনা চপ য়ুংখংলকই "করি ? ...অদুদি, শক্তি লৈবা, নোংমৈতনা বায়েল্লিবা মখোয়গী মরক্তগী অমনা হেক্তা কোয়হল্লদনা। হাংপদি ঙম্লগা মৈ কোয়বদি করিগী ঙম্লোই ?"

তাং ২০/১/২০০১

**অইবগী ফোঙথ্রবা খ্বারী মচাগী লাইরিকশিং:**

১। ঐখোয়সিবু কনানো ?

২। ঈচাউ অমসুং লৈরাই

৩। খোঙদাফম লৈত্রবা লৈমায়

**অইবগী ড্রামাতাইজ তৌথ্রবা খ্বারী মচাশিং:**

১। ঐখোয়সিবু কনানো ?

মণিপুর ঠিয়েটর একাদেমী, খাঙ্গোই

দাইরেক্তর : শারুংবম বীরেন

এন এস দি, দিল্লিগী ঠিয়েটর মহোৎসব, ২০০৬ কী দিল্লি অমদি বেঙ্গলোর, মথংদা হায়দরবাদ, ভিশাখাপটনম, বিজয়বাদানচিংবা ভারতকী তোঙান তোঙানবা মফম ১০ হেল্লে।

২। ঈরায়ফম (*নুমিৎ কাপ্পা* হায়বা মিংদা)

মণিপুর ঠিয়েটর একাদেমী, খাঙ্গোই

দাইরেক্তর : শারুংবম বীরেন

*বেস্ট প্লে,*

*ওল ইন্দিয়া মলটিলিংগুবেল শোর্ট প্লে কমপিটিসন, কত্তক, ০৩*

*ওল মণিপুর শোর্ট প্লে কমপিটিসন, ইম্ফাল, ২০০৩*

ভারতকী তোঙান তোঙানবা মফম ১১ হেল্লে।

সাউথ ইর্স্তন মণিপুর আর্টিষ্ট এসোসিয়েসন (সেম্মা), থৌবাল

দাইরেক্তর : বি কুমার শর্ম্মা

৩। লম্মৈগী তঙ্গোই

ইর্স্তন মণিপুর আর্টিস্ট এসোসিয়েসন, চরাংপাৎ

দাইরেক্তর : কে বোবীচান্দ

মণিপুর ঠিয়েটর একাদেমী, খাঙ্গোই (অন্নিবা)

দাইরেক্তর : শারুংবম বীরেন



কবিতাগী য়াওন্দা হায়বগা উত্তরাধুনিক (পোষ্ট মোদর্নিজম) হায়না খঙনবা অদুনি। ইংরেজীদা 'নাইহিলিজম' হায়না খঙনবা নৌজিক মতমগী রাজনীতি, অর্থনিতি, আইন কানুন অমসুং সমাজ অসি পুম্নমক মাঙহনবনা ফৈ হায়বা ৱাখল্লোন অদুনি অইবনা পীবিবা পাউজেল। ..নবকুমাৰ সোসিয়েল সেন্তাইরিষ্টনি ৱাবেংগী সেত্মাবিষ্টনি।

চিৱোম ইবোতেন, পোক্নফম (২১/৫/০৬)

মণিপুরী ৱাৰী মচাগী লমদা নৌনা কলম পাযখৎলক্লিবা নবকুমাৰ নোংমৈকাপম তোপ্ তোপ্পা মশাগী মঙাল অমা লৈজনা খুৎ থাবক্লিবা অইবা অমনি।

ইবোসনা যাম্বেম, বাখল ১৩০ ১৩১ শুবা মশীং

লোম্বোক্তবী অমগী ৱাকৎ, অকনবা ফোর্মনিষ্ট তোনগা লোযননা মশিঙ্গা ফুদোবক্লিবী তবোপ্পী অসিমক মণিপুরী ৱাৰীমচাদা মাইলষ্টোন অমনি।

সাহিত্যগী পাউ (৫৩ ৫৪ শুবা মশীং)

... ফিয়াবরেল হায়বা ৱাৰী মচা অমা যাওবি। মসিদি এক্সপরিমেন্ট অমনি, অনৌবা চাংযেংনি। মণিপুরী সাহিত্যদা অমুক্তা থেংনখিদ্রিবা ৱাৰীগী থিমনি।

ডাঃ শৰতচন্দ্ৰ লোঙ জোম্বা, নহারোলগী থৌদাং, অগষ্ট ১, ২০০২

Likhoysibu Kanano (*Who are we?*) staged here on Saturday revolved around Molcham village. Most of the scenes depicted large scale violation of human rights rape, killing, torture, snatching of food grains and household products ... by the Myanmarese army.

***The Times of India, 14th June, 2005***

Delhi's inability to treat all citizens equally gives rise to the flame of hatred distrust and also encourages youth of the region to nurture the concept of separatism. This raises the big question ... *Who are we and where do we stand.*

***The Telegraph, 14th June, 2005***

We know that Government of India pays more attention to the western front particularly the Kashmir issue that once sparked off 'Kargil' than the missing of numerous border pillars along the volatile Indo-Myanmar border. On top of this due to it's prolonged negligence Molcham a small tribal village located within the territory of Manipur along the Indo-Myanmar is reeling under the Myanmar Soldiers' rule.

***Eastern Mirror, 20th June, 2005***

This is surely a case of art of imitating real life. The play Likhoysibu Kanano (*Who Are We?*) questions the identity crisis faced by the battered people of a small village named Molcham in Manipur ... The situation in Molcham was even worse than that of Kargil with Myanmar Army giving a reign of terror to the village.

***North East Sun, 31st Aug., 2005***

One such modern day play called *Who are we? (Likhoisibu Kanano)* was recently staged in Imphal to draw the attention of the general public, particularly the decision makers in New Delhi.

***Assam Tribune, 1st July, 2005***

কাশ্মীরদা যুদ্ধোয়নবা পাকিষ্টান্না মীৎযেং চঙশিল্লক্লে হায়বগীদমক্তদি ইন্দিয়া গভর্নমেন্টনা লুপা ক্রোর কয়া ইচাউগুম্না থাদবি, মমল যাম্লবা মীওই কয়াগী পুন্সি বলিদান তৌবি। ... কাশ্মীরসু ইন্দিয়াগী নমনি, মণিপুরগী মোলচামসু ইন্দিয়াগী নমনি। অদুবু কবিগীনো কাশ্মীরনা মোলচামদগী হেন্না মমল য়াম্না উর্বরসি?

রাজমণি অয়েকপম, মতমগী যাকাইবোল, জুলাই ১, ২০০৫

দিল্লিগী পিপল অমদি নোর্থ ইষ্টকী পিপলশিংগী মরক্তা পুন্সি মাহংদগী, শেনমিং লোন্দগী, চাওখৎ থৌরাংদগী, কলচরদগী তোঙান তোঙানবা অর্থ হন্নদুনা মেন্টেল গেপ অমা মতম শাংনা বিজন অসিদা লৈরকপনা ঙসিদি ইন্সরজেন্সিগী, এথনিক ভায়োলেন্স, পোলিটিকেল ইনষ্টেবিলিটিগী তোঙান তোঙানবা ওইবক্লিবা সমস্যাশিংগী ৱাষ্টৌ নীংশিংদুনা গেপ অসি ব্রিজিং তৌ হায়না কন্না প্রোটেষ্ট অমা তৌরকপনি।

বুধ চিংথাম, শঙাই এক্সপ্রেস, জুলাই ১১, ২০০৫